ꯍꯤꯟꯗꯨ-ꯃꯨꯁ꯭ꯂꯤꯝ ꯏꯃꯨꯡ-ꯃꯅꯨꯡꯒꯤ ꯑꯥꯏꯟ

# হিন্দু-মুস্লিম ইমুং-মনুংগী আইন





এস, বাবুধন সিংহ
এ্যাডভোকেট

# হিন্দু-মুসলিম ইমুং মনুংগী আইন

## হিন্দু বায়েল্ পথাপ্‌কী অনৌবা আইন খরা

১। হিন্দু লুহোংবগী আইন্, ১৯৫৫

২। হিন্দু অঙাং অমসুং অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী আইন, ১৯৫৬

৩। হিন্দু মীচাবোক্‌পু মচা ওইনা য়োক্‌পা অমসুং চাক্‌থাক্ পীবগী আইন, ১৯৫৬

৪। হিন্দু স্বত্তঃ কংনবা আইন, ১৯৫৬

## মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা বায়েল-পথাপ অমসুং অনৌবা আইন খরদৎ।

১। মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা বায়েল পথাপ

২। মুসলিমগী মশাগী বায়েল-পথাপ ( শেরীঅত ) শীজিন্নবা আইন, ১৯৩৭

৩। মুসলিম নুপীশিং ( খাইনবগী হক্ কন্নবা ) আইন, ১৯৮৬

সেরাম বাবুধন্ সিংহ
এ্যাড্‌ভকট

# হিন্দু-মুসলিম্ ইমুং মচুংগী আইন

অহানবা কোঙবা ঃ ১৯৯৫

অকোঙবী ঃ লৈমপোকপম ওংবী দয়ারতি দেবী
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল ।



কোপী মশীং ঃ ১০০০

মমল্ ঃ লুপা ৯৫/—

কংকম ঃ ১। অকোঙবী।
২। অঙৈবা মশামক।
৩। অথম্বা লাইয়িক ল্লোনকমশিং

নম্কম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

# কৎচবা

ঈরোলগীদি লৈজদ।
　　মীরোল্দগী পূন্থনা ॥
হৈত-হৈত হগুরি।
　　হিন্দু-মুস্লিম আইন্দৈ ॥
অনৌবা আইন খরদং।
　　মৈতৈ-লোনগৈদা চন্নবা ॥
মীতৌ তমৃই হায়বিনু।
　　লোঃবিয়ু ইমা মণিপুর ॥

নচা—
**যাবুধন**



Imphal,
The 19th Aug. 1992

# FOREWORD

Y. Imo Singh
**Advocate General**
**Govt. of Manipur**

I had the occasion to go through the Manipuri Manuscript of the 4 new Acts of Hindu Law along with the Muslim Personal Laws and new Acts in connection with the marriages and its consequences of both the communities which comprise the present work, namely, "Hindu Muslim Imung Manung-gi Ain" compiled, translated and prepared for the press by Shri Seram Babudhon Singh, Advocate. Shri Singh had already translated and published 5 other Acts. His later works seem better than the earlier ones.

The first Act, namely, "The Indian Evidence Act, 1872 was one of the most difficult ones for rendition. And similarly, "The Hindu Marriage Act, 1955" is non-the-less difficult, for there are some terminologies such as "Full Blood", "Half Blood", "Sapinda Relationship", "Uterine Blood", "Saptapadi", etc. which are difficult to find appropriate words in Manipuri. But to my astonishment, Shri Singh has rendered these terms into Manipuri which in my opinion are appropriate. I think, Shri Singh has done some research works infinding out exact Manipuri words.

Along with this, in the preparation of the second half of this book, i.e."Muslim Luhongbaga Mari Leinaba Wayel Pathap Amasung Anouba Ain Kharadang", Shri Singh has shown his competence in translating the Koranic and Muslim Laws. From this we know that Shri Singh is not a novice in this field. The second half of the book relates to Muslim marriage and its consequences. Not only these,

this portion relates to old Islamic law and its application to the book will be found immense help in the hands of law students and Muslim women. Strict followers of Islam will be enlightened by driving out their doubts of the presumption that the new Acts will occupy the law. Supreme Courts of Pakistan and India, The Privy Council and the High Courts have decided Muslim cases according to the old law. There are Provisions of option too in the new Acts. "The Muslim personal law (Shariat) Application Act, 1937" and "The Muslim women (Protection of Rights on Divorce) Act, 1986" are good examples of options given to the Muslims. This portion of the book is written in easy Manipuri with insertions of original words of the old law whenever necessary. Every stuent and layman may entirely depend upon this book in this area.

I sincerely hope that Shri Singh will work more and more for the benefit of the said communities.

**Y. Imo Singh**

Imphal
The 16th Aug., 1992

# FOREWORD

I am really fascinated by the translations of Shri Seram Babudhon Singh, Advocate. I have read some of the Acts including the four Acts of Hindu law and other Acts of Muslim family law comprising the present book. I realise that it is high time to sow seeds of legal matters in the hearts of Manipuri knowing layman who have usually been led by the whims of a few lawyers depending entirely upon their guidance. I am also happy to see that this longfelt need is realised by translations which is the only means available for these laymen. I hope Shri Singh will work more and more in the field of Acts and laws of the Country.

I have no doubt that these translations would be quite rewarding experience to the people for whom it is meant. I still hope that Shri Singh might undertake further adventures in the vast and tumultuous seas of laws and Acts of the Country.

I wish Shri Singh all success in all his adventures in this field.

PADMA SHRI N. KHELCHANDRA SINGH
Gaveshana Bhusan,
President, Manipur Historical Society,
Imphal; Member, Jawaharlal Nehru
Manipur Dance Academy; General Council
Member. Manipur State Kala Akademi;
Visting Guru, Parimal Academy, Bombay;
Member, Manipur State Gazeteer Committee.

# ৱারোল খরদং

শ্রীসেরাম বাবুধন সিংহ, এ্যডভকটনা ইবা "হিন্দু-মুসলিম ইমুং-মন্নুংগী আইন" কৌবা লাইরিককী অহানবা শরুক "হিন্দু ৱায়েল পথাপকী অনৌবা আইন খরা" কৌবা লাইরিক নমথ্রিহৈদা পাজহৌই। মৈতৈলোলদা অহানবা ওইনা ইথোকপা ৱায়েল পথাপকী লাইরিক লৈতে। পুম্নাদা মচেৎ-মকায় খরা ফংবত্তুস্তু সরকারনা শক খঙবিবা লৈত্রি। আইন খরদি মণিপুরদা চুমথোকপ্রে অমসুং শেমপ্রে। মতুশিংদু ইংরাজীদা তৌখিবা ঙাক্তনি। শ্রীসিংহগী নত্তবা অতোপ্পা মীওইনা আইনগী লাইরিক অমা অনি হন্দোকখিবা থেংনৈ; মতুশিংদু থোইদোক্লা মপুঙ ফাদনা উই। ভারতকী ৱায়েল-পথাপ অমদি আইন পুম্বা ইংরাজীদা মীতৌ তমহুনা ইখিবা ঙাক্তনি; মরমদি মীতৌ তমদনা অহানবা ওইনা ইথোকপা হৈতবদগীনি। মরম ওইনা সাহেবশিংনা ইরম্বা আইন লাইরিকশিংগী ৱাহৈ পরেংশিংদি অস্নকী মতিক চয়েৎননা ই (complex sentences) মহুদি, ফনা কুইনা আইন তমহুনা উকিল ওইরবা অমদি ৱায়েল-মপু ওইরবা মীওই ফাওবনা ৱাহন্দোকশিং য়েৎনবা লোইদবা য়াওরি। ইংরাজী লোলদি অদুকী মতিক ইনাক থুল্লি মহুদি, লোলসিদা মথল-মথেলগী ৱাথল ফোঙদোক্লবা ৱাহৈ মরাং কায়। অদুগা অমরোমদা ইংরাজী ৱাহৈ অয়াম্বনা মতাং অমসুং ফীবমগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা মওংদা ৱাহন্দোক কয়া কয়া থোকহনবা ঙম্মই।

লায়রবী ঈরোম্নি,
খঙদবনা হায়রবনি;
মৈতৈ কবি লাকখিনি।

মথক্কী ৱাহৈশিংসি সাহিত্যগী অমসুং কবিগী ৱানি। ৱায়েল পথাপকী অমদি আইনগী মতাংদদি কমদোৌবা! ৱাথোক-ৱায়েল, চৈরাপ-কুচু, ৱায়েল-কাতি, মীহাৎ-মীপুন, ৱায়েল-থৌওং ৱায়েল্লোন-ৱাথৈ-ৱাতেম্বনচিং-বদনা কমদোৌবা! মিরবা মতমগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা লৈজরমলবসু হৌ-জিক্কী মতমদা লায়ররবা ওইররে। মতুশিংদু ফারসী-ফিরঙ্গীশিংগী লোলনা ওন্না মুনখ্রে। অদুনা ৱায়েল-থৌওং খুদিংদা মখাগী ৱাহৈশিংশিনা মৈতৈগী লৈজরম্বা ৱাহৈ পুম্বা কাউহনখ্রে। মদুশিংদু মখাগী ৱাহৈশিংসিনি :— মেম্বর, দরবার, কোর্ট, শর্ত্ত, দেওয়ানী, সিভিল, ফৌজদারী, ক্রিমিন্যাল, কেশ, মোকুদ্দমা, পেশকার, দণ্ড, পাটি, পক্ষ, এলাকা, ডিসমিশ নত্রগা খালাস, উত্থাপন, সাক্ষী, হাজির; রায়, ডিক্রী, সমন জারিবা, অপরাধী আসামী, দোষী, জামিন, জরিমানা, কাইন, শক্তি, নকল নোথি তানবা (Certified copy লৌবা), দরখাস্ত, দরখাস্তকারী, বিচার অসিনচিংবনি।

**মৈতৈ ৱায়েল্লোলদা**— ৱায়েল, ৱায়েলশঙ, ৱায়েল-মপু, ৱায়েল ওমথং, পান্থোম (পেশকার) ৱাকৎ-মী, ৱাপা, ৱাকৎ-চে, ৱাতেম্বা, ৱাকোং-বা, ৱাথং তাউথবা, চৈরাক পীবা, ৱাথৈবা, ৱায়েঙ্গে, ৱায়েন-কাতি, নোংথ্রং ঈরূপ্পবা অসিনচিংবা চংনরম্মী। অরিবা অসি অমুক নৌহৌনা শীজিন্নবদা নোক্নফম ওইগদবসু ময়াওরি। অশেম-ৱাহৈ (Coined words) শিংসু মীনোক চঙনিঙাই অদুম মওই।

অসিগুম্বা চিরবা মতাংসিদা শ্রীসেরাম বাবুধন সিংহনা থৌদাং-লোদ য়াদ-মতাগুম মণিপুরগা মরী লৈনবা ভারতকী ৱায়েল পথাপকী আইনশিং ( Acts of Indian Laws ) কায়গদবগাক খল্লগা ৯ থক্ মৈতৈরোলদা হন্দোকতুনা মণিপুরগী লোনগৈদা চনশিনবিরে। ঈরোলদা লৈতবা ৱাহৈ কয়ামসু মীরোলদা অদুমক থমলগা খঙবা য়ানবা ৱাহন্দোক কয়াগুতৌহুনা মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনবিরি। মতাং অসিদা কবিগী মতৌ তমজহুনা ঐনা নৌহৌনা লাউজরি —

লায়রবনী ঈরোল্লি,
খঙদবনা হায়বনি ;
ঈরোলদা আইন ইন্নিনি।

হৌজিক কোঙজিবা লাইরিকশি **আইন মচা (Acts) মরিগীনি**। মসিগী মমাঙদা শ্রীসিংহনা মথাগী লাইরিকশিংসি হন্দোক্লুনা কোঙবিগ্রে :—

(১) ভারত সাক্ষী-সাবোন আইন ;
(২) লানগী খুৎজু-খুৎলাই আইন, ১৯৫৯ ;
(৩) পোলিশ অ্যাক্ট, ১৮৬১ ;
(৪) শেঙ্গা-থুমজা থিংনবা আইন,
(৫) আসাম ছাত্র অমসুং নহারোল চুরুট থকপগী আইন, ১৯২৩
( মণিপুরদসু চৎনহনগ্রবা )

আইন লাইরিকশিং অসি মথং মথং পাজরে ; অকোনবগীনা লোন্দা পুদাদা হেন্না ফগৎলকপা উই। অরায়বা থবক নত্তে। অচৌবা থৌ-দাংনি। ইগ্রবা আইন লংইরিক খুদিংমক য়ুমথোঙ খুদিংমকী কান্নবা ওাক্তনি। শ্রীসিংহবু য়াম্না থাগৎফম থোকই। শ্রীসিংহনা য়াম্না থৌনা ফনা অরাবা কোঙ্গায় থাঙহুনা লৌবিরিবা থৌদাংসি মৈতৈরোল খঙবা মীওই খুদিংমকীদমক্ আইনগী লমবেলদা লমজিং মৈরা ওইগনি হায়বসি ঐগী তরং তরং খঙনা নিঙজবা রাখলনি। মসিদা মীয়াম পুম্ন-মক্কসু অমদি লৈঙাক মপুশিংনসু শ্রীসিংহবু অঙন্থা মওংদা শৌগৎপিফম থোকই।

**সাইরেম নীলবীর**
সেলেক্সন গ্রেড লেকচরর,
পোলিটিকেল সাইন্স ডিপার্টমেণ্ট,
ডিঃ এমঃ কলেজ ওফ আর্টস এণ্ড কমার্স, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ১০।৮।৯২ ইং

# ৱাহৈ অমতং

শ্রীসেরাম বাবুধন সিংহ, এ্যডভকেট্না মৈতৈরোলদা পুথোকপা মুসলিম লুহোংবা অমসুং মহুদগী ওইরকপা ফীভমশিংগী মতাংদা নৈনবা লাইরিক ছাপা তৌত্রিবৈদা পাহৌই। শ্রীসিংহ মশাগী চহী ৪৫ শুরবা মতমদা জোনষ্টোন হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী ওঝা ওইনা ওইনা অয়ুক্তা অমদি নুমিদাংৱাইরমদা এল এল বি তম্বা লাকপদা ঐহাকসু এল এম এস লো কোলেজদা ওঝা ওইরম্মী মহাকী চিল্লবা মতমদা ফনা নিংথিনা হোৎনহনা মহাক ফনা ফজনা এল এল বি পরিক্ষা পাস তৌথি। ফাওরবা পণ্ডিত অমীর আলীনা হায়খিবা— মুসলিম ওইনা পোক্তবা অমসুং মুসলিমগী কোরদা চাউরক্তবা মীওইনা মুসলমানগী ৱায়েল পথাপ খঙবা মহৌশানা লুনা থোকই— হায়বা ৱাহৈশিংসু হন্দক শ্রীসিংহনা মহু মীওই খুদিংমক্তা ওইদে হায়বা তাকই। প্রিভি কাউন্সিলগী, তোঙান-তোঙানবা ভারত অমসুং পাকিস্থানগী হায়কোর্টশিংদা অমসুং সুপ্রিম কোর্টশিংগী কেশশিং ফনা ফজনা নৈনরি। কোর্টশিং অসিনা মুসলিমগী অরিবা ৱায়েল পথাপপু মাঙহনবা তৌদে। য়াম্না চেকশিঙবা মুসলিমশিংনসু অনৌবা আইনশিং (New Acts) শেমলকপা অসিনা অরিবা ৱায়েল পথাপ মাঙহনগদৌয়ে হায়বগী করিসু কিনিঙাই লৈতে। মুসলিম ৱায়েল পথাপ থুগায়দনা ভারতকী নাগরিক ওইবা য়ানবা অনৌবা আইন (New Acts) শেম্বদা পার্লিয়ামেন্টনা ঙমমখে হোৎনরি। অনৌবা আইনশিং (New Acts) পামজবা মুসলিমশিংনা খন্দোকচবা [option] য়ানবগী আইনগী ৱারোলসু পীরি। শ্রীসিংহনা ইথোরকপা লাইরিকসি মীচম প্রজাশিং, ছাত্রশিং, থোইদোক্লা মুসলিম লুপীশিংগী কান্নগনি থাজে। শ্রীসিংহনা অসিগুম্বা লাইরিকশিং মথং মথং পুথোকপিরকসনু।

শ্রীমুতুম চারুগোপাল সিংহ
এক্স লেকচরর, এল এম এস লো কোলেজ,
ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ১৪।১১।৯২ ইং

# বারোল খরদং

শ্রীসেরাম বাবুধন সিংহ, এ্যডভোকেট্‌না ইবা "মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা রায়েল পথাপ অমসুং অনৌবা আইন খরদং" কৌবা লাইরিক অসি নমথ্রিৰৈদা পাজহৌই। শ্রীসিংহগী লাইরিক অসি প্রিভি কাউন্সিল, ভারত অমসুং পাকিস্তানগী হায়কোর্ট অমসুং সুপ্রিম কোর্টশিংগী রায়দগী লৌ-খোক্লগা মৈতৈরোলদা হন্দোকপনি। শ্রীসিংহনা মুসলিমশিংগী অসিগুম্বা লাইরিক ইথোরকপসি আল্লাহগী লাখ লাখ সুকরনি। মুসলিমশিংগী মরক্তা এ্যডভকেটশিং লৈরগসু অহানবা ওইনা শ্রীসিংহনা মুসলিমগী রায়েল পথাপ অমসুং অনৌবা আইনশিংগী মতাংদা ইথোরকপা লাইরিক অসি মৈতৈ অমসুং মুসলিম খুন্নাইনা থাগৎফম থোকই। ইরিবা লোন্দা অসি মনিপুরগী মৈতৈ অমসুং পাঙন অনীমক্তা খঙবা য়াবা লোন্দাদা লায়না ইথোকই। মুসলিম রায়েল পথাপ, মুসলিম মীচমশিং খরমথৈ খঙলবসু মহু ভারতকী অনৌবা আইনশিংদা পানশিনবদি পার্লিয়ামেন্টনা তৌবনা মহুশিংহু ভাব তাবা রানা থোকই। লুহোংবা, থাইনবা অমসুং চাকথাক পীবা (নিকাহ, তলাক, নফক্কা) গা মরী লৈনবা আইনশিংদা শ্রীসিংহনা হোৎনজমল অসি শোয়দনা মুসলিম খুন্নাইগী কান্নবা ওইগনি। অসিগুম্বা ইথোরকপসি নেকীগী থবকনি লৌজে। মুসলিম খুন্নাইনা মসি পাবিরগা আমল তৌবিরবদি ভারতকী নাগরিক অমা ওইবদা খুদাগীসু থৌজাল ফংগনি। মুসলিম রায়েল পথাপকী অরুবা রারোল য়াওবনা অশোয়-অঙাম য়াওবা লৈরবদি অখঙ-অহৈশিংনা তাকপিরগা অইবনা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকপিসনু। অহুনা, কান্নবসি ফংমিন্নবা লাইরিকী কোপী অমমমতং লৌবিহুনা নৈনবিযু হায়না খ্বাইগী মকমদা হঙৎচরি।

আরঃ অহম্মদ শাহ
এক্স এমঃ সিঃ এসঃ
সর্ভে কম্মিসনর রকফ বোর্ড, মণিপুর।

ইম্ফাল,
তাং ১১।১১।৯২ ইং

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীসেৱাম বাবুধন সিংহ,এ্যডভটকনা খোমজিন্দুনা ইথোকপা "মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা রায়েল পথাপ অমসুং অনৌবা আইন খরদং" কৌবা লাইরিকসি ছাপা নমজিঙেদা পাজহৌই শ্রীসিংহনা আইনগী লম্বেলদা মৈতৈরোন্দা মুসলিমগী লাইরিক ইথোরকপসি তশেংনমক থাগৎচনিঙই।

হৌজিক মতমদা মুসলিম মচাশিংনা হোৎনজনা মৈতৈরোলদা তর্জুমা তৌথোক্লবা অমদি ইথোরকপা মৈতৈরোলগী মুসলিম সাহিত্যগী লাইরিক খরা খরা থোরক্লে। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি অয়াম্বনা "কুতুব খানা ইমদাদিয় মদ্রাসা, দারুল উলুম হাওরৈবী, মণিপুর" অমসুং "ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন (ইক্রা) মণিপুর, ইম্ফাল" না ফোঙ-খিবশিংনি।

অদুবু মুসলিম রায়েল পথাপ অমসুং আইনগী (Acts) মতাংদদি লাইরিক লৈত্রিবনি। আইনগী লাইরিকশিংদি ওম্মক ইংরাজীদা লৈবা ওাক্কনি। ইংরাজী নিঙথীনা হৈরবা মীওইশিংসু তমলুজ্রবদি আইনগী থোাওদদি লোঃশিনবা ওয়ঙ্ক্রিবনি। মসিগী অরাৎপসি শ্রীসিংহনা মেনথৎ-পিরকপসি মুসলিম খুন্নাইরোলশিংগী (সকাফাগী) দমক আল্লাহগী থৌজালনি।

মুসলিম খুন্নাইনা পামজবদি মুসলিম মচাশিং মরু ওইনা হৌরক্লিবা নহারোলশিং অসিবু দীন মশক খঙহনবা অমসুং মথোয়বু অফবা আমলগী মায়কৈদা কৌশিনবনি। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা শ্রীসিংহনা ইথোরক-পা অরিবা রায়েল পথাপ অমসুং অনৌবা আইনশিং (New Acts) অসি খঙবনা মুসলিম খুন্নাইবু অফবা লম্বীদা চিংশিনবা ওমগনি হায়বগী থাজবা লৈ।

ঐহাক্কী রাখলদা শ্রীসিংহগী লাইরিকসি য়ুমথোঙ খুদিংমক্তা কায়-গনি। মসি ফোঙদোরকপনা মৈতৈরোলগী লোনথৈদা মুসলিমগী রায়েল

পথাপ অমদি অনৌবা আইনগী (New Acts) কী চৎনবী হাপচিন্দুনা মুসলিম খুন্নাইগা অতৈ কাওলুপকা চান্ন-চিন্ননা নকশিন্ননা হিংমিন্নবদা মতেং ওইগনি খল্লি।

অহুনা অরোইবদা ঐহাক্না মুসলিম খুন্নাইদা হুঙ্গৎচনিংবদি ঐখোয়না ভারত পুম্বগী য়ানয়বা সুপ্রিম কোর্ট য়াওনা হায়কোর্ট কয়ানা জেপপ্রবা অরিবা রায়েল পথাপ অমদি পার্লিয়ামেন্টনা পাস তৌপ্রবা অনৌবা আইন (New Acts) কয়া অসি মীওই খুদিংমক্না খঙজিন্ননবা লাইরিক অসি য়ুমথোঙ খুদিংদা অমমম শীজিন্নবীয়ু হায়বসিনি।

ইম্ফাল,
তাং ১৪ । ১১ । ৯২ ইং

মুঃ অবদুল কৈয়ুম
এ্যাডভকট

# ৱাহৌ খুদোল

খুৱাইগী মীচমশিংদা হিন্দু অমসুং ইসলাম ৱায়েল-পথাপকী অনৌবা আইনশিং মৈতৈরোলদা হন্দোক্লুনা শোঁহনবনা লাইরিকসিগী অমতা ঙাম্বা পান্দমনি। মীওইনা পোক্লগদি, নাম্ম শোয়বা নত্রগা লম্বোইথিবা নত্তনা, মপুঙ ফানবু চাউরবদি, লুহোংবদি শোয়দ্রবনি। মতম চানা, আইন চুম্না হৌনবী নাইনা পাবোৎ চাননা লুহোংদবগী অকায়বা কোঙ্গায় থোকই। চহী কয়া শুবদা, কনাগা করম্না লোঃনগদবা অমসুং লোনবা য়াবর' য়াদবরা, পুত্তিন পেনতিন্নবরা, শাইরুক তিম্নবা মীওইরা লোঃনলৈনহৈদবগী ঙমখৈ মনুংদা চনবরা, চৎনবী কন্নিনা পুনবগে লুহোংলুরগা মতৈ-মনাও তোঙাম্না লৈতবা য়াদবা হায়বদি ঙাও-ফেহুনা নাবনা,লোঃনগনবা লায়না পকপনা নত্রগা মরানা মতুবু নত্রগা অমরোমদা মতুনসু মরাবু শাথীবা শাজৎনা ওৎ-নৈবনা নত্রগা তুংকোইগদবা শাথীবা লমচৎ চৎপনা নত্রগা লায়না লৈবনা থাইনদবা ইয়ামক য়াদ্রগনা করম্বা ৱায়েনশঙদা অমদি ৱায়েন-মপু কনাগী ৱাতেম ৱাখৈনা তোঙাম্না লৈনহনবা নত্রগা থাইনহনবা তাবা নত্রগা লুহোংলুরগা মরম ইচা চাদনা মতুনা নত্রগা মরানা মরা নত্রগা মতু থাদোকপা অদুগুম্বা মীওইগী মথক্তা অৱাবা তারিবা মীওইনা করম্না কনাদা ৱাকৎ-চে লানখৎলগা করম্বা ৱাখৈ-চেনা মতৈ-মনাওগী ওইবা লৈ-মিন্নবগী হক হঞ্জিন্নহনবা ঙম্বা য়াথং তাউথবা ৱাবা অসিনচিংবা পুম্বা অদুগা অসিদ নত্তনা কনা কনাবু হিন্দুমক নত্রবসু হিন্দুগী অনৌবা আইনশিংসিনা পুনশিন্দবা হায়বহ "হিন্দু লুহোংবগী আইন,১৯৫৫"দা মরীক চুম্না ইহুনা লৈ।

অদুগা "অঙাং" হায়বা মীওইসি কনাবুনো, অঙাংগী মমা-মপা লৈত্রবদি কনানা অঙাং ঙাকশেনগনি; অঙাং ঙাকশেনবা মীওই করম্না অমসুং কনানা খঃনগনি অমদি কনাবু খঃনবা য়াই; মমাগা মপাগা থাইনরগা

অঙাং কনাগীদা থমগনি ; অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী করি করি মতিক লৈফম থোকই ; লায়না পোকপা মচাগা আইন্না য়ানা পোকপা মচাগা করি থেৎন ; অঙাংগী লন-থুম ঙাকশেনবা কনানা থঃনগনি অমসুং মহাকী মতিক করি লৈ হায়বা অসিনচিংবনা "হিন্দু অঙাং অনসুং অঙাং ঙাকশেন-বা মীওইগী আইন, ১৯৫৬" তা মসিগা মরী লৈনবা রায়েনশঙ অমসুং রায়েন-মপুগা লোয়নননা মরীক চুম্না ইহুনা লৈ ।

অরোইবদা, মচা পোকচন্নবা মীওইনা নত্রগা মতৈ মনাওনা য়ান-জহুনা মীচাবোক য়োকপা, অশেংবা মমা মপানা মচাবু মীঙোন্দা য়োক্নবা করম্না পীথোকপা য়াব', য়োক্নবা পীথোক্লবা অমদি মীচাবোক য়োক্নবা লোঃরবা মতুংদা আইনগী মতাংদা করি মহৈঃ লাকপা ; করম্না অঙাংবু করম্না মীওইনা মীচাবোক ওইনা য়োকপা য়াবা ; করিগীদমক মীচাবোক য়োক্নরিবা ; য়োক্নখ্রবা মতুংদা অঙাং অদুগী ওইগদবা ফীভম ; অসিদসু নত্তনা অহল ওইরবা অমসুং শোল্লবা মমা মপাদা পীক্মথোকপা চাকথাক ; মতু-মচাদা পীকম থোকপা চাকথাক ; চাকথাকী চাং করম্না লেপকদবা অমদি করম্না রায়েনশঙনা, রায়েন-মপু কনানা রাখৈ-রাতেমগদবা হায়ব-দুসু— "হিন্দু মীচাবোক য়োকপা অমসুং চাকথাক পীবগী আইন, ১৯৫৬" তা মরীক চুম্না ইহুনা লৈ ।

অদুনা খুন্নাই মীয়াম্না হিন্দু রায়েল পথাপকী অনৌবা আইন লাই-রিকসি পুক্নিঙ চঙনা নৈনবিরগা মতম-চাঃনা, মরম চাঃনা মপা চাঃনা শোয়-রোইদবা মওংদা ইচা-ইচু অমসুং কনাগুম্বগীনা ইশামক লুহোংনবা মদুদগী য়াবমথৈ, ঈশানা কনজবা ওমদবা থৌদোক খরা নত্তনা, রাথোক-রায়েল থোক্তনবা, উকিলগী মথৌ তাদনবা, খাইনদবা অমদি ভোঙাল্লা লৈনদবা ইয়ামক য়াদবা মতৈ মনাও থাইদোক্নবা খরা নত্তনা, অমদি রায়েলশঙ অমদি উকিল চঙদবা য়াদবা রাথোক নত্রগা রায়েল্লোল খরা নত্তনা আইনশিংসি ইশা ইশানা খঙত্নুনা থবক থৌওং চথবা য়ানবা হোৎনবিয়ু ।

লোয়ন-লোয়ননা মীচাখোক য়োকপদা চঙদবা য়াদবা আইন, চাকথাক পীবা অমস্তুং কংবগী আইয়চিংবা কৃপ্পা খঙজিনবিয়ু। অত্থুগীদু মথক্তা "হিন্দু স্বত্বঃ কংনবা আইন, ১৯৫৬"তা হিন্দু অমগী স্বত্বঃ কংকম থোকপগী হৌনবী পুম্বা আইন ওইনা নৈনরি। মসি পুম্বা অনৌবা হিন্দু আইন মরি অসিদা ইয়বনি। য়াথোক-য়ায়েল মথৌ তারকপা ঙাইবিগনু। য়াথোক্ কনবিবা য়াবা কনবিহো। পনজখ্রিবা অরা অনাশিংসিদগী কনবিহোনবা খুন্নাই লৈবাক মীয়াম্না ঈংথনা লৈমিন্নবা য়ানবা য়ুমথোঙ খুদিংদা লাইরিকসি অমমম থমবিয়ু।

"মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা য়ায়েল পথাপ অমস্তুং অনৌবা আইন খরদং" হায়বসিনা লাইরিক অসিগী অনিশুবা শরুক্নি। মসিগী মতাংদা মথাগী অস্তুম্না নৈনজনিঙই :

মহরুম জষ্টিষ অমীর আলীনা হায়খি :— "মুসলিম অমা ওইনা পোকখিবা অমস্তুং মুসলিমগী মশাইগোন্দা চাউখিবা মীওই নত্রগদি মুসলিমগী য়ায়েল পথাপ খঙবা মহৌশানা য়াম্না লুই।" করিগী লুরিবনো হায়বসি ঐনা থিজিন্নিঙথি। থিজিল্লরগা নুংদা ফজবা কোঙ্গায় লৈরমলে। হেন্না লুর-লুরগা হেন্না ফজবা লৈরম্মী।

জষ্টিশ আমীর আলীগী য়া তুংইন্না, অরুবসি ঙম্বমথৈ লায়হন্দুনা মৈতৈরোল খঙবা মীওইশিংদা খঙহন্দুনা মত্থুগী মুংগী কান্নবা খঙহনবনা ঐহাক্কী পান্দমনি।

মীনা হায়নৈ, মমা-মপানা অহল ওইরগা পোকৃপা মচাদি শিংই। ইসলামদি আল্লাহগী খ্বাইদগী অতোনবা অশিংবা মচানি। ইসলামগী য়াহন্দোক অনি লৈ— (১) অহানবদা তাইবঙগী ওইনা হল্লগা মসিদি "মীপুম খুদিংগা শান্তি ওইনা ঈংথনা লৈমিন্নবা" হায়বনি। (২) অনিশুবদা থরায়গী লম্বেলদা হল্লগা মসিদি "ঈশ্বরদা নোঞ্জন্নুনা আল্লাহগী য়াকম ইনবা" হায়বনি।

হজরত মুহম্মদনা মশামকপু চাউনা খজরমদে, ইচম চম্বা মীওইনি খজরম্মী। মখানা মহাক অসি মীওইবশিংগীদমক ঈশ্বরনা তাইবঙদা থাঃরকপা আল্লাহুগী রাঃপুবা রসুল অমনি হায়রে।

কবিষ্টা (স্বর্গদুত) গী মপান্না আল্লাহনা হজরত মুহম্মদতা অমত্তুং হজরত মুহম্মদকী মপান্না মীওইবদা কুরআন ফোঙদোকপিখি। কুরআন-দা মীওইবগী "য়াথেল-পথাপ" ইরি। মসিগী মপান্না মীওইববু উঙমল্লবা পোৎ উৎহল্লি। মোৎলবা থম্মোয় শেংদোকপি। সমাজবু চাওখৎহল্লি। গনতান্ত্রিক ওইবা তম্বী। কুরআন্দা ইরিবা মীওইবগী লৌচৎ পথাপপু দীন ইসলাম কৌই।

হজরত মুহম্মদনা ইত্থুনা মচোই-মচোই থমললবা কুরআন অসি অহানবা খলিফা অবু বকরনা খোমজিনখি, অতুগা অহুমশুবা খলিফা উসমান্না অহানবা ওইবা কুরআন ফোঙদোকখি।

হজরত মুহম্মদনা হিংলিঙৈদা মহাক্না দীন অসি শন্দোকপা হৌত্রি-ঙৈদা আরবতা যিহুদি, খৃষ্টান, জোরোষ্ট্রিয়ান ধর্ম্মনচিংবা অতুগা অতৈ অতৈ ঈশ্বর থাজদবা অমদি লাই মখল মখল লাৎপা কাঙবু কাঙবু লৈরম্মী। মখোয়গী লৌচৎ-পথাপ হজরত মুহম্মদনা য়ারমদে। তশেংনমক মখোয়গী মরক্তা থরায়না চিংবিবা ধর্ম্ম কাঙলুপ য়াওদে খল্লম্মী মতম অসিদা ধর্ম্মদা শেংনা চৎপা থরায়না শেংনা চিংবিবা ঈশ্বর অমতমক থাজবা মহাকী মতুং ইনবা (হনিফ) কাঙবু অমা লৈরম্মী। মতাং অসিদনি হজরত মুহম্মদনা হনিফশিংদা দীন ইসলাম শন্দোকখিবনি।

হজরত মুহম্মদকী ধর্ম্মদি সমাজগী য়েংই। গনতান্ত্রিক ওই। মীওই অমনা শিরগা মহাক্কী লন-থুম খ্বায়দগী নক্কবা মরী-মতাদা কংহল্লি। অসিদগী নত্তনা মীওই খুদিংমক্কী মশাঃ মশাঃগী লন-থুমগী চামগী $2\frac{1}{2}$ "জাকাট" ওইনা কৎপা তম্বী। ইসলামনা মীওইবদা চপ মান্নবা থুংশিবা, চান্নবা হিংমিন্নবা তম্বী। ইসলামগী মতম্বীসি তশেংনমক কান্নব-মকনি। মথাগীশিংসি হজরত মুহম্মদকী পাউতাকশিংগী মচাংনি —

১। অহানবদা, হজরত মুহম্মদনা হায়—ইসলামদি পুম্নমক্-নোবা ধর্ম্ম নত্তে। ধর্ম্ম অসি চৌওগুম্না লিরে; হায়বদি ইসলামদি পৃথিবী হোৎবদগী লৈয়রকপ্রে অমুগা থাজবশিংনা হিংগত্রিবকাওবা লৈগনি। ঐদি মীচমনি, মীচম অমগুম্না ঐ লামবা য়াই; অমুখু ঐনা শন্দোকপা ইসলামদি আল্লাহদগীনি। আল্লাহনা ঐবু তম্বীবনি।

২। অনীশুবদা, "তাওহিদ" নত্রগা ঈশ্বর অমতনি হায়বা তম্বী। ইসলাম্না হায়-আল্লাহ অমতনি, অনী-অহুম নত্রগা য়াম্না লৈবগী রা তম্বীদে।

৩। অহুমশুবদা, মীওইবা ঐখোয় ইচিন-ইনাও ওাকনি। হজরত মুহম্মদনা জাতিগী ওইনা চাউথোকচবা লৈয়মদে অমসুং তম্বীরমদে। ইকোন-কোনবা ওইনা হজরত মুহম্মদনা তম্বীখি— আরবশিং অসি আরব নত্তবশিংদগী হেন্‌বা নত্তে। আরব নত্তবশিংমসু আরবশিংদগী চাউবা নত্তে। ঐখোয় পুম্নমক্ লোইনা আদমগী মচাশিংনি অমসুং আদম অহু চনপ্রবা লৈপাক্না শাখিবনি।

হজরত মুহম্মদনা শন্দোক্লম্বা ইসলামগী "রায়েল-পথাপ" অমসুং দীন খণ্ডনিণ্ডবা অমদি অমল খণ্ডহঞ্জনিঙবতনা লৌচিং ওইহুনা ঐনা মুসলিমগী "রায়েল-পথাপ" অসি খিজিঞ্জরুবনি। অরিবা রায়েল পথাপ অসি অনৌবা আইনদা পানশিন্নবা হায়কোর্ট কয়ানা, সুপ্রিম কোর্টনা অমসুং পার্লিয়া-মেণ্টনা হোৎনরি। মসি পুম্বা ওম্নমখৈ অরায়বা লোন্দা ইথোকচরি।

অমনা অমগী দীন মশক খণ্ডনবনা জাতি মশেন নুংশি-চান্নবা হিংমিন্ন-বগী মচাক ওইগন্না হায়বসু ঐহাক্কী অনীশুবা পান্দমনি। অরান-অহুই য়াওদনবা ইশামকপু তম্বীরকপা ওঝা ইবুংঙো শ্রীমুতুম চারুগোপাল সিংহ তাঃনজৈ মসিগীদমক ওঝাগী মকমদা পুন্সিগী ওইনা লমন তোনশিঞ্জয়ে। মথং-দা ইয়াম্বা দীন মশক খণ্ডলবা মুঃ আরঃ অহম্মদ শাহ, খেয়গাঁও দা লৈবগা রাহৈ খুদিং পামিন্নহুনা তাঃনজৈ। তাদনা রাবিখিবা পুন্সিগী কাউজরোই।

অহুগা অতোপ্পা ভাদ ইবুংঙো শ্রীয়েস্ত্রেম্বম ইমো সিংহ এ্যাডভকট জেন-রেলনস্থ লাইব্রিক অসি পাবিরগা "ফোররার্ড" অমা ইবিরকপা অসিগী-দমক তাদ ইবুংঙোবু পুক্সিগী কাউজরোই। অরোইবদা ইনাও ইবুংঙো মুঃ আব্দুল কৈয়ুম, এ্যাডভকটনস্থ রানা লাইব্রিক্ অসি থরায় য়াওনা পাবি-রগা রাহৈ খুরদং ইবিরকপা অমস্থং লাইব্রিকী অরান-অহুই য়েংবিরকপগী-দমক ইনাও ইবুংঙোবু ওম্থোক্সা থাগৎচৈ অমস্থং ইবুংঙোগী লমন পুক্সিগী তোনশিঞ্জরে হায়না লৌজরে।

অদুম ওইনমক লাইব্রিক অসিদা অরান-অহুই য়াওরম্বা থোক্রবদি মদু পুথোকপিরকপা অথঙ-অহৈ আলিমশিংদা পুক্সিগী লমন তোনশিঞ্জরে হায়না লৌজগনি অমস্থং অলিম অহুগী পাউতাকশিং মথংগী খুৎনমদা শোয়দনা চুমথোকচগনি।

মৈতৈ অমস্থং মুসলিম খুন্নাইনা লাইব্রিক্ অসি অমমমতং লৈঃবিহুনা পাবিনবা নোমুক্সা পুনেমজরি।

ময়ামগী থোগন্দা,

ইম্ফাল
তাং ১৭।৭।৯৫ ইং

সেরাম ববুধন সিংহ
এ্যাডভকট

# হিন্দু লুহোংবগী আইন, ১৯৫৫

## পন্দুপ—১

### —ৱাহৌ—

| সেক্সনশিং | হীরমশিং | লামায় |
|---|---|---|
| ১। | অতেনবা মিং অমসুং চৎনফম | ১ |
| ২। | আইন অসিগা মরী লৈনবা | ১ |
| ৩। | ৱাহৈশিংগী ৱাহন্দোক্ | ৩ |
| ৪। | আইন অসিনা নমহৎপা ওন্বা মতিক | ৫ |

### হিন্দু লুহোংবা

| | | |
|---|---|---|
| ৫। | হিন্দু লুহোংবগী অকক্নবা ফীবমশিং | ৬ |
| ৬। | ককথৎখ্রে। | |
| ৭। | হিন্দু লুহোংবগী ধর্ম্ম থৌরম | ৭ |
| ৮। | হিন্দু লুহোংবদা রেজিষ্টার তৌবা | ৮ |
| ৯। | মতৈ-মনাও তিন্নবগী মরী হন্জিন্নবগী হক | ৯ |
| ১০। | কোর্টনা মতৈ-মনাও তোঙানা লৈনহনবা | ৯ |
| ১১। | চৎনবা য়াক্রবা (void) লুহোংবা | ১০ |
| ১২। | থাদোক্নঙাই ওইবা (voidable) লুহোংবশিং | ১০ |
| ১৩। | থাইনবা | ১২ |
| ১৩ক। | কোর্টনা লুহোংবা থাইনবগী ৱায়েল থৌওং চত্থবদা তোঙানবা মওংগী ওইবা অয়া কোকপিনঙাই মরম | ১৫ |
| ১৩খ। | মতৈ মনাও থাইনবা | ১৬ |
| ১৪। | লুহোংবা মতুং চহী ১ গী মতুংদা থাইনবগী ৱাকৎ-চে লৌরোই | ১৬ |
| ১৫। | থাইনখ্রবা মীওইশিং অমুক লুহোংবা য়াবা | ১৭ |

## য়ায়েল হকলম অমসুং য়ায়েল্লোল

# হিন্দু অঙাং অমসুং অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী আইন ১৯৫৬

# হিন্দু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা অমসুং চাকথাক্ পীবগী আইন—১৯৫৬

## পন্দুপ-৩ ঃ চাকথাক্ পীবা

**পন্দুপ ৪**



# হিন্দু স্বত্বঃ ফংনবা আইন, ১৯৫৬

## পন্দুপ—১ ঃ য়াহৌ

## পন্দুপ—২

## উইল থনমদনা ফংবা স্বত্বগী চাউরাকপা নিয়ম

## শন্দুপ—৩



## শন্দুপ—৪



# মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা ৱায়েল-পথাপ অমসুং অনৌবা আইন খরদং

# হিন্দু লুহোংবগী আইন, ১৯৫৫

( ১৯৫৫ গী নং ২৫ শুবা )

# HINDU MARRIAGE ACT, 1955

( 25th Act of 1955 )

( As amended upto date )

# হিন্দু লুহোংবগী আইন, ১৯৫৫

**( ১৯৫৫ গী নং ২৫ )**

**তাং ১৮ । ৫ । ১৯৫৫ ইং ।**

হিন্দুশিংগী মরক্তা লুহোং-খোংদোংবগা মরী লৈনবা রায়েল পথাপ শেমদোক্লবা

অমস্থং

নিয়ম নাইনা ইশিন্দুনা থম্নবা আইন ।

নিঙতম্নবা ভারতকী ৬ শুবা চহীদা লোকসভানা মখাগী অস্থুম্না আইন শেম্লে ঃ

**পন্দুপ—১**

## য়াহৌ

**১ । অতেনবা মিং অমসুং চৎনফম—**

(১) আইন অসিবু "হিন্দু লুহোংবগী আইন, ১৯৫৫" কৌরনি ।

(২) মসি জম্মু অমস্থং কাশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম পুম্বদা চৎনগনি, অমস্থং আইন অসিনদি চৎনবা ভারতকী রাংমদা লৈবা লমদমশিংদা ভাবা, হিন্দুশিংগস্থু মরী লৈনগনি ।

**২ । আইন অসিগা মরী লৈনবা—**

(১) আইন অসি মখাগীশিংসিগা হায়বদি—

(ক) ভিরাশৈবা, লিঙ্গায়ট নত্রগা ব্রহ্মো, প্রার্থানা নত্রগা আর্য সমাজগী তুংইনবশিং য়াওনা হিন্দু ধর্ম্ম অসিগী করি মওং ওইরবস্থু নত্রগা মওং অমা ওইনা শাগত্তনা চৎলবা মীওইশিংগা মরী লৈনৈ ।

(খ) বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীগা—মরী লৈনৈ; অমসুং

(গ) মুসলিম, খৃষ্টান, পারসী নত্রগা যিহুদি ধর্ম্ম চৎপা মীওই নত্তবা—অদুবু আইন অসি চৎনবা লমশিংগী মনুংদা লৈবা অসিগুম্বা মীওইশিং হায়বদি, মখোয়বু হিন্দু, রায়েল পথাপনসু (Hindu Law) পুল্লমলোই অদুগা আইন অসি পাস তৌরমত্রগসু, হায়খিবা রায়েল পথাপ অদুগী শরুক থরা ওইনা মতাংসিদা নৈনরিবা রুহী নত্রগা চৎনবী করিগুম্বা মরমশিং অদুনসু পুল্লমলোই হায়বা প্রমান লৈত্রগদি, হায়খিবা মীওই অদুগসু মরী লৈনৈ।

**ব্যাখ্যা**—মথাগী মীওইশিংশি, ওইবা য়াবা ফীবমগী মতুং ইন্না হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইগনি—

(ক) আইন্না য়ানবু পোক্লবসু, লান্নহুনবু পোক্লবসু, হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মমা মপানা পোক্লবা;

(খ) আইন্না য়ানবু পোক্লবসু, লান্নহুনবু পোক্লবসু, অঙাং অদুগী মমা মপা অনিগী মরক্তা অমনা হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইরবা অমসুং অদুগুম্বা ট্রাইব, কাঙলুপ, কাঙবু নত্রগা ফুরুপ অদুগী ওইবা মমা মপা অদুনা অঙাং অদু য়োক্লকপা ওইরবা অমসুং

(গ) মীওই অদুনা—হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্মদা অতোপ্পা ধর্ম্মদগী ওল্লকপা নত্রগা ধর্ম্ম অতৈ ওল্লুরগা অমুক্তা ওনশিল্লকপা—মীওই ওইরবা।

(২) সব-সেক্সন (১) দা য়াওরিবা করি করি লৈজরবসু, কেন্দ্র সরকারনা আফিসিয়েল গেজেট্টা নোটিশ থোক্লুনা তোঙাম্না তাকপা নত্রগদি ভারত লৈঙাক পথাপকী আইন পরেং ৩৬৬ কী (Article 366 of the Indian constitution) ক্লোজ (২৫) গী মনুং চনবা শেডিউল্ড ট্রাইবকী (রাতগা য়াওরবা উপজাতিগী) মীওইশিংদদি আইন অসিদা ইরিবা করিগুম্বা অমত্তনা চলাইবা য়ারোই।

(৩) আইন অসিগী মনুংদা "হিন্দু" হায়বা রাহৈ অসি, হিন্দু ধর্ম্ম চত্তবা ওইরগনু, সেক্সন অসিগী রারমশিংগী মপান্না আইন অসিনা চলাইবা য়াবা মীওই অমবুসু য়াওই হায়না লৌগনি।

**৩। রাহৈশিংগী রাহল্লোক**— আইন অসিদা মতাংনা তোঙানবা মথৌ তাত্রগদি—

(ক) "রুহী" (Custom) অমসুং "চৎনবী" (Usage) হায়বা রাহৈশিং অসি হিন্দুশিংগী লৈফমদা, ট্রাইবলশিংদা, মীওই কাঙলুপ অমদা নত্রগা *ফ্‌রুপ অমদা লেপ্পা লৈতনা, চপমান্ননা অমসুং মতম কুইনা ঙাকলক্‌ুনা আইনগী মপাঙ্গল ফংলবা করিগুম্বা নিয়মশিংবু হায়বনি;

তৌবতদি, নিয়ম অদু অকরুবনি অমসুং লৈবাক মীয়ামগী অমদি লৈবাক ঙাকলোলগী ওন্ন-তৈনবা নত্রগা মরম চাদবা ওইরোইদবনি।

তৌবতদি অমুকসু, নিয়ম অদু ফ্‌রুপ অমগী ওইরবদি, ফ্‌রুপ অদুদা মহু শীজিন্নবা থাদোকখিদ্রিবা ওইগদবনি।

(খ) "ডিষ্ট্রিক্ট কোর্ট" হায়বদি সিটি সিভিল কোর্ট লৈবা এলাকাগী কোর্ট অদুনি অমসুং অতোপ্পা হকলমদনা রাকৎ-চে থাফম ওইরিবা মপুঙ ওইবা কোর্ট অদুনি অমসুং মহু রাজ্য সরকারনা আফিসিয়েল গেজেট্টা নোটিশ থোক্‌ুনা অপান্নলা তাকপা আইন অসিদা লৈনরিবা হক লৈবা প্রজা রাথোক রায়েনশঙ (দেওয়ানী লোয়শঙ, Civil Court) য়াওরি;

(গ) "পুতিন ঈশেং" (full blood) অমসুং "পুতিন ঈথাই" (য়েক-ঈথাই, half blood) —মান্নবা "পু" অমতদগী "পেন" অমতনা পোকুনা থাঙথরকপা মীওই অনিদু পুতিন ঈশেংগী মরী থোকনৈ. অদুগা "পু" অমতদগী তোঙান তোঙানবা "পেন" না পোকুনা থাঙথরক্লগদি মীওই অনিদু পুতিন ঈথাই (য়েক-ঈথাই) গী মরী থোকনৈ।

---

*"ফ্‌রুপ" হায়বসি ইংরাজীদা family হায়বনি।

(ঘ) "শাইরুক তিন্নবা" মান্নবা "পেন" অমতদগী থাঙথরকপা, অহুবু তোঙান তোঙানবা "পু" না পোকপা, মীওই অনি অদু শাইরুক তিন্নৈ।

**ব্যাখ্যা**—ক্লোজ (গ) অমসুং (ঘ) দা "পু" হায়বসিদা মপা অমসুং "পেন" হায়বসিদা মমা য়াওই।

(ঙ) "য়াবিহুনা শেমগৎবা" (Prescribed) হায়বগী রাহন্দোক্তি আইন অসিগী মনুংদা নিয়ম্না য়ারবা অহুনি;

(চ) "পুতিন-পেনতিন্নবা" (Sapinda relationship)—

(অ) মীওই অমগী মরীনা, খুদিংমক্তা অহানবা মীরোল ওইনা থীগদৌরিবা মীওই অদুদগী মথকলোমদা থীগৎলগা মমাগী মরীদা মীরোল অহুমশুবা য়াওনা থীগৎলবদি অদুগা মপাগী মরীদা মীরোল মঙাশুবা য়াওনা থীগৎলবদি পুতিন-পেন-তিন্নবগী মরী ফংই।

(আ) মীওই অনি, অমনা অমগী মরী মথকলোমদা থীগৎপদা 'পু-পেন' গী ওমথৈ মনুংদা তারবদি, নত্রগা মবানিগী মরী মথক্‌লোমদা থীগৎপদা মান্নবা 'পু-পেন' গী মরী লৈনরবদি মবানি পুতিন-পেনতিন্নৈ।

(ছ) "লৌন-লৈনবা য়াদবা মরী"—মথাগী মীওইশিং অমগা অমগা লৌন-লৈনবা য়াদবা মরী থোকনৈ :—

(অ) অমগা অমগা পুতিন-পেনতিন্নবা, নত্রগা

(আ) মীওই অমা অদু অতোপ্পা মীওই অমদুগী, মথক্লোমদা মপা, মপু, মমা অমসুং মবেনগী নত্রগা মথারোমদা মশূশিংগী মতূ নত্রগা মরা ওইরম্লবা, নত্রগা

(ই) অমা অদু অতোপ্পা অমদুগী মচিন-মনাওগী মতূ নত্রগা মপাগী নত্রগা মমাগী, মচিন-মনাও নত্রগা মবুং মপুরা নত্রগা মপু নত্রগা মবেনগী, মচিন-মনাও নত্রগা মবুং,মপুরা ওইরবা,নত্রগা

(ঈ) অনি অছু মচিন-মপুন্না, মামগা মন্নৌগা, মনেগা ময়াগা, নত্রগা মচিন মপুরাগী মচাশিং, নত্রগা মুপা মচিন মনাওগী মচাশিং, নত্রগা মুপী মচিন মনাওগী মচাশিং থোক্লরবা;

*ব্যাখ্যা—মথক্কী ক্লোজ (চ) অনসুং (ছ) গী মরী মতাশিং অসি মখাগীশিং অসি য়াওই:—

(অ) "পুক্তিন-ঈথাই" গী মরীশিং, শাইরুক, তিম্নবশিং, "পুক্তিন-ঈশেং" গী মরীশিংসু;

(আ) লান্নবা পোকপা মচাশিংসু অদুগা আইন্না য়ানা পোকপা মচাশিংসু;

(ই) য়োকখিবা মীচাবোক্কা অশেংবা মচাশিংগগী মরীশিংসু;

অদুগা ক্লোজশিং অসিদা থোক্লরিবা মরীশিং অসিগী ন্নাহন্দোকশিং অসি চপ-চপ চাননা লৌগনি।

**৪। আইন অসিনা নমহৎপা ওয়া মতিক—** আইন অসিনা তোঙান্না ফোঙদোকখ্রবা নত্তনা,

(ক) হিন্দু ন্নায়েল পথাপকী ( Hindu Law ) করিগুম্বা মতাং, নিয়ম নত্রগা ন্নাহন্দোক,

নত্রগা আইন অসি চৎনক্সিবৈগী মমাঙমক্তদা হায়খ্রিবা হিন্দু ন্নায়েল পথাপকী শরুক অমা ওইনা লৈরম্বা রুহী নত্রগা চৎনবীশিং অছু করিগুম্বা মতাং অদুগীদমক্তা আইন অসি চৎনরবনা মতুশিংদু চৎনবা তোক্কনি,

(খ) আইন অসিদা য়াওরিবা ন্নারমশিংগা অছুক য়ামনদি চানদবা করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইন হায়বদি, আইন অসি চৎনক্সিবৈগী মমাঙমক্তদা চৎনরম্বা লৈরগদি করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইনশিংদু চৎনবা তোক্কনি।

* মৈতৈগী লোনবা ন্নাবা ন্নাদবগী মতাংদি পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্মানা খোমজিল্লম্বা "মৈহৌরোল শাকক" (মৈতৈগী লোনবা ন্নাবা ন্নাদবা খঙনবা লাইরিক) য়েংউ।

# হিন্দু লুহোংবা

**৫। হিন্দু লুহোংবগী অকক্নবা ফীবমশিং**—মখাগী অকক্নবা ফীবমশিংসি থুংলগদি কনাগুম্বা কনাগুম্বী হিন্দু অনি লুহোংবা য়াই, হায়বদি,

(ক) লুহোংবা মতমদা নুপাগীনা মতূ অতৈ, নুপীগীনা মরা অতৈ লৈতবা;

(খ) লুহোংবা মতমদা নুপা-নুপী অনিমক মখাগী ফীবমশিংসি ওইদবা :—

(অ) অঙাওলাই চুবনা মরম ওইদুনা চৎনবা য়াবা মওংদা অয়াবা পীবা ঙমদবা;

(আ) চৎনবা য়াবা মওংদা অয়াবা পীবা ঙম্লবস্ু লুহোংবা অমস্তুং অঙাং পোকপদা মতিক চারোইদবা ফাওবা য়ৌনা ঙাওরি-ফৈরি নাবা;

(ই) থাশি-থানৌ হৌবা নত্রগা হঞ্জিন-হঞ্জিন শারৈ হৌবা।

(গ) লুহোংবা মতমদা বরনা চহী ২১ অদুগা কন্যানা চহী ১৮ মপুঙ ফারবা ফারবী ওইবা;

(ঘ) নুপা-নুপী অনি অদুগী চৎনবী রুহীনা লুহোংবা য়াবা নত্রগদি মবানি লৌন-লৈনবা য়াদবা মরী থোক্লবা;

(ঙ) নুপা নুপী অনিদুগী *চৎনবী রুহীনা লুহোংবা য়াবা নত্রগদি মবানি পুত্তিন-পেনতিন্নদবা।

৬। ককথৎখ্রে।

*মোইরাং অনৌবগা সেরামগা শাইরুক তিন্নৈ। মোইরাং অনৌ-বদি—ক্ষৌগৈশঙবম, শোয়বম, থোকচোম, মোইরাংময়ুম অসিশিংনি। অঙোমগা লুরাং শলাইগা লৌনহৈদে। খুয়োনথেম, মংথোম, শঙ্গম,

## ৭। হিন্দু লুহোংবগী ধর্ম্ম-থৌরম—

(১) বর নত্রগা কন্যাগী চৎনবী রুহী অমসুং ধর্ম্ম থৌরমগী মতুং ইন্না হিন্দু লুহোংবা অমা পাঙথোকপা য়াই।

(২) লুহোংবা অতুগী ধর্ম্ম-লোনচৎ (rites) অমসুং ধর্ম্ম-থৌরম (Ceremonies) অতুদা **"খোঙকাপ ৬ থাংবী" হায়বদি বর অমসুং কন্যা পুন্না অশেংবা মৈফম (যজ্ঞ) গী মমাঙদা খোঙকাপ তরেৎ থাংবা য়াওরগদি, তরেৎশুবা খোঙকাপ হেক থাংবা লোইবদা লুহোংবতু মপুঙ ফারে অমসুং পুনশিন্নরে হায়না লৌগনি।

---

পুদোঞ্জম, শাংদোঞ্জম, মানদিংবমগা অঙোম শলাইগা লৌনহেদে।

আক্রামগা তেম্বামাইবমগা শাইরুক তিন্নে।

ওইনাম, মাইমোম, লাইহৈবম, মোচেম, লাইশ্রম ৫সিগা লুরাংগা শাইরুক তিন্নে।

লুরাংশালাইগী হিজম, সালাম, নোংপোকপম, নোংথোম্বম, য়াংঙম্বম চিংগাংবম অমসুং হাওরোংবম খুমনগা লৌনহেদে।

নিংথৌজা শলাইগা মুংয়াংজম অমসুং লাইরেঞ্জমগা লৌনহেদে। লোক্তোংবমগা মুয়াংজমগা পেনতিন্নে। নাওরেমগা চেংলৈ শলাইগা শাইরুক তিন্নে।

শাইরুক মরি— (১) মোইরাং অনৌবগা অঙোমগা, (২) খুমনগা লুষাংগা (৩) খাবা ঙানবগা চেংলৈ শলাইগা (৪) মোইরাং অরিবগা ঙানবগা।

**হিন্দু শাস্ত্রদা "সপ্তপদি" হায়বনি। মসিদা বর-কন্যানা অশেংবা মৈফমগী অকোয়বদা খোঙকাপ ৭ থাংতুনা কোয়মিন্নে। মৈতৈ হিন্দুগীদি কন্যা-ঙাক্তনা ফম্লিবা বরগী অকোয়বদা তরেৎলক কোয়। অমুমুক কোয়বা লোইবদা কন্যানা বরগী মকোক্তা লৈ খুজোক অমমম চাইথৈ।

## ৮। হিন্দু লুহোংবদা রেজিষ্টার তৌবা—

(১) হিন্দু লুহোংবগী প্রমান পুখোকপদা খুদোং চানবা রাজ্য সরকারনা মহুগীদমক্তা য়াবিহুনা শেমগৎবা নিয়মশিংহু হিন্দু লুহোংবগী রেজিষ্টার বইদা চনশিন্নবা লুহোংবদা শরুক য়াগদৌরিবা মীওইশিংনা অকুপ্পা মরোল ইশিনবা য়াই।

(২) সব-সেক্সন (১)দা ইরিবা করিগুম্বা লৈজরবসু,রাজ্য সরকারনা মহু তৌবা মথৌ তাই নত্রগা ক্যান্নগাই ওই, হায়বা মোং লৈরগদি, সব-সেক্সন (১) দা পনখ্রিবা অকুপ্পা মরোল চনশিনবশিংহু রাজ্যগী মনুংদা নত্রগা মসিগী করিগুম্বা মফমদা, মরম পুন্নমক্তা ওইরবসু নত্রগা অসিগুম্বা মরম থরতদা ওইরবসু, মহু পন্দুনা, অমসুং করিগুম্বা অসিগুম্বা য়াথং থোক্লগনা, কনাগুম্বা মীওই অমনা মসিগী মতাংদা শেমগৎবা করিগুম্বা নিয়ম অহু থুগায়রবদি, লুঃ ২৫৲ ফাওবা কোংবা য়াবা চৈরাক পীগনি।

(৩) সেক্সন অসিদা শেমখিবা নিয়ম পুন্নমক মতুংদা রাজ্যগী আইন সভাদা পুখৎকদবনি।

(৪) হিন্দু লুহোংবগী রেজিষ্টার অসি মরম চাবা মতম পুম্বদা মীশিংনা য়েংনবা হাংহুনা থমগদবনি, অমসুং মহুদা য়াওবা জবানশিংগী নক্কল নোথিশিং (Certified Copies) হায়জ-চে থারগা আইন্না য়াবা মতুংইন্না মহু *সাক্ষী সাবোনগীদমক শীজিন্নগদবনি।

(৫) সেক্সন অসিদা য়াওবা করিগুম্বা হিন্দু লুহোংবা অমগী আইন্না চৎনহনবা য়াবগী মতিক অহু মাঙলোই।

---

*মসি "এবিডন্স" হায়বনি। এবিডন্সকী অর্থদি "ভারত শাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ৩ য়েংউ।

# মতৈ-মনাও তিন্নবগী মরী হঞ্জিন্নবগী হক অমসুং

# কোর্টনা মতৈ-মনাও তোঙান্না লৈনহনবা

**৯। মতৈ-মনাও তিন্নবগী মরি হঞ্জিন্নবগী হক—**

মরানা ওইরবসু মতূনা ওইরবসু, মরম চাদনা, মতূ নত্রগা মরা অতুগা লোয়নবা তোকথোক্লবা মতমদা, অরাবা ফংলিবা মরা নত্রগা মতূ অতুনা ডিষ্ট্রিক্ট কোর্টতা মতৈ-মনাও তিন্নবগী মরী হঞ্জিন্নবগী হক ফংনবগীদমক রাকৎ-চে থাবা য়াই, অতুগা অতুগুম্বা রাকৎ-চে অতুগী চেরোলশিং অতু চুন্নে খঙলবদা অমসুং রাকৎ-চে অতু য়াবিরোইদবগী মরম লৈত্রবদা রাকৎ-চেগী মতুং ইন্না মতৈ-মনাও তিন্নবগী মরী অতু হঞ্জিন্নবগী হক ফংনবা রাখৈ পীবিবা য়াই।

**ব্যাখ্যা**—লোয়নবা তোকথোকপা অতুগী ভাকপিনবা য়াবা মরম প্রমান তৌফম থোকপতু লোয়নবা তোকথোক্লিবা মীওইগী মথক্তা তাফম থোকই।

**১০। কোর্টনা মতৈ-মনাও তোঙান্না লৈনহনবা—**

(১) লুহোংবা অমগী, নুপানবু ওইরবসু নুপীনবু ওইরবসু, আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদা ওইরবসু চৎনবা হৌপ্রবা মতুংদা ওইরবসু, কোর্টনা তোঙান্না লৈনহন্নবগী রাখৈ পীবিয়ু হায়না সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (১)দা শেংনা তাকথ্রিবা মরমশিংদগী অমতং পন্দুনা, অতুগা মতূনা থাবা ওইরগনা সেক্সন অতুগী সব-সেক্সন (২) দা হায়রিবা মরমশিংগী মরক্তগী অমতং পন্দুনা লুহোংবা থাইনমবগী *রাকৎ-চে থাবগীগুম্না *রাকৎচে থাবা য়াই।

---

*"রাখৈ" "রাকৎ-চে" "রাকৎ-মী" অমসুং "রাপা" হায়বা রা-হৈশিংসি "ডিক্রী" "দরখাস্ত" "দরখাস্তকারী" অমসুং "বিবাদী" গী মথংশিংনা অশেংবা মীতৈরোলনি।

(২) কোর্টনা তোঙাল্লা লৈনহন্নবগী রাখৈ পীগ্রবদি রাকৎ-মীবু *রাপাগা অমুক হন্না পাদোংমিন্নগদবনি হায়বগী অপুনবা লৈত্রে, অদুবু কোর্টনা, মীওই অনিগী মরক্তা অমনা রাকৎ-চে থারবদি রাকৎ-চে অদুদা য়াওরিবা চেয়োল অদুগী অচুম্বা অদু খঙলগা, মদু তৌবা মরম চায় হায়না খল্লগদি পীগ্রবা রাখৈ অদু ককথৎপা য়াই।

## —আইন কায়রবা লুহোংবা অমসুং খাইনবা

**১১। চৎনবা য়াদ্রবা (Void) লুহোংবা**—আইন অসি চৎনবা হৌথিবা মতুংদা পাঙথোকখিবা লুহোংবা অদু আইন কায় অমসুং চৎনবা য়াদে (null and void) অমসুং নুপা নুপী অনিগী মরক্তগী অমনা অতোপ্পা অমদুগী মথক্তা রাকৎ-চে থারগা মদু সেক্সন ৫ গী ক্লোজ (অ), (ঈ) অহসুং (উ) দা পনখ্রিবা অকরুবা ফীবমশিংদু থুগায়রবদি আইন কায়বগী ডিক্রী অমা লাউথোকপা য়াই।

**১২। থাদোক্লুঙাই ওইবা (Voidable) লুহোংবশিং**—

(১) আইন অসি চৎনবা হৌগ্রগবু ওইরবসু হৌদ্রিঙৈদগীবু ওইরবসু পাঙথোকখিবা করিগুম্বা লুহোংবা অমা থাদোক্লুঙাই ওই (Voidable) অমসুং মদু আইন কায়বগী রাখৈ অমনা মথাগী করিগুম্বা মরম অমদা ককথৎপা য়াই; মদুদি :—

(ক) *রাপা অদু ফম্বী কংলবা মীওই ওইবনা মতুগা পাদোংমিন্নদুনা লুহোংবা অদু মপুঙ ফাহনদ্রে হায়রবা, নত্রগা

(খ) লুহোংবা অদু সেক্সন ৫ গী ক্লোজ (আ) দা পল্লিবা রারমদু থুগায়রে হায়রবদা, নত্রগা

---

* "রাখৈ", "রাকৎ-চে", "রাকৎ-মী" নচিংবগী রাহন্দোকতি সেক্সন ১০ গী নোট য়েংউ।

(গ) *রাকৎ-মীগী অয়াবা অদু, নত্রগা, "অঙাং লুহোংবা থিংনবা (শেমদোক্লবা) আইন, ১৯৭৮ (১৯৭৮ গী ২শুবা)" লাক্লিঙৈগী মমাঙদা ওইরম্বা অদুগী মতুং ইন্না অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অদু পাঙথোকলিবা লুহোংবা অদুগী মওংদা নত্রগা রাপাগী করিগুম্বা ওইরিবা থৌদোক নত্রগা ফীবম অদুগা মরী লৈননা নমফূদা নত্রগা নমথাক তৌদুনা লৌখিবনি হায়রবদা, নত্রগা

(ঘ) *রাপা অদু লুহোংবা মতমদা রাকৎ-মী নত্তবা অতৈ মীওই অমনা মীরোলহনখ্রে হায়রবদা।

(২) সব-সেক্সন (১) দা ইরিবা করিগুম্বা লৈজহুনসু লুহোংবা কক-থৎনবা *রাকৎ-চে অমতসু

(ক) সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (গ) গী মনুংদা পনখিবা মথাগীশিং অসি লৈরবদি য়াবিরোইদবনি :—

(অ) তৌখি হায়রিবা নমফূ অদু লেপথ্রবা মতুং চহী অমা হেল্লগা রাকৎ-চে অদু থারবদা, নত্রগা ওইবা য়াবা ফীবমগী মতুং ইন্না নমথাক অদু খণ্ডখিরল্লে হায়রবদা, নত্রগা

(আ) *রাকৎ-মী অদু মুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু,মহাক্না চপচানা য়াবা য়াওনা লুহোংলিবা অতোপ্পা মীওইগা, নমফূ অদু শীজিন্নবা লেপথ্রবা মতুংদসু মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নখ্রে, নত্রগা ওইবা য়াবা ফীবমগী মতুং ইন্না, নমথাক অদু মতম অদুদা হান্নমা খণ্ডখিরমলে, হায়রবদা;

(খ) সব-সেক্সন (১) দা য়াওবা করিগুম্বা লৈজহুনসু, লুহোংবা ককথৎনবা *রাকং-চে অমতসু সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (ঘ) গী মনুংদা পনখিবা মথাগীশিং অসিদা কোর্টনা পেনবিবা লৈত্রগদি, য়াবিরোইদবনি—

*"রাকৎমী" অমসুং "রাকৎ-চে" গী রাহন্দোকশিংদি সেক্সন ১০ গী নোট য়েংউ।

(অ) ৱাকৎ-মী অদু লুহোংবা মতমদা ওই হায়রিবা **ফীবম অদু খঙলমদে হায়বা;
(আ) আইন অসি হৌদ্রিঙৈদা লুহোংখিবা ওইরগনা, আইন অসি হৌখিবগী চহী অমগী মনুংদা অদুগা লুহোংখিবা অদু আইন অসি চৎনবা মতুং চহী অমগী মনুংদা ৱাকৎ-চে অসি থাবা ওইগদবনি হায়বা, অমসুং
(ই) ৱাকৎ-মীনা মথক্তা হায়খিবা মরম অসি লৈরে হায়বা খঙ-লকপদগী হৌনা, মশানা য়ানা লুহোংবগী ওইবা পাদোং-মিন্নবা অদু তৌদ্রে হায়বা।

**১৩। খাইনবা** (১) আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদবু ওইরবসু নত্রগা আইন অসি চৎনবা হৌখ্রবা মতুংদবু ওইরবসু, নুপা নত্রগা নুপীনা থাবা ৱাকৎ-চে অমনা, অতোপ্পা মীওইনা তৌবা মথাগী মরমশিং অসিদা খাইনবগী ৱাখৈ পীদুনা লুহোংবদু খাইনহনবা য়াই :—

(অ) চৎনবী কায়দনা লুহোং থৌরম অদু পাওথোকখ্রবা মতুংদা মশা মশাগী মতু নত্রগা মরা নত্তবা মীওইগা মশা মশানা য়ানা পাদোংমিন্নখ্রবা; নত্রগা
(অ-১) চৎনবী কায়দনা লুহোংবা থৌরম অদু পাওথোকখ্রবা মতুংদা ৱাকৎ-মী অসিবু তমথীবা শাজৎ চৎপিরবা; নত্রগা
(অ-২) ৱাকৎ-চে অসি থাদ্রিঙৈগী হেক মমাঙ চহী ২ দগী তাদনা, লেপ্পা লৈতনা ৱাকৎ-মী অসিবু থাদোকখ্রবা; নত্রগা
(আ) অতোপ্পা ধর্ম্ম ওন্দুনা হিন্দু ওইবা তোল্লবা; নত্রগা
(ই) লায়েংবা ওমদবা মওংদা অঙাওলাই চুদুনা লৈরক্লবা, নত্রগা অসিগুম্বা মওংদা অসি ফাওবা লৈরে হায়বদি, লেপ্পা লৈতনা

---

**"ফীবম" হায়বসি ইংরাজীদা fact হায়বনি। Fact কী আর্থদি "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ৩ য়েংউ।

নত্রগা মর়ক মরক্তা ভাওরি-ফৈরি নাতুনা লৈরকপা অতুনা মরম ওইতুনা রাকৎ-মী অতু রাপা অতুগা লৈমিন্নবা ঙমগনি হায়বগী অচাবা মরম তশেংনা উবা ঙমত্রবা।

**ব্যাখ্যা**—ক্লোজ অসিদা—

(ক) "ভাওরি-ফৈরি নাবা" হায়বগী রাহন্দোক্তি পুক্নিঙগী চাওখৎপদা অথিংবা লৈবা, নত্রগা মপূঙ ফাদবগী হায়বদি মিতুন চোইবা নত্রগা অতৈ করিগুম্বা মওং কায়বা নত্রগা পুক্নিঙগী অশোনবা লায়না মথল অমনি অমম্তুং মসিদা পেং চোইবা য়াওই।

(খ) "মিতুন চোইবা" হায়বগী রাহন্দোক্তি অতৎপা লৈতনা মওং কায়বা নত্রগা পুক্নিং শোনবা লায়নানি (মসিদা ওইফম থোকপা মরৌশিং হন্থবস্থু য়াই হন্থদবস্থু য়াই) অতুবু মসিদা রাপা অতুগী মীঙোন্দা হেক্লিনবা শাজৎ অমদি শাথীনা মথৌ খঙদবা লীচৎ য়াওই অমম্তুং মতু লায়েংবা য়াবস্থু য়াই য়াদবস্থু য়াই; নত্রগা

(ঈ) লায়েংবা ঙমত্রবা মওংদা শাথীবা কুষ্ঠিনা নাতুনা লৈরক্লবা; নত্রগা

(উ) ঈশিং থোঙগী লায়নানা লৌনবা য়াবা লায়নাগী মওংদা নাতুনা লৈরক্লবা, নত্রগা

(ঊ) ধর্ম্মগী কাঙলুপ অমদা চৎলগা তাইবঙগী হৌনবী থাদোকখ্রবা ওইরবা; নত্রগা

(ঋ) মীওই অতুনা হিংলম্লগাদি মাগী মরমদা মীওইশিং খরনা তাবা ফংলমগদবা, অতুবু মাগী মরমদা হিংলি হায়না চহী ৭ নত্রগা হেন্না মীওইশিং অতুনা করিস্থু তাথিদ্রবদা; নত্রগা

**ব্যাখ্যা**—সব-সেক্সন অসিদা "থাদোকপা" হায়বা রাহৈসিগী রাহনদোক্তি *রাকৎ-মী অতুবু লুহোংলিবা অতোপ্পা মীওইনা মরম লৈতনা অমম্তুং অয়াবা য়াওদনা নত্রগা অসিগুম্বা *রাকৎ-মী অতুগী নিঙবগী

*"রাথৈ" অমম্তুং "রাকৎ-মী" গী রাহন্দোক্তি সেক্সন ১৮, গী নোট য়েংউ।

মায়োক্তা থাদোকপবুনি, অমস্থং মসিগী ব্যাকরনগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা রাহন্দোক্কী অমস্থং মান্নবা হৌরকফমগী ওইবা লোলগী মতুং ইন্না রাহন্দোক অহু লৌগনি।

(১-ক) আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদবু ওইরবস্থু নত্রগা চৎনবা হৌথ্রগবু ওইরবস্থু পাঙথোকখিবা লুহোংবা অমগী মুপা নত্রগা মুপীনা মথাগী মরম অসিদা খাইনবগী রাখৈনা লুহোংবা খাইদোক্নবা রাকৎ-চে থাবা য়াই :—

(অ) মুপা মুপী অহুনা শোক্নরিবা কেশ অমদা কোর্টনা তোঙান্না লৈনহন্নবা ডিক্রী পীবগী রায়েল-থৌওং অমদা রাখৈ অহু পীরবা মতুং চহী অমা নত্রগা হেন্না নুপা-নুপী অনি অহু লুহোংবহুগী মনুংদা অমুক হন্না পাদোংমিন্নবা লৈত্রবা; নত্রগা

(আ) মুপা-নুপী অহুনা শোক্নরিবা কেশ অমদা কোর্টনা মতৈ-মনাও ওইবগী হক হঙ্গিহন্নবা রাখৈ পীবগী রায়েল-থৌওং অমদা রাখৈ অহু পীরবা মতুং চহী অমা নত্রগা হেন্না নুপা মুপী অনি অহু লুহোংবহুগী মনুংদা অমুক হন্না মতৈ মনাও ওইবগী হক অহু হঙ্গিন্নবা লৈত্রবা।

(২) মথাগী মরমশিং অসিদা মতু ওইবা অমনা লুহোংবা খাইদোক্নবগীদমক খাইনবগী রাখৈ কংনবা রাকৎ-চে থাবা য়াই :—

(অ) আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদা পাঙথোখিবা লুহোংবগী মতাংদদি, মরা অহুনা অসিগুম্বা আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদা অমুক হন্না লুহোংথ্রবদা নত্রগা রাকৎ-মীপা লুহোংবা মতমদা মরা অহুনা আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদা অতোপ্পা মতু অহু রাকৎ-চে অসি থাবা মতমদা, হিংবা ওইরবদা, নত্রগা

(আ) মরা অহু লুহোংবা মতমদগী হৌজুনা মুপী নমজুনা পাদোংরা, মতাও তৌনবা নত্রগা শারমচৎ চৎপগী মরাক লৈবা মীওই ওইরবদা।

(ই) হিন্দু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা অমসুং চাকথাক পীবগী আইন ১৯৫৬ (১৯৫৬ কী ৭৮ শুবা) কী মথাদা শোক্লবা *প্রজা রাথোক রায়েল অমদা নত্রগা মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোল, ১৯৭৩ (১৯৭৪ গী ২শুবা) গী সেক্সন ১২৫ গী মথাদা, নত্রগা হান্নগী অরিবা মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোল ১৮৯৮ (১৮৯৮ গী ৫ শুবা) গী সেক্সন ৪৮৮ গী মথাদা চথবা রায়েল-থৌওং অমদা, ওইবা য়াবা ফীবমসী মতুং ইন্না, মতূঙ্গা, মতু অহু তোঙাম্না লৈজরবসু, চাকথাক পীনবা মরাগী মথক্তা তাপ্রবা রাখৈ নত্রগা য়াথং অমা লৈরবদি রাখৈ নত্রগা য়াথং অহু তারবা মতুং চহী অমা নত্রগা হেন্না মতৌ মনাও অমিগী পাদোংমিন্নবহু চথমিন্নত্রবদা; নত্রগা

(ঈ) নুপী অহুগী লুহোংবহু (পাদোংমিন্নহুনা মপূঙ ফাহনপ্রবসু নত্রগা মপূঙ ফাহন্ত্রিবা ওইরবসু) মশাগী চহী ১৫ শুন্ত্রিদ্রৈদা পাঙথোকখিবা লুহোংবা ওইহুনা, মহাক্না চহী শুরহুনা, অহুবু চহী ১৮ দি শুন্ত্রিদ্রৈদা লুহোংবহু য়ানিওদে হায়না হায়দোকলবদা।

**ব্যাখ্যা**—হিন্দু লুহোংবগী রায়েল পথাপ (শেমদোকপা) আইন, ১৯৭৬ (১৯৭৬ কী ৬৮ শুবা) অসি চৎনবা হৌত্রিদ্রৈদবু ওইরবসু নত্রগা হৌপ্রবা মতুংদবু ওইরবসু পাঙথোকখিবা লুহোংবা অমদা ক্লোজ অসি পনগনি।

**১৩ক। কোর্টনা লুহোংবা খাইনবগী রায়েল থৌওং চথবদা তোঙানবা মওংগী ওইবা অরা-কোকপিনভাই য়রম**—আইন অসিগী মথাদা রায়েল থৌওং অমা চথনবা থাইনবগী রাখৈ পীরুরা লুহোংবা খাইদোক্লবা রাকং অমদা, মথক্তা পনপ্রবা সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন অমগী

*প্রজা রাথোক রায়েলগী রাহন্দোক্তি "civil case" হায়বহুনি।

ক্লোজ (আ), (উ) অমস্তুং (খ) গী মরমশিং পল্লগা থাবা রাকৎ-চে নত্তনা কোর্টনা, কেশ অদুগী ফৈবম অদু রাখল তৌরগা, মতু খৈ খল্লগদি, খাইন-বগী রাখৈ পীবগী মহুত্তা, মতৈ-মনাও তোঙাল্লা লৈহন্নবগী রাখৈ পীবা য়াই ।

**১৩খ। মতৈ-মনাও খাইনবা—**

(১) "লুহোংবগী রায়েল পথাপ (শেমদোক্লবা) আইন, ১৯৭৬ চৎনবা হৌদ্রিঙৈদবু ওইরবস্তু নত্রগা চৎনবা হৌখ্রবা মতুংদবু ওইরবস্তু পাঙথোকখিবা লুহোংবা অমগী নুপা নুপী অনি অদুনা মবানি চহী অমা নত্রগা অমদগী হেন্না তোঙাল্লা লৈরক্লি, হায়রবদি মবানি অমুক লৈমিন্নবা ওমদ্রে অমস্তুং মবানি পুক্লিঙ অমতা ওইনা লুহোংবদু খাইদোক্কদবমকনি হায়না য়ানরে হায়না মরম পীদুনা আইন অসিদা ইরিবা রারমশিংগী মখা পোল্লা কোর্টনা খাইনবগী রাখৈ পীদুনা লুহোংবা খাইদোক্লবগী রাকৎ অমা ডিষ্ট্রিক্ট কোর্ট'তা মবানিনা পুল্লা রাকৎ-চে থাবা য়াই ।

(২) সব-সেক্সন (১) দা পনখ্রিবা রাকৎ-চে অসি থাবা তারিখতগী থা ৬ তগী তাদনা লৈরগা নুপা-নুপী অনিমকনা কোর্ট'তা রাকৎ অদু চখবিয়ু হায়না নোমগনি, অদুগা হায়খ্রিবা তারিখতুদগী থা ১৮ দগী থেংথদনা,রাকৎ অদু মতমদুদা কোর্ট'তগী লৌথোক্লমদ্রগদি (not with-drawn), কোর্ট'না পেনবিরগদি, কাঙবু অনিদুগী রা তারগা অমস্তুং ফগনি হায়বা মওংদা অসিগুম্বা থিজিন হূমজিনবা চথরগা, চৎনবী কায়দনা লুহোং-থোরমদু পাঙথোকখি অদুগা রাকৎ-চেদা ইরিবদু চুমই হায়রগদি, রাখৈ পীবা নুমিত্তগী খাইনবগী রাখৈ অদু, লুহোংবদু খাইদোক্লবা, তাবা য়াই ।

**১৪। লুহোংবা মতুং চহী ১গী মনুংদা খাইনবগী রাকৎ-চে লৌরোই**—(১) আইন অসিদা য়াওবা করিগুম্বা অতৈ লৈজরবস্তু, লুহোংবা নুমিত্তগী রাকৎ-চে থাবা নুমিৎ ফাওবদা চহী অমা হৌদ্রিঙৈদা কোর্ট'না কনানস্তু খাইনবগী রাখৈনা লুহোংবা খাইদোক্লবা রাকৎ-চে লৌবগী মতিক লৈত্তে;

তৌবতদি, হায়কোর্ট'না মতুগী মতাংদা শেম্বা নিয়মচিংবগী মতুং ইন্না লুহোংবা মুম্মিংতগী চহী অমা ফাজ্রিডৈদা থাবা রাকৎ-চে রাকৎ-মী অসি-গীদমক থোইদোক-হেন্দোক্না অরাবা লৈ নত্রগা রাপানা থোইদোক-হেন্দোক্না ফত্তবা লমচৎ চৎপা লৈ হায়না কোর্টনা লৌবিবা য়াই, অদুবু কোর্টনা রাকৎ-চে অদুগী মরোল তাবা মতমদা রাকৎ-মী অদুনা রাকৎ-চে অদু থানবা কেশ অদুগী মওং লান্না পুখৎতুনা নত্রগা লোত্তুনা রাকৎ-চে থানবা অয়াবা ফংগ্রে হায়বা কোর্টনা উরবদি, রাখৈ হায়দোকখ্রগসু অককনবা ফীবমগী মথা পোন্না লুহোংবা মুমিত্তগী চহী অমা ফাজ্রিবা ফাওবা রাখৈ অদু চৎনবা থক্ য়ারোই নত্রগা রাকৎ-চে অদুদা পল্লিবা অমসুং মদুবু শৌগৎলি হায়রিবা তশেংবা *মরমশিং অদুমক্তদা রাকৎ-চে অদু থাবা য়াবিবগা লোয়ননা হৌজিক্কী রাকৎ-চে অদু ককথৎপা য়াই।

(২) সেক্সন অসিগী মথাদা, লুহোংবা নুমিত্তগী চহী অমা ফাজ্রিডৈদা খাইননবগী থাবা করিগুম্বা রাকৎ-চে অমা খন্নরগা লোইথোকপদা; কোর্টনা লুহোংবা অদুদগী পোকপা কনাগুম্বা অঙাংশিংগী ফগদবা য়েংদুনা চহী অমা অসি ফাজ্রিডৈগী মনুংদা করিগুম্বা তাইশিন্নবা য়াবগী ওইবা য়াবা মরম লৈবরা হায়না খনবিগদবনি।

## ১৫। খাইনখ্রবা মীওইশিং অমুক লুহোংবা য়াবা—

খাইনবগী রাখৈ অমনা লুহোংবা অমা খাইদোক্লখ্রবদা অমসুং রাখৈ অদুগী মথক্তা আপীল থাবগী হক লৈরবসু, আপীল থাদনা আপীল থাবগী মতম হৌখ্রবদা, নত্রগা আপীল অমা থারে অদুবু মদু ককথৎখ্রবদা (dismissed) নুপা নুপী অনিগী মরক্তগী অমনা অমুক লুহোংজবা আইন্না য়াবমক্নি।

*"মরমশিং" হায়সি ইংরাজীদা "ফ্যাক্ট" হায়বনি। "ফ্যাক্ট" কী অর্থদি "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ৩ য়েংউ।

**১৬। চৎনবা য়াত্রবা (void) অমসুং থাদোক্কঙাই ওইরবা (voidable) লুহোংবশিংদগী পোকপা মচাশিং কয়াম্না আইন্না য়াবা** – (১) করিগুম্বা লুহোংবা অমা সেক্সন ১১গী মখাদা আইন্না চৎনবা য়াদবনি হায়জরগম্বু, লুহোংবগী রায়েল পথাপকী (শেমদোকপা) আইন, ১৯৭৬ (১৯৭৬ কী ৬৮ শুবা) চৎনত্রিবৈগী মমাঙদা ওইরবস্থু নত্রগা মতুংদা ওইরবস্থু পোকপা অঙাং, হায়বদি আইন অসিগী মখাদা লুহোংবা অদুগী মতাংদা চৎনবা য়াদবা লুহোংবনি হায়না রাখৈ (ডিক্রী) পীরবস্থু পীত্রবস্থু অমসুং আইন অসিগী মখাদা রাকৎ-চে থাহনা তোঙান্না লুহোংবদু চৎনবা য়াদবনি হায়না তারমত্রগদি, অসিগুম্বা লুহোংবদগী পোকপা কনাগুম্বা অঙাং অদু লুহোংবদু চৎনবা য়াবা ওইরমলগদি, অঙাং অদু আইন্না য়ানা পোকপা অঙাং ওইগনি।

(২) করিগুম্বা লুহোংবা অমগী মরমদা আইন কায়বনি হায়না সেক্সন ১২ গী মখাদা রাখৈ পীরবদা, রাখৈ অসি পীত্রিবৈদা হান্না অঙাং অমা পোকখিরম্বা নত্রগা মীরোনখিরম্বা, হায়বদি অদুগুম্বা লুহোংবা অদু আইন মতুং ইন্না চৎনবা য়াত্রবনি হায়না নত্রগা রাখৈ পীবা মতমদা আইন কায়বগী রাখৈ অমনা ককথৎপগী মহুত্তা চুমতা লুহোংবা অদু থাইনহল্লগদি অঙাং অদু আইন্না য়ানা পোকপা মচানি হায়বা য়ারমগদবা লৈরবদি অঙাং অদু আইন কায়বগী রাখৈ লৈজরবস্থু লুহোংখিবা মুপা-মুপী অনি অদুগী আইন্না য়াবা মচানি হায়না লৌগনি।

(৩) সব-সেক্সন (১) নত্রগা সব-সেক্সন (২) দা য়াওরিবা করিগুম্বা অমতা—আইন কায়না লুহোংবনি হায়না লাউথোকখ্রবা নত্রগা সেক্সন ১২ গী মখাদা আইন কায়বগী রাখৈ অমনা, মমা মপাগী নত্তনা অতোপ্পা মীওইগী মালচাং ফংবগী হক মাঙখ্রবা, কনাগুম্বা অঙাং হায়বদি, আইন অসি পাস তৌরমত্রগদি করিগুম্বা কেশকী মমুংদা ওইরবস্থু অতোপ্পা কেশতা ওইরবস্থু, অসিগুম্বা অঙাং অসি আইন্না য়ানা পোকপা মচা নত্তবনা, মাল-

চাং অহু-মখল তৌনবগী নত্রগা ফংনবগী হক ফংলমলোইদবা—অহুগুম্বা অঙাং অমদা হক পীবনি হায়না অর্থ লৌরোই।

**১৭। নুপী অনি লোনবা নত্রগা নুপা অনি লোনবগী চৈরাক—** আইন অসি চৎনথ্রবা মতুংদা পাঙথোকখিবা হিন্দু অনিগী লুহোংবা অমগী নুপা নত্রগা নুপী অহুগী হিংলিবা মতূ নত্রগা মরা লৈরম্লবদি পাঙথোকখিবা লুহোংবা অহু চৎনবা য়াত্রবা লুহোংবনি অমস্তুং ভারত চৈরাক পথাপ, ১৮৬০ (I.P.C., 1860) গী সেক্সন ৪৯৪ অমস্তুং ৪৯৫গী মতুং ইন্না চৈরাক ফংগনি।

**১৮। হিন্দু লুহোংবগী অতৈ অকক্লবা ফীবমশিং থুগায়বগী চৈরাক—**আইন অসিগী মথাদা সেক্সন ৫ গী ক্লোজ (ই), (ঈ) অমস্তুং (উ) দা তশেংনা পনথ্রবশিং থুগায়দুনা লুহোংখিবা নুপা নত্রগা নুপীনা মথাগী চৈরাকশিংসি শোয়দনা ফংগনি,

(ক) সেক্সন ৫ গী ক্লোজ (ই) দা তশেংনা ইথ্রবা অকক্লবা ফীবম থুগায়বগীদমক নুমিৎ ১৫ নি ফাওবা শাংদোকপা য়াবা থবক শূদবা ফাদোক তাবগী চৈরাকশিংসি ফংগনি নত্রগা লুঃ ১০০০্ ফাওবা য়োহনবা য়াবা রাকোংশেন তাগনি নত্রগা চৈরাক অনিমক ফংগনি;

(খ) সেক্সন ৫ গী ক্লোজ (ঈ) নত্রগা ক্লোজ (উ) দা তশেংনা ইথ্রবা অকক্লবা ফীবম থুগায়বগীদমক থা অমা ফাওবা শাংদোকপা য়াবা থবক শূদবা ফাদোক তাবগী চৈরাক ফংগনি নত্রগা লুঃ ১০০০্ ফাওবা য়োহনবা য়াবা রাকোংশেন তাগনি, নত্রগা চৈরাক অনিমক ফংগনি।

## রায়েল হুকলম অমসুং রায়েল্লোল
## (JURISDICTION & PROCEDURE)

**১৯। রাকৎ-চে থাকম থোকপা কোর্ট—**আইন অসিগী মথাদা থাবা রাকৎ-চে থুদিংমমক ডিষ্ট্রিক্ট কোর্টতা থাগনি, ডিষ্ট্রিক্ট কোর্টকী

হকলম অদুস্থু মহৌশা অহানবা ওইনা প্রজা রাখোক-রায়েল (civil court) গী হকলম মনুংদা লৈগদবনি অদুগা লুহোংবা অদুস্থু ডিষ্ট্রিক্ট কোর্টকী মখাগী হকলমগী মনুংদা ওইগদবনি—

(অ) চৎনবী কায়দনা পাঙথোকখিবা লুহোং-থৌরম অমা ওইগদবনি; নত্রগা

(আ) *রাকৎ-চে অদু থাবা মতমদা *রাপা অদুগী লৈফম ওইগদবনি; নত্রগা

(ই) লুহোংখিবা নুপা নুপীনা পূন্না হান্না লৈরম্বা মফম ওইগদবনি; নত্রগা

(ঈ) রাকৎ-চে থাবা মতমদা *রাপা অদুনা আইন অসিনা চৎনবা মফমগী রাংমদা লৈরম্লবদি নত্রগা চহী ৭ নত্রগা হেন্না মহাক্কী মরমদা মহাক হিংলি হায়না মহৌশানা মাগী মরমদা তাফম থোকপা মীওইনা তাবা ফংখিদ্রগদি রাকৎ-মীনা লৈবা মফম ওইগদবনি।

২০। **রাকৎ-চেগী চেরোল অমসুং চেরোল চুম্মী হায়না শোই তৌবা**—(১) আইন অসিগী মখাদা থারিবা রাকৎ-চে খুদিংমক্ রাকৎ অদুগী অতাবী অদু য়াবমখৈ শেংনা রাকৎ-মীগী ফংকম হক অমসুং অরাবা কোকপিনবগী য়ুম্ফম ওইরিবা **মরমশিং অদু ইগদবনি অদুগা *রাকৎ-চে (সেক্সন ১১ দা থাবা রাকৎ-চে নত্তনা) অদুদা *রাপাগা মখোয় অনিনা লুহোংবা অদুদা লৌতুনবা লৈখিদে হায়বস্থু ইগদবনি।

---

*"রাপা", রাকৎ-চে অমসুং "রাকৎ-মী" গী রাহন্দোক সেক্সন ১০গী নোট য়েংউ।

**"মরমশিং" হায়বসি ইংরাজীদা "facts" হায়বনি। "ফ্যাক্ট" কী অর্থ "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ৩ শেংউ।

(২) আইন অসিগী মখাদা থাবা রাকৎ-চে খুদিংমক্তা, ইরিবা চে-রোল পুম্বদা, রাকৎ-মীনা মত্রগা *দেওয়ানী কেশ অমা থাবদা রাকৎ-চেগী চেরোল চুম্মী হায়না আইন্না দরকার ওইবা মওংদা শোই তৌবগুম্না মতিক ফংবা মীওই অতোপ্পনা **চেরোলচু চুমই হায়না শোই তৌগনি অমসুং রায়েনবা মতমদা মহু সাক্ষী সাবোন ওইনা পনবা য়াগনি।

২১। **প্রজা রায়েল-পথাপ রায়েল্লোল, ১৯০৮** (C. P. C. 1908) **শীজিন্নবা**—আইন অসিদা য়াওন্নিবা রারমশিং অতৈগী অমসুং হায়কোর্ট'না অসিগুম্বা মতাংদা শেম্বা য়াবা নিয়মশিংগী মখাপোন্না, অ্যাক্ট অসিগী মখাদা রায়েল থৌওং (proceeding) পুম্বা, হেক ওইবা য়াবমথৈ, প্রজা রায়েল পথাপকী রায়েল্লোল, ১৯০৮ (C.P.C. 1908) না পুনগনি।

**২১ক। অকক্লবা মরম খরদা কেশ তৌফম হোংবা**— (১) মখাগী মরমশিং অসিদা—

(অ) লুহোংলিবা মীওইশিংগী অমনা সেক্সন ১০ গী মখাদা কোর্ট'না মতৈ-মনাও তোঙান্না লৈনহন্নবা (Judicial Separation) নত্রগা সেক্সন ১৩ গী মখাদা কোর্ট'না লুহোংবা থাইনহন্নবগী (Divorce) হক লৈবা ডিষ্ট্রীক্ট কোর্ট'তা আইন অসিগী মখাদা রাকৎ-চে অমা থারকলবদা, অমসুং

(আ) অহুগী মতুংদা লুহোংলিবা মীওই অনিগুগী অতোপ্পা মীওই অমনা সেক্সন ১০ গী মখাদা কোর্টনা মতৈ-মনাও তোঙান্না লৈনহন্নবা নত্রগা সেক্সন ১৩ গী মখাদা কোর্টনা লুহোংবা

*"দেওয়ানী কেশ" হায়বদি ইংরাজীদা "সিভিল স্যুট" হায়বনি।

**মসি ইংরাজীদা "বেরিফিক্যেসন" হায়বনি। "সাক্ষী-সাবোন" হায়বসি "এবিডেন্স" হায়বনি। এবিডেন্সকী অর্থ "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" য়েংউ।

থাইনহুম্নবগী করিগুম্বা ময়ম অমদা,কোর্ট অহুমক্তদা ওইরবস্নু, রাজ্য অসিমক্তা ওইরবস্নু নত্রগা তোঙানবা রাজ্যদা ওইরবস্নু রাকৎ-চে অমা থারক্লবনা,

রাকৎ-চেশিং অদু মথাগী সব সেক্সন (২) গী রারম মতুং ইন্না চথগনি।

(২) সব-সেক্সন (১) গী রারম মথাগীশিং অসিদা পনবা য়াই—

(অ) রাকৎ-চেশিং অদু ডিষ্ট্রীক্ট কোর্ট অমতদা থারবদি রাকৎ-চে অনি অদু ডিষ্ট্রীক্ট কোর্ট অদুনা পুন্না তাঃগনি অমস্মুং রায়েনগনি;

(আ) রাকৎ-চেশিং অদু তোঙান-তোঙানবা ডিষ্ট্রীক্ট কোর্টশিংদা থানরগদি, কোন্না থাবা রাকৎ-চে অদু হান্নগী রাকৎ-চে থাফম কোর্টতা থেংনগনি অমস্মুং মহুদা অনিমক পুন্না তাঃগনি অমস্মুং হান্নগী রাকৎ-চে থাফম কোর্টনা কেশ অদু লোইথোকনি।

(৩) সব-সেক্সন (২) গী ক্লোজ (আ) না পনবা য়াবা মতাংদদি কোর্টনা নত্রগা সরকারনা, ওইবা য়াবা ফীবমগী মতুং ইন্না, প্রজা রাথোক রায়েল পথাপ রায়েল্লোল, ১৯০৮ (১৯০৮ গী ৫শুবা) (Code of civil procedure, 1908) গী মথাদা করিগুম্বা সিভিল কেশ নত্রগা চথরিবা আইনগী থৌওং অমা অকোনবা রাকৎ-চে থাফম কোর্টতগী হান্নগী রাকৎ-চে পন্দুনা লৈরিবা কোর্টতা হোংনবগী মতিক অদু মথক্তা হায়খ্রিবা রায়েল পথাপ ( code ) কী মনুংদা পীখিবা মতিক্কুন্না শীজিন্নগনি ।

**২১খ। আইন অসিগী মথাদা থারকপা রাকৎ-চেশিং রায়েন্দুনা লোইথোক্নবা থোইদোকপা রারম**—(১) আইন অসিগী মথাদা থারকপা রাকৎ-চেগী রায়েলদি, রায়েল অহুগী মতাংদা,মীচঙ-মীথায়

নাইদনা, কোর্টনা মথংগী নুমিত্তা কেশ য়েথোকপগী ইশিল্লবা মরম লৈত্রগদি, নোংমা নোংমগী লেপ্তনা রায়েন্দুনা লোইড্রিবা কাওবা চথগনি।

(২) আইন অসিগী মথাদা থারকপা রাকৎ-চে খুদিংমক য়াবমথৈ থুনা রায়েনগনি অমসুং রাকৎ-চে অদুগী নোটিশ অদু রাপা অদুনা (বিবাদীনা) ফংখিবা নুমিত্তগী থা ৬ কী মনুংদা কেশ অদু লোইশিন্নবা হোৎনগনি।

(৩) আইন অসিগী মথাদা থারকপা আপীল খুদিংমক য়াবমথৈ থুনা তাঃথোক্কনি অমসুং রাপানা আপীল অসিগী নোটিশ ফংখিবা নুমিত্তগী থা ৩ গী মনুংদা কেশ অদু লোইশিন্নবা হোৎনগনি।

**২১গ। *ডোক্যুমেণ্ট (সাক্ষী-সাবোন পীনবা চে-চাং, পোৎ চৈনচিংবা) পুথোক্কনা *এবিডন্স (সাক্ষী সাবোন) পীবা**—শেমগ্রবা করিগুম্বা আইন অমদা ওন্ন-তৈননা ইবা করি করি লৈজরবসু আইন অসিগী মথাদা থারকপা রাকৎ-চে অমগী রায়েল-থৌওং (Proceeding) চথবদা ফজনা সীল নমদে নত্রগা রেজিস্টার তৌদে হান্নদুনা, করিগুম্বা ডোক্যুমেণ্ট অমা লৌশিনবা য়াদবা তৌরোই।

**২২। চথগদবা রায়েল-থৌওং পুম্বা জজ্জগী মরম্নাই কাদা চথগনি অমসুং মদুগী মরোল ছাপা তৌদুনা ফোঙদোক্কবা য়াই—**
(১) আইন অসিগী মথাদা চথরিবা রায়েল-থৌওং খুদিংমক্ জজ্জনা মাগী কাদা চথগনি, অমসুং কোর্টনা হান্ননা য়াবিদুনা নমথোকপ্রবা নত্রগা ফোঙদোকপ্রবা হায় কোর্টকী নত্রগা সুপ্রিম কোর্টকী রায় নত্তনা, মীওই কনানসু করিগুম্বা অসিগুম্বা রায়েল-থৌওংগী মরমদা করিগুম্বা অমতসু ছাপা নমথোকপা নত্রগা ফোঙদোকপা আইন্না য়াদে।

---

*"ডোক্যুমেণ্ট" অমসুং "এবিডন্স" কী রাহন্দোক্তি "ভারত সাক্ষী-সাবোন আইন" গী সেঃ ৩ য়েংউ।

(২) সব-সেক্সন (১) দা য়াওরিবা য়ারমশিং অসি থুগায়রুনা কনাগুম্বা মীওইনা ছাপা নমথোক্লবা নত্রগা ফোঙদোক্লবদি মহাকপু লুঃ ১০০০, য়ৌনা য়াকোংশেন তাহনবগী চৈরাক পীগনি।

**২৩। য়ায়েল থৌওংশিংগী (Proceedings) য়াথৈ—** (১) আইন অসিগী মখাদা চথবা করিগুম্বা য়ায়েল-থৌওং অমদা, মহু য়াপা অহুনা (বিবাদীনা) মরাল ঙাকথোকচরবসু ঙাকথোকচত্রবসু, কোর্টনা মথাগী মরমশিং অসিদা পেনবিন্নবদি, অসিগুম্বা কেশতদা, অতৈ কেশতা নত্তনা, অরা-কোকপিনঙাই মরম অহুগী মতুং ইন্না য়াথৈ পীবা য়াইঃ—

(ক) অরা-কোকপিনঙাই য়াবিনবগী মরমশিংগী মরক্তা অমা য়াও-রে, অহুগা য়াকৎ-মীনা পামলিবা অরা-কোকপিনঙাই মরম অহু সেক্সন ৫ গী ক্লোজ (খ) গী সব-ক্লোজ (অ), সব ক্লোজ (আ) নত্রগা সব-ক্লোজ (ই) নত্তনা, অসিগুম্বা অরা কোকপিনঙাইগীদমক্তা য়াকৎ-মী অহুনা করি-গুম্বদসু মশা মশাগী (নুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু) অরানবগী নত্রগা অশোনবগী খুদোংচাবা লৌদে হায়বা; অমসুং

(খ) য়াকৎ-চেগী চেরোল অহু সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (অ) দা শেংনা তাথ্রবা মরম অহু ওইরবা অহুগা য়াকৎ-মী অহুনা য়ানিঙথ্রিবা থৌদৌ নত্রগা থৌদৌশিং (act or acts complained of) অহুদা করিগুম্বা মওংদসু মানা পাংথিবা লৈত্তবা নত্রগা উশিন্নদবা তৌখিদবা নত্রগা মরাল ঙাকপিখিবা তৌদবা, নত্রগা য়াকৎ-চে অহুগী চেরোলনা তমথীবা শাজৎ চৎপিবগী মরম ওইরগদি য়াকৎ-মী অহুনা করিগুম্বা মওং-দসু তমখিবা শাজৎ চৎপা অহু ঙাকপিবা (condoned) তৌখিদবা; অমসুং

(গ) লুহোংবা থাইনবা অহু মশা মশানা য়ানহুনা লাকপা ওইরগদি অসিগুম্বা অয়াবা অহু নমফ, তৌহুনা, নমথাক তৌহুনা নত্রগা মীগী ঈথিল-দগী লৌখিবা নত্তবা; অমসুং

(ঘ) মাকং-চে অমা (সেক্সন ১১ গী মখাদা পীখৎপা ম্যাকং-চে নত্তবা) মাপা অমগা লৌতুনবগা পীখৎপা নত্তবা; অমসুং

(ঙ) রায়েল-থৌওং অমা চথনবা থাবদা কাম্বা মরম লৈতনা নত্রগা মরম চাদনা থেংথবা তৌদবা; অমসুং

(চ) অরা-কোকপিনঙাই মাকং অমা য়াবিবদা মহা য়াবিক্রম থোক্ত-নবগী আইনগী ওইবা মরম অতৈ লৈত্তবা।

(২) আইন অসিগী মখাদা অরা কোকপিনঙাই ওইবা রায়েল-থৌওং অমা য়াবিনবা চথত্রিভৈদা অহানবমক্তদা কোর্টনা তৌফম থোক-পদি ফীবম খুদিংমক্তা, ওইবা য়াবা ফীবম মতা অমসুং মওং অমা চেৎনা য়েংবীরগা নুপা নুপী অনি অমগী মরক্তা তাইশিন্নবা অমা পুরক্রবা হোৎন-বা ওয়মথৈ হোৎনবিগনি।

তৌবতদি, সব-সেক্সন অসিদা ইরিবা করি করি ওইরবসু, সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (১) ক্লোজ (আ), ক্লোজ (ই), ক্লোজ (ঈ), ক্লোজ (উ), ক্লোজ (ঊ), ক্লোজ (ঋ) দা পনখ্রবা অরা কোকপিনঙাই মরমশিং অমুদা, পানবা য়ারোই।

(৩) অসিগুম্বা তাইশিন্নবা অমা পুরকপদা কোর্টপু পাংনবা, নুপা নুপী অনি অমুনা মহু পান্নগদি নত্রগা, কোর্টনা মহু তৌবা চুমই অমসুং মতিক চায় খল্লগদি, কোর্টনা কেশ চথবহু মুমিৎ ১৫ নিদগী হেন্দনা মরম চাবা মতম অমা ফাওবা য়েথোকপা য়াই অমসুং নুপা নুপী অনি অমুনা মসিগীদমক কনাগুম্বা মীওই অমা পল্লগদি, মঙোন্দা মহু শিন্নগনি, নত্রগা নুপা নুপী অনিমুনা কনাগুম্বা মীওইদু পুথোকপা ঙমদ্রগনা কোর্টনা মীওই অমা হাপ্পা য়াই অমুগা মঙোন্দা তাইশিন্নবা অমু ঙমগদরা নত্রগা ঙম্রবরা হায়বা খিকররা অকুপ্পা চেরোল পীরকউ হায়না য়াথং পীবা, অমসুং রায়েল অমু লোইথোকপদা অকুপ্পা মরোক অমু মরম চানা লুনা শীজিন্নগনি।

(৪) কোর্টনা লুহোংবা খাইনবগী রাথৈ পীবা খুদিংমক্তা, রাথৈ পীরিবা কোর্টনা নুপা নুপী অনিমক্তা রাথৈগী ইথোক্লবা চেরোল অমমম মমল য়াওদনা পীগনি।

**২৩ক। কোর্টনা লুহোংবা থাইনবগী রায়েল থৌওংদা পীবা য়াবা অৱা কোকপিনগাই মরম**—কোর্টনা লুহোংবা থাইনবগী নত্রগা মতৈ-মনাও তোঙান্না লৈনহন্নবগী নত্রগা মতৈ-মনাও তিন্নবগী হক হন্নিহন্নহনবগী করিগুম্বা রায়েল অমদা, রাপা অহুনা রায়েল-থৌওং অহুদা রাকৎ-মীনা তাল্লিবা অৱা-কোকপিনগাই মরম, হায়বদি রাপা অহুনা মীতু-মীরা গাওনবা, তমথীবা শাজৎ চৎপিবা নত্রগা থাদোক পা হায়বহুবু য়েত্তুনা থিংবতা নত্তনা মহাক্কা রাকৎ হন্না হন্দুনা (Counter claim) মহুদা রাকৎ-মীনা মীতু-মীরা গাওনবা, তমথীবা শাজৎ চংপিব। নত্রগা থাদোকপগী মরমশিংছু রাকৎ-মীদহুম মরাল শীজিনবা য়াই, অমসুং মরমশিংছু প্রমান চারবদি কোর্টনা রাপা অহুদা, আইন অসিগী মথাদা করিগুম্বা অৱা কোকপিনগাই মরম লৈবহু, মশামক্কা (রাপা) রাকৎ-চে অহু মরমশিং অহুদা থারম্নগদি ফংফম থোক্নমগনি হায়বা অতুক কোর্টনা রাপাদা ফংহনবা য়াই।

**২৪। রায়েল থৌওং অমা চথরিঙৈদা চাক-থাকমন অমদি রায়েলগী অচঙমন (expenses) পীবা**—আইন অসিগী মথাদা করিগুম্বা রায়েল থৌওং অমা চথরিঙৈদা কোর্টনা, ওইরিবা ফীবম মতুং ইন্না, মতু নত্রগা মরা অহু হিংজবা য়ানবা, মশাগী নিঙ-তম্না তাঞ্জবা শেনফং (Income) লৈত্রগদি অমসুং রায়েল অহু চথবদা চঙগদবা অচঙমন (expense) লৈত্রগদি মতু নত্রগা মরা অহুনা হায়জ-চে (application) থারগা মহাকপু (রাকৎ-মী) রায়েলগী অচঙমন (expenses of the proceeding) পীহন্নবা অমসুং থাগী ওইনা, রায়েল চথরিঙৈদা, মাগী হিংনবগী চঙফম থোকপা শেনফম পীনবা, রাকৎ-মীগী মশাগী অমসুং রাপাগী শেনফং য়েংলগা, কোর্টনা মরম চাগনি থনবা মওংদা, রাপাগী মথক্কা পীহন্নবা য়াথং তাবা য়াই।

নোট—"রাকৎ-মী"; "রাকৎ-চে" অমসুং "রাপা" গী রাহন্দোক্তি সেক্সন ১০ গী নোট য়েংউ।

২৫। তুংকোইনা পীবা চাকথাকমন অমসুং চাকথাক—(১) আইন অসিগী মখাদা আইনগী হক (Jurisdiction) পীজিন্নরিবা কনা-গুম্বা কোর্টনা, করিগুম্বা রাখৈ (decree) অমা পীবা মতমদা নত্রগা মতুংগী মতুং তারকপা করিগুম্বা মতমদা, মতূনা ওইরবস্নু, মন্নানা ওইরবস্নু, ওইবা রাবা ফীভমগী মতুংইন্না, মহুগীদমক্তা হায়জ-চে (Application) থারগা, মং ভান্দা মহাক্কী চাকথাক ওইনবা অমস্নুং হিংনবা করিগুম্বা শেনবুন অমা নত্রগা করিগুম্বা থা থাগী ওইবা নত্রগা মতম মতমগী শেনফম থরা রাকৎ-মীগী মপুন্সিদগীদি হেন্দ্না রাপা অহুগী (respondent) মশাগী শেনফং অমস্নুং মাল-চাং লৈরগদি, মহু য়েংলগা অহুগা রাকৎ-মীগী শেনফং অমস্নুং অতৈ মাল-চাং অমস্নুং মতৈ-মনাও অনি অহুগী মতৌ-মচৎ, অমস্নুং রাথোক অহুগী অতৈ-অতৈ ফীবম, য়েংলগা, কোর্টনা চুমগনি হায়বা মওংদা, কান্নগদবা ওইরগদি, করিগুম্বদা অসিগুম্বা পীবগী মওংতু চেৎশিন্নবা রাপা অহুগী লম-তুগী শেনফংদগী ককশিন্নবা পানশিল্লগা (to secure by a charge) রাপা অহুগী মথক্তা য়াথং তাগনি।

(২) সব-সেক্সন (১) দা তাখিবা য়াথং করিগুম্বা মতমদা, কোর্টনা নুপা নত্রগা নুপী অহুগী ফীবম হোংখ্রে হায়বা উরগদি, মীওই অনিহুগী মরক্তগী অমনা হায়জরকপদগী, অহুগুম্বা য়াথং অহু কোর্টনা চুমগনি খনবা মওংদা খেন্নহনবা, হোংদোকপা নত্রগা ককথৎপা য়াই।

(৩) সেক্সন অসিগী মখাদা য়াথং অমা মহাকীদমক্তা ফনগাই তাপ্রবা মীওই অহুনা অনিগুবা ওইনা অমুক লুহোংখ্রে, নত্রগা অসিগুম্বা মীওই অসি, মতূ ওইরগদি, নুপী ওইবগী লীচৎ চুমদ্রে (সতী ধর্ম্ম ভাক্লে) নত্রগা মীওই অহুনা মরা ওইরগনা মহাক্কা অতোপ্পা নুপীগা লুহোংদনা পাদোংমিন্নখ্রে হায়বা কোর্টনা খনবা লৈরগদি, অতোপ্পা মীওই অহুনা হায়জরকপদগী, অহুগুম্বা য়াথং অহু কোর্টনা চুমগনি খনরা মওংদা খেন্ন-হনবা, হোংদোকপা নত্রগা ককথৎপা য়াই।

২৬। * অঙাং পেন্নবা (Custody)—আইন অসিগী মথাদা রায়েল-থৌওং অমা চত্থকিদৌরিবা, কোর্টনা মতম মতমগী ওইনা, পীখিবা রায়ে (decree) গী মতুংদা, চুমই অমসুং মত্তিক চায় হায়না খনবা মওংদা, চহী তুরিবা অঙাং শেন্নবগী, চাকথাক্ পীন্নবগী অমসুং মহৈ-মশিং তম্বী-হন্নবগী, ওইবা য়াবা মফমদা, অঙাংশিং অদুগী পুক্নিঙথা চাননা মখকী হুকুম তাবা য়াই, করিগুম্বদা মদুগীদমক্তা হায়জ-চে থাদুবদি রায়ে অদু হোংবা য়াই, অইবা রাকম অতৈ অতৈ শেম্বা য়াই, অদুগা অসিগুম্বা রায়ে পীবদা অদুম পৃম্বা লৈরগনা অসিগুম্বা মরক্তী ওইবা য়াথংশিং তাবা য়াই অমসুং মতম মতমগী মতুংইন্না অঙাংশিং শেন্নবা, চাকথাক পীন্নবা অমসুং মহৈ-মশিং তম্বীনবগী মরীদা, অসিগুম্বা পীরক্তম থোকপা রায়ে নত্রগা মরক্তী ওইবা য়াথংশিং পীবা অমসুং তাবা য়াই; অমসুং কোর্টনা মতম মতমদা অসিগুম্বা য়াথংশিং অদু ককথৎপা, মতম খরা চংনহন্দবা নত্রগা খেন্নহনবসু য়াই।

২৭। মাল-চাং পীথোক-য়েনথোকপা—আইন অসিগী মথাদা রায়েল-থৌওং অমা চত্থবদা, লুহোংবা মতমদা নত্রগা মতম অদুরাইদা পুথোরকপা মতৈ-মনাও অনিমক্তী অপুনবা ওইরম্বা য়াবা করিগুম্বা মাল-চাং অমগী মরমদা চুমগনি অমসুং মত্তিক চায় হায়না খনবা অসিগুম্বা মওংগী রারম কয়া শেমহনা, কোর্টনা রায়ে পীবা য়াই।

২৮। **পীগ্রবা রায়েশিং (decrees) অমসুং তাগ্রবা য়াথংশিং (orders) গী মথক্তা অপীল**—(১) আইন অসিগী মথাদা চত্থবা রায়েল-থৌওং অমদা পীবা রায়ে পুম্নমক, সব-সেক্সন (৩) দা ইরিবা

---

* "অঙাং" হায়বদি ইংরাজীদা minor হায়বনি; চহী ১৮ তুরিবা মীওই-শিংনি। "হিন্দু অঙাং অমসুং অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী আইন, ১৯৫৬" অমসুং "হিন্দু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা অমসুং চাকথাক পীবগী আইন, ১৯৫৬" য়েংউ।

রায়েৎলগী মথ্য পোন্না, ইহান হানবা প্রজা রাথোক রায়েলগী হক (original civil jursidiction) শীজিন্নহুনা পীবা রাহৈশিং অমসুং তাগ্রবা য়াথংশিংগুম্না চৎনবা য়াগনি অমসুং অসিগুম্বা আপীল খ্‌দিংমক মহৌশানা ইহান হানবা প্রজা রাথোক রায়েলগী হক শীজিন্নহুনা তাখিবা কোর্টকী রায়েপশিংগী মথক্তা থাবা আপীলশিংগীগুম্না অপীল থাগনি।

(২) আইন অসিগী সেক্সন ২৫ নত্রগা ২৬ কী মথাদা চথবা রায়েল-থৌওং অমগী মতুংইন্না তাবা কোর্টকী য়াথংশিং, সেক্সন অসিগী সব-সেক্সন (৩) গী মথাপোন্না, মরক্তা তারবা য়াথংশিং নত্রগদি, আপীল তৌবা য়াগনি, অমসুং অসিগুম্বা আপীল খ্‌দিংমক মহৌশানা ইহানহানবা প্রজা রাথোক রায়েলগী হক শীজিন্নহুনা তাখিবা রায়েপশিংগী মথক্তা থাবা আপীলশিংগীগুম্বা অপীল থাগদবনি।

(৩) * রায়েল-অচঙমন (cost) হঞ্জিনহনবগী মতাংদদি আপীল তৌরোইদবনি।

(৪) সেক্সন অসিগী মথাদা থারা আপীল খ্‌দিংমক রাথৈ পীবা নত্রগা য়াথং তাবগী মতুং নুমিৎ ৩০ নিগী মনুংদা থাগদবনি।

**২৮ক। রাথৈশিং (decrees) অমসুং য়াথংশিং (orders) চৎনহনবা**—আইন অসিগী মথাদা চথবা করিগুম্বা রায়েল-থৌওং অমগী কোর্টনা পীবা রাথৈ অমসুং য়াথং পুন্নমক্, মতম মতমগী চৎনবা করিগুম্বা আইনগী মথাদা চৎনহনগ্রবা **ইহান হানবা প্রজা রাথোক রায়েলগী হক (original civil jurisdiction) শীজিন্নহুনা পীবা রাথৈশিং অমসুং য়াথংশিংগুম্না চৎনহনগনি।

---

*"রায়েল-অচঙমন" হায়বা অসি ইংরাজীদা cost হায়বনি। কেশ য়েথোক্রিবা নত্রগা মতম্ন মাঙহল্লিবা কাঙবুনা অমরোমগী কাঙবুদা পীবা নত্রগা কেশ অঙম্না কাঙবুনা ঙমদবা কাঙবুদগী লৌবা শেলবু "কোস্ট" কৌই।

**"Original civil jurisdiction" হায়বসি "Original civil suit"অমা রায়েনবা ঙম্বা অমসুং ডিক্রী পীবা ঙম্বা First court অহনি। Appellate কোর্ট নত্তবা কোর্টনি।

## কাইথোকহৌরবশিং অমসুং ককথৎখ্রবশিং

**২৯। কাইথোকহৌরবশিং—** (১) আইন অসি হৌদ্রিঙৈদা পাঙথোকখ্রবা হিন্দু অনিখকী লুহোংবা, অমরোমদা চৎনবা য়াবত্ন, মহুগী মুপা মুপীত্তু য়েক থোকনৈ, মিংগৌ য়াদে হায়রুনা নত্রগা ধর্ম্ম, শাগৈ-জাৎ নত্রগা ফকুরূপ তিন্নদে হায়রুনা চৎনবা য়াদবা ওইরোই।

(২) আইন অসিদা ইরিবা করি করিনসু চৎনবী রুহীনা শক খঙসকখ্রবা করিগুম্বা হক্ অমবু শোকহল্লোই নত্রগা আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদগীবু ওইরবসু চৎনবা হৌখ্রবা মতুংগীবু অইরবসু পাঙথোকখ্রবা হিন্দু লুহোংবা অমগী থাইনবা ফংনবা পীখ্রবা থোইদোকপা আইন লৈতে।

(৩) মতম মতমদা চৎনরম্বা করিগুম্বা রায়েল-পথাপ অমগী মপান্না লুহোংবা অমবু আইন কায়না পাঙথোকখিবনি অমসুং মহু চৎনবা য়াদবা লুহোংবনি হায়না লাউথোক্লবা, নত্রগা করিগুম্বা লুহোংবা অমবু কোর্টনা ককথৎনবা নত্রগা থাইদোক্লবা নত্রগা মতৈ-মনাও তোঙান্না লৈহন্নবা আইন অসি চৎনবা হৌবা মতমদা চথহুনা লৈরম্বা রায়েল-থৌওং অমবু, আইন অসিদা য়াওবা কন্নিনসু শোকহনবা য়ারোই অমসুং করিগুম্বা রায়েল-থৌওং অহু চথহুনা লৈবা য়াই অমসুং আইন অসি শেমখিদবগুম লৌগনি।

(৪) আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদা ওইরবসু চৎনবা হৌখ্রবা মতুংদবু ওইরবসু আইন অসিদা ইরিবা করি করি ইজরবসু "থোইদোকপা লুহোংবগী আইন, ১৯৫৪(১৯৫৪গী ৪৩শুবা) "the special Marriage Act, 1954 (43 of 1960) গী ইরিবা রাফম মখাদা লুহোংবিখ্রবা হিন্দু অনিবু শোকহল্লি হায়না লৌরোই।

**৩০। ককথৎখ্রবশিং**—ককথৎনবা অমসুং শেমদোক্লবা আইন, ১৯৬০(১৯৬০গী ৫৮শুবা) [(The Repealing and Amending Act, 1960 (58 of 1960)] গী সেক্সন ২না অমসুং অহানবা রাতপ (First schedule) না তাং ১৬। ১২। ১৯৬০ ইংদগী ককথৎখ্রে।



# হিন্দু অঙাং অমসুং অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী আইন, ১৯৫৬

# The Hindu Minority & Guardianship Act, 1956

( No 32 of 1956 )

# হিন্দু অঙাং অমসুং অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী আইন, ১৯৫৬

**(১৯৫৬ কী ৩২ শুরা)**

**তাং ২৫ । ৮ । ১৯৫৬ ইং**

হিন্দুশিংগী মরক্তা অঙাং অমসুং অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী মরীদা রায়েল পথাপকী অকক্কবা শরুক খরা চুমথোক্নবা অমসুং লেংশিন্নবা আইন।

নিঙতম্লবা ভারতকী ৭ শুবা চহীদা লোকসভানা মখাগী অসুম্না আইন শেম্লে :

**১। অতৈনবা মিং অমসুং চৎনফম—**

(১) আইন অসিবু "হিন্দু অঙাং অমসুং অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী আইন, ১৯৫৬" কৌবা য়াই ।

(২) মসি জম্মু অমসুং কাশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম পূম্বদা চৎনগনি, অমসুং আইন অসিনদি চৎনবা, ভারতকী রাংমদা লৈবা লমদমশিংদা তাবা হিন্দুশিংদসু চৎনগনি ।

**২। আইন অসিনা ১৮৯০ গী ৮শুবা আইনবু মপুঙ ফাহল্লি**—মসিদা মখাদা তশেংনা ইথ্রবা রাফম নত্তনা আইন অসিগী রাফমশিং পূম্বা, অঙাং ঙাকশেনবা মীওইশিং অমসুং অঙাংশিংগী আইন ১৮৯০ (১৮৯০ গী ৮ শুবা) [The Guardians and wards Act, 1890 (Act 8 of 1890)] গী মথক্তা হাপকৎপা ওইগনি অমসুং হন্থহনবা ওইরোই ।

৩। আইন অসিগা মরী লৈনবা—

(১) আইন অসি মথাগীশিংগা হায়রবদি—

(ক) ভিরাশৈভা, লিঙ্গায়ট নত্রগা ব্রহ্মো, প্রার্থানা নত্রগা আর্য সমাজগী তুংইনবশিং য়াওনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা অমসুং ধর্ম্ম অসিগী করি মওং ওইরবসু নত্রগা মওং অমা ওইনা শাগতুনা চৎলবা মীওইশিংগা মরী লৈনৈ;

(খ) বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীগা মরী লৈনৈ, অমসুং

(গ) মুসলিম, খৃষ্টান, পারসী নত্রগা যিহুদি ধর্ম্ম চৎপা মীওই নত্তবা অহুবু আইন অসি চৎনবা লমশিংগী মনুংদা লৈবা অসিগুম্বা মীওইশিং হায়বদি, মখোয়বু হিন্দু রায়েল পথাপ (Hindu Law) নসু পুল্লমলোই, অহুগা আইন অসি পাস তৌরমত্রগসু, হায়খ্রিবা রায়েল পথাপ অহুগী শরূক খরা ওইনা মতাংসিদা নৈনরিবা রূহী নত্রগা চৎনবী করিগুম্বা মরমশিং অহুনসু পুল্লমলোই হায়বা প্রমান লৈত্রগদি, হায়খ্রিবা মীওই অহুগসু মরী লৈনগনি ।

**ব্যাখ্যা**—মথাগী মীওইশিংসি, ওইবা য়াবা ফীভমগী মতুং ইন্না, হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা ওইগনি—

(ক) আইন্না য়ানবু পোক্লবসু, লান্নহুনবু পোক্লবসু, হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মমা মপানা পোক্লবা;

(খ) আইন্না য়ানবু পোক্লবসু, লান্নহুনবু পোক্লবসু অণ্ডাং অহুগী মমা মপা অনিগী মরক্তা অমনা হিন্দু,বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইরবা অমসুং অহুগুম্বা ট্রাইব,কাঙলুপ,কাঙবু নত্রগা ফুরূপ অহুগী ওইবা নত্রগা ওইরম্বা মমা মপা অহুনা অণ্ডাং অহু য়োকলকপা ওইরবা, অমসুং

(গ) মীওই অহুনা-হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্মদা অতোপ্পা ধর্ম্মদগী ওল্লকপা নত্রগা ধর্ম্ম অতৈ ওল্লরগা অমুক্তা ওনশিল্লকপা—মীওই ওইরবা।

(২) সব-সেক্সন (১) দা য়াওরিবা করি করি লৈজরবসু, কেন্দ্র সরকারনা আফিসিয়েল গেজেট্টা নোটিশ থোক্‌না তোঙান্না তাকপা নত্র-গদি, ভারত লৈঙাক পথাপকী আইন পরেং ৩৬৬ কী (Article 366 of the Indian constitution) ক্লোজ (২৫) গী মনুং চনবা শেডিউল্ড ট্রাইবকী (রাতপ্তা য়াওরবা উপজাতিগী) মীওইশিংদদি আইন অসিদা ইরিবা করিগুম্বা অমতনা চলাইবা য়ারোই।

(২ক) সব-সেক্সন (১) দা ইথ্রবা করি করি লৈজদ্রনসু আইন অসিদা ইরিবা রারোল অমতনসু পণ্ডিচেরীগী ইউনিয়ন টেরিটোরীদা লৈবা মীওইশিংদা চলাইবা য়ারোই।

(৩) আইন অসিগী মনুংদা "হিন্দু" হায়বা রাহে অসি, হিন্দু ধর্ম্ম চত্তবা ওইরগসু, সেক্সন অসিগী রারমশিংগী মপান্না আইন অসিনা চলাইবা য়াবা মীওই অমবুসু য়াওই হায়না লৌগনি।

৪। **রাহেশিংগী রাহন্দোক**—আইন অসিদা—

(ক) "অঙাং" হায়বদি চহী ১৮ শুদ্রিবা মীওই অদুবুনি;

(খ) "অঙাং ঙাকশেনবা মীওই"হায়বদি অঙাং মশা নত্রগা মহাক্কী লন-থুম নত্রগা মশাসু লন-থুমসু অনিমক শেন্নবা মীওই অদুনি, অমসুং মখাগীশিংসি য়াওই :—

(অ) *মহৌশানা ওইফম থোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই;

(আ) অঙাং অদুগী মপা নত্রগা মমানা **উইলদা থন্দোকলম্বা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই;

(ই) কোর্টনা থন্দোকপা নত্রগা লাউথোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই;

*মমা নত্রগা মপা নত্রগা লুহোংলবী অঙাং ওইরগনা মরানা ওইবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই।

*শিরবা মতুংদা লন-থুম ফংহৌনবা, নত্রগা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই হাপলম্বা চে।

(ঈ) করিগুম্বা *"কোর্ট ওফ ৱোর্ড" কা মরী লৈনবা করিগুম্বা পাস তৌরবা আইন অমগী মখাদা অসিগুম্বা থবক্ তৌনবা মতিক্ পীরবা মীওই;

(গ) মহৌশানা ওইফম থোকপা অডাং ডাকশেনবা হায়রবদি সেক্সন ৬ ডা পল্লিবা কনাগুম্বা অডাং ডাকশেনবা মীওই অহুবুনি।

**৫। আইন অসিগী নমহৎপা ওম্বা মতিক**— আইন অসিনা শেংনা তোঙাল্লা কোংদোকপ্রবা নত্তনা—

(ক) হিন্দু রায়েল পথাপকী (Hindu Law) করিগুম্বা মতাং, নিয়ম নত্রগা রাহন্দোক, নত্রগা আইন অসি চৎনত্রিবৈগী মমাঙমক্তদা হায়গ্রিবা হিন্দু রায়েল পথাপকী শরুক অমা ওইনা লৈরম্বা করিগুম্বা রুহী নত্রগা চৎনবীশিং অহু করিগুম্বা মতাং অহুগীদমক্তা আইন অসি চৎ-নরবনা— মহুশিংহু চৎনবা তোক্কনি;

(খ) আইন অসিদা য়াওরিবা রারমশিংগা অহুক য়াম্নদি চানদবা করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইন-হায়রবদি, আইন অসি চৎত্রিবৈগী মমাঙ-মক্তদা চৎনরম্বা লৈরগদি—করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইনশিংহু চৎনবা তোক্কনি।

**৬। মহৌশানা ওইফম থোকপা হিন্দু অডাং ডাকশেনবা মীওই**—হিন্দু অডাং অমগী মশাগী অমদি মহাকী লন-থুমগী (অপূনবা ইমুংগী য়েন্নত্রিবা লন-থুম থাদনা) ডাকশেনবা মীওইদি মখাগী মীওইশিং অসিনা ওইগনি :—

(ক) নুপামচা নত্রগা লুহোংত্রিবী নুপীমচাগীনা—মপা, অমম্বুং মাগী মতুংদা মমা; তৌবত্তদি চহী ৫ গুত্রিবা অডাং অমগী শেন্ন-বা মীওইদি মহৌশানা মমানা ওইগনি;

*অডাংশিং শেন্নবা কোর্ট।

(খ) লাম্ননা পোকপা মুপামচা নত্রগা লাম্ননা পোকপী লুহোং-ব্রিবী মুপীমচাগীনা—মমা, অমস্তুং মাগী মতুংদা মপা ;

(গ) লুহোংলবী মুপীমচাগীনা—মরা ;

তৌবতদি, মখাগী মরমশিং অসিদা মীওই কনানস্তু সেক্সন অসিগী রারমশিং অসিগী মখাদা অডাং অমগী মহৌশানা ওইফম থোকপা ঙাক-শেনবা মীওই ওইবা য়ারোই—

(ক) মহাক্না হিন্দু ওইবা তোক্লবা, নত্রগা

(খ) মহাক্না সন্ন্যাসী নত্রগা লম্বোইবা পূরা ওন্দুনা অরোইবা ওইনা তাইবঙগী হৌনবী থাদোক্লবা।

**ব্যাখ্যা**—সেক্সন অসিদা "মপা" অমস্তুং "মমা" হায়বা রাহৈশিংসিদা মপাতোন নত্রগা মমাতোন য়াওদে।

**৭। মীনা য়োকথ্রবা মচানুপাগী মহৌশানা ওইফম থোকপা ঙাকশেননা মীওই**—মীনা য়োকথ্রবা অডাং অমগী মহৌশা ওইফম থোকপা ঙাকশেনবা মীওই অদু য়োকপগী মপান্না মীচাবোক য়োকপা মপানা অদুগী মতুংদা মীচাবোক য়োকপী মমানা ওইরে।

**৮। মহৌশানা ওইফম থোকপা অডাং ঙাকশেনবা মীওই অমগী মতিক—**

(১) সেক্সন অসিগী রারমশিংগী মখা পোন্না হিন্দু অডাং অমগী মহৌশানা ওইফম থোকপা ঙাকশেনবা মীওই অমনা অডাং অদুগী ফনব-গীদমক মথৌতাবা, মরম চাবা অমস্তুং হৌনবী ওইবা থবক মথৈ নত্রগা অডাং অদুগী মাল-চাংবু শেনগং ওস্থোক্লবা, কন্নবা নত্রগা অফবা তৌনবগী মতিক লৈ; অদুবু অডাং ঙাকশেনবা মীওই অদুনা অডাং অদুবু করিগুম্বা মতাংদস্তু য়ান-চেনচিংবনা পুনশিনবা য়াদে।

(২) মহৌশাগী ওইফম থোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইনা কোর্টতগী হায়ননা অয়াবা লৌদনা মথাগীশিং অসি তৌরোইদবনিঃ—

(ক) অঙাং অদুগী করিগুম্বা বন্ধক থমদোকপা নত্রগা মাল-চাংগী শেনফংদগী কক্কুনা মীগী শেল শিংনবা ( charge ), য়োনথোকপা, দান তৌথোকপা, মতুং-ওন্নথোকপা নত্রগা অতৈ মওংদা শীজিন্নথোকপা, নত্রগা

(খ) অসিগুম্বা লন-থুমবু চহী ৫দগী হেন্না নত্রগা অঙাং অদুনা চহী শুগদবা মতমদগী চহী অমা হেন্না শান্দোকপা।

(৩) সব-সেক্সন (১) নত্রগা সব-সেক্সন (২) থুগায়দুনা মহৌশানা ওইফম থোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অমনা করিগুম্বা লেঙদবা লন-থুম পীর্থোক-য়েন্থোক্লবদি মদু অঙাং অদুনা নত্রগা মহাক্কীদমক্তা দাবী তৌরিবা মীওইনা শীন্দুনা আইন্না থাদোকহনবা য়াই।

(৪) অঙাং অদুগী কান্নগদবা মত্রগা মহাক্কীদমক তশেংনা খুদোং-চাবা অমা ফংগদবা উবা নত্তনা সব-সেক্সন (২) দা পল্লিবা থবকশিংগী করিগুম্বা অমতম্বু মহৌশানা ওইফম থোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইদা কোর্টনা য়াবিবা পীরোইদবনি।

(৫) সব-সেক্সন (২) গী মথাদা কোর্টকী য়াবিবা লৌবদা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইশিংগী অমসুং অঙাংশিংগী আইন, ১৮৯০ ( ১৮৯০ গী ৮ শুবা ) [ The Guardians & Wards Act, 1890 ( 8 of 1890 ) ] শীজিন্নগনি, অমসুং মরম খুদিংমক্তা হায়থ্রিবা আইন অসিগী সেক্সন ২৯ দা য়াবিবা লৌনবা য়াকৎ-চেগুম্না থাগনি অমসুং মরূ ওইনা মখাগী হীরম-শিংদম্বু শীজিন্নগনি :—

(ক) য়াকৎ-চে অসি থাদুনা য়াম্নেল-থৌওং লৌখৎপা খুদিং হায়খিবা আইন অসিগী সেক্সন ৪ক দা থাবগুম্না চত্থগনি;

(খ) কোর্টনা য়াম্নেল্লোল অদু লৌখৎকদবনি অদুগা হায়খ্রিব আইন অদুগী সেক্সন ৩১ গী সব সেক্সন (২), (৩) অমসুং (৪) দা কোর্টকী মতিক শীজিন্নগনি, অমসুং

(গ) হৌজিক্কী আইনগী সব-সেক্সন (২) দা কোর্টনা মহৌশানা ওইফম থোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অমদা য়াবিবা পীরবদা কোর্ট অদুগী রায়েলগী মথক্তা মহৌশা চৎফম থোকপা আপীলশিংগুম্না আপীল চৎফম থোকপা লৈ।

(৩) সেক্সন অসিদা "কোর্ট" হায়বদি সিটি সিভিল কোর্ট নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট কোর্ট নত্রগা "অঙাং ঙাকশেনবা মীওইশিং অমসুং অঙাংশিংগী আইন ১৮৯০" গী সেক্সন ৪ক দা মতিক পীরবা কোর্ট অমনি অমসুং রাকৎ-চে অদুদা পল্লিবা লেঙদবা লন-থুম অদুনা অমদগী হেনবা তোঙান তোঙানবা কোর্টশিংনা কোনবা হকলম লৈরগদি লন-থুম অদুগী করিগুম্বা শরুক অমা লৈবা কোর্ট অমা হেক্তা ওইগনি।

**৯। উইলনা খন্দোক্রবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইশিং অমসুং মখোয়গী মতিকশিং—**

(১) আইন্না য়ানা পোক্রবা অঙাং ওইরিবা মচাশিংগী মহৌশানা ওইফম থোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী হক ফংলবা হিন্দু মপা অমনা উইল তৌদুনা মচাশিংগী মরক্তা কনা কনাগী ওইরবসু অঙাং মশাগী নত্রগা অঙাং অদুগী লন-থুমগী ( সেক্সন ১২ দা পল্লিবা য়েন্নজ্রিবা শরুক নত্তনা ) নত্রগা মশাগীসু লন-থুমগীসু য়াওনা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই খনবা য়াই।

(২) মপানা মমা অদুদগী হান্না শিথ্রগদি সেক্সন (১) দা খনখিবা অদুগী করিস্নু মহয় লৈরোই, অদুবু মমা অদুনা শিবা মতমদা উইল তৌদুনা কনাগুম্বা মীওইবু অঙাং ঙাকশেনবা মী খলম্লগদি মপাগী উইল অদু অমুক হিংগৎকনি।

(৩) আইন্না য়ানা পোকপা মহাক্কী অঙাং ওইরিবা মচাশিংগী মহৌশানা ওইফম থোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী হক লৈরবী হিন্দু লুখ্রাবী অমনা, অমসুং আইন্না য়ানা পোকপা মহাক্কী অঙাং ওইরিবা

মচাশিংগী মহৌশানা ওইফম থোকপা অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওইগী হক ফংলবী হিন্দু মমা অমনা ( হায়বদি মপা অদুনা অসিগুম্বা হক লৈত্রবদি ) উইল তৌদুনা, মচাশিংগী মরক্তা কনাকনাগী ওইরবসু অণ্ডাং মশাগীবু ওইরবসু নত্রগা অণ্ডাং অদুগী লন-থুমগীবু ওইরবসু ('সেক্সন ১২ দা পল্লিবা য়েন্নন্ত্রিবা শরূক নত্তনা ) নত্রগা মশাগীসু লন-থুমগীসু অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওই থনবা য়াই ।

(৪) লান্নবা পোকপা মহাক্কী অণ্ডাং ওইরিবা মচাশিংগী মহৌশানা ওইফম থোকপা অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওইগী হক লৈরবী হিন্দু মমা অমনা, উইল তৌদুনা, মচাশিংগী মরক্তা কনা কনাগী ওইরবসু, অণ্ডাং অদুগী মশাগীবু ওইরবসু নত্রগা অণ্ডাং অদুগী লন-থুমগীবু ওইরবসু নত্রগা মশাগীসু লন-থুমগীসু অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওই থনবা য়াই ।

(৫) অসিগুম্বা থনথ্রবা অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওই অদুনা অণ্ডাং অদুগী মপা নত্রগা মমা শিথ্রবা মতুংদা, ওইবা য়াবা ফীভমগী মতুং ইন্না অণ্ডাং অদুগী ঙাকশেনবা মীওই ওইবগী হক লৈ, অমসুং মহাক্না আইন অসিগী মখাদা মহৌশানা ওইফম থোকপা অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওইগী হক অদু আইন অসিদা অমদি উইল অদুদা তশেংনা পল্লিবা করিগুম্বা লৈরবদি অদুগী মখা পোন্না শীজিন্নবগী হক লৈ ।

(৬) অসিগুম্না উইলগী মপান্না থনথ্রবা অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওইগী হক অসি, নুপীমচা অদুনা অণ্ডাং ওইরবদি, নুপীমচা অদুনা লুহোংবা নুমিত্তগী অণ্ডাং ঙাকশেনবা মীওই ওইবা তোক্কনি ।

## ১০। অণ্ডাং ওইরিবা মীওইনা অতোপ্পা অণ্ডাংগী লন-থুমগী ঙাকশেনবা মীওই ওইবা য়াদে ।

অণ্ডাং ওইরিবা মীওই অমনা কনাগুম্বা অণ্ডাং অমগী লন-থুমগী ঙাকশেনবা মীওই ওইরোইদবনি ।

**১১। ওইজনিঙদুনা ওইবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ( defacto guardian ) অমনা অঙাং অমগী লন-থুমগী মতাংদা করিগুম্বা কারবার শাম্নবা য়াদে—**

আইন অসি চৎনবা হৌখিবা মতুংদগী মীওই কনানসু, ওইজনিঙদুনা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অমা ওইরে হায়দুনা, মহাক্না হেক্তা হিন্দু অঙাং অমগী লন-থুম পীথোক-য়োন্থোকপা, নত্রগা কারবার শাম্নবগী হক লৈতে।

**১২। অঙাং অমগী শরুক য়াওবা অপুনবা ইমুংগী য়েন্নদ্রিবা লন-থুমগীদমক অঙাং ঙাক-শেনবা মীওই থল্লোইদবনি—**

অঙাং অমগী শরুক য়াওবা অপুনবা ইমুং অমগী য়েন্নদ্রিবা লন-থুম লৈরবদি অমসুং লন-থুম অদু ইমুং অদুগী অহল মীওই অমনা শীন্দুনা লৈরিবা ওইরগদি, অসিগুম্বা অঙাং অমগী য়েন্নদ্রিবা শরুক অদুগীদমক ঙাকশেনবা মীওই থল্লোইদবনি।

তৌবতদি, সেক্সন অসিদা ইথ্রবা করিগুম্বা লৈদুনসু হায়কোর্টনা অসিগুম্বা শরুক অমগী ঙাকশেনবা মীওই খনবগী হক শীজিন্নবা য়াদে হায়না থল্লোইদবনি।

**১৩। অঙাং অদুগী য়াইফ-থাথলনা পুম্নমক্তগী হাল্লা খনগদবনি—**

(১) কোর্টনা কনাগুম্ববু হিন্দু অঙাং অমগী অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অমা খনবদা নত্রগা লাউথোকপদা, অঙাং অদুগী য়াইফ থাথলনা পুম্নমক্তগী হাল্লা খনগদবনি।

(২) কোর্টনা অঙাং অমগী ঙাকশেনবা মীওই ওইবগী থবক্তা অঙাং অদুগী য়াইফনবা ওইরোই হায়না লৌরগদি, আইন অসিদা ইরে হায়দুনসু, নত্রগা হিন্দুশিংগী লুহোংবদা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অমা ওইবগী হক পীরোইদবনি।



# হিন্দু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা অমসুং চাকথাক পীবগী আইন, ১৯৫৬

# The Hindu Adoptions & Maintenance Act, 1956

( No 78 of 1956 )

# হিন্দু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা অমসুং চাকথাক পীবগী আইন, ১৯৫৬

**( ১৯৫৬ গী নং ৭৮ )**

**তাং ২১ । ১২ । ১৯৫৬ ইং ।**

হিন্দুশিংগী মরক্তা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা
অমসুং চাকথাক পীবগী মরীদা রায়েল পথাপ চুমথোক্লবা
অমসুং লেংশিন্নবা আইন।

নিংতম্লবা ভারতকী ৭শুবা চহীদা লোকসভানা মখাগী
অসুম্না আইন শেমলে :

**১ । অতেনবা মিং অমসুং চৎনফম—**

(১) আইন অসিবু "হিন্দু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা অমসুং চাকথাক পীবগী আইন, ১৯৫৬" কৌবা য়াই ।

(২) মসি জম্মু অমসুং কাশ্মীরগী রাজ্য নত্তনা ভারতকী মফম পুম্নমক্তা চৎনগনি ।

**২ । আইন অসিগা মরী লৈনবা—**

(১) আইন অসি মখাগী মীওইশিংসিগা হায়বদি—

(ক) ভিরাশৈভা, লিঙ্গায়ট নত্রগা ব্রাহ্মো, প্রার্থানা নত্রগা আর্য সমাজগী তুংইনবশিং য়াওনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা অমসুং ধর্ম্ম অসিগী মওং ওইবা নত্রগা মওং অমা ওইনা শাগৎলবা মীওইশিংগা মরী লৈনৈ ;

(খ) বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীগা মরী লৈনৈ ; অমসুং

(গ) মুসলিম, খৃষ্টান, পারসী নত্রগা যিহুদি ধর্ম্ম চৎপা মীওই নত্তবা—অদুবু আইন অসি চৎনবা লমশিংগী মনুংদা লৈবা অসিগুম্বা মীওইশিং—হায়বদি, মখোয়বু হিন্দু রায়েল পথাপ ( Hindu Law ) নসু পুল্লমলোই, অদুগা আইন অসি পাস তৌরমত্রগসু, হায়খ্রিবা রায়েল

পথাপ অদুগী শরূক থরা ওইনা মতাংসিদা নৈনরিবা রুহী নত্রগা চৎনবী করিগুম্বা মরমশিং অদুনসু পুল্লমলোই হায়বা প্রমাণ লৈত্রগদি, হায়খ্রিবা মীওই অদুগসু—মরী লৈনৈ।

**ব্যাখ্যা**— মথাগী মীওইশিংসি, ওইবা য়াবা ফীবমগী মতুং ইন্না, হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইগনি—

(ক) আইন্না য়ানবু পোক্লবসু, লান্নদুনবু পোক্লবসু, হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিথ ধর্ম্ম চৎপা মমা মপানা পোক্লবা ;

(খ) আইন্না য়ানবু পোক্লবসু, লান্নদুনবু পোক্লবসু অঙাং অদুগী মমা মপা অনিগী মরক্তা অমনা হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইরবা অমসুং অদুগুম্বা ট্রাইব, কাঙলুপ, কাঙবু নত্রগা ফ্যূরূপ ( family ) অদুগী ওইবা নত্রগা ওইরম্বা মমা মপা অদুনা অঙাং অদু য়োক্লকপা ওইরবা, অমসুং

(খখ) আইন্না য়ানা পোকপা ওইরবসু লান্ননা পোকপা ওইরবসু মপানসু মমানসু নত্রগা মমা মপা থঙক্লবা অঙাং ওইরবসু মরম অনিমক্তা হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ অমা ওইনা য়োকথৎলক্লবা বনাগুম্বা অঙাং অমা ওইরবা, অমসুং

(গ) মীওই অদুনা—হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্মদা অতোপ্পা ধর্ম্মদগী ওল্লকপা নত্রগা ধর্ম্ম অতৈ ওল্লুরগা অমুক ওনশিল্লকপা—মীওই ওইরবা।

(২) সব-সেক্সন (১) দা য়াওরিবা করি করি লৈজরবসু, কেন্দ্র সরকারনা আফিসিয়েল গেজেট্টা নোটিশ থোক্তুনা তোঙাম্না তাকপ নত্রগদি ভারত লৈঙাক পথাপকী আর্টিকল ৩৬৬ কী ক্লোজ ( ২৫ ) গী মথুংচনবা শেডিউল্ড ট্রাইবকী ( রাতপ্তা য়াওরবা উপজাতি ) মীওইশিং-দদি আইন অসিদা ইরিবা করিগুম্বা অমতনা চলাইবা য়ারোই।

(৩) আইন অসিগী মনুংদা "হিন্দু" হায়বা ৱাহৈ অসি, হিন্দু ধর্ম্ম চত্তবা ওইরবসু, সেক্সন অসিগী ৱারমশিংগী মপান্না আইন অসিনা চলাইবা য়াবা মীওই অমবুসু য়াওই হায়না লৌগনি।

৩। **ৱাহৈশিংগী ৱাহন্দোক—**

আইন অসিগী মতাংনা তোঙানবা মখৌ তাত্রগদি—

(ক) "রুহী" অমসুং "চৎনবী" হায়বা ৱাহৈশিং অসি হিন্দুশিংগী লৈফমদা, ট্রাইবল ( উপজাতি ) শিংদা, মীওই কাঙলুপ অমদা নত্রগা ফ্রুপ ( family ) অমদা লেপ্পা লৈতনা চপমান্ননা অমসুং মতম কুইনা ঙাকলক্কুনা আইনগী মতিক ফংলবা করিগুম্বা নিয়মশিংবু হায়বনি।

(খ) "চাকথাক পীবা" হায়বসিদা মখাগীশিং অসি য়াওই—

(অ) মরম থুদিংমক্তা চিঞ্জাক, ফিরোল, লৈফম, মহৈ তম্বা অমসুং লায়েংবগী অৱাৎ-অপা হুনবা;

(আ) লুহোংদ্রিবী মচানুপীগী মতাংদদি মহাক্কী লুহোংবদা চঙফম থোকপা মরমচাবা শেঞ্জং অমসুং মতুংগা লোয়নবা পোৎশিং পীবা;

(গ) "অঙাং" হায়বগী অর্থদি চহী ১৮ শুদ্রিবা মীওই অতুনি।

৪। **আইন অসিগী নমহৎপা ঙম্বা মতিক—**

আইন অসিনা শেংনা তোঙান্না ফোংদোকখ্রবা নত্তনা—

(ক) হিন্দু ৱায়েল-পথাপকী ( Hindu Law ) করিগুম্বা মতাং, নিয়ম নত্রগা ৱাহন্দোক নত্রগা আইন অসি চৎনদ্রিঙৈগী মমাঙমক্তদা হায়খ্রিবা ৱায়েল-পথাপকী শৱক অমা ওইনা লৈরম্বা করিগুম্বা রুহী নত্রগা চৎনবীশিং অতু করিগুম্বা মতাং অতুগীদমক্তা আইন অসি চৎনরবনা —মতুশিংতু চৎনবা তোক্কনি;

(খ) আইন অসিদা য়াওরিবা ৱারমশিংগা অতুক য়াম্নদি চানদবা করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইন—হায়বদি, আইন অসি চৎনদ্রিঙৈগী মমাঙমক্তদা চৎনরম্বা লৈরগদি—করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইনশিংতু চৎনবা তোক্কনি।

পন্দুপ—২

# মীচাবোক য়োকপা

**৫। মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপদি পন্দুপ অসিগী নিয়ম মতুং ইনগনি—**

(১) আইন অসি চৎনবা হৌখিবা মতুংদগীদি পন্দুপ অসিদা য়াওরিবা রারম নত্তনা, কনানস্ু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবা লৌরোইদবনি নত্রগা পীরোইদবনি অমস্যুং রারমশিং অসি থুগায়দুনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপশিংদু চৎনবা য়ারোই।

(২) চৎনবা য়াদবা মওংদা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবনা, য়োক্লবা ইমুংদা, য়োকপা অদুগী মতম নত্তনা ফংবা ঙম্নরোইদবা, করিগুম্বা হক অমত্তস্ু পীদে; অদুগা য়োক্লিবা অঙাং অদু পোকখিবা ইমুংগী কনাগুম্বা মীওই অমগীস্ু করিগুম্বা হক মাঙহনবস্ু লৈতে।

**৬। আইন্না য়ানা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপদা চঙবা মচাকশিং—**

মথাগী মরমশিংসি শুত্রবদি মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা য়াদেঃ—

(অ) য়োক্কদবা মীওইদু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা ঙম্বগী মতিক অমস্যুং হক লৈগদবনি;

(আ) য়োকখিনবা মচা পীথোকপা মীওইদুস্ু পীথোকপা ঙম্বগী মতিক লৈগদবনি;

(ই) য়োক্কদৌরিবা অঙাংদুস্ু য়োকপা য়াবা মীওই ওইগদবনি; অমস্যুং

(ঈ) মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগী থবক অদু পন্দুপ অসিগী মমুংদা ইরিবা অকক্লবা ফীবমশিং ইন্দুনা তৌবা ওইগদবনি।

**৭। হিন্দু নুপা অমগী মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা ঙম্বগী মতিক—**

অঙাওবা নত্তবা অমসুং অঙাং ওইদ্রবা হিন্দু নুপা অমনা মীচাবোক ওইবা নুপা মচা নত্রগা নুপী মচা অমা মচা ওইনা য়োকপা ঙম্বগী মতিক লৈ ;

তৌবতদি, মহাক্কী মতু হিংহুনা লৈরবদি, মতু অহুনা মপূঙ ফানা অমসুং অরোইবা ওইনা তাইবঙগী হৌনবী থাদোকখিবা নত্রগা হিন্দু ওইবা তোকখিবা নত্রগা মতিক লৈবা কোর্ট অমনা অঙাওবীনি হায়না লাউথোকখিবা লৈত্রগদি মতূগী অয়াবা য়াওদনা মহাক্না মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকলোইদৌবনি ।

**ব্যাখ্যা**—মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা মতমদা নুপা অমগী অমদগী হেনবা মতূশিং হিংহুনা লৈরগদি, মথক্তা পনখ্রিবা প্রোবাইজোগী ( তৌবতদি হায়খিবা ) মনুংদা য়াওবা মরম অমনা, কনাগুম্বী মতু অমগী অয়াবা লৌবা মথৌ তাদ্রে হায়বা নত্রগদি, মতূ পুম্নমক্কী অয়াবা লৌবা মথৌ তাই ।

**৮। হিন্দু নুপী অমগী মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা ঙম্বগী মতিক—**

কনাগুম্বী হিন্দু নুপী অমনা মখাগী ফীবমশিং অসিদা মীচাবোক ওইবা নুপা মচা নত্রগা নুপীমচা অমা মচা ওইনা য়োকপা ঙম্বগী মতিক লৈগনি ;

(ক) মহাক অঙাওবী নত্তবা,

(খ) মহাক অঙাওবী ওইদ্রবা, অমসুং

(গ) লুহোংদ্রিবী, নত্রগা লুহোংলবী ওইরগদি, মহাক্কী লুহোংবা অদু কোর্টনা থাইনহনখ্রবা নত্রগা মরা শিখ্রবা নত্রগা মপূঙ ফানা অমসুং অরোইবা ওইনা তাইবঙগী হৌনবী থাদোকখ্রবা নত্রগা মরা অদু হিন্দু ওইবা তোকখ্রবা নত্রগা মরা অদুবু মতিক লৈবা কোর্ট অমনা অঙাওবনি হায়না লাউথোকখ্রবা ।

**(৯) মচাবু মীনা য়োকখিসনু হায়না পীথোকপা ওম্বগী মতিক লৈবা মীওই—**

(১) অঙাংগী মপা নত্রগা মমা নত্রগা অঙাং ঙাকশেনবা মীও নত্তনা অতৈ মীওই কনানসু অঙাং য়োকখিনবা পীথোকপা ওম্বগী মতি লৈতে ।

(২) সব-সেক্সন (৩) নত্রগা সব-সেক্সন (৪) গী য়ারমগী মখ পোন্না, অঙাংগী মপা হিংদুনা লৈরগদি, মহাক্তনা অঙাংদু য়োকখিন পীথোকপগী হক লৈগনি, অদুবু অঙাং মমা অদুনা মপুঙ ফানা অমস্ অরোইবা ওইনা তাইবঙগী হৌনবী থাদোকখ্রবী নত্রগা হিন্দু ওই তোকখ্রবী ওইরবা নত্রগা মতিক লৈবা কোর্ট অমনা মহাকপু অঙাওবী হায়না লাউথোকপা ওইত্রগদি, অঙাং মপানা অসিগুম্বা হক অসি শীজিন্নব য়ারোই ।

(৩) অঙাং মপা অদু শিরগদি, নত্রগা মহাক্না মপুঙ ফানা অমসু অরোইবা ওইনা তাইবঙগী হৌনবী থাদোকখ্রগদি, নত্রগা হিন্দু ওই তোকখ্রগদি, নত্রগা মতিক লৈবা কোর্ট অমনা মহাক অঙাওবনি হায়ন লাউথোকখ্রগদি, অঙাং মমানা অঙাং অদু য়োকখিনবা পীথোকপা য়াই

(৪) অঙাংগী মপাসু মমাসু শিরবা নত্রগা মবানিমক মপুঙ ফান অমসুং অরোইবা ওইনা তাইবঙগী হৌনবী থাদোকখ্রবা, নত্রগা মচা অ লংশেকখ্রবা, নত্রগা মতিক লৈবা কোর্ট অমনা অঙাওবা অঙাওবী হায়না লাউথোকখ্রবা ওইরবদি, নত্রগা অঙাং অদুগী মমা মপা খঙদ্রগদি অঙাংগী ঙাকশেনবা মীওইনা, কোর্টকী অয়াবা হান্না লৌরগা কনাগুম্ব মীওই অমদা য়োকখিনবা পীথোকপা নত্রগা অঙাং ঙাকশেনবা মীও মশামক্তসু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগুম য়োকচবা য়াই ।

(৫) সব-সেক্সন (৪) গী মখাদা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অদুদ অয়াবা পীব্রিভৈদা, মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগী থবক অদু, অঙা

অহুগী য়াইফনবগীদমক ওই, অঙাং অহুগী চহী অমসুং ভাব তাবা ঙম্বগী মতুংইন্না মসিগী মতাংদা মশাগী অপাম্বা অনিঙবনচিংবা মুন্না য়েংবিরে, অমসুং অয়াবা নিরিবা রাকৎ-মী অহুনা মতম অসিগীদমক শেল লৌখিদে নত্রগা লৌগে হায়না য়াখিদে অহুগা মীওই কনানসু রাকৎ-মী অহুদা করিগুম্বা শেনফম নত্রগা মনা কোর্টনা য়াবিবা নত্তনা অঙাং য়োকপিনবা লৌশিনবগী মমল ওইনা পীখিদে নত্রগা পীদে হায়বশিং অসিদা কোর্টনা পেনবিবা ওইগদবনি ।

**ব্যাখ্যা—সেক্সন অসিগীদমক্তা—**

(ক) "মপা" অমসুং "মমা" হায়বা রাহৈশিং অসিদা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লিবা মপা অমসুং মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লিবী মমা য়াওদে ; অমসুং

(ক-অ) "অঙাং ঙাকশেনবা মীওই" হায়বদি অঙাং অমা ঙাক শেল্লিবা নত্রগা অঙাংবুসু অঙাংগী লন-থুমবুসু ঙাকশেল্লিবা মীওই অহুনি ; মহুদা মখাগীশিংসি য়াওই :—

(অ) অঙাংগী মপা নত্রগা মমানা হাপ্পা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ; অমসুং

(আ) কোর্টনা হাপ্পবা নত্রগা লাউথোক্লবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ; অমসুং

(খ) "কোর্ট" হায়বসিগী রাহন্দোক্তি, মহৌশানা য়োক্কদৌরিবা অঙাং অহুনা লৈরিবা *হকলমবু কোনবা সিটি সিভিল কোর্ট নত্রগা ডিষ্ট্রিক্ট কোর্ট অহুনি ।

---

*"হকলম" হায়বসি এলাকাসু কৌই। ইংরাজীদা Territorial jurisdiction হায়বহুনি মসি কোর্টনা রায়েনবা য়ারিবা কোর্ট অহুনা কোনবা লম মথৈ অহুনি ।

**১০। মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবা লৌবা য়াবা মীওইশিং (অঙাংশিং)** — মথাগী অকক্লবা ফীবমশিং (conditions অসি থুংহ্রগদি মীওই কনাবুসু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবা লৌব য়ারোই :—

(অ) মহাক হিন্দু অমা ওইবা ;

(আ) মহাক কনানসু হান্না য়োকথিহ্রিবা ওইবা ;

(ই) য়োক্কদৌরিবা অমসুং পীগদৌরিবা মীওইশিং অদুগী রুহী নত্রগা চৎনবীনা অঙাং অদু লুহোংখ্রবসু মীচাবোকপু মচ ওইনা য়োকপা চৎনৈ হায়বা লৈত্রগদি মহাক (অঙাং) অদু লুহোংহ্রিবা মীওই ওইবা ;

(ঈ) য়োক্কদৌরিবা পীগদৌরিবা মীওইশিং অদুগী রুহী নত্রগ চৎনবীনা অঙাং অদু চহী ১৫ শুরগসু মীচাবোকপু মচ ওইনা য়োক্লবা পীবা চৎনৈ হায়বা লৈত্রগদি অঙাং অদু চহী ১৫ শুহ্রিবা মীওই ওইবা।

**১১। আইনা য়াবা মওংদা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবগী অকক্লবা ফীবমশিং**—মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা খুদিংদা মথাগী অকক্লবা ফীবমশিং অসি ইনগদবনি—

(অ) য়োকলিবদুনা *মচা নুপা ওইরগদি মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্কদৌবিবা মপা নত্রগা মমা অদুগী

---

*নুপা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপনা শাস্ত্রগী ধর্ম্মগী থৌরম কায়হন্দে ; অদুগা অঙাং অদু মমা মপাগী পারী পুরীগী মিং পরেংদা হাপ্তুনা তাইবঙদা তত্তনা উহল্লি ; নুপী মীচাবোক্তি অশেংবা মচাগী মহুং শিনবতনি।

হিন্দু ওইরিবা মচা নুপা, মচা নুপানা পোকপা মচা নুপা নত্রগা মচা নুপানা পোকপা মচা নুপাগী মচা নুপা অমা য়োক্কদবা মতমদা **আইন্না য়ানা পোকপা ঈগী মরীবু ওইরবসু অতোপ্পা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপদগী লাকপা মরীবু ওইরবসু হিংহুনা লৈবা ওইরোইদবনি ;

(আ) য়োক্লিবহুনা *মচানুপী ওইরগদি, মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্কদৌরিবা মপা নত্রগা মমা অহুগী হিন্দু ওইরিবী মচানুপী, নত্রগা মচানুপানা পোকপী মচানুপী অমা য়োক্কদবা মতমদা **আইন্না য়ানা পোকপা ঈগী মরীবু ওইরবসু অতোপ্পা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপদগী লাকপা মরীবু ওইরবসু হিংহুনা লৈবা ওইরোইদবনি ;

(ই) মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্কদৌরিবা মীওইনা নুপা ওইরগা য়োক্কদৌরিবী অঙাংনা নুপী ওইরগদি, য়োক্কদৌরিবা মপানা য়োক্কদৌরিবী অঙাংদগী য়ামদ্রবদা চহী ২১ হনগদৌবনি;

(ঈ) মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্কদৌরিবী মীওইনা নুপী ওইরগা য়োক্কদৌরিবা অঙাংনা নুপা ওইরগদি, য়োক্কদৌরিবী মমানা য়োক্কদৌরিবা অঙাংদগী য়ামদ্রবদা চহী ২১ হনগদৌবনি ;

(উ) অঙাং অমতবু অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা মীওইশিংনা অমুক্তদা য়োকপা য়ারোই ;

(ঊ) য়োক্কদৌরিবা অঙাং অহু, মরী লৈনবা মমা মপা নত্রগা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই নত্রগা মখোয়গী অয়াবা য়াওনা মহাক্কী পোকফম ইমুংদগী, নত্রগা লংশেক্লমলবা ( abandoned ) অঙাং, নত্রগা মমা মপা মশক খঙদ্রবা অঙাং ওইরগনা, অঙাং লৈরমলিবা মফমদগী নত্রগা অঙাংহু

তাং অসিদা "হিন্দু লুহোংবগী আইন, ১৯৫৫ গী সেক্সন ১৬ য়েংউ।

নাওকোন্নমলিবা (brought up) ইমুংদগী তশেংন পীথোকনিঙবা য়াওনা পীথোকপা অমস্তুং মীচাবোকপু মচ ওইনা য়োক্কদৌরিবা ইমুংনস্তু য়োক্কনবা তশেংনা লৌশিনব ওইগদৌবনি ঃ

তৌবতদি, মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগী থবক অদু চৎনবা য়াহনবদা *অশেংবা মৈফমদা ঘী কৎপগী মথৌ তাদে।

**১২। মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগী মহৈ**—মরম খুদিং মক্তা য়োকখিবা মুমিত্তগী হৌনা, য়োক্লিবা অঙাং অদু, মীচাবোক ওইরিব মাবু মচা ওইনা য়োকলিবা মপা নত্রগা মমাগী মচানি হায়না লৌগনি অমস্তুং অসিগুম্বা মুমিত্তগী য়োকপা অদুগী মপান্না মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লিবা ইমুংদা শেমখ্রিবা মরী অদুগা লোয়ননা অঙাং অদুগী পোকফম ইমুংগী মরী পুম্নমক তৎনগনি ; তৌবতদি,—

(ক) অঙাং অদুনা মহাক্কী পোকফম ইমুংদা লৈরম্লগদি, লৌন-লৈনবা য়ারোইদবা মীওইশিংদু, মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপ্রবা মতুংদস্তু মানা লুহোংদুনা লৌন-লৈনবা য়ারোই;

(খ) মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্কি ভৈঙগী মমাওদা য়োক্লিবা অঙাং অদুদা পীপ্রবা লন-থুমনচিংবা মঙোন্দা অদুম পানখিগনি ; তৌবতদি, অদুগুম্বা লন-থুম অদুগা লোয়নরিবা মপু ওইবগী মরী অদু কায়হন্দনা, মহাক্কী পোকফম ইমুংগী মরী মতানচিংববু চাকথাক পীবা য়াওনা, য়ানবা ব্রাকয়চিংবা লৈরবদি, মদুগী মথাদি পোনখিগনি ;

*"অশেংবা মৈফম" হায়বসি যজ্ঞগী মৈফমনি। হিন্দু শাস্ত্রদা যজ্ঞ তৌরগা ঘী কৎপা অসি "দত্ত হোমম" কৌই। শাস্ত্রগী মতুং ইন্না মীঙোন্দা মচা য়োক্লবা পীথোকপা অমস্তুং য়োক্কদবা মীওইনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্কবা লৌশিনবদা যজ্ঞ তৌরগা ঘী কৎপা অদুনি।

(গ) মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকখ্রবা অঙাং অদুনা মহাক য়োক্লিবা মীওই অমদা পীথোক্লোইদবনি।

**১৩। মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লিবা মমা মপানা মবানিগী লন-থুম য়োম্লোক-পীথোকপগী হক—** তোঙানবা মওংদা য়ানবা নত্তনা, মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লিবা মপা নত্রগা মমা অদুনা হিংলিঙৈদা নত্রগা *উইলগী মপান্না লন-থুম থাদোকপগী হক অদু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকলুবনা থিংবা লৈতে।

**১৪। করিগুম্বা অকক্লবা থৌদোক ( case ) অমনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপী মমা থিদোকপা—**

(১) হিংলিবা মতূ লৈবা হিন্দু অমনা মীচাবোক অঙাং অমা মচা ওইনা য়োক্লবদি, মতূ অদু অঙাং অদুগী মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা মমানি হায়না লৌগনি।

(২) মতূ য়াম্না লোনবা মীওইনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা মতমদা অমদগী হেনবা মতূশিংদগী অয়াবা লৌখ্রবদি, মখোয় ময়ামগী মরক্তা খ্বাইদগী লুহোংবা হানবী মতূনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপী মমানি অদুগা অতৈনা মমা অতোনবীশিংনি হায়না লৌগনি।

(৩) পাখ্রা নত্রগা পাখং অমনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবদি, মানা কোম্না লুহোংবী কনাগুম্বী মতূ অদু অঙাং অদুগী মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপী মমা অতোম্বীনি হায়না লৌগনি।

(৪) লুখ্রাবী নত্রগা লৈশাবীনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবদি, মহাক্না কোম্না লুহোংবা কনাগুম্বা মরা অদু য়োক্লিবা অঙাং অদুগী মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা মপাতোননি হায়না লৌগনি।

---

*মশা শিখ্রবা মতুংদা মরন-মথুম মীওই অতোপ্পনা ফংহৌনবা, মশা শিঙ্গিঙৈদা ইরম্বা চে অদু উইল কৌই।

**১৫। আইন্না চৎনবা য়াবা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা অদু ককথৎলোইদবনি—** আইন্না চৎনবা য়াবা মওংদা মীচাবোক অমা মচা ওইনা য়োকপ্রবদি মহু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লিবা মপানা নত্রগা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবী মমানা নত্রগা মীওই অতৈ অতৈনা ককথৎপা য়ারোই, অহুগা য়োকখ্রবা অঙাংনসু মহাক্কী অহুগুম্বা ওইরিবা ফীবমহু থাদোক্কুনা মহাক্কী হাম্নগী পোকফম ইমুংদা হনবা য়ারোই।

**১৬। রেজিষ্টার তৌরবা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগী *চে-চাংশিং চুমই হায়না লৌগনি—** হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা চৎনরিবা করিগুম্বা আইন অমগী মখাদা রেজিষ্টার তৌরবা অঙাং পীথোক-লিবা অমসুং মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োক্লবা লৌশিল্লিবা মীওইশিংনা সহী তৌনরে হায়রিবা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগী মরোল ইশিল্লবা চে-চাং অমা করিগুম্বা কোর্টকী মমাঙদা পুথোক্লবদি, মহুগী প্রমাণ কক্রিবমথৈ আইন অসিগী ৱারমশিং ইন্দুনা য়োকখ্রবনি হায়বসি কোর্টনা চুমই লৌগনি।

**১৭। করিগুম্বা শেল পীবা থিংবা—** মীওই কনানসু কনাগুম্বা মীচাবোক অমা মচা ওইনা য়োকপগীদমক মমল ওইনা শেল ওইরবসু অতৈ মনা ওইরবসু, লৌবা, লৌগে য়াবা তৌরোইদবনি, অমসুং মীওই কনানসু মহু লৌবদা সেক্সন অসিনা থিংলিবা করিগুম্বা শেল নত্রগা মন পীনবা তৌরোইদবনি, পীগে হায়না য়ারোইদবনি অমসুং পীসু পীরোইদবনি।

(২) কনাগুম্বা মীওইনা সব-সেক্সন (১) গী ৱারমশিং অসি থুগায়রবদি মহাকপু থা ৬ ফাওবা শাংদোকপা য়াবা ফাদোক্কী চৈরাক পীগনি নত্রগা ৱাকোং শেনসু তাগনি, নত্রগা চৈরাক অনিমক পীগনি ;

---

*"চে-চাংশিং" হায়বসি ইংরাজীদা documents হায়বহুনি ; ডোকুমেণ্টকী অর্থদি "ভারত সাক্ষী সাবোন আইনগী সেক্সন ৩ য়েংউ।

(৩) সেক্সন অসিগী মখাদা মীহাৎ-মীপুনগী রাকৎ ( Prosecution ) অমতসু রাজ্য সরকারগী নত্রগা মসিগী মতাংদা রাজ্য সরকারনা মতিক পীরবা আফিসার অমগী হায়নবা পীবা অয়াবা য়াওদনা চথবা য়ারোই ।

## পন্দুপ—৩
## চাকথাক পীবা

### ১৮। মতুগী চাকথাক পীবা

(১) আইন অসি চৎনবা হৌত্রিভৈদগী ওইরবসু চৎনবা হৌখ্রবা ।তুংদগী ওইরবসু লুহোংথিবী হিন্দু নুপী অমবু, সেক্সন অসিদা ইরিবা ।ারোলগী মতুংইন্না, মহাক শিত্রিবমখৈ মরানা পীবা চাকথাক ফংফম থাকপা লৈ ।

(২) য়ুম পাল্লবী হিন্দু নুপী অমা মখাগী মরমশিং অসিদা মহাক্কী ।রাদগী, চাকথাক ফংফম থোকপা অহু মাঙদনা, তোঙাম্না লৈজবগী হক ফংফম থোকই :—

(ক) মরম চাদনা অমসুং মতুগী অয়াবা য়াওদনা নত্রগা মতুগী নিঙবগী মায়োক্তা নত্রগা তৌগে হায়বা মওংদা মতুবু থৌওইদবা য়াওনা থাদোক্লে হায়বা মরা অদুগী মরাল লৈরবদা ;

(খ) মরানা অসুক্কী মতিক তমথীবা শাজৎ চৎপিবনা মরম ওইদুনা মতু অদুনা মরাগা লৈমিন্নরবদি মহাক্কী মপূক্কিও শোক-চিল্লকপা নত্রগা মাঙহল্লকপা য়াবগী মরম চাবা অকিবা লৈরবদা ;

(গ) মরা অহু তমথীবা মওংগী ওইবা কুষ্ঠিগী লায়নানা নায়বদা ;

(ঘ) মরা অহুগী অতোপ্পা কনাগুম্বা হিংলিবী মতু লৈরবদা ;

(ঙ) মরা অহুনা মতূ অতোনবী অমা, মতূনা লৈরিবা য়ুম অহু-
মক্তদা থম্লবদা নত্রগা মরা অহু মরুপ্বী অমগা মফম অতৈদা
হেক হেক লৈমিন্নরবদা ;

(চ) মরা অহুনা হিন্দু ওইবা তোক্ত্না অতৈ ধর্ম্ম ওনথ্রবদা ;

(ছ) মতূ অহুনা তোঙাম্না লৈনবগী অচাবা মরম অতৈ উৎলবদা ;

(জ) য়ুম পাল্লবী হিন্দু নুপী অমনা নুপী ওইবীগী লীচৎ চুমথ্রবদি
( সতী ধর্ম্ম ঙাক্ত্রবদি ) নত্রগা অতোপ্পা ধর্ম্ম ওন্দুনা হিন্দু ওইত্রবদি মহাক্না
মরাদগী য়ুম তোঙাম্না লৈহুনা চাকথাক ফংফম থোক্তে।

## ১৯। মমৌ নুপী লুখ্রাবীগী চাকথাক পীবা—

(১) আইন অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদবু ওইরবসু চৎনবা হৌথ্রগবু
ওইরবসু লুহোংখিবী হিন্দু নুপী অমবু, মরা শিথ্রবা মতুংদা, মকুবোক্না
চাকথাক পীফম থোকই।

তৌবতদি, অসি ফাওবা লৈ হায়বদি, লুখ্রাবী অহুনা মতোম্ম-
তনা তান্দুনা নত্রগা অতৈ লন-থুমদগী চাজবা ঙমত্রবদা নত্রগা মশাগী
লন-থুম লৈজদহুনা মশাগী হিংজনবা ফংবা ঙমজত্রবদা মখাগীশিং অসিদগী
তানগনি :—

(ক) মরাগী নত্রগা লুখ্রাবী অহুগী মপাগী নত্রগা মমাগী লন-থুমদগী
নত্রগা

(খ) মচানুপা লৈরগদি মচানুপাদগী নত্রগা মচানুপী লৈরগদি মচা-
নুপীদগী নত্রগা মচানুপা নত্রগা মচানুপী অহুগী লন-থুমদগী।

(২) সব-সেক্সশ (১) গী মখাদা তৌফম থোকপা অপুনবা ( obli-
gation ) করিগুম্বা লৈজরবসু স্বতঃ ফংমিন্নবা য়াবা মাল-চাং ( copar-
cernary property ) মমৌনদি শরূক ফংখিদ্রিবা, মকুবোকী থুক্ত্রা

লৈরিবহুদগী মকুবোক্না করিস্সু পীনবা উপাই লৈত্রগদি, মকুবোকপু নমহুনা চাকথাক পীহনবা য়ারোই ; অহুগা অসিগুম্বা করিগুম্বা তৌফম থোকপা অপুনবসি মমৌ নুপীনা লুহোংখিবা নুমিত্তা কোকনি।

**২০। মচাশিংগী অমদি অহল ওইরবা মমা মপাগী চাকথাক—**

(১) সেক্সন অসিদা ইরিবা রারমশিংগী মথা পোন্না, নুপা ওইরবস্সু নুপী ওইরবস্সু হিন্দু অমনা, মহাক মহাক্কী পুন্সিদা, মহাক মহাক্কী আইন্না য়ানা পোকপা মচাশিংগী নত্রগা লান্নন পোকপা মচাশিংগী নত্রগা মহাক মহাক্কী অহল ওইরবা নত্রগা শোল্লবা মমা মপাশিংগী চাকথাক পীফম থোকই।

(২) আইন্না য়ানা পোকপা মচা নত্রগা লান্নন পোকপা মচানা মাগী মপা নত্রগা মমাদগী মানা অঙাং ওইরিমখৈ চাকথাক তানবা য়াই।

(৩) নুপা ওইরবস্সু নুপী ওইরবস্সু মীওই অমনা, মহাক মহাক্কী অহল ওইরবা নত্রগা শোল্লবা মমা মপা নত্রগা লুহোংদ্রিবী মচানুপীগী মফমদা তৌফম থোকপা মথৌগী অপুনবা অসি মমা মপা অহুনা নত্রগা লুহোংদ্রিবী মচানুপী অহুনা, ওইবা য়াবা ক্ষীবমগী মতুংইন্না, মশা মশানা তাঞ্জবা অহুদগী নত্রগা মশা মশাগী অতৈ মাল-চাংদগী মশা মশা হিংনবা ফংবা ঙমজদ্রিবা মতম ফাওবতগীনি।

**ব্যাখ্যা—** সেক্সন অসিগী মনুংদা য়াওবা "মমা-মপা" ( Parents ) শায়বসিদা মচা লৈতবা "মমা অতোনবী" য়াওরি।

**২১। মীথা পোনবা মীওইশিংগী রাহন্দোক—** পন্দুপ অসিগী ইনা "মীথা পোনবা মীওইশিং" হায়রবদি শিথ্রবা মীওই অমগী মথাদা রিবা মরী-মতাশিং অসিনি :—

(অ) শিথ্রবা মীওইগী ( নুপা নুপী থায়দে ) মপা ;

(আ) শিথ্রবা মীওইগী ( নুপা নুপী থায়দে ) মমা ;

(ই) শিগ্রবা মীওইনা থমলম্বা লুথ্রাবী ( মানা অমুক লুহোং-ত্রিবমথৈ ) ;

(ঈ) শিগ্রবা মীওইগী মচানিপা নত্রগা মাগী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী মচানুপা নত্রগা মহাক্কী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী শিগ্রবা মচানুপাগী মচানুপা ( মানা অঙাং ওইরিবমথৈ ) :

তৌবতদি অসি ফাওবা লৈ হায়বদি, মশূনুপানা মাগী মপাগী নত্রগা মমাগী মাল-চাংদগী অমস্তুং শুথাং মশূ নুপানা মহাক্কী মপাগী নত্রগা মমাগী নত্রগা মপাগীস্থ মপাগী নত্রগা মপাগীস্থ মমাগী মাল-চাংদগী চাকথাক ফংলোই ;

(উ) শিগ্রবা মীওইগী ( নুপা নুপী থায়দে ) লুহোংত্রিবী মচানুপী, নত্রগা মাগী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী লুহোংত্রিবী মচানুপী নত্রগা মাগী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী লুহোংত্রিবী মচানুপী, মানা হেক লুহোংদনা লৈরিবমথৈ ;

তৌবতদি, অসি ফাওবা লৈ হায়বদি, মশূনুপী অতুনা মাগী মপাগী নত্রগা মমাগী মাল-চাংদগী চাকথাক ফংলোই অমস্তুং শুথাং মশূনুপীনা মহাক্কী মপাগী নত্রগা মমাগী নত্রগা মপাগীস্থ মপাগী নত্রগা মপাগীস্থ মমাগী মাল চাংদগী চাকথাক ফংলোই ।

(ঊ) শিগ্রবা মীওই ( নুপা ) গী লুথ্রাবী ওইরবী মচানুপী ;

তৌবতদি, অসি ফাওবা লৈ হায়বদি, লুথ্রাবী অসিনা মথাগীশিং অসিদগী চাকথাক ফংলোই :—

(১) লুথ্রাবীতুগী মরাগী মাল-চাংদগী ; নত্রগা

(২) লুথ্রাবীতুগী মচানুপা নত্রগা মচানুপী লৈরবদি মখোয়দগী নত্রগা লুথ্রাবীগী মচানুপাগী মাল-চাংগী নত্রগা পুথ্রাবীগী মচানুপীগী মাল-চাংদগী ; নত্রগা

(৩) লুখ্রাবী অহুগী মকুবোক্তগী নত্রগা মকুবোক অহুগী মপাদগী নত্রগা হায়খ্রিবা অনিহুগী অমগী মাল-চাংদগী ;

(ঋ) শিথ্রবা মীওই ( মুপা ) গী মচামুপাগী নত্রগা হান্না শিথ্রবা মচানুপাগী কনাগুম্বী লুখ্রাবী, লুখ্রাবী অহুনা অমুক লুহোং-খ্রিবমখৈ ;

তৌবতদি, অসিফাওবা লৈ হায়বদি, লুথ্রাবী অহুনা মহাক্কী মরাগী মাল-চাংদগী নত্রগা লুখ্রাবী অহুগী লৈরগদি, মচানুপা নত্রগা মচানুপী নত্রগা মবানিগী লন-থুমদগী চাকথাক ফংলোই ; নত্রগা মশূনা লৌরম্বা লূথ্রাবীনসু মকুবোক্কী লন-থুমদগী চাকথাক ফংলোই ;

(৯) শিথ্রবা মীওইগী ( নুপা নুপী থায়দে ) অঙাং ওইরিবা লান্নবা মচানুপা, মানা অঙাং ওইরিবমখৈ ;

(এ) শিথ্রবা মীওইগী ( নুপা নুপী থায়দে ) লান্নবী মচানুপী, মানা লুহোংখ্রিবমখৈ ।

২২। *মীথা-পোনবা মীওইশিংগী চাকথাক—

(১) সব-সেক্সন (২) দা ইরিবা রারমশিংগী মখা পোন্না শিথ্রবা হিন্দু অমগী **লন-থুম ফংহৌবা মীনা শিথ্রবা মীওইগী মখাপোনবা মীওইশিংদা, শিথ্রবা মীওইদগী ফংহৌবা মহাক্কী লন-থুমদগী চাকথাক পীফম থোকই ।

---

*"মীখাপোনবা মীওইশিং" হায়বসি ইংরাজীদা 'dependants' হায়রিহুনি ; মসিগী রাহন্দোক্তি মীঙোন্দগী চিঞ্জাক, ফিরোল, লায়েংনবা ইদাক, লৈফম, মহৈ-মশিং তম্বা, নত্রগা লুহোংবনচিংবগী মতাংদা মীগী মখাপোন্দুনা হিংবা মীওইশিংনি। মখোয়হু সেক্সন ২১ দা পনখ্রিবা মীওইশিংনি।

**মপা মপু শিথ্রবা মতুংদা লন-থুম ফংহৌবা মীওই হায়বনি, মসি "উত্তরাধিকারী" সু কৌই ।

(২) মীখা পোনবা মীওই অহুনা ***উইলগী মপান্নবু ওইরবস্তু, উইল তৌরমদনবু ওইরবস্তু, আইন অসি চৎনবা হৌবা মতুংদা শিবা হিন্দু অমগী লন-থুম করিস্তু ফংহৌত্রবদি, আইন অসিগী রারমশিংগী মখাপোন্না লন-থুম লৌরিবা মীওইদগী চাকথাক ফংফম থোকই।

(৩) লন-থুম লৌরিবা মীওইশিংনা পীফম থোকপা অহু মীওইশিং অহুনা লৌরিবা লন-থুমগী শরক্কী নত্রগা মচেৎকী মমলগী চাংগা চানবা ওইগদৌবনি।

(৪) সব-সেক্সন (২) নত্রগা সব-সেক্সন (৩) দা ইরিবা করিগুম্বা লৈজহুনস্থ মহাক মশামক ( মুপী মুপা খায়দে ), মীখা পোনবা মীওই ওইরগদি, অহুগা মীওই অহুনা মাগী চাকথুং নত্রগা মচেৎ খরা ফংহুনা মহুগী মমল অহুদগী নত্রগা ওইবা য়াবা মমলদগী আইন অসিগী মখাদা চাকথাক ওইনা পীফম থোকপা পীহল্লগা, মহাকী ফংফম থোকপদগী হুম্বরগদি, অতোপ্পা অহুগী চাকথাক পীবদা মতেং পীফম থোক্কে।

২৩। চাকথাক্কী চাং—

(১) আইন অসিদা ইরিবা রারমশিংগী মখাদা করিগুম্বা চাকথাক পীরবদি, কয়াম পীগদগে হায়বহু লেপ্পসি কোর্টকী মনিঙনি, অমস্তুং মহু পীবদা কোর্টনা সব-সেক্সন (২) নত্রগা সব-সেক্সন (৩) গী মখাদা ইবগুম্না, ওইবা য়াবা ফীবমগী মতুংইন্না, য়াবমখৈ মতিকচানা খন্নরগা পীগনি।

(২) মুপা অমগী মতূদা, মচাশিংদা নত্রগা অহল ওইরবা নত্রগা শোল্লবা মমা-মপাদা আইন অসিগী মখাদা, করিগুম্বা চাকথাক পীবগী চাং লেপ্পদা মখাগী মরমশিংদি খন্নগনি—

(ক) মায়কৈ অনিমক্কী ফীবম অমস্তুং সমাজদা মখোয়গী থাক ;

(খ) চাকথাক তাল্লিবা মীওইগী মরমচাবা দরকার ;

***"উইল" হায়বদি শিরবা মতুংদা লন-থুম ফংহৌনবা চে হায়বনি।

(গ) চাকথাক তাল্লিবা মীওইনা তোঙাল্লা লৈরগদি, মহাক্না তোঙাল্লা লৈবা চুম্মী হায়বগী প্রমাণ ;

(ঘ) চাকথাক তাল্লিবা মীওইগী মাল-চাংগী মমল অমস্তুং অদুগুম্বা মাল চাংদগী শেনফং লাকপা লৈরগদি কয়াম ফংবা, নত্রগা মশানা তানবা ঙম্বনা কয়ানো নত্রগা অতৈ অতৈ থোকফম্না করি করি লৈ হায়বা ;

(ঙ) আইন অসিগী মখাদা চাকথাক ফংফম থোকপা মীওইশিংগী মশীং।

(৩) আইন অসিগী মখাদা মীখা পোনবা মীওইশিংদা চাকথাকমন, করিগুম্বা লৈরবদি, কয়া ওইগদগে হায়বা লেপ্লদা মখাগী মরমশিং অসি য়েংগনি—

(ক) লম্মন তোনবা পুন্বা শিংদোকথ্রবা মতুংদা শিগ্রবা মীওইগী লৌ-ইংথোলগী লেমহৌবা মমল ;

(খ) শিগ্রবা মীওইনা ইরম্বা উইলগী য়ারম, করিগুম্বা লৈরবদি ;

(গ) অনি অদুগী মরী মতা থোক্লবগী চাং ;

(ঘ) চাকথাক তাল্লিবা মীওইগী মরম চাবা দরকার ;

(ঙ) মীখা পোনবা মীওইগা শিগ্রবা মীওইগগী মরক্তা লৈনবা হৌথ্রবা মরী ;

(চ) মীখা পোনবা মীওইগী মাল-চাংগী মমল অমস্তুং অদুগুম্বা মাল-চাংদগী শেনফং লাকপা লৈরগদি কয়াম ফংবা, নত্রগা অতৈ অতৈ থোকফম্না করি করি লৈ হায়বা ;

(ছ) আইন অসিগী মখাদা চাকথাক ফংফম থোকপা মীখা পোনবা মীওইশিংগী মশীং ;

**২৪। চাকথাক তানবা মীওইদি হিন্দু ওইগদবনি—** মীওই অদুনা ( নুপা নুপী খায়দে ) হিন্দু ওইবা তোক্তুনা অতোপ্পা ধর্ম্ম ওনথ্রবদি মহাক চাকথাক্কী হক ফংফম থোক্তে।

**২৫। ফীবমশিং হোংলকপগী মতুংইন্না চাকথাক্কী চাং হোংবা য়াই**—আইন অসি চৎনবা হৌত্রিভৈদগীবু ওইরবস্থ চৎনবা হৌথ্রবা মতুংদগীবু ওইরবস্থ কোর্টকী রাখৈ অমনা নত্রগা য়ানবা অমগী মথাদা লেপখিবা চাকথাক্কী চাং অদু, মতুংদা করিগুম্বা মরূওইবা অহোংবা লৈহুনা অসিগুম্বা ফীবমশিংদা হোংবা চুমই হায়বগী প্রমাণ লৈরবদি হোংবা য়াই।

**২৬। শেন্দোন শিংদোকপনা খ্বাইদগী হানফম থোকই**—সেক্সন ২৭ তা ইরিবা রারমশিংগী মথা পোন্না, শিথ্রবা মীনা হিংলিভৈদা ইরম্বা য়ান-চে নত্রগা মানা পীফম থোকপা খুদিংমক, আইন অসিগী মথাদা *মথাপোনবা মীওইশিংনা চাকথাক্কীদমক তাল্লিবা দাবীশিংদগী হান্না শিংদোক্কনি।

**২৭। করম্বা মতমদা চাকথাকপু মাল-চাংগী শেনফংদগী পাশিন্নবা (Charge) য়াবগে**—শিথ্রবা মীওই অহুনা উইলদা পীরমহুনা অমদি *মীথা পোনবা মীওইগা মাল-চাং অহুগী নত্রগা মহুগী শরূক খরগী মপু অহুগা অতোপ্পা মওংদা য়ানহুনা কোর্টনা রাখৈ অমদা পীবা নত্রগদি, আইন অসিগী মথাদা *মীথা পোনবা মীওই অমনা তৌবা চাকথাক্কী দাবী অহু শিথ্রবা মীওই অহুগী মাল-চাং নত্রগা মহুগী শরূক খরগী শেনফংদগী পাশিন্নফম থোক্কে।

**২৮। লন-থুম **পীথোক-য়োম্থোকপনা চাকথাক ফংবগী হকতা কয়াম শোকহনবা**— মীথা পোনবা মীওই অমনা মাল-চাং

---

*সেক্সন ২২গী নোট য়েংউ।

**ইংরাজীদা transfer হায়বহুনি। Transfer of Property Act, 1882 গী সেক্সন ২৯ য়েংউ। মসিদা য়োম্থোকপা, দান তৌথোকপা, বন্ধক থমদোকপা অমসুং শান্দোকপা য়াওরি।

খরদগী চাকথাক ফংবগী হক লৈরবদা অমসুং অসিগুম্বা মাল-চাং নত্রগা মসিগী শরুক খরদু মীঙোন্দা পীথোক-য়োম্থোকপ্রবদি মাল-চাং লৌরিবা মীওই অদুনা, *মীথা পোনবা মীওইগী চাকথাক ফংনবগী হক লৈ হায়বদু খণ্ডলগদি, নত্রগা মাল-চাং লৌবা মীওই অদুনা **মমল পীদবা ওইরগদি, চাকথাক অদু মাল-চাং লৌরিবা মীওইনা পীগনি; অদুবু মমল পীদুনা লৌবা ওইরবা অমসুং চাকথাক ফংকম থোকপগী হক লৈ হায়বা অদুসু খণ্ডলমত্রগদি মাল-চাং অরোঃবা মীনা চাকথাক পীফম থোক্কে।

### পন্দুপ—৪

## ককথৎখ্রবশিং অমসুং কাইথোকহৌরবশি

২৯। **ককথৎখ্রবশিং**— ১৯৬০ গী অ্যাক্ট ৫৮ শুবনা ককথৎখ্রে।

৩০। **কাইথোকহৌরবশিং**— আইন অসিদা য়াওরিবা করিগুম্বনসু আইন অসি চৎনবা হৌত্রিভেদা পাঙথোকখিবা করিগুম্বা মীচাবোক য়োকপা অমতবু শোকহল্লোই; অমসুং অসিগুম্বা য়োক্লখিবগী চৎনবা য়াবা অমসুং মতুগী মহয় অদু আইন অসি পাস তৌরমদবগুম্না চৎনহন্নবা য়াথং পীগনি।

---

*সেক্সন ২২ গী নোট য়েংউ।

**"মমল পীদবা" হায়বসি ইংরাজীদা gratuitous হায়বনি।



# হিন্দু স্বত্বঃ ফংনবা আইন, ১৯৫৬

**( ১৯৫৬ কী নং ৩০ শুবা )**

**তাং ১৭ । ৭ । ১৯৫৬ ইং**

**Hindu Succession Act, 1956**

**No 30 of 1956**

**17. 6. 1956.**

হিন্দুশিংগী মরক্তা উইল তৌরমদবা স্বত্বঃ ফংনবগী মরী লৈনবা য়ায়েল-পথাপ শেমদোক্নবা অমস্তুং নিয়ম নাইনা ইশিন্দুনা থম্নবা আইন।

নিঙতম্নবা ভারতকী ৭ শুবা চহীদা লোকসভানা মথাগী অসুম্না আইন শেম্মে:

## পন্দুপ— ১

## য়াহৌ

**১। অতেনবা মিং অমসুং চৎনফম**

১) আইন অসিবু হিন্দু স্বত্বঃ ফংনবা আইন, ১৯৫৬ কৌয়নি।

২) মাসি জম্মু অমসুং কাশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম পুম্বদা চৎনগনি।

**২। আইন অসিগা মরী লৈনবা—**

১) আইন অসি মথাগীশিংসিগা হায়বদি—

ক) ভিরাশৈভা, লিঙ্গায়ট নত্রগা ব্রহ্মো, প্রার্থানা নত্রগা আর্য নমাজগী তুংইনবশিং য়াওনা, হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা অমসুং ধর্ম্ম অসিগী

করি মঙং ওইরবস্তু নত্রগা মঙং অমা ওইনা শাগত্তুনা চৎলবা মীওইশিংগা— মসী লৈনৈ।

খ) বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্মচৎপা মীগা মসী লৈনৈ; অমস্তুং

গ) মুসলিম, খৃষ্টান, পারসী নত্রগা যিহুদি ধর্ম্ম চৎপা মীওই নত্তবা, অদুবু মখোয়বু হিন্দু রায়েল পথাপনস্তু,(Hindu Law) পুল্লমলোই অদুগা আইন অসি পাস তৌরমত্রগদ্বু, হায়খ্রিবা রায়েল-পথাপ অদুগী শরুক থরা ওইনা মতাং অসিদা নৈনরিবা রুহী নত্রগা চৎনবী করিগুম্বা মরমশিং অদুনস্তু পুল্লমলোই হায়বা প্রমাণ লৈত্রগদি, হায়খ্রিবা মীওই অদুগস্তু— মরী লৈনৈ।

ব্যাখ্যা— মথাগী মীওইশিংসি, ওইবা য়াবা ফীভমগী মতুং ইন্না হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইগদবনি—

অ) আইন্না য়ানবু পোক্লবস্তু, লান্নদুনবু পোক্লবস্তু, অঙাং অদুগী মমা মপা অনিগী মরক্তা অমনা হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইরবা;

আ) আইন্না য়ানবু পোক্লবস্তু, লান্নদুনবু পোক্লবস্তু, অঙাং অদুগী মমা-মপা অনিগী মরক্তা অমনা হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্ম চৎপা মীওই ওইরবা অমস্তুং অদুগুম্বা উপজাতি, কাঙলুপ, কাঙবু নত্রগা ফুরূপ অদুগী ওইবা মমা-মপা অদুনা অঙাং অদু য়োক্লকপা ওইরবা; অমস্তুং

ই) মীওই অদুনা— হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা শিখ ধর্ম্মদা অতোপ্পা ধর্ম্মদগী ওল্লকপা নত্রগা ধর্ম্ম অতৈ ওল্লরগা অমুক্তা ওনশিল্লকপা— মীওই ওইরবা।

২) সব-সেক্সন (১) দা য়াওরিবা করি করি লৈজরবস্থু, কেন্দ্র সরকারনা আফিসিয়েল গেজেট্টা নোটিশ থোক্তুনা তোঙাম্না তাকপা নত্রগদি ভারত লৈঙাক পথাপকী আইন পরেং ৩৬৬ কী (Article 366 of the Indian Constitution) ক্লোজ (২৫) গী মথুংচনবা শেডিউল্ড ট্রাইবকী (রাতপ্পা য়াওরবা উপজাতিগী) মীওইশিংদদি আইন অসিদা ইরিবা করিগুম্বা অমতনা চলাইবা য়ারোই।

৩) আইন অসিগী মনুংদা "হিন্দু" হায়বা ৱাহৈ অসি, হিন্দু ধর্ম্ম চত্তবা ওইরগস্থু, সেক্সন অসিগী রারমশিংগী মপাম্না আইন অসিনা চলাইবা য়াবা মীওই অমবুস্থু য়াওই হায়না লৌগনি।

## ৩। ৱাহৈশিংগী ৱাহন্দোক—

১) আইন অসিদা মতাংনা তোঙানবা মথৌ তাৱ্রগদি—

ক) "নিপারোমদগী পুদিম্নবা (Agnate)"—মীওই অমা অতোপ্পা মীওই অমগা ঈগী মরীদগী ওইরবস্থু য়োকপদগী ওইরবস্থু নিপারোমদগী ওাক্তা মরী থোক্লরবদি অনি অদু "নিপারোমদগী পুদিম্নবা" কৌই।

খ "আলিয়াস্যান্তানাগী ৱায়েল পথাপ"— আলিয়াস্যান্তানাগী ৱায়েল-পথাপ হায়বাদি; অদুগুম্বা মীওই-খরা অদু ওসিগী আইন অসি পাস তৌরমত্রগস্থু, মাদ্রাস আলিয়াস্যান্তানা আইন, ১৯৪৯ (১৯৪৯ গী ৯ শুবা) নত্রগা ওসিগী আইন অসিগী রারমগী মতাংদা আলিয়াস্যান্তানাগী ৱায়েল পথাপকী চৎনবীনা পুনবা য়ারমগদবা মীওইশিংনি।

গ) "চুম্নগী পুদিম্নবা (Cognate)"— মীওই অমা অতোপ্পা মীওই অমগা ঈ মরীদগী ওইরবস্থু য়োকপদগী ওইরবস্থু, মুপারোমদগী ওইরবস্থু, নুপীরোমদগী ওইরবস্থু মরী থোক্লরবদি অনি অদু "চুম্নগী পুদিম্নবা কৌই।

**"কুহী (Custom)"** অমসুং **"চৎনবী (Usage)"** হায়বা রাহৈশিং অসি হিন্দুশিংগী লৈকমদা, উপজাতিশিংদা (tribals), মীওই কাওলুপ অমদা নত্রগা ফুরূপ (family) অমদা লেপ্পা লৈতনা চপমান্নবা অমসুং মতম কুইনা ওাক্লক্তুনা আইনগী মপাঙ্গল ফংলবা করিগুম্বা নিয়মশিংবু হায়বনি।

তৌবতদি, নিয়ম অদু অকরুবনি অমসুং লৈবাক্ মীয়ামগী অমদি লৈবাক ওাকলোনগী ওয়-তৈনবা নত্রগা মরম চাদবা ওইরোইদবনি।

তৌবতদি অমুকসু, নিয়ম অদু ফুরূপ অমগী ওইরবদি, ফুরূপ অদুদা মাদু শীজিন্নবা থাদোকখিদ্রিবা ওইগদবনি।

**ঙ) "পুতিন ঈশেং (Full blood)", "পুতিন ঈথাই (half blood)"** অমসুং **"শাইরুক তিন্নবা (uterine blood)"**— মান্নবা 'পু' অমতদগী পেন অমতনা পোক্তুনা থাওথরকপা মীওই অনিদু "পুতিন ঈশেং" গী মরী থোকনৈ; অদুগা 'পু' অমতদগী তোওান তোওানবা 'পেন' না পোক্তুনা থাওথরক্লগদি মীওই অনিদু "পুতিন ঈথাই" গী মরী থোকনৈ, অদুগা মান্নবা পেন অমতদগী থাওথরকপা অদুবু তোওান তোওানবা 'পু' না পোকপা মীওই অনিদু "শাইরুক তিন্নৈ"।

ব্যাখ্যা— ক্লোজ অসিদা হায়রিবা 'পু' হায়বসিদা 'মপা' অমসুং 'পেন' হায়বসিদা 'মমা' য়াওই।

**(চ) "উত্তরাধিকারী"**— হায়বদি আইন অসিগী মখাদা উইল থনমদবা সম্পত্তি ফংফম থোকপা নুপা নত্রগা নুপী মীওই অদুনি;

**(ছ) "উইল থনমদবা"** — কনাগুম্বা মীওই অমনা মহাক্কী সম্পত্তি অদু আইন্না থবক লোৎখৎপা য়াবা মওংদা মীশক পন্দুনা

অইবা থনমঙ্গ্রবদি সম্পত্তি অদুগী মৃতাংদা মহাক্ "উইল থনমদনা" শিখিবা হায়না খঙনগনি।

**(জ) "মরু মরুত্তয়ামগী রায়েল-পথাপ"** — হায়বদি মখাগী মীওইশিং থরা অসিদা পানবা য়াবা পথাপ অদুনি :

(অ) অদুগুম্বা মীওইশিং থরা অদু, ওসিগী আইন অসি পাস তৌরমঙ্গ্রগস্তু, ওসিগী আইন্দা য়াওরিবা রায়মগী মতাংদা মাদ্রাস মরু-মরুত্তয়াম আইন (১১০০ গী ২ শুবা) নত্রগা ট্রাভাঙ্কোর নায়র আইন ১১০৮ (১১০৮ গী ৭ শুবা) নত্রগা ট্রাভাঙ্কোর কৃষ্ণনভক্ত মরুমরুত্তয়ী আইন (১১১৫ গী ৭ শুবা) নত্রগা কোচিন মরুকথায়ম আইন (১১১৩ গী ৩৩ শুবা) নত্রগা কোচিন নায়র আইন (১১১৩গী ৩৯ শুবা) নচিংবনা পুনবা য়ারমগদবা মীওইশিংনি; নত্রগা

(আ) অদুগুম্বা মীওইশিং হায়বদি — নভেম্বর ১৯৫৬ কী মমাঙমক্তা লৈরম্বা ট্রাভাঙ্কোর—কোচিন নত্রগা মাদ্রাস রাজ্যদা লৈবা করিগুম্বা সম্প্রদায় অমগী ওইবা, অমসুং আইন অসি পাস তৌরমঙ্গ্রগস্তু মুপীগী চাদা নাওদানা ফংফম থোকপা স্বত্বঃগী মতাংদা, আইন অসিদা ইখ্রিবা রায়মশিংনা পুল্লমগদবা মীওইশিংনি; অদুবু আলিয়াসন্তানাগী রায়েল পথাপ্তি য়াওদে;

**(ঞ)** "মরী থোক্লবা" হায়বদি আইন্না য়ানা পোকপা মরী মতা হায়বনি ঃ

তৌবতদি, লান্নহুনা পোকপা মচাশিংদি মখোয়গী মমাগা অমদি মখোয় অমগা অমগা মরী থোক্লবনি হায়না লৌগনি অমসুং মখোয়গী আইন্না য়ানা পোক্লবা চাদা-নাওদাশিংস্তু অমগা অমগা মরী-মতা থোক্লবনি হায়না লৌঃগনি; অমসুং মরীমতা খঙনবগী ফোংদোকপা করিগুম্বা রাহৈ-রাতা অদু নত্রগা মরীমতা তাকপা অদু মরী-মতা থোক্ল-থোক্লবগী মতুং ইন্না অর্থ লৌগনি।

২) আইন অসিগী ময়ুংদা, মথক মখাগী য়ারী-য়াখোংনা তোঙান-বা মথৌ তাবা নত্রগদি, খঙনবা য়াহৈশিং অদু নুপী ওইনা থক খঙনরোই।

## ৪। আইন অসিগী নমহৎপা ওম্বা মতিক—

১) আইন অসিনা তোঙাম্না শেংনা ফোংদোকপ্রবা নত্তনা—

(ক) হিন্দু য়ায়েল পথাপকী ( Hindu law ) করিগুম্বা মতাং, নিয়ম নত্রগা য়াহন্দোক নত্রগা আইন অসি চৎনব্রিভৈংগী মমাঙমক্তদা হায়খ্রিবা হিন্দু য়ায়েল পথাপকী শরুক অমা ওইনা লৈরম্বা রুহী নত্রগা চৎনবীশিং অদু করিগুম্বা মতাং অদুগীদমক্তা আইন অসি চৎনরবনা— মাদুশিংদু চৎনবা তোক্কনি:

(খ) আইন অসিদা য়াওরিবা য়ারমশিংগা অদুক য়াম্নদি চানদবা করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইন— হায়বদি, আইন অসি চৎনব্রিভৈংগী মমাঙমক্তদা চৎনরম্বা লৈরগদি— করিগুম্বা অতৈ অতোপ্পা আইনশিংদু হিন্দুশিংগা মরী লৈনবা তোক্কনি।

২) চিংনবা কোক্লবগীদমক মতাং অসিদা শেংদোকলিবনি মাদুদি— আইন অসিদা ইরিবা য়ারম করিনম্তু লৌচাঃ মচেৎ তাহনবা থিংনবা নত্রগা লৌচাঃ মচাং লেপ্পবা নত্রগা অসিগুম্বা লৌচাঃশিংগী লৌঃ শানবগী হকপু স্বত্ত্বাধিকারী ওইহনবনচিংবা মতম মতমগী ওইবা য়ায়েল-পথাপশিংদা করিম্তু শোকহনদে।

## পন্দুপ—২

# উইল থনমদনা ফংবা স্বত্বংগী চাউরাকপা নিয়ম

৫। সম্পত্তি খরদদি আইন অসিগা মরী লৈনদে—
আইন অসি মখাগীশিং অসিগা মরী লৈনদে—

(১) থোইদোকপা লুহোংবগী আইন ১৯৫৪ [ The special Marriage Act. 1954 ( 43 of 1954 )] গী সেক্সন ২১ দা ইরিবা রায়মা মরম ওইদুনা ভারত স্বত্বঃ ফংনবা আইন, ১৯২৫ [ The Indian Succession Act, 1925 ( 39 of 1925 ] না পুল্লিবা করিগুম্বা সম্পত্তি,

(২) করিগুম্বা করাড় অমগী সর্ত্ত অমনা নত্রগা ভারতকী রাজ্য অমগা ভারত সরকারগা য়ান-চে ইনদুনা নত্রগা আইন অসি পাস তৌত্রিদৈদা পাস তৌগ্রবা অতোপ্পা আইন অমগী সর্ত্তনা পুন্দুনা উত্তরাধিকারী অমনা ফংলবা লৌঃ-ইংখোল;

(৩) প্যালিস এডমিনিষ্ট্রেসন বোর্ডনা চলাইবা ভালিয়াম্মা থম-পুরন কোভিলাগমগী লৌঃ-শীং অমস্থং কোম্নুংগী অতুঙবা শেন থুম চলাইনবগীদমক্ তাং ২৯।৬। ১৯৪৯ ইংগী প্রোক্লেমেইসনগী মতুং ইন্না কোচিনগী মহারাজনা লাউথোক-খিবা হায়খ্রিবা লৌঃ-শীং অমস্থং কোম্নুংগী অতুঙবা শেন-থুম।

**৬। শিখিবদগী স্বত্বঃ ফংমিন্নগদবশিংনা সম্পত্তি ফংহৌবা—** আইন অসি চৎনবা হৌবা মতুংদা, মশাঃ শিবা মতমদা মিতাক্ষরগী স্বত্বঃ ফংমিন্নগদবা সম্পত্তি ফংফম থোকপা লৈবা কনাগুম্বা হিন্দু মুপা

অমা শিবা মতমদা মহাক্কী সম্পত্তি অত্থু হিংহোবা স্বত্বঃ ফংমিন্নগদব-শিংনা শাংথনা হিংহোবগী চৎনবীদা স্বত্বঃ ফংহৌগনি অমস্তুং আইন অসিগী মতুংইন্না ওইরোই।

তৌবতদি, শিগ্রিবা মী অদুনা রাজপকী ( schedule ) ক্লাস রানদা য়াওবা মরী মতা থোকপা মুপী অমা থনম্নবদি নত্রগা ক্লাস অদুমক্তা য়াওবা মরী থোক্লিবী মুপী অদুগী খুত্থাংদা সম্পত্তি তাল্লিবা মুপা অমা লৈরবদি, শিগ্রিবা নিপা অমুগী মিতাক্ষরগী সম্পত্তি অদু উইল থনম্বা নত্রগা থনমদবা, মরম মরমগী মতুং ইন্না, আইন অসিগী মখাদা ফংহৌগনি, শাংথনা হিংহোবগী চৎনবীদা ফংহৌবা তৌরোই।

**ব্যাখ্যা ১** — সেক্সন অসিনা মরম ওইদুনা, হিন্দু মিতাক্ষরগী স্বত্বঃ ফংমিন্নবা অমা মহাক শিবগী হেক মমাঙমক্তা সম্পত্তি য়েন্নখ্রবদি, পাতুরা শেৎপদা মহাক্কী শরুক থুংফম থোকপা থোক্তবগী রা খন্নদনা, মহাক্কী সম্পত্তি শরুক ফংখ্রে হায়না লৌগনি।

**ব্যাখ্যা ২** — সেক্সন অসিগী প্রোবাইজোদা য়াওবা রারম করিনস্থু শিগ্রবা মীওই অমগী শিগ্রিবৈঙদা মহাক্কা ফংমিন্নবা স্বত্বঃ খাইদুনা লৌজখ্রে হায়না লৌরোইদবনি নত্রগা হায়রিবা শরুক অসি মহাক্কী উত্তরধিকারীদা পীখ্রে হায়না লৌরোইদবনি।

৭। শিরবা মতুংদা ফংহৌবা তারাদ´, তবঝি, কতুম্ব, কবরু নত্রগা ইল্লোমগী সম্পত্তি — [১] আইন অসি পাস তৌরমল্লবস্থু মরুম-কত্তয়াম নত্রগা নম্বুদ্রিগী রায়েল-পথাপকা মরী লৈনরমগদবা হিন্দু অমা আইন অসি চৎনবা হৌরবা মতুংদা শিরবদা মীওই মুপা নত্রগা মুপী অদুমা শিবা মতমদা তারাদ´, তবঝি নত্রগা ইল্লোম্নচিংবা, মরম মরমগী মতুং ইন্না, মুপা নত্রগা মুপী অদুগী সম্পত্তি ফংফম থোকপদু উইল থনম্বনবু ওইরবস্থু, উইল থনমদনা স্বত্বঃ ফংহৌনবা আইন্না ওইরবস্থু,

মরম-মরমগী মতুং ইন্না, আইন অসিগী মথাদা স্বত্বঃ ফংহৌগনি, মরুমকত্তয়াম নত্রগা নম্মুক্রিগী মতুং ইন্না ওইরোই।

**ব্যাখ্যা**— সব-সেক্সন অসিনা মরম ওইদুনা, তারাদ´, তবঝি নত্রগা ইল্লোমগী সম্পত্তি ফংফম থোকপা হিন্দু অমা, মরম মরমগী মতুং ইন্না, মুপা নত্রগা মুপী অদুগী, হায়বদি— সম্পত্তি অদুগী পাতুরা শেৎপদা, মীপুম থ়ুদিংদা থুংফম থোকপা সম্পত্তিদু মুপা নত্রগা মুপীদু শিক্রিদৌ মমাঙমক্তদা মতমদুদা হিংলম্বা তারাদ´, তবঝি নত্রগা ইল্লোমগী মীকোক থ়ুদিংদা, মরম মরমগী মতুং ইন্না, মুপা নত্রগা মুপী অদুনা মরুমকত্তয়াম নত্রগা নম্মুক্রিগী রায়েল-পথাপকা মুপা নত্রগা মুপী অদুগা মরী লৈনবা মতুং ইন্না অসিগুম্বা পাতুরাগী শরুক্ত, ফংফম থোক্লবস্মু থোক্রবস্মু মুপা নত্রগা মুপীদুগী— শরুক ওইগনি, অমসুং অসিগুম্বা শরুক অদু মুপা নত্রগা মুপী অদুদা থাঙ্গেশেংনা থুংগ্রবা ওইগনি।

(২) আইন অসি পাস তৌরমক্তগদি আলিয়াস্তাস্তানাগী রায়েল পথাপকা মরী লৈনরমগদবা হিন্দু অমা আইন অসি চৎনবা হৌরবা মতুংদা শিরবদা; মীওই মুপা নত্রগা মুপী অসিনা শিবা মতমদা কুতুম্ব নত্রগা কবরুগী য়েন্নক্রিবা ফংফম থোকপা সম্পত্তি অমা মরম মরমগী মতুং ইন্না, মুপা নত্রগা মুপী অদুগী শরুক অদু উইল থনম্বনা ওইর-বস্মু নত্রগা **উইল থনমদনা স্বত্বঃ ফংহৌনবা আইন্না** ওইরবস্মু, মরম মরমগী মতুং ইন্না, আইন অসিগী মথাদা শিন্নগনি অদুবু আলি-য়াস্তাস্তানাগী রায়েল পথাপকী মতুং ইন্না নত্তে।

**ব্যাখ্যা**— সর-সেক্সন অসিনা মরম ওইদুনা কুতুম্ব নত্রগা কবরুগী সম্পত্তি ফংফম থোকপা হিন্দু অমা, কুতুম্ব নত্রগা কবরুগী সম্পত্তি শরুক ফংফম থোকপনি হায়না লৌগনি, মরম মরমগী মতুং ইন্না মুপা নত্রগা মুপী অদুগী, হায়বদি সম্পত্তি অদুগী পাতুরা শেৎপদা, মীপুম থুদিংদা

থুংফম থোকপা সম্পত্তিদু নুপা নত্রগা নুপীদু শিত্রিদুগৈ মমাঙমক্তদা মতমদুদা হিংলম্বা কুতুম্ব নত্রগা কবরুগী মীকোক খ্ুদিংদা মরম মরমগী মতুং ইন্না, নুপা নত্রগা নুপী অদুনা আলিয়াস্তাস্তানাগী রায়েল-পথাপকী মথাদা অসিগুম্বা পাতুরাগী শরুক্তু ফংফম থোক্লবসু থোক্ত বসু নুপা নত্রগা নুপী অনি অদুগী—শরুক ওইগনি, অমসুং অসিগুম্বা শরুক অদু নুপা নত্রগা নুপী অদুদা থাঙ্গৈশেংনা থুংপ্রবা ওইগনি।

(৩) সব-সেক্সন (১) গী রারম করি করি লৈদুনসু, আইন অসি চৎনবা হৌরবা মতুংদা শিবা "স্থানমদার" অমগী মহাক্না পানরম্বা "স্থানম" সম্পত্তি অদু, মহাক শিবগী মমাঙমক্তা য়েম্ঘোক্লমলবদি মহাকী ফ্ুরুপকী মীকোকশিং অমসুং উত্তরাধিকারীশিংদা স্থানম সম্পত্তি অদু মীপুমগী থুংফম থোকপা ওইনা (Per Capita), স্থানমদার মশামক য়াওনা ফংলমগনি, অমসুং মতমদুদা হিংলম্বা মীকোক খ্ুদিংনা অমসুং উত্তরাধিকারীশিংনা ফংবা শরুকশিং অদু মথোয় অমমমগী তোঙান তোঙানবা সম্পত্তি ওইগনি।

**ব্যাখ্যা**— সব-সেক্সন অসিনা মরম ওইদুনা স্থানমদার অমগী ফ্ুরুপ্তি, খ্যাইদোক্তি বসু খাইদোকথ্রবসু, ফ্ুরুপ অদুগী শাগৈ পূম্বা য়াওগনি; অদুগা আইন অসি পাস তৌরমত্রগদি, ফ্ুরুপ্তুগী নুপা মীকোকশিং অদু রুহী নত্রগা চৎনবীনা স্থানমদারগী কম ফংফম থোকপা ফংলমগনি।

**৮। নিপানা স্বত্বঃ ফংবগী চাউরাকপা নিয়মশিং —** হিন্দু নুপা অমনা উইল থনমদনা শিথ্রবদি পন্দুপ অসিদা ইরিবা মথাগী রারমশিং অসিগী মতুং ইন্না স্বত্বঃ ফংহৌগনি;

(ক) অহানবদা, রাতপ্তা (Schedule) তাকপা মতুং ইন্না কাঙলুপ ১নবদা ( Class I ) দা উৎলিবা মরী মতা থোক্পা উত্তরাধিকারীশিংদা:

(খ) অনিশুবদা, কাণ্ডলূপ ১নবগী উত্তরাধিকারী লৈত্রগদি কাণ্ডলূপ ২ শুবদা ( Class II ) উৎলিবা মরী মতা থোকপা উত্তরাধিকারীশিংদা,

(গ) অহুমশুবদা, মথক্কী কাণ্ডলূপ অনিমক্তা উত্তরাধিকারী কনাম্ব ফংত্রগদি শিগ্রবা মীওইদুগী **নুপারোমগী পুদিন্নবা** ( agnates ) মরীমতাশিংদা; অমসুং

(ঘ) অরোইবদা, নুপারোমগী পুদিন্নবা মরী মতা লৈত্রগদি, শিগ্রবা মীওইগী **চুম্নগী পুদিন্নবা** ( Cognates ) মীওইশিংদা।

**৯। বাতপ্তা য়াওবা উত্তরাধিকারীশিংনা স্বত্বঃ ফংবগী মথং মনাও ঃ** রাতপ্তা তাকলিবা উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তগী, অতৈ উত্তরাধিকারীশিং থন্দোক্লগা, কাণ্ডলূপ ১নবদা য়াওবমখৈ চপমান্নবা ফংমিন্নগনি; কাণ্ডলূপ ২ শুবগী মনুংদা অহানবা ওইনা মিং চণ্ডবশিংনা অনিশুবা ওইনা মিং চণ্ডবশিংদগী হান্না ফংগনি; অদুদগী অনিশুবা ওইনা মিং চণ্ডবশিংনা অহুমশুবা ওইনা মিং চণ্ডবশিংদগী হান্না ফংগনি; অম্মুমতৌনা মথং মথং স্বত্বঃ ফংনগনি।

**১০। বাতপকী কাণ্ডলূপ ১নবদা উৎলিবা উত্তরাধিকারীশিংগী সম্পত্তি য়েন্থোকপা**— রাতপকী কাণ্ডলূপ ১নবদা উৎলিবা উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তা উইল থনমদবা সম্পত্তি য়েন্নবগী মওংদি মখাগী নিয়মশিং অসিনি :—

নিয়ম ১— উইল থনমদনা শিগ্রবা নুপাগী লুখ্রাবীনা ( নত্রগা লুখ্রাবী অমদগী হেন্না লৈরগদি, লুখ্রাবী ডম্নমক্তা পুন্না ) শরুক অমা।

নিয়ম ২— উইল থনমদনা শিগ্রবা নুপাদুগী হিংহৌরিবা মচানুপাশিং অমসুং মচানুপীশিং অমসুং নুপা অদুগী মমানা শরুক অমমম ফংগনি।

নিয়ম ৩— উইল থনমদনা শিগ্রবা মুপা অদুগী হান্না শিগ্রবা মচা মুপাগী শাগৈ খূদিংগী উত্তরাধিকারীশিং নত্রগা হান্না শিগ্রবী মচানুপীগী শাগৈ খূদিংগী উত্তরাধিকারীশিংনা পুন্নমক্কী ওইনা স্বত্বঃ শরুক অমা।

নিয়ম ৪—নিয়ম ৩দা পনগ্রবা শরুক্তী য়েন্নবা মওংদি মথাগী অসিগুম্বনি :—

(ক) হান্না শিগ্রবা মচানিপাগী শাগৈগী উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তা স্বত্বঃ য়েনবদা অম্মুম্না য়েনগনি, হায়বদি—মহাক্তী লুথ্রাবী (লুথ্রাবী য়ান্নগনা মথোয়মখৈনা শরুক অমা) অমস্তুং মচানিপাশিং অমস্তুং মচানুপী-শিংনা শরুক অমমম মান্ননা ফংগনি; অদুগা মহাক্তী হান্না শিগ্রবা মচানিপাশিংগী শাগৈনা পূল্লগা অদুগুম্বা শরুক অমা ফংগনি।

(খ) হান্না-শিগ্রবী মচানুপীগী শাগৈগী উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তদি অম্মুম্না য়েনগনি, হায়বদি—হিংলিবা মচা নুপাশিং অমস্তুং মচা নুপীশিং মান্ননা ফংগনি।

**১১। রাতপকী কাওলূপ ২ শুবদা উৎলিবা উত্তরাধিকারীশিংগী সম্পত্তি য়েন্থোকপা**— রাতপকী কাওলূপ ২শুবদা উৎলিবা উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তা উইল থনমদবা সম্পত্তি য়েন্থোকপদা মিং পরেং অমতদা লৈবা মীওইশিংগী মরক্তা চপমান্ননা থুংনবা য়েন্নগনি।

**১২। নুপারোমদগী পুদিন্নবা অমসুং চুম্নগী পুদিন্নবশিংগী মরক্তা স্বত্বঃ ফংবগী মথং মনাও :**— নুপারোমদগী পুদিন্নবা নত্রগা চুম্নগী পুদিন্নবশিংগী মরক্তা স্বত্বঃ ফংকম থোকপগী মথং মনাও অদু, মরম মরমগী মতুং ইন্না, মথাদা ইরিবা হেন্না চুম্বা থন্দোকপগী নিয়মসি ইনগনি :—

নিয়ম ১— উত্তরাধিকারী অনিগী মরক্তগী হেন্না হাইগৎপা মরী য়ামদবা নত্রগা শূপলৈ লৈতবা মীওইদুবু অচুম্বা উত্তরাধিকারীনি হায়না থন্দোক্কনি।

নিয়ম ২— হেন্না হাইগৎপা মরীগী মশীং অদু মান্নরবা নত্রগা মরী কনাম্বু লৈত্রবদি, মশীং য়ামদবা নত্রগা হাইথবা মরী লৈতবা উত্তরাধিকারী অদু অচুম্বনি হায়না থন্দোক্কনি।

নিয়ম ৩— মথক্কী নিয়ম ১ গা ২ গদা উত্তরাধিকারী কনাবুস্ু হেন্না চুম্বনি হায়না থন্দোকফম থোকপা লৈত্রগদি মবানিমক স্বত্বঃ তংখায় তংখায় কংমিন্নগনি।

**১৩। মরী মতাগী হাইগৎ-হাইথ মশীং থীবা—**

(১) মুপারোমদগী পুদিন্নবা নত্রগা চুম্নগী পুদিন্নবা উত্তরাধিকারীশিংগী মথং-মনাও লেপ্পবগীদমক্, মরী-মতা থোকপদু উইল থনমদনা শিখিবা মীওইদুদগী উত্তরাধিকারী ফাওবা হাইগৎপগী মরীদা নত্রগা হাইথবগী মরীদা নত্রগা অনিমক্তা, মরম মরমগী মতুং ইন্না, মশীং থীগনি।

(২) হাইগৎপগী মরীস্ু হাইথবগী মরীস্ু উইল থনমদনা শিখিবা মীওই অদু য়াওনা মশীং থীগনি।

(৩) মীরোন খ্দিংমক্তা হাইগৎপগী নত্রগা হাইথবগী মরী ঈরৈমরৈ।

**১৪। হিন্দু নুপীগী সম্পত্তিদি মহাক মশামক্কী লেঙদ্রবা সম্পত্তি-নি**—(১) আইন অসি চৎনবা হৌত্রিঙৈদগী ওইরবস্ু চৎনরবা মতুংদবু ওইরবস্ু ফংখিবা হিন্দু নুপী অমনা দখল পায়রিবা করিগুম্বা সম্পত্তি অদুগী মহাক্না মপূঙ ফাবা মপু ওইগনি, হায়বদি মহাক্কী মপু ওইবদা অথিংবা সর্ত্ত য়াওরোই।

**ব্যাখ্যা** — সব-সেক্সন অসিদা, "সম্পত্তি" হায়বসি "পুবা-থাংবা য়াবা" অমস্ুং "পুবা-থাংবা য়াদবা" হায়বদি "লৌঃইংখোলগী ওইবা" সম্পত্তি অনিমক য়াওই অমস্ুং লৌঃইংখোলগী সম্পত্তি অসি হিন্দু নুপী অমনা — স্বত্বঃ ওইনা নত্রগা উইলগী মপান্না নত্রগা পাতুরা শেত্তুনা য়েন্নবনা, নত্রগা চাকথাক্কী মতুৎ ওইনা, নত্রগা চাকথাক্কী বাকী ওইনা নত্রগা মরী থোক্করবস্ু থোক্কদ্রবস্ু কনাগুম্বদগী দান ওইনা, মশা লুহোংঙ্গিঙৈদা নত্রগা লুহোংবা মতমদা নত্রগা লুহোংবা মতুংদা, নত্রগা মশানা হৈজতুনা ফংবনা নত্রগা হোৎনজবনা, নত্রগা মীভোন্দগী লৈঃবনা

নত্রগা মতম শাংনা দখল পায়বদগী আইন্না য়ানা ফংবনা, নত্রগা করি-গুম্বা মওং অমদগী আইন অসি চংনবা হৌজিক্তৈদগী মমাঙমক্তা "স্ত্রীধন" ওইনা মশানা পায়জরকপগী মপান্না ফংজবা য়াই।

(২) করিগুম্বা দান নত্রগা উইল নত্রগা অতৈ দলিল নত্রগা ডিক্রী নত্রগা দেওয়ানী কোর্টকী করিগুম্বা হুকুম নত্রগা রাথৈ-চে অমগী মপান্না ফংবা সম্পত্তি ওইরগা, হায়রিবা দান, উইল নত্রগা অতৈ দলিল নত্রগা ডিক্রী, হুকুম নত্রগা রাথৈ-চে অদুগী সর্ত্ত অদুনা অসিগুম্বা সম্পত্তি অদুগী লোঃশীং অদুবু অথিংবা পীরবদি সব-সেক্সন (১) অসিদা হায়রিবা রারম করিগস্নু মরী লৈনরোই।

## ১৫। হিন্দু নুপীশিংগী স্বত্বঃ ফংহৌনবগী চাউরাকপা নিয়মশিং—

(১) উইল থনমদনা শিথিবী হিন্দু নুপী অমগী সম্পত্তিদি সেক্সন ১৬ তা ইরিবশিংগী মতুং ইন্না মথাগী মীওইশিং অসিনা ফংহৌগনি:—

(ক) অহানবদা, মচা নুপাশিং অমস্নুং মচানুপীশিংনা (হান্না শিথ্রবা শিথ্রবী মচানুপা নত্রগা মচানুপীগী মচাশিং য়াওনা) অমস্নুং মরানা;

(খ) অনিশুবদা, মরাগী উত্তরাধিকারীশিংনা;

(গ) অহুমশুবদা, মমা অমস্নুং মপানা,

(ঘ) মরিশুবদা, মপাগী উত্তরাধিকারীশিংনা; অমস্নুং

(ঙ) অরোইবদা, মমাগী উত্তরাধিকারীশিংনা।

(২) সব-সেক্সন (১) দা করিগুম্বা ইবা লৈতুনস্নু —

(ক) হিন্দু নুপী অমনা মপা নত্রগা মমাদগী ফংবা করিগুম্বা সম্পত্তি অদু, মশাঃ শিথ্রগা মচানুপা নত্রগা মচানুপী পোক্ত-গদি (হান্না শিথ্রবা মচানুপা অমদি হান্না শিথ্রবী মচানুপীগী মচাশিং য়াওনা) সব-সেক্সন (১) দা ইরিবা মথং-মনাওগী

মতুং ইন্না স্বত্বঃ ফংহোবগী নিয়মতু চৎনরোই অহুবু মপাগী উথয়াধিকারীশিংনা ফংহৌগনি; অমস্তুং

(খ) হিন্দু নুপী অমনা মমা নত্রগা মকুবোক্তগী ফংবা করিগুম্বা সম্প্রত্তি অহু, মশাঃ শিগ্রগা মচা মুপা নত্রগা মচানুপী পোক্ত্রগদি (হান্না শিগ্রবা মচানুপা নত্রগা হান্না শিগ্রবী মচানুপীগী মচাশিং য়াওনা) সব-সেক্সন (১) গী মতুং ইন্না স্বত্বঃ ফংহোবগী নিয়মতু চৎনরোই অহুবু মরাগী উথয়াধিকারীশিংনা ফংহৌগনি।

**১৬। হিন্দু নুপীগী উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তা স্বত্বঃ য়েন্থোক্নবগী মথৎ মনাও অমসুং থৌওং** — সেক্সন ১৫ দা য়াওরিবা উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তা স্বত্বঃ ফংহৌনবগী মথৎ মনাও অমসুং উইল থনমদবা সম্পত্তি অহু উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তা য়েন্থোক্নবগী থৌওং অহু মথাগী নিয়মশিং অসিগী মতুং ইন্না চথগনি :—

নিয়ম ১— সেক্সন ১৫ গী সব-সেক্সন (১) দা পনখ্রিবা উত্তরাধিকারীশিংগী মরক্তগী মথৎ মনাওদা হান্না ইবা মিং পরেংনা মথৎ ইবা মিং পরেংদগী হান্না থনগনি অহুগা খল্লবা মিং পরেংদা য়াওবা মীওই মথৈ শরুক চপমান্নবা ফংমিন্নগনি।

নিয়ম ২—উইল থনমদনা শিখিবা মীওইনা হিংলিভৈদা মহাক্কী কনাগুম্বা মচানুপা নত্রগা কনাগুম্বী মচানুপীনা হিংলিবা মচাশিং থনম্নগা হান্ননা শিখিরম্নগদি— উইল থনমদনা শিখিবা মীওই অহু শিবা মতমদা হায়খ্রিবা মচানুপা নত্রগা মচানুপী অহু করিগুম্বা হিংলম্নগদি মথোয়না ফংলমগদবা শরুক অহু— অসিগুম্না কনাগুম্বা মচা মুপা নত্রগা মচা মুপী অহুগী মচাশিংনা শরুক অহু পুম্না ফংমিন্নগনি।

নিয়ম ৩— সেক্সন ১৫ গী সব-সেক্সন (১) অমসুং (২) গী ক্লোজ (গ), (ঘ) অমসুং (ঙ) দা পনখ্রিবা উত্তরাধিকারীশিংদা উইল থনমদনা

শিথিবা মীওইগী সম্পত্তি অদু মহাক্কী মৱাগী, নত্রগা মপাগী নত্রগা মমাগী ওইরম্লগদি, মরা নত্রগা মপা নত্রগা মমা অদুনা মসিগী মতাংদা উইল থনমদনা হান্না শিথিরম্লগদি, উইল থনমদনা শিথিবী মুপী অসিনা শিথিবা মতুংমক্তা, মৱম মরমগী মতুং ইন্না, চপ মান্নবা মথং মনাওদা অমসুং চপমান্নবা নিয়মগী মতুং ইন্না, উত্তরাধিকারীশিং অদুনা ফংহৌগনি।

**১৭। মরুমক্কত্তয়াম অমসুং আলিয়াস্যান্তনাগী রায়েল পথাপ-শিংনা পুনবা মীওইশিংগী থোইদোকপা অইবা রাফমশিং—** আইন অসি পাস তৌরমদ্রগসু মরুমক্কত্তয়ামগী রায়েল পথাপ নত্রগা আলিয়াস্যান্তানাগী রায়েল পথাপ্না পুল্লমগদবা মীওইশিং অদুগী মরীদদি আইন অসিগী সেক্সন ৮, ১০, ১৪ অমসুং ২৩ অদু মথাগী অসুম্না হোংগনি :—

(১) সেক্সন ৮ গী সব-ক্লোজ (গ) অমসুং (ঘ) অদু মথাগী অসুম্না মহুৎ শিঞ্জিল্লে —

"(গ) অহুমশুবদা, মথক্কী কাণ্ডল্প অনিমক্তা উত্তরাধিকারী কনাসু ফংদ্রগদি, মুপারোমদগী পুদিন্নববু ওইরবসু চুম্নগী পুদিন্নববু ওইরবসু, মহাক্কী মরী মতাশিংদা।"

(২) সেক্সন ১৫ গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (ক) দগী (ঙ) ফাওবহু মথাগীশিং অসিনা মহুৎ শিঞ্জিল্লে, মতুদি —

"(ক) অহানবদা, মচানুপাশিং অমসুং মচানুপীশিংনা (হান্না-শিথ্রবা শিথ্রবী মচানুপা নত্রগা মচানুপাগী মচাশিং য়াওনা) অমসুং মমানা;

(খ) অনিশুবদা, মপা অমসুং মরানা,

(গ) অহুমশুবদা, মমাগী উত্তরাধিকারীশিংনা;

(ঘ) মরিশুবদা, মপাগী উত্তরাধিকারীশিংনা; অমসুং

(ঙ) অরোইবদা, মরাগী উত্তরাধিকারীশিংনা।"

(৩) সেক্সন ১৫ গী সব-সেক্সন (২) গী ক্লোজ (ক) লৌথোকথ্রে;

(৪) সেক্সন ২৩ পুম্না লৌথোকথ্রে।

## স্বত্বঃ ফংনবগী মরীদা চাউরাক্না ইবা ৱাফম

**১৮। পুক্তিন ঈখাইদগীদি পুক্তিন ঈশেংনা হান্না খনগনি—** অতৈ অতৈগী মরমদা থোক্নরিবা মরী অদু যান্নরগদি, পুক্তিন ঈখাই-দগীদি পুক্তিন ঈশেংগী মরী থোক্নবা উত্তরাধিকারীনা হান্না খনগনি।

**১৯। অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা উত্তরাধিকারীশিংনা স্বত্বঃ ফংমিন্নবগী মওং —** অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা উত্তরাধিকারীশিংনা উইল থনমদবা সম্পত্তি অমা পূন্না ফংমিন্নবদা মথোয়না সম্পত্তি অদু মখাগী মওংদা ফংগনি :—

(ক) আইন অসিগী মনুংদা তোঙান্না ইশেং শেংনা ইরবা নত্তনা মীপূম অমমম্না ফংগনি, শাগৈ ওইনা ফংলোই,

(খ) লৌ নত্রগা লম অমগী লৌশান-লমশানমিন্নবা মীওইশিংনা পূন্না ফংমিন্নগনি, অদুবু তোঙান-তোঙানবা লৌঃ নত্রগা লমশিংগী লৌঃশান-লমশানবশিংনা পূন্না ফংলোই।

**২০। মমাগী পুক্নুংদা লৈরম্বা অঙাংগী হক—** উইল থনমদনা শিখিবা মীওই অমা শিবা মতমদা মমাগী পুক্নুংদা লৈরম্বা অঙাং অদু মতুংদা হিংনা পোক্লবদি; নুপাবু ওইরবস্রু নুপীবু ওইরবস্রু উইল থনমদনা শিখিবা মীওইনা শিত্রিবৈঙদা পোক্লম্বগুম্না মীওই অদুদগী স্বত্বঃ ফংবগী হক লৈগনি, অদুগা অসিগুম্বা মতাংদদি স্বত্বঃ অদু উইল থনমদবা মীওইনা শিবা নুমিত্তুগী চৎনবা হৌগনি।

**২১। মীওই অনি মতম অমত্তদা শিমিন্নবগী মতাংদা চুম্মী হায়না লৌনরবা ৱাফম—** মীওই অনি শিখিবা মতমদা মবানি কনানা হান্না শিরগা কনানা হিংহৌবনো হায়বা খঙবা ঙমদবা ফীভমদা লৈরগদি, সম্পত্তিগী স্বত্বঃ ফংহৌনবা মরম পূম্নমক্কীদমক্, করিগুম্না তোঙানবা

মওংগী প্রমান পীবা ঙমল্লিবফাওবা, অহল অদুনা হায়া শিগ্রগা নহা অদু হিংহৌবনি হায়না লৌগনি।

**২২। করিগুম্বা মতাংদা সম্পত্তি লৌঃশিন্নবগী মহাক মহাক্তগী ওইবা হক—** (১) আইন অসি চংনবা হৌগ্রবা মতুংদা উইল থনমদনা শিগ্রবা মুপা নত্ত্রগা মুপী অদুগী লৌঃইংখোলগী সম্প্রত্তি নত্ত্রগা মহাক্না তৌরম্বা কারবার, মতোমতনা তৌরম্বা ওইরবস্নু মীওই থরগা লোয়ননা তৌরম্বা ওইরবস্নু, মাদু রাতপকী কাঙলুপ অহানবদা তাক্লিবা উত্তরাধিকারীশিংগী অনি নত্ত্রগা অনিদগী হেনবা মীওইশিংনা ফংহৌরবদা মীওইশিং অদুগী মরক্তগী অমনা সম্পত্তিগী নত্ত্রগা কারবার অদুগী মশাগী চাকথুং অদু মীঙোন্দা শিন্নখোক্লিঙলবদি, শিন্নখোক্লিঙলিবা মশরুক অদু লৌঃশিন্নবগী হক অদু উত্তরাধিকারীশিং অদুতদা লৈ।

২) উইল থনমদনা শিগ্রবা মুপা নত্ত্রগা মুপী অদুগী সম্পত্তিগী শরুক অমা সেক্সন অসিগী মখাদা শিন্নখোক্লদবা অদুগী মমল লেপ্পদা উত্তরাধিকারীশিং অদুগী য়ানবা লৈত্ত্রগদি, মসিগী মতাংদা দরখাস্ত থারগা কোর্টনা মমল লেপকনি, অদুগা শরুক অদু লৌঃশিনগনি হায়না য়ারুবা উত্তরাধিকারী অদুনা কোর্টনা লেপপ্রবা মমল অদুদা লৌঃশিন্নিঙজ্রবদি দরখাস্ত থাবদা চঙখিবা মমল পুম্বা নত্ত্রগা খরচা পুম্বা মহাক্না তঙায় ফদনা হঞ্জিনগদবনি।

৩) সেক্সন অসিগী মখাদা শরূক লৌশিন্নিঙলিবা মীওই অদু রাতপকী কাঙলুপ অহানবদা তাকলিবা মীওই অনি নত্ত্রগা অনিদগী হেনবা ওইরগদি, খ্বাইদগী য়াংনা মমল হুনবা ঙম্বা মীওই অদুবু শরূক লৌঃশিন্নবগীদমক খন্দোক্কনি।

**ব্যাখ্যা** — সেক্সন অসিদা "কোর্ট" হায়বগী অর্থদি মসিগী হকলমগী মনুংদা লৌঃ ইংখোলগী সম্পত্তি অদু লৈরিবা নত্ত্রগা কারবার অদু চথরিবা

কোর্ট অদুনি, অমসুং মাহুদা রাজ্য সরকারনা আফিয়েল গেজেট্টা নোটিশ থোক্না মাসিগী মতাংদা লাউথোকপা য়াবা কোর্টস্থু য়াওরি।

**২৩। মী লৈনবা য়ুমশিংগী মতাংদা থোইদোকপা বাফম**— উইল থনমদনা শিথিবা নত্রগা শিথিবী হিন্দু মীওই অমনা রাতপকী কাঙলুপ অহানবদা চনবা মচা নুপাস্থু মচানুপীস্থু থনব্রগদি, অদুগা মহাকী সম্পত্তিদা মহাকী ইমুং মীওইশিংনা দখল তৌদুনা লৈনরিবা য়ুম য়াওরগদি আইন অসিদা ইরিবা রারম করি করি ওইদুনস্থু, নুপী উত্তরাধিকারিনী অমনা পাতুরা শেংনবা থারকপা দরখাস্ত্ত অদু, নুপা উত্তরাধিকারীশিংনা মাহুগী মনুংদা মশাঃ মশাঃগী চাকথুং থাইদোক্নবা হায়নত্রিঙৈদা, লৌঃথংফম থোক্কে; অদুবু নুপী উত্তরাধিকারিনীনা মাহুদা লৈজবগী হক লৈগনি:

তৌবতদি, নুপী উত্তরাধিকারিনী অদুনা মচানুপী ওইরগদি, মহাক লুহোংত্রিঙৈদা নত্রগা মরানা হুন্দোকপিরবা নত্রগা থাইনবিরবা মতমদা নত্রগা লুখ্রাবী ওইরবা মতমদা মী লৈনবা য়ুম অদুদা লৈজবগী হক লৈগনি।

**২৪। কনাগুম্বী লুখ্রাবীশিংনা অমুক লুহোংব্রবদি অতৈ লুখ্রাবীগুম্না স্বত্ত্বঃ ফংবা য়ারোই**— উইল থনমদনা শিগ্রবা নত্রগা শিগ্রবী মীওইগী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী লুখ্রাবী, হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী লুখ্রাবী নত্রগা মচিন-মনাও নত্রগা মবুংমপুরাগী লুখ্রাবী অমা ওইনা থনমলিবা সম্পত্তিগা মরী লৈনবী উত্তরাধিকারিনী ওইরগা, স্বত্ত্বঃগী রা থন্নরকপদা, মহাক অমুক লুহোংলমগ্রগদি, অতৈ লুখ্রাবী অমগুম্না হায়গ্রিবা স্বত্ত্বঃ ফংবগী হক্ লৈরোই।

**২৫। মীহাৎপনা স্বত্ত্বঃ ফংফম থোক্কে**— মীওই অমনা মী হাৎলুরবদি নত্রগা মী হাৎপদা মানা ঈন্সিল্লুরবদি, মাহুনা মহাক শিগ্রিবা

মীওইগী সম্পত্তিগী স্বত্তঃ ফংফম থোক্কে ; নত্রগা হাৎলুবা অমস্তুং হাৎপদা ঈনশিল্লবা অত্থনা মরম ওইত্থনা মথং মথং স্বত্তঃ ফংফম থোকপা সম্পত্তি অদুস্থ মহাক ফংবা মতিক চাহন্দে।

**২৬। ধর্ম্ম ওনগ্রবশিংগী চাদা-নাউদাশিং স্বত্তঃ ফংফম থোক্কে—** আইন অসি চংনবা হৌত্রিভৈদগী ওইরবস্থ নত্রগা চংনবা মতুংদবু ওইরবস্থু, হিন্দু অমনা অতোপ্পা ধর্ম্ম ওন্দুনা হিন্দু ওইবা তোকখিরম্লবদি নত্রগা তোক্লবদি মহাক্না পোকপা মচাশিংদু অস্তুম্না ধর্ম্ম ওনগ্রবা মতুংদা অমস্তুং স্বত্তঃগী রা থম্নরকপদা মহাকী চাদা-নাউ-দাশিং অদু হিন্দু ওইরমত্রগদি, মখোয় স্বত্তঃ ফংফম থোক্কে।

**২৭। উত্তরাধিকারীনা স্বত্তঃ ফংফম থোক্ত্রবদা—** উত্তরাধি-কারী অমনা আইন অসিগী মথাদা স্বত্তঃগী সম্পত্তি ফংফম থোক্ত্রবদি, উত্তরাধিকারী অদু উইল থনমদনা শিত্রবা মীওই অদু শিত্রিভৈগী মমাঙদা শিগ্রবগুম্না, সম্প্রত্তি অদু শিন্নফম থোকপদা শিন্নগনি।

**২৮। উত্তরাধিকারীগী মশাদা লায়না চেনবনা, অরাংপা লৈবনচিংবনা মরম ওইদুনা স্বত্তঃ ফংলোইদবা নত্তে—** মশাদা লায়না চেনবনা, অরাংপা লৈবনা, ফীভম কায়বনচিংবনা মরম ওইদুনা উত্তরাধিকারী কনাবুস্থ, আইন অসিদা ইগ্রবা রারম নত্তনা, অতৈ অতৈ মরম্নস্থ, সম্প্রত্তিগী স্বত্তঃ ফংফম থোকলোইদবা নত্তে।

## উইল তৌরমদবনা অমদি উত্তরাধিকারী লৈতবনা মরম ওইদুনা সরকারনা সম্পত্তি লৌঃশিনবা

**২৯। উত্তরাধিকারী ফংদবা—** উইল তৌরমদনা শিখিবা মীওই অমনা মহাকী সম্পত্তিগী স্বত্তঃ ফংফম থোকপা উত্তরাধিকারী কনাস্থ

আইন অসিগী রারমশিং মতুং ইন্না থনমজ্রগদি, অসিগুম্বা সম্প্রাপ্তি অহু সরকারদা শিন্নথোক্কনি; অহুগা সরকারনস্থু, উত্তরাধিকারী অমনা, আইন অমস্থুং ধর্মগী মতুংইন্না তৌকম থোকপা অমস্থুং শিংগদবা শেন্দোন থুমদোম্নচিংবা অহু পাগুথোক্কনি অমস্থুং শিংদোক্কনি।

## পন্দুপ— ৩

## উইলগী মপান্না ফংবা স্বত্বঃ

৩০। **উইলগী মপান্না ফংবা স্বত্বঃ**— কনাগুম্বা হিন্দুনা উইল ইরম্বগী মপান্না নত্রগা অতৈ উইলগী মওংদা ইবা চেয়োল অমনা মহাক্কী করিগুম্বা সম্পত্তি অমা পীথোকপা য়াই; মহাক্না মাসি পীথোকপা গুম্বসি ভারত স্বত্বঃ ফংনবা আইন, ১৯২৫ (১৯২৫ গী ৩৯ শুবা) গী মতুংইন্ননি নত্রগা হিন্দুশিংগা মরী লৈনবা মতম মতমগী মতুং ইন্না চৎনরিবা অতৈ আইনশিংগী মপান্ননি।

**ব্যাখ্যা**— আইন অসিদা ইরিবা রারম কয়া লৈহুনস্থু, নত্রগা অতৈ অতৈ রায়েল-পথাপ কয়া মতম-মতমগী মতুংইন্না চৎনরিবা লৈহুনস্থু, মিতাক্ষরগী হিন্দু মুপা অমগী স্বত্বঃ ফংমিন্নগদবা শরুক অহু মহাক্না, নত্রগা তারার্ড, তবঝি, ইল্লোম, কুতুম্ব নত্রগা কবরুনচিংবগী সম্পাত্তিদা তারার্ড, তবঝি, ইল্লোম, কুতুম্ব নত্রগা কবরুনচিংবগী মীকোক অমগী ফংকম থোকপা শরুক অহু মহাক্না, সেক্সন অসিগী মখুংদা, পীথোকপা য়াই হায়না লৌগনি।

## পন্দুপ— ৪

## ককথৎখিবশিং

৩১। [ককথৎখিবশিং]— ককথৎনবা অমস্থুং শেমদোক্নবা আইন, ১৯৬০ (১৯৬০ গী ৫৮ শুবনা), সেক্সন ২ না অমস্থুং রাতপ অহানবনা ককথৎখ্রে।

# ব্লাতপ

( সেক্সন ৮ য়েংউ )

# কাঙলূপ ১নবা অমসুং কাঙলূপ ২শুবদা য়াওবা উত্তরাধিকারীশিং

## কাঙলূপ ১নবা

মচানুপা; মচানুপী; লুখ্রাবী; মমা; হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী মচানুপা; হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী মচানুপী; হান্না শিগ্রবী মচা নুপীগী মচানুপা; হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী মচানুপী; হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী লুখ্রাবী, হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী মচানুপা; হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী মচানুপী, হান্না শিগ্রবা মচানুপাগী লুখ্রাবী।

## কাঙলূপ ২শুবা

১। মপা।

২। (১) মচানুপাগী মচানুপীগী মচানুপীগী মচানুপা; (২) মচানুপাগী মচানুপীগী মচানুপী; (৩) মচিন-মনাও; (৪) মচন-মচে।

৩। (১) মচানুপীগী মচানুপাগী মচানুপা; (২) মচানুপীগী মচানুপাগী মচানুপী; (৩) মচানুপীগী মচানুপীগী মচানুপা; (৪) মচানুপীগী মচানুপীগী মচানুপী।

৪। (১) মচিন-মনাওগী মচানুপা; (২) মচে-মচনগী মচানুপা; (৩) মচিন-মনাওগী মচানুপী; (৪) মচে-মচনগী মচানুপী।

৫। মপাগী মপা, মপাগী মমা।

৬। মপাগী লুপ্রাবী, মচিন-মনাওগী লুপ্রাবী।

৭। মপাগী মচিন-মনাও, মপাগী মচে-মচন।

৮। মমাগী মপা, মমাগী মমা।

৯। মমাগী মবুং-মপুরা, মমাগী মচে-মনাওনুপী।

ব্যাখ্যা— রাতপ অসিগী মচিন-মনাও নত্রগা মচন-মচে হায়বসিদা শাইরুক তিরবা ( uterine blood ) মচিন-মনাও নত্রগা মচন-মচে য়াওদে।



# মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা ৱায়েল-পথাপ অমসুং অনৌবা আইন খরদং

**( A BRIEF SURVEY OF MUSLIM LAW AND NEW ACTS : ON MARRIAGE AND ITS CONSEQUENCES )**

# মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা ৱায়েল-পথাপ অমসুং অনৌবা আইন খরদং

## ১
## লুহোংবা

ইসলামগী ৱায়েল পথাপ্তা লুহোংবা (নিকাহ) হায়বসি সমাজদা নুপাগা নুপীগা অন্তাং পোকনবগীদমক পাদোংমিন্নবা য়াহন্নবগী করাড় (অকদ-এ-নিকাহ) অমনি। অদুবু নিকাহদি সমাজ অমদি ইসলামগা মরী লৈনৈ। নিকাহ অসি করাড় অমা ওইজরবসু মসিদি ইসলামগী য়ুম্ফমনি হায়বদি ধর্ম্মগী ৱারেপ্পবনি ( Sacred covenant )। হজরত মুহম্মদনা লুহোংবগী মতাংদা পীরম্বা পুক্নিঙদা পানবা য়াবা ধর্ম্মগী পাউ-তাক অদু খরমথৈ খেন্নজরবসু হৌজিক হৌজিকসু লুহোংবদা শোন্নরি।

অদুগা ফাওরবা মৌলৱী সমিউল্লাহনসু অহৈ-অশিং খরদগী খোম-জিন্দুনা অসুম্না হায়খি— "নিকাহ হায়বসি চুম্নতগী করাড় নত্তে, মসিদি ইসলামগী শেংলবা থৌরমনি।

VIDE—[ Anis Begum ( 1933 ) 55 Muhmad Istafa; All, 743 ]

মুসলিমগী নিকাহ শোনবদা তৌদবা য়াদবা অচেৎপা নিয়ম অমদি ইরাৎ থৌনিগী থৌরমদি চঙদে। তৌবতবু নুপা নুপী অনিমক ঙাওদবা ওইগদবনি অদুগা মবানি লৌন-লৈনবা য়াবা ওইগদবনি। অদুবু অঙাওবা অমসুং চহী ১৫শুক্রিবা (মীওই শুক্রিবা শুক্রিবী) নুপা নুপী অনিদুগী ৱায়েল পথাপনা থনদোকপা মশা মশাগী ঙাকশেনবা মীওইগী (জবর) অয়াবা য়াওরগা চৎনবা য়াবা মওংদা নিকাহ শোন্নবা থৌরাঙ তৌবা য়াই।

মখাগীশিং অসি নিকাহ শোনবদা চঙদবা য়াদবা মরূ ওইবা সর্ত্তনি।

১) লুহোংবগী রা-হৌদোকপা অমসুং মতু য়াবা ;

২) লুহোংবা য়ানবদা চঙবা য়াবগী ফীবম নত্রগা মচাক; অমসুং

৩) করিগুম্বা অপনবা নত্রগা অথিংবা লৈতবা।

১) **লুহোংবগী রা হৌদোকপা অমসুং মদু য়াবা—** নিকাহ শোন্নবগী রা হৌদোক্‌পবু 'ইজাব' অদুগা মতু য়াববু 'কবুল' ওইবা কৌই। নিকাহ শোন্নবগী থৌরাঙদা অনি অসি চঙই। 'ইজাব' অমসুং 'কবুল' অনিমক লুহোংগদৌরিবা নুপা অমসুং নুপীনা অমুক্তদা সাক্ষী (গৱাহ) নুপা অনি নত্রগা নুপা অমা অমসুং নুপী অনিনা শাবা সাক্ষী অহুমগী মমাঙদা হায়দোক্কদবনি। 'ইজাব' অমসুং 'কবুল' অনিমক অমুক্তং উনবদা হায়দোকক্কবদি য়াদে। অহানবা উনবদা 'ইজাব' পাঙথোকপা অদুগা অনিরক শুবা উনবদা 'কবুল' ওইরে হায়রগা শোনখিবা নিকাহ রায়েল-পথাপ্পা য়াদে।

চৎনবা য়াবা অমসুং য়াদবা 'ইজাব' অমসুং 'কবুল' থরা থ্‌দম ওইনা মখাদা পীরি :—

ক) ফতিমানা কুরেশী লৈতবা মতমদা রহমানগা কাদিরগগী মমাঙদা হায় :— "ঐ কুরেশীগা লুহোংলে।" পাউ অদু কুরেশীদা য়ৌরবা মতুংদা ফতিমানা অমুক হায়— "ঐ লুহোংবা অদু য়ারে।" ফতিমানা য়াই হায়বা মতমদা রহমানগা কাদিরগা লৈরম্নবসু মসি রায়েল পথাপ্পা য়াবা অচুম্বা নিকাহ নত্তে।

খ) ফতিমানা কুরেশীদা পাউ ওইনা নত্রগা চিঠি ওইনা মাগা লুহোংশি হায়না য়ারে। কুরেশীনা পাউ নত্রগা চিঠি অদু কংলে। পাউ অদু সাক্ষী মুপা অনিগী মমাঙদা তমলে নত্রগা চিঠি অদু হায়ব্রিবা

নুপা অনিগী মাঙদা পায়ে। খুদক্কুদা ফতিমা লাক্কুনা অয়াবা পীরে। মসি অচুম্বা নিকাহনি।

গ) অমজাদনা মহাক্কী লুহোংনবা পাউ পুবা মী ওইনা অব্দুলবু খন্দোকলে; অবদুলনা অমজাদকী লুহোংবা করাড় তৌনবদা রৌশনারাগা লোয়া লুহোংখ্রে। আমজাদনা লুহোংখিবদু চপচানা খঙলে। অমজাদকা রৌশনারাগা পুন্না অবদুলগা রৌশনারাগা লুহোংখ্রে হায়না মীয়ামদা হায়-দোক্লে। লুহোংবা (নিকাহ) অদু য়াই।

মথক্কী অহানবা খুদমদা 'ইজাব' কা 'কবুল' গা তিন্নদে অদুনা নিকাহ অদু রায়েল পথাপ্পা য়াদে।

অনিশুবা খুদমদা 'ইজাব' কা 'কবুল' গা নুপা সাক্ষী অনিগী মমাঙ-দা পুন্না তৌথিবনা নিকাহ অদু রায়েল পথাপনা য়াই।

অহুমশুবা খুদমদসু চুম্মী হায়না লৌবা "খঙহনবা" লৈবনা নিকাহ অদু রায়েল পথাপনা য়াই।

মথক্কী খুদমশিং অসিদগী উবা ফংই হায়বদি মুসলিম লুহোংবদা ধর্মগী ওইবা থৌরম মথৌ তাদে। লুহোংবা অদু চুন্নমক থোকথিবা থৌদোক ওইবা তাই। চুন্নমক থোকথিবা থৌদোক্কু অপান্নবা সাক্ষী সাবোন্না উৎপা তাই। নত্রগা নিকাহ অদু থেংনবা, উবা অমসুং খঙবা মীনা সাক্ষী পীবা তাই। নত্রগা নিকাহগী প্রমান ওইনা দামন-গোইনানা সহী তৌবা নিকাহনামহ উৎপা তাই। নিকাহ অসি মথক্তা পীখ্রিবা অহুমশুবা খুদমগী মতুংইন্না চুম্মী হায়না লৌবা য়াবা প্রমান্না উৎপা য়াই। অসিগুম্বা চুম্মী হায়না লৌবা য়াবা প্রমান অসি চহী থরা পাদোংমিন্নখ্রে হায়বনা ওইদে। নুপী অদু নুপা অদুনা মহাক্কী মতু ওইনা লৌখি অমসুং অদুগুম্না ময়াম্না অমসুং মরানা মহাক্কী মতু ওইনা সমাজদা শক খঙবা মথৌ তাই, তং-তাদবা মওংদা নিকাহ ওইবা য়াদে।

VIDE— [ Roshanbi V. Suleman, 49 Bom L. R. 328 ]

অহুনা ঐখোয়না উরে মতুদি— রায়েল পথাপনা য়াবা নিকাহগী-দমক ইনবা (writing) নত্রগা ধর্ম্মগী থৌরম তৌবা মথৌ তাদে। সাক্ষী লৈতবা নিকাহদি "বাতিল নিকাহ" (Void marriage) মক্ নত্রবসু "ফাসিদ নিকাহ" ( Irregular marriage ) ওই। অহুবু শিয়াগী রায়েল পথাপ্তুদি সাক্ষী য়াওদবা ফাওবা য়াই।

## নমথাক তৌহুনা নৎত্রগা নমফূদা অয়াবা লৌবা

নমথাক তৌহুনা নত্রগা নমফূদা অয়াবা লৌখিবা নিকাহগী করাড় অদু আইন্না নত্রগা রায়েল পথাপনা য়াবা মওংদা চেৎশিনহল্লগদি চৎনবা য়াদবা নিকাহনি। মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা নমফূদা পাঙ-থোকখিবা লুহোংবা চৎনদে।

'এম' কৌবা সাঃফি মুসলমান অমগী মতু অহুম লৈরম্মী। মতু অমথক্কী মচানুপী 'কে' কৌবী অমা লৈরম্মী। 'কে' গী মমাদু 'এম' গা মোৎ চানদবনা 'কে' গা লোয়ননা মবুংগীদা (মমাগী) তোঙানবা খুলদা লৈগ্রে। মতমগী মতুং ইন্না 'কে' মীওই শুন্নে। অহুনা 'এম' না 'কে' বু সাঃফি মুপা অমদা লুহোংবিনবা থৌরাং তৌরে। 'কে' না মুপাদু পামদে, অহুনা লুহোংবদু থিংনবা পুলিশতা পাউ পীরে। অদুম ওইনমক মপানা নমহুনা লুহোংবিরে। মদু কোর্টনা চৎনবা য়াদবা নিকাহনি হায়না তাখি, মরমদি অহানবদা 'কে' গী অয়াবা য়াওদে হায়বদি লুহোংবদু মাগী নিঙবগী মায়োক্তনি; অনিশুবদা নিকাহ অদু নমফূদা শোনখিবনি।

VIDE— [Mohiuddin V. Khatija Bibi, 41 Bom. L.R. 1020 ]

কুলসুম্বী অসি রায়েল পথাপ্না য়ানা কাদিরগা লুহোংখি। তশেংবদি নুপী অহু লুহোংহ্রিবৈদা মীরোনখিবী ওইরম্মী, মহু মরানা খঙখিদে। থা মঙা লৈরগা মপুঙ ফাবা অঙাং অমা পোকলম্মী লুহোংবদি রায়েল পথাপনা য়ানা পাঙথোকখি। কুলসুম্বীনা মরাগী মথক্তা কুজমন (মহর) তান্নবা কেশ তৌখি। মীরোনবা লোৎপা অহুনা চৎনবা য়াদবা নিকাহ ওইহনখিবা লৈতে, অহুনা মরানা কুজমন পীফম থোকই হায়না কোর্টনা তাখি।

VIDE— [Kulsumbi V. Abdul Kadir ILR (1924) 45 Bom. 151]

**(২) লুহোংবা য়ানবদা চঙবা য়াবগী ফীবম নৎত্রগা মচাক—** লুহোংগদৌরিবী নুপা নুপী অনি অহু লুহোংবিবা য়াবগী মচাক মগুণ লৈগদবনি। অহুবু অঙাওবা অঙাওবীশিংবুসু নত্রগা চহী মপুঙ ফাহ্রিবা ফাহ্রিবীশিংবুসু মশা মশাগী ঙাকশেনবা মীওইনা (জবর) লুহোংবিনবা করাড় তৌনবদি য়াই।

## লুহোংবা ঙম্বা নৎত্রগা য়াবগী গুণ

ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা অঙাও-লাইচুদবা মুসলিম খূদিংমক লুহোংবা ঙম্বা অমস্তুং য়াবগী গুণ চেল্লে।

## মীওই শুবগী চহী মতা

ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা চহী শুবগী (majority) মতাংদি মীওই শুবা মতমদা ওই। "ভারতকী চহী শুবা মীওইগী আইন, ১৮৭৫" (The Indian Majority Act, 1875) অসি মুসলিম লুহোংবা, কুজমন

(মহর) পীবা অমসুং থাইনবদা পীজিন্নদে। অদুনা মুসলিম নুপা নত্রগা নুপী অমনা মশাবু ভাগুব্রবদি মীওই শুরগা চহী ১৮ শুত্রবসু লুহোংবগী করাড়দা চঙবা য়াই।

# মীওই শুবা (বলঘ) করিনো ?

হনাফিগী রায়েল পথাপ্তা চহী শুদ্রিবা শুদ্রিবী মুসলিম অঙাং পুম্বা মশাগী ১৫ শুবা চহীদা মীওই শুরে হায়না লৌই। শিয়া নুপীদি মশাগী থাগী খোঙকাপ (হৈজ) লাকপদগী মীওই শুরে হায়না লৌই।

মীওই শুবা হায়বদি নুপানা পাদোংবা ঙমদুনা নুপী অমবু অঙাং পোকহনবা ঙম্বা নত্রগা নুপীনা মীরোন্দুনা মচা পোকপা ঙম্বা চহী মতাং অদুনি। ভারত্তা নুপীশিংগী ১৩ শুবা নত্রগা ১৪ শুবা চহী মতাংদা মীওই শুবা মতমনি। অদুবু হেদায়ানা নুপা অমগী খ্বাইদগী ঙনবা মীওইশুবা মতমদি মশাগী চহী ১২ শুবা চহীদনি অদুগা নুপীমচা অমগীনা মশাগী ৯ শুবা চহীদনি হায়না ইথি। প্রিভি কাউন্সিল কেশ অমদা ইকাই খুম্নবা য়ারবা রায়েল মপুনা শিয়া রায়েল পথাপকী নুপী মচা অমগী মীওই শুবগী চহী মতাংদি ৯ শুবা চহীদনি হায়না তাথি। অদুবু সাক্ষী শাবোন লৈ-ত্রবদি মুসলিম আইন্দা মীওই শুবা অসি মীওই অদুগী ১৫ শুবা চহী মতাংদনি হায়না লৌগনি।

VIDE— [Sadiq Ali Khan V. Jai Kishor, 30 Bom L.R. 1346 (1350) P.C.]

"ভারত চহী শুবা মীওইগী আইন" না মুসলিম লুহোংবগী মতাংদা করিসু পল্লমদ্রে। অদুনা মুসলিম নুপামচা নত্রগা নুপীমচা অদুনা মীওইবু শুরবদি লুহোংবগী করাড়দা চঙবা য়ারে। অদুবু "অঙাং লুহোংবা থিংবা

আইন, ১৯২৯" লাকপা মতুংদা মহুগী নাকোইনবা ফজনা মুপাগীনা চহী ২১ অহুগা মুপীগীনা চহী ১৮ য়ৌরিবৈঙদা লুহোংবা থিংনখ্রে। আইন অসিনা মুসলিম লুহোংবা অমা চৎনবা য়াদবদি ওইহনদে। আইন অসিদি চৈরাক পীনবগীদমক শেম্বতনি।

## চহী প্রমান

চহী শুরে হায়বসি লোৎপা য়াদবা *ফ্যাক্ট নি। মসি সার্টিফিকেট য়াওজবসু অতোপ্পা সাক্ষী সাবোন্না প্রমান তৌবা য়াই। মসিদি ** এবিডন্সকী রানি।

## লুহোংবিবা য়াবা নৎত্রগা ঙম্বগী মচাক নৎত্রগা মগুণ

মথক্তা পনখ্রে, ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা, মীওই শুরবা, অহুবু ঙাওবদি ঙাওদবা মীওইতনা লুহোংবগী করাড়দা চঙবা য়াই; অহুবু মশা মশাগী ঙাকশেনবা (জবর) মীওইনা চহী শুত্রিবা অমদি অঙাওবা মীওই-গীদমক লুহোংবগী করাড় তৌনবা য়াই।

## লুহোংবিনবা ঙাকশেনবা মীওই (জবর) খন্দোকপা

মীওই শুত্রিবা শুত্রিবীশিংনা লুহোংবদা অয়াবা পীবা য়াদে। পীরুর-বদি মহু চৎনবা য়াদবা লুহোংবনি। অহুবু মীওই শুত্রিবা শুত্রিবী কনা কনা ওইরবসু ঙাকশেনবা মীওইনা (জবর) চৎনবা য়াবা মওংদা লুহোংবগী করাড় তৌনবা য়াই। অঙাং ঙাক-শেনবা মীওই ওইনবগী মথং মনাওদি মথাগীশিং অসিনি।

---

*"ফ্যাক্ট" হায়বসি অচুম্বনি। মসিগী অর্থ "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ৩ দা য়েংউ।

**"এবিডন্স" কী অর্থসু হায়থ্রিবা লাইরিকী সেক্সন ৩ দা য়েংউ।

(অ) মপা; (আ) মপা পোকপা মপু (মপু পুথাং কনা কনা ওইরবসু), (ই) মচিন-মনাও অমসুং অতৈ মপারোমগী ওইবা মরী মতা (স্বত্ত : ফংফম থোকপা মীওইশিংগী মথং-মনাও ইম্না); (ঈ) মমা, (উ) লোনবা য়াদবা কোরগী মনুংদা লৈবা মমাগী মরী-মতাশিং; অতুগা মখোয়শিংসিনা লৈত্রবা নত্রগা তৌত্রবদা, (ঊ) রাজ্য সরকার।

**শিয়াগী রায়েল পথাপ**— শিয়াগী রায়েল পথাপকী মনুংদা য়াবা অঙাং ডাক্-শেনবদি (অ) মপাগা; (আ) মপা পোকপা মপুগতনি; মপুদি পুথাং কনা কনা ওইরবসু য়াই। মপা নত্রগা মপু নত্তবা অতোপ্পনা পাঙথোকহনখিবা লুহোংবা অতুদি চহী শুত্রিবা মীওই অতুনা চহী শুরগা হৌনবী মতুং ইম্না য়াবিবা নত্রগদি লুহোংবা অতু চৎনবা য়াদে।

**ইসলাম থাদোকখ্রবা মীওইনা অঙাং ডাক-শেনবা মীওই ওইবগী হক মাঙবা**— য়াম্না চেকশিনবা ইসলামগী রায়েল পথাপকী মতুং ইম্না ইসলাম থাদোকখ্রবদি মহাক্কী মপুঙ ফাখ্রিবী মীওই শুত্রিবী মুসলিম ওইরিবী মচানুপীগী লুহোংবদা ডাকশেনবা মীওই ওইবা য়াদে। নিয়ম অসি "মনিঙ তৌনা ধর্ম্ম চৎচবা য়াবা আইন, ১৮৫০" (The Freedom of Religion Act, 1850) গী মতুং ইম্না, করি করি রায়েল পথাপ নত্রগা চৎনবী লৈত্রনসু, কনাগুম্বা ধর্ম্ম থাদোকখ্রবা মীওইগী হক অমসুং সম্পত্তি মৎফরোই হায়না থিংখ্রে। হায়খ্রিবা আইন অসিগী মতুং ইম্না মীওই শুত্রিবা শুত্রিবী মচা অমগী লুহোংবিবসি মপাগী হকনি অতুনা মতু ইসলাম থাদোকপনা মৎপা য়ারোই।

VIDE— [Gul Muhamad V. Mussammat Wazir
(1901) 36 P.R. 191]

# মীওই শুরগা মনিঙ তৌজবা

## ( খ্যার-উল-বলঘ )

মথক্তা হায়খিবগুম্না মুসলিম অঙাংশিংবু মশা মশাগী ঙাকশেনবা লুহোংবগী করাড় তৌবা ঙম্মী। অদুবু চহী শুদ্রিবা 'দামন' নত্রগা 'গোইনা' অদুনা চহী শুরগা লুহোংবা অদু য়াবিগে হায়রবসু য়াবিরোই (কায়নগে) হায়রবসু মাগী মাগী মনিঙনি। অসুম্না মানা মানা লুহোংবা থাদোকচবা ঙম্বা অসিবু "মীওই শুরগা মনিঙ তৌজবা" (খ্যার-উল-বলঘ) কৌই। "মীওই শুরগা মনিঙ তৌজবা" অসিনা ইসলাম লাক্রিঙৈদা নুপী অঙাংশিংবু ওৎ-নৈবিরম্বগী থৌদোক লৈরম্বশিং অদু কোকহল্লি।

মুসলিম রায়েল পথাপকী মহৌশা চৎনরকপা মতুং ইন্না অঙাংবু মপানা নত্রগা মপা পোকপা মপুনা লুহোংবগী করাড় তৌবিরবদি মদুনা অঙাং অদুবু পুনশিল্লি; অঙাং অদুগী মপা নত্রগা মপাগী মপানা, ওইরিবা ফীবমগী মতুং ইন্না, ফত্রসনু খন্দুনা নত্রগা থৌশা-রাশাদনা হায়বদি অঙাওবা নত্রগা অঙাওবী অমগা লুহোংবা য়াবিরমলে নত্রগা লুহোংবদুনা অঙাং অদুদা তশেংনা খুদোংচাদবা থোকহল্লে হায়বা প্রমান ভৌবা নত্রগদি, লুহোংবা অদু থুগায়বা য়াদে।

"মুসলিম লুহোংবা খাইননবা আইন, ১৯৩৯" The Dissolution of Muslim Marriage Act, 1939) না মথক্তা ইখিবা ইসলামগী রায়েল পথাপকী মরু ওইবা মরম খুদিং হোংদোক্ হোংজিন তৌখ্রে। আইন অদুগী মপান্না মপা নত্রগা মপুবোক্না লুহোংবিখিবী মুসলিম অঙাং গোইনা অমগী "মীওই শুরগা মনিঙ তৌজবা" হায়বদু মুখৎখ্রে অমসুং আইন অদুগী সেক্সন ২ (খ) গী মপান্না মুসলিম য়ুম পাল্লবী নুপী অমনা মথাগী মরমশিং অসি প্রমান তৌবা ঙম্লবদি মরা খাইনবা য়ারে:

ক) মপানা নত্রগা মহাক্কী ঙাকশেনবিবা মীওইনা মহাক্কী লুহোং-বত্থু শীনখি হায়বা :

খ) লুহোংবা অত্থু হকতিন্নত্থনা মপুঙ ফাক্রি (দখল তৌক্রি) হায়বা ;

গ) লুহোংবা অত্থু মশাগী চহী ১৫ শুক্রিড়ৈদা পাঙথোকখিবনি হায়বা, অমসুং

ঘ) মহাক্না চহী ১৫ শুক্রিড়ৈদা লুহোংবা অত্থু য়ানিঙদে হায়না হায়দোকখি হায়বা ।

অত্থুম ওইনমক্ লুহোংবা অত্থু অতৈ ঙাকশেনবা মীওইনা করাড় তৌবিবা ওইরগদি মীওই শুক্রিবী গোইনানা চহী শুরগা মরম পীত্রবত্থু লুহোংবত্থু য়ানিঙদে হায়না হায়দোকপা য়াই ।

**শিয়াগী ৱায়েল পথাপ—** শিয়াগী ৱায়েল পথাপকী মতুং-ইন্না মপা নত্রগা মপুবোক্না শীনখিবা মুসলিম অঙাংশিংগী লুহোংবত্থু, অঙাং-শিংনা চহী শুরগা য়াবিত্রিবা ফাওবা, চৎনবা থক য়াদে ।

**করম্বা মতমদা মনিঙ তৌজবা য়াবগে—**

মীওই শুরগা মনিঙ তৌজবা (খ্যার উল-বলঘ) হায়বসি মথাগী ফীবমশিংগী অমদা শীজিন্নবা য়াই :—

(অ) মতূনা—চহী হেক শুবগা মহাক্কী লুহোংখিবগী অমসুং মহাক্না য়ানিঙজ্রবদি কায়নব। (লুহোংবা হায়দোক-পা) য়ারে হায়বা পাউ পীবমক্কদা ;

(আ) মরানা—কুজমন (মহর) পীদ্রনা নত্রগা হকতিন্নত্থনা (দখল তৌদ্রনা) লুহোংবা অত্থু য়ারে হায়ক্রিড়ৈগী মমাঙ করিগুম্বা মতমদা মহাক্না লুহোংবত্থু য়ানিঙদে হায়না কায়নবা (লুহোংবা হায়দোকপা) য়াই— নত্রগদি য়ানিঙদে হায়না কায়নবগী হক য়াওই ।

মপানা সুন্নি দামন অমদা থাজবী শিয়া গোইনা অমনা; মহাক্না পাদোংম্নিমহুনা নত্রগা অতোপ্পা মওংদা লুহোংবা অহু য়ারে হায়বা নত্রগ-দি, মীওই শুরগা লুহোংবহু য়ানিঙদে হায়না কায়ননবগী মনিঙ তৌজবা য়াবা লৈ—মরমদি মহাক্না মীওই শুরগা লুহোংবা অহু নমফ্দা য়াহল্লবদি রায়েলগী অচুম অরানগী বিচারদা ওন্ন-তৈনবা অমা ওইগনি অহুগা মশাগী মপূক্নিঙগী ওইবা ধর্ম্মগী অচুম অরান মোংস্থ য়েংবিবা তাবনি।

VIDE— [Aziz Bano V. Muhammad (1925) 47 All. 823]

মথক্কী হায়কোর্টকী কেশকী মতুংদা কারাচিগী চীফ কোর্টনস্থ—হুন্নানবগী অমস্থং লুহোংগ্রবী নুপী অমা থেমদোকলুবগী চৈরাক ফংগ্রবা দামন অহুবু মাগী গোইনানা লুহোংবা য়ানিঙদ্রে হায়না কায়নবা য়াই হায়না তাখি।

VIDE— [Zubeda Begum V. Vazir Mohomad (1940) 190 I.C. 94]

**য়ানিঙদে হায়না লুহোংবা কায়নবসি কোর্টনা চেংশিন-হনক্ষম (Confirmation) থোকপরা ?—** মীওই শুরগা য়ানিঙদবা উত্তনা লুহোংবা কায়নবসি মীওই শুবা অহুনা মরম ওইদুনা (ipso-facto) কায়নবা য়ারবরা নত্রগা সিভিল কোর্ট অমনা চেংশিনহনবা চঙবরা হায়বগী মতাং অসিদা কোর্টশিংগী মোং নাকপাক তানবা লৈ। মীওই শুরবা গোইনানা য়ানিঙদে হায়না কায়নগ্রবা লুহোংবহু চেংশিন-হনবা দরকার লৈতে হায়না লাহোরগী হায়কোর্টনা অনিরক তাগ্রে; অহুবু কালিকাতা অমস্থং মধ্যপ্রদেশকী হায়কোর্টশিংনা অসিগুম্বা লুহোং-বা কায়নবসি কোর্টকী হুকুমনা চেংশিংহনবা দরকার লৈ হায়না তাখিবা লৈ।

**খ্যার উল বলঘকী কান্নবা কান্নদবা :** —মীওই শুরগা মনিঙ তৌজহনা লুহোংবা য়ানিঙদে হায়না কায়নরবদি, লুহোংবহু খক্ পাঙ-থোকখিদে হায়না লৌগনি। মহুগী মপান্না লুহোংবহু কায়নক্রিবমথৈ, দামন-গোইনা অনি অহু মতৈ-মনাও ওইহুনা লৈগনি, অহুগা অনিগী মরক্তা অমা শিরবদি; অমনা অমগী মতৈ মনাও ওইবগী স্বত্ত: ফংফম থোকই।

## (৩) লুহোংবদা অথিংবা লৈতবা

নিকাহ পাঙথোকপদা চঙদবা য়াদবা মরূ ওইবা অহুমশুবা ফীবমদি অথিংবা লৈতবনি। অথিংবা মখল অনি লৈ :

ক) বাতিল নিকাহ (void marriage) অমসুং
খ) ফাসিদ নিকাহ (Invalid or irregular marriage).

ক) বাতিল নিকাহ হায়বদি, লৌনবা শূকয়া য়াদবা মশেল লৌন-বা থিংবা লুহোংবহুনি। বাতিল নিকাহনা মরম মরীদা থিংই :

অ) মরী লোনবনা ;
আ) ঈ নরুবগী মরীনা ;
ই) লুহোংবদগী থোকপা মরীনা ; অমসুং
ঈ) মীচাবোক য়োকপদগী (fosterage) থোকপা মরীনা

অ) **মরী লোনবা**—অহানবগী লুহোংবা কায়নক্রিদ্রৈঙদা মরী লৈবী নুপীনা অনিশুবা ওইনা নিকাহ শোনবা য়াদে। মুসলিমগী রায়েল পথাপ্পা মরী লোনবা থিংই। অহুবু মরী অমনা অমুক্তদা নুপী মরী ফাওবা লোনবা য়াই। অহুনা মুসলিমগী লুহোংবসি ইংলিসশকী রায়েল পথাপকী চৎন-বীদা চৎনবা য়াবা লুহোংবা ওইদে।

অমদগী হেনবা মত, য়াম্না লৈবা নারাব অমনা মেম নুপী অমা মুসলিমগী লুহোংবা মওংদা নিকাহ শোনখি। ইংলিশ কোর্টনা মহু

চৎনবা য়াবা লুহোংবনি হায়না হায়খিদে। মহু মুসলিমগী নুপী লোনবা নিকাহনি। লুহোংবা অহু মুসলিমগী রায়েল পথাপতা য়াউ, অহুবু ইংলিশ-কী রায়েল পথাপ্তা চৎনবা য়াবা লুহোংবা নত্তে, হায়বদি মহু নুপা অমগা নুপী অমগা পাম্নবগী চৎনবী ওইদে।

VIDE— [ Re Ullee the Nawab Nixam of Bengal's infants, 54, L.T. 286 ]

অহুবু মত্ লৈত্রিবা মুসলিম নুপা অমনা খৃষ্টান নুপী অমা ইংলেণ্ডদা খৃষ্টানগী লুহোংবা মওংদা হোঙখ্রবদি মহু ইংলিশকী রায়েল পথাপ্না পুনশিল্লে।

অহুগুমহুনা ভারত্তা লৈবা মুসলিম অমনা ভারতকী নাগরিক ওইর-বী মেম নুপী অমনা ইংলিসকী মওংদা লুহোংবগী রেজিষ্টার অমগী মমাঙদা লুহোংখ্রবা অহু "কিংজ ডিভিজন ওফ ডি হায়কোর্ট ওফ জষ্টিশ" না নুপা অহুনা মাগী নুপী অহুবু তলাকনামা পীহুনা (মহু মুসলিমগী রায়েল পথাপ-তদি য়াজরবস্থু) মবানি খাইনবা য়ারোই হায়না তাখি।

VIDE— [ Rex V. Hammersmith (1917) I KB 634 ]

'জে'কৌবী স্কোটল্যাণ্ডদা লৈবী খৃষ্টান নুপী অমা 'জি' কৌবা ভারত্তা লৈবা মুসলিম অমদা স্কোটল্যাণ্ডদা, লম অহুগী রায়েল পথাপ্না দরকার ওইবগী মতুং ইন্না সিভিল ম্যারিডজ অমা পাঙথোকখি। লুহোংলবা মতুংদা মতৈ-মনাও অনি অহু ভারত্তা লাক্কুনা লৈররে, অহুগা 'জে' অহু ইসলাম ধর্ম্ম ওল্লে। মতম খরা লৈরগা 'জি' না 'জে'বু মুসলিমগী রায়েল পথাপ-কী মতুং ইন্না "তলাক" লাউথোক্কুনা খাইনরে। অহুগী মতুংদা 'জে' না পারসীদগী খৃষ্টান ওল্লকপা 'কে' কৌবা নিপা অমগা অমুক লুহোংলে। হংলিবদি, 'জে' গা 'জি' গা খাইনখিবহু "তলাক" লাউথোকপা অহুনা চৎনবা য়াবা খাইনবা ওইখিবরা অসিনি। মসিগী মতাংদা মথক্কী কেশকী নিয়ম অহু পাম্নুনা বোম্বে হায় কোর্টনা অসুম্না তাখি— তশেংনা

ফোংদোকপা করাড় অমা লৈনজ্রগদি বাদী বিবাদী অনিবু মশা মশানা লৈখিবা লমগী হায়বদি ভারতকী রায়েল পথাপ্পা পুনফম থোকই। 'জে' না ইসলাম ধর্ম্ম লৌখিবগা লোয়ননা খৃষ্টানশিংদা পানবা য়াবা রায়েল পথাপ অদু চৎনররোই, হায়বদি, মহাক মুসলিমগী রায়েল পথাপ্পা পুনগনি; মদুগী মপান্না মরানা "তলাক" লাউথোক্লনা খাইনবগী হক লৈ; হায়বদি মতৈ-মনাও অনিনা "তলাক" কী মতমদা ইসলাম চত্লনা লৈরম্বনা কোর্টনসু মরানা মতূবু "তলাক" লাউথোক্লনা খাইনবদু শক খণ্ডবিরে, অদুনা লুহোংবদু রায়েল পথাপ্পা য়ানা খাইনখিবনি।

VIDE— [ Khambatta V. Khambatta, 36 Bom L. R. 1021]

**(আ) ঈ-নক্লবগী মরী**— মুসলিম লুহোংবগী অনিশুবা অথিংবদি ঈ-নক্লবগী মরীনি। মখাগী মরী মতাশিংসি লৌন-লৈনবা য়াদে :—

(i) মথকলোমদা—*মমা নত্রগা মবোক (রাংবমথৈ কাখৎলবসু);

(ii) মথারোমদা —মচানুপী নত্রগা মশূনুপী (কূম্বমথৈ কূমথরবসু);

(iii) পোকমিন্নবা —মচিন-মপুরা অমসুং মথোয়না পোকথরকপা শুথাংশিং ;

(iv) মপাগা পোকমিন্নবা মখূড়া, মনে অমদি মমাগা পোকমিন্নবা মাতুলশিং (রাংবমথৈ কাখৎলবসু)।

মথক্কীশিংসি মুসলিম রায়েল পথাপ্তা ঈ-মরী নক্লবদগী লৌন-লৈনবা য়াদবশিংনি। মথোয়শিংশি লৌনবদু বাতিল নিকাহনি।

**(ই) লুহোংবদগী থোক্লবা মরী**— অহুমশুবা মথলগী লৌন-লৈনবা য়াদবশিংদি লুহোংবদগী থোক্লবা মরী-মতাশিংনি। নুপা অমনা মথাগীশিংসি লৌবা য়াদে :—

*মসিদা মমাগা পোকমিন্নবা মমাবোক অমসুং মন্দোমচা হাপচিনবা য়াই।

(i) মতৃগী মমা নত্রগা মতৃগী মবোক (ৱাংবমখৈ কাখৎলবস্তু);

(ii) মতৃগা হকতিন্নহুনা লুহোংবা মপুঙ কাগ্রগদি (দখল তৌখ্রবদি) মতৃগী মচানুপী নত্রগা মতৃগী মশূনুপী (কূম্বমখৈ কূমথরবস্তু) ;

(iii) মপাগী নুপী নত্রগা অতৈ মপুগী নুপী ; অমস্তুং

(iv) *মচানুপাগী নত্রগা মশূশিংগী নুপী।

অসিগুম্বা লুহোংবশিং অসি কায়নবা য়াবা (void) লুহোংবনি।

**(ঈ) মীচাবোক য়োকপদগী (fosterage) থোকপা মরী—** ঈ-মরীদগী থোক্লবা মরীগা চপমান্নে; মরমদি খোমদিন্নবগা নাউফম তিন্নবগা মান্নে হায়না লৌই। অদুনা ঈ মরী থোকপদগী লৌন-লৈনবা য়াদবহুগা চপমান্ননা মীচাবোক্ য়োকপদগী থোক্লবা মরীহুস্ত ওইগনি। মহুগী মনুংদা য়াবিবা খরদি লৈ, মহুদি—নুপা অমগী মাগী মচন-মচেগী অয়োকপী মমাগা লৌনবা য়াই। মীচাবোক য়োকপদগী থোকপা মরীগা লৌনবা অসিস্ত কায়নবা য়াবা (void) লুহোংবনি।

**(খ) ফাসিদ নিকাহ**—ফাসিদ নিকাহ মখল মঙা শুই, মহুদিঃ—

(অ) মঙাশুবী নুপী লোনবা :

(আ) লুহোংবদা মতিক চাবা সাক্ষী লৈতবা ;

(ই) নুপাগা নুপীগা ধর্ম্ম খেন্নবা ;

(ঈ) ৱায়েল পথাপ্না য়াদবা তৃরোন ; অমস্তুং

(উ) ইদ্দত ফম্লিবী নুপী লৌবা।

**(অ) মঙাশুবী নুপী লোনবা**—হান্ননা মতৃ মরি লৈরবা নুপানা মঙাশুবী নুপী লুহোংবা ৱায়েল পথাপ্না য়াদে ; অদুম ওইনমক্, হান্নগী

---

*মসিদা মতৃগী মচেশিং নত্রগা মতৃগী 'মনাওনুপীশিং লোম্নরগা লৌ-বা য়াদে হায়না হাপচিনবা য়াই।

মতৃ মরিগী মরক্তগী অমতং খাইনরগা অকায়বা অমসুং অখিংবহু কোকপা য়াই।

**(আ) লুহোংবদা মতিক চাবা সাক্ষী লৈতবা—** সাক্ষী লৈতবা লুহোংবদি সুন্নিগী রায়েল পথাপ্তা য়াদে। খুদোং চাহৌদবা কীবম অহু কোয়া সাক্ষীশিংগী মমাংদা চেৎশিনহন্দুনা কোকহনবা য়াই।

শিয়াগী রায়েল পথাপ্তুদি সাক্ষী দরকার ওইবগী চৎনবী লৈতে।

**(ই) নুপাগা-নুপীগা ধর্ম্ম খেন্নবা—** শিয়াগী রায়েল পথাপ্তুদি লৌনরিব। মতৌ-মনাও অনিমক্ মুসলিম ওইগদবনি। অনিগী মরক্তা অমনা মুসলিম ওইত্রগদি রায়েল পথাপ কায়রে।

অহুম ওইনমক সুন্নিগী রায়েল পথাপ্তুদি—

(i) মুসলিম নুপা অমনা *কিতাবিয়া অমা লৌবা য়াই। মহাক্না মূর্ত্তি লাৎপী নত্রগা মৈ লাৎপী লৌবদি য়াদে; অহুবু নুপী অহুনা ইসলাম লৌশিনবা নত্রগা "কিতাবিয়া" ধর্ম্ম লৌশিল্ল-গদি লুহোংবহু য়াই।

(ii) মুসলিম নুপীদি মুসলিমতগা লুহোংগদবনি; মহাক্না মুসলিম নত্তবগা লুহোংলগদি মহু মরা চত্তবা (void) লুহোংবনি।

সুন্নি মুসলিম নুপা অমনা শিয়া নুপী লৌবা য়াই, অহুগুমহুনা সুন্নি মুসলিম নুপীনা শিয়া নুপাগা লুহোংবসু য়াই।

**(ঈ) রায়েল পথাপনা য়াদবা তুরোন—** মীওই অনি অহু নুপা অমা নুপী অমা ওইরমলগদি লৌন-লৈনবা য়ারোইদবী নুপী অনি, হায়বদি, নুপী মচিন-মনাও অনি, মুসলিম নুপা অমগী লোয়বী মতৃশিং ওইবা য়াদে। মসিবু রায়েল পথাপ্পা য়াদবা তৃরোন কৌই।

---

*"কিতাবিয়া" হায়বদি খৃষ্টান নত্রগা যিহুদি ধর্ম্ম চৎপী নুপী হায়বনি।

কুরআন্না নুপা অমনা মতূ লৈনা লৈনা মতূ অতুগী মচে নত্রগা মনাওনুপী লুহোংবা থিংই, অদুবু মদুদগী পোকপা মচাশিংদু হরামী মচাশিংনি হায়না লাউথোক্লব্বদি তৌরমদে।

ইসলামগী রায়েল পথাপ ইবা অহে-অশিং কনানস্তু, চৎনবা য়াদবা (invalid) লুহোংবদগী পোকপা (মরা লৌদবা লুহোংবা নত্তনা) মচাশিংবু হরামী মচাশিংনি হায়না ইরমদে। মুসলিম নুপা অমনা, করিগুম্বা মওংদস্তু রায়েল পথাপ্না য়াবা ওইররোইদবা মওংদা পাঙথোকখিবা লুহোংবা অমদগী পোকপা মচা অদু কৈদৌঙৈদস্তু রায়েল পথাপ্না য়াবা মচা ওইরোই। মতূগী মচিন-মনাও লৌরুবগী অশোয়বা অদু থাইনবা নত্রগা শিবনা মেনশিনবা য়াই। অস্তুন্না পোকপা মচাদু রায়েল পথাপ্না য়াই।

VIDE— (i) [ Rahiman Bibi Vs Mahboob Bibi I L R (1938) Mad. 278.]

(ii) [ Tajbi V. Mowla Khan (1917) I L R 41 Bom. 845]

অদুম ওইনমক, কালিকাতা হায় কোর্টকী মতুং ইন্নদি অসিগুম্বা লুহোংবসি কায়নবা য়াই; অমস্তুং মদুদগী পোকপা মচা অদু হরামী মচানি।

VIDE— [ Aziunnissa V. Karimurnisa (1892) I L R 23 Cal. 130 ]

অদুবু কালিকাতা হায়কোর্টকী রায়েলসি চুমই হায়না লৌনদে।

**(উ) ইদ্দত ফমলিবী নুপী লৌবা—** হান্নগী লুহোংবগী ইদ্দত ফমলিবী নুপীগা লুহোংবসি বাতিল নিকাহ নত্তে অদুবু ফাসিদ নিকাহনি।

**ইদ্দত করিনো ?—** মরা শিথিবদগী নত্রগা মরানা থাইনবিবদগী লুহোংবা কায়রবী মুসলিম নুপী অমনা মতম খরা নুপাগা হকতিন্নদনা নত্রগা লুহোংদনা ঙাইহনা লৈবা মতমবু ইদ্দত ফম্বা কৌই। ইদ্দত ফম্নবা

মতুংদা নুপী অদু য়ায়েল পথাপ্পা য়ানা লুহোংবা য়ারে। ইদ্দত ফম্বা অসি অস্তাংগী মপা শেংনা খণ্ডনবগী অফবা লোনচৎনি। মসিনা নুপী অদুগী মবুক্তা মচাক্কী অহানবা মরাগী মচা য়াওবরা য়াওদবরা হায়বা অশেংবা খণ্ডবা ঙমহল্লি। মসি চুম্না হায়রবদা মতম খরা নুপীবু লুহোংবা থিংবনি।

## ইদ্দত কয়া কুইনা ফমগদবা?

### (১) মরা শিবগী ইদ্দত—

(ক) মরা শিবগী ইদ্দততি— নুপী অদুনা মীরোল্লগনা, থা ৪ নুমিৎ ১০ নি, নত্রগা মচা পোক্কিফাওবা অনি অদুগী হেন্না শাংবা মতম অমা।

(খ) অতৈগী মতাংদদি— থা ৪ গা নুমিৎ ১০ নি। মরা শিখিবগী ইদ্দত ফম্বদি, মরা শিবগী নুমিৎতগী হৌগনি। মরা শিবগী পাউ অদু নুপী অদুনা ফমফম থোকপা ইদ্দতকী মতম লাম্থোকখ্রগা থুংলরবদি মহাক অমুক ইদ্দত ফমত্রবসু য়ারে। মরা শিবদগী লুহোংবা অমা কায়নবা তারবদি, লুহোংবা অদুগী মনুংদা মতৈ-মনাও অনি অদু হকতিন্নখিত্রগসু (দখল তৌখিত্রগসু) নুপীনা ইদ্দত ফমফম থোকই।

(২) তলাক্কী ইদ্দত— তলাক্কী ইদ্দততি থাগী খোঙকাপ অহুম লোইখ্রিবা ফাওবা ফমগনি। তলাক ফংখ্রবী মত অমনা মীরোনবা নত্তনা অতোপ্পা মতমদগী থাগী খোঙকাপ উখিত্রবদি মহাক্না ফমগদবা ইদ্দত মতম অদু থা ৩ ওইগনি। তলাক মতমদা মতু অদু মীরোল্লবদি থা অহুমদগী হেন্না তেল্লবসু হেন্না শাংলবসু নুপী অদুনা মচা পোক্কিবা ফাওবা ইদ্দত ফমগনি।

তলাক্কী ইদ্দততি তলাক লাউথোকপা হেক্ লোইবদগী হৌগনি। অদুম ওইনমক তলাক লাউথোকপগী পাউ অদু মতুনা ইদ্দত ফমফম থোকপা মতমগী মতুংদা লাক্লগদি নুপী অদুনা ইদ্দত অমুক ঙাকফম

থোকত্রে। লুহোংবা অদুগী মনুংদা হকতিন্নদবনা লুহোংবদু মপুঙ ফাহনখিত্রগদি (দখল তৌখিত্রগদি) নুপী অদুনা ইদ্দত ফম্বগী মথৌ তাদে, মহাক খুদক্তা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংবা য়াবগী মনিঙ তম্বা লৈ।

ফাসিদ নিকাহ (Irregular marriage) অমগী মতাংদসু হকতিন্নহুনা লুহোংবদু মপুঙ ফাত্রগদি তলাক ফংলবী নুপীনা থা ৩ ইদ্দত ফমফম থোকই।

## ইদ্দতকী মতমদা নুপীগী হক—

(১) ইদ্দত ফমলিঙৈদা নুপীনা মরা মযুমদা লৈজবগী হক লৈ।

(২) তলাকী ইদ্দত ফমলিঙৈদা মরাদগী চাকথাক তানবগীসু নুপীগী হক লৈ।

**খিলৱাট-উস-সহিহ** (valid retirement) **চৎনবা য়াবা মওংদা মতৈ-মনাও তিন্নবা**—মরা অমগা মতু অমগা মবানিতমক রায়েল পথাপ্পা য়াবগী মনুংদা অমদি অচুম-অরানগী লীচৎনা য়াবা মওংদা অমসুং হকচাংগী অথিংবা লৈতবা মতমদা হকতিন্নরগদি মবানি অদু "চৎনবা য়াবা মওংদা মতৈ-মনাও তিন্নবা" (খিলৱাট উস-সহিহ) কৌই। সুন্নিগী রায়েল পথাপকী মনুংদা চৎনবা য়ানা মতৈ-মনাও তিন্নগ্রবদি কুজমন (মহর) গী মতাংদা, মপা ওইবা য়াবিবগী মরমদা, ইদ্দত ফম্বগী হৌনবীদা, ইদ্দত ফমলিঙৈদা মতুগী চাকথাক পীফম থোকপদা, মতুগী মচে নত্রগা মতুগী মনাও মুনীবু লোন্নফদে হায়বগী নিয়মনা থিংবদা তশেংনা হকতিন্নহুনা লুহোংবা মপুং ফাহনখিবগুম্না রায়েল পথাপ্পা য়াবনি লৌগনি। অদুম ওইনমক্ মসিনা মতুগী মচানুপীগা লুহোংবা থিংবা নত্রগা থাইনগ্রবা মতৈ মনাও লুহোংবা থিংবগী মতাংদদি তশেংনা হকতিন্নহুনা লুহোংবা মপুঙ ফাহনখিবগুম্না রায়েল পথাপ্পা য়াবনি হায়না লৌরোই।

# মখল মখাগী অথিংবশিং

লুহোংবদা অথিংবা লৈবা কয়াগী মরক্তা মখাগী মরম অহুমসিসু য়াওই :—

**(১) মান্নবা মশেল লুহোংগদবনি হায়বগী পাউতাক—** লুহোংবদা থাক মান্নবা হায়বসি চঙদবা য়াত্রবা মচাকনি হায়বসি হনাক্পি-শিংনা ফজনা ঙাকই। মপা চানদবা নিকাহদি খাইদোকফম থোকই হায়বসি মথোয়গী ধর্ম পাউতাকনি। মসিবু কিফঅা নিকাহ কৌই। কাজীনা অসিগুম্বা লুহোংবশিং খাইদোকপা য়াই। অমীর আলীনা অসুম্না হায়— চহী শুদ্রিবী গোইনা অমা ইমুংগী মীনাই অমদা চেনথ্রবদি মমা-মপা নত্রগা নুপীমচা অহুগী ঙাকশেনবা মীওইনা রাকৎ-চে থারগা লুহোংবা খাইদোকপা য়াই।

তৌবতদি, হায়খ্রিবা অসি নুপীগা থাক মান্নবা নুপা হায়বনি। অতোপ্পা রাইহেদা নুপী অহুগী নুপা অহু সমাজগী চাউখৎপগী চাংদা থাক মান্নবা ওইগদবনি। নুপাগীদি নুপাগা লেংমান্নবী নুপী লুহোংদবা য়াদে হায়বা লৈতে। নুপানা থাক্ হন্থবী নুপীবু নুপা মশাগী থাক্তা পুখৎফম থোকই হায়বা লৈ।

**(২) রায়েল পথাপ্পা য়াদবা মওংদা নুপীগা মরী লৈনবা—** নুপা অমনা রায়েল পথাপ্পা য়াদবা মওংদা নুপী অমগা মরী লৈনবা অমসুং তিন্নবা য়াদে ।

(৩) ধর্ম্মগী অশেংবা মফম্নচিংবদা চৎলিঙৈদা হায়বদি কা:বাগুম্বা মফমদা লৈহুনা ধর্ম্মগী থিংদা লম কোয়বা মীওই অমগী ফিজ্রেৎ শেং-লিঙৈদা নিকাহগী করাড় তৌনবা য়াদে।

# বাতিল নিকাহগা ফাসিদ নিকাহগা খেন্নবা

মুসলিম রায়েল পথাপকী মনুংদা নিকাহ মখল ৩ শুই :—

(ক) সাহিহ নিকাহ—মপুঙ ফারবা অমদি চৎনবা য়ারবা নিকাহগী করাড়নি।

(খ) বাতিল নিকাহ—হোৌবদগী হৌনা চৎনবা য়াত্রবা মওংগী নিকাহগী করাড়নি।

(গ) ফাসিদ নিকাহ—হৌবদগী ফরবসু রায়েল পথাপ্না য়াদবা মওংগী নিকাহগী করাড়নি।

"বাতিল" অমসুং "ফাসিদ" নিকাহ অনিমক্ মতৈ-মনাও অনিমক অমনা অমদগী লন-থুম ফংনিঙাই হক লৈতে।

বাতিল নিকাহগা ফাসিদ নিকাহগা অমুক মরম অহুমদা খেন্নৈ :—

(ক) **বাহন্দোক্কী মতাংদা**—বাতিল নিকাহদি মুসলিম রায়েল পথাপ্না সুকয়া য়াদে; অহুনা নুপা নুপী অনিমক্তা সমাজগী হক পীদে অমসুং অপুনবা লৈতে। বাতিল নিকাহগী মনুংদা 'মহর' (কুজমন) লৈতে, "ইদ্দত" ফমলোই অহুগা মহুদগী পোকপা মচাশিং রায়েল পথাপ্না য়াদে। ঈ নকুবা মরীগা, লুহোংবদগী লাকপা মরীগা নত্রগা মীচাবোক য়োকপদগী লাকপা মরীগা লুহোংবদি চৎনবা য়াদবা লুহোংবনি। অহুগুমহুনা মরা লৈবী নুপীগা লুহোংবসু চৎনবা য়াদবা লুহোংবনি।

অমরোমদা ফাসিদ নিকাহ অহোৌবদা কৈ অহুবু অথিংবা লৈবনা নত্রগা তৌফম থোকপা রাৎপনা ওইফম থেকাপা নিকাহ ওইদে; ওইফম থোকপা অরাৎপা অহু কোম্না মেনশিনবদি য়াই। অসিগুম্বা লুহোংবসি ভশেংনা রায়েল পথাপ্না য়াদবদি নত্তে। মহুদি মথাগীশিং অসিনি :—

(অ) সাক্ষীশিং য়াওদনা লুহোংবা— মসি কোন্না মতিক চাবা সাক্ষীশিং পীদুনা মেনশিনবা য়াই।

(আ) অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী অয়াবা য়াওদনা লুহোংবা— অঙাং ঙাকশেনবা মীওইনা কোন্না অয়াবা পীবা য়াই।

(ই) মঙাশুবী নুপীগা নিকাহ শোনবা— মরানা হান্নগী নুপী অমবু তলাক্ লাউথোক্লগা য়াই।

(ঈ) ইদ্দত ফমলিবী নুপীগা নিকাহ শোনবা— ইদ্দতকী মতম লোইখিবগা অকায়বদু কোকই।

(উ) লাই মূর্ত্তি খুরুম্বী নত্রগা মৈ লাৎপী নুপীগা লুহোংবা—নুপী অদুনা ইসলাম ধর্ম্ম লৌরগা অথিংবদু কোকই।

(ঊ) লৌনবা য়াদবা নুপীগা লুহোংবা— অকায়বা অসি, অথিংবা পোকহল্লিবা হান্নগী মতূদু থাইনরগা য়াই। খূদমদি—মতূগী মচে নত্রগা মতূগী মনাওনুপী লুহোংলুরবদি হান্নগী মতূদু থাইনরগা য়াই।

(খ) **আইনগী ফংফম থোকপা ফল**—বাতিল নিকাহদি মতৈ মনাও অনিমক অমগা অমগগী মরক্তা সমাজগী হক ফংনদে; অদুবু লুহোংবা অদু হকতিন্নদুনা মপুঙ ফাহনগ্রগদি দখল তৌগ্রগদি মতূনা মরাদগী হৌনবী মহর (কুজমন) দি ফংগনি।

ফাসিদ নিকাহদি পাদোংমিন্নগ্রিবমথৈ রায়েল পথাপকী ফংফম থোকপা ফংদে। পাদোংমিন্নগ্রবফাওবদা অমগা অমগী মরক্তা অমনা অমদগী রায়েল পথাপকী হৌনবী লন-থুম ফংনবগী হক পীদে; অদুবু পোক্লকপা মচাদি রায়েল পথাপনা য়াই। হকতিন্নগ্রবদি মতূনা মরাদগী মহর (কুজমন) ফংফম থোকই অমসুং ইদ্দতসু ফমগনি।

**(গ) "বাতিল" অমসুং "ফসিদ" নিকাহগী মচাশিং**—বাতিল নিকাহগী মচাশিংদি হরামী (পুংগা) মচাশিংনি অদুগা ফাসিদ নিকাহগী মচাশিংদি রায়েল-পথাপ্পা য়ানা পোকপা মচাশিংনি হায়বদি হলালী মচাশিংনি।

# চৎনবা য়ারবা মুসলিম নিকাহগী আইনগী ফীবম

চৎনবা য়ারবা মুসলিম নিকাহনা মতু অমগী—

(ক) মহর (কুজমন) ফংবগী ;

(খ) চাকথাক ফংবগী :

(গ) মতিক চাবা য়াওংশঙ (matrimonial residence) ফংবগী ;

(ঘ) লোম্নবী লৈরগদি, অচান মীরায় নাইদবা (মান্নবা) মীনুংশি ফংবগী অমসুং

(ঙ) সমাজগা তিন্নবগী অমসুং অপিকপা মচা য়োকখৎচবগী (খাইনরবা কাওবদা)

হক পুম্নমকসি ফংফম থোকই।

**চৎনবা য়াবা নিকাহনা মতু অমবু মখাগীশিং অসিনা পুন-শিল্লি —**

(ক) মরাগী মফমদা মতু অদু থাজবা য়াবী অমদি হায়বা ইনবী ওইবা ;

(খ) মরাগা হকতিন্নসি য়াবা (মতাং অসিদা হকচাংগী অমসুং হৌন-লোনচৎতি য়েংবা তাই) ;

(গ) মরানা খোমইনবী থম্বা ঙমদ্রবদি মচাশিং খোম পীথকপা, অমসুং

(ঘ) ইদ্দত ফম্বা

'মুসলিম লুহোংবনা নুপা-নুপী অনিগী মরক্তা, অমৱোমদা লৌন-লৈনবা য়াদবগী মরী হেনগৎহল্লি; অদুগা অমনা অমদগী লন-থুম ফংহৌবা য়াবগী হক পী। মসিনা অমুক নুপা-নুপী অনি অদুগী মরক্তা মতৈ-মনাও ওইবগী থাজনবা হেনগৎহল্লি। অদুবু মৱানা মতু্দগী লন-থুম ফংনবগী হকতি ফংদে।

## সুন্নি অমসুং শিয়া লুহোংবগী ৱায়েল-পথাপ খেন্নবা

১। সুন্নি লুহোংবদা সাক্ষীশিং য়াওজবদি চৎনবা য়াদবা লুহোংবনি। অদুগা শিয়া লুহোংবদা সাক্ষীশিং য়াওবা মথৌ তাদে।

২। সুন্নি মুসলিম নুপীদা নত্তনা কিতাবিয়া হায়বদি যিহুদি নুপী নত্রগা খৃষ্টান নুপীসু লুহোংবা য়াই।

অদুম ওইনমক, শিয়াগী ৱায়েল পথাপ্তদি মুসলিম নুপা অমগা মুসলিম নত্তবী নুপী অমগা লুহোংবা অদু ৱায়েল পথাপনা য়াদবা অমসুং চৎনবা য়াদবা লুহোংবনি।

৩। সুন্নি মুসলিম অমনা মতু্গী মনে নত্রগা মতু্গী মবুং-মপুৱাগী নত্রগা মচে-মনাওগী মচানুপী ( মমৌ ) লৌবা য়াদে, মরমদি মদু ৱায়েল-পথাপনা য়াদবা তু্রোল্লি।

অদুম ওইনমক্ শিয়া মুসলিমগী নুপা অমনা মতু্গী মনে লৌবা য়াই; মহাক্না মতু্গী মবুং-মপুৱাগী নত্রগা মচে-মনাওগী মচানুপী ( মমৌ ) ফাও-বা লৌবা য়াই, অদুবু মদু মতু্গী অয়াবদি য়াওগদবনি।

৪। সুন্নিগী ৱায়েল-পথাপ্তা লুহোংবা অমা মৱা লৌদবা (void) নত্রগা নিয়ম কায়বা (irregular) ওইবা য়াই।

অহুম ওইনমক্ শিয়াগী রায়েল পথাপ্তদি চৎনবা য়াদবা লুহোংবগা (void marriage) নিয়ম কায়বা লুহোংবগা (irregular marriage) খেন্নবা লৈতে। শিয়াগী রায়েল পথাপ্তদি লুহোংবা অমা চৎনবা য়াবা লুহোংবা (valid marriage) ওইরগা ওইরে নত্রগা চৎনবা য়াদবা লুহোংবা (void marriage) ওইরগা ওইরে।

মরম অহুনা স্থন্নিগী রায়েল পথাপ্তা মরা লৌদবা লুহোংবা (void marriage) ওইগনি।

৫। স্থন্নিশিংগী রায়েল পথাপ্তা লুহোংগদবা লুহোংগদবীগী মচিন মনাও নত্রগা মবুং-মপুরা নত্রগা মমানচিংবস্থ (মপা অমস্তুং মপা পোকপা মপু লৈত্রবফাওবদা) লুহোংবগী ভাকশেনবা মীওই হাপ্পা য়াই।

অমরোমদা শিয়াগী রায়েল-পথাপ্তদি মপাগা মপা পোকপা মপুত-মক (রাংবমথৈ কাখৎলবস্থ) ভাকশেনবা মীওই হাপকনি।

৬। স্থন্নিগী রায়েল পথাপ্তা মতম থরগীতমক লুহোংবা য়াদে।
অহুবু শিয়াশিংগীদি নুপানা মুতা নিকাহগীদমক করাড় তৌবা য়াই।

# মুতা নিকাহ

**রাহন্দোক—** "মুতা" গী অর্থদি "নুংঙাইথোকপা" নত্রগা "শীজিন্নবা" হায়বনি। মসিগী আইনগী ওইবা মওং য়েংলগদি— "মতম থরগীদমক লুহোংবা" হায়বনি। মতম অহু নুপাগা নুপীগা য়ানবা মতুং ইন্না লেপকনি।

হজরত মুহম্মদকী মমাঙ অমস্তুং মতমদা "মুতানিকাহ" য়াম্না চৎনরম্মী। মুহম্মদনা মসি রায়েল পথাপ কায়বা নিকাহনি হায়না লাউথোকখি।

ভারত্তা লৈবা মুসলিম রায়েল পথাপকী মরূ ওইবা কাণ্ডলূপ ৪ গী মনুংদা হনাফি, শাফিঃ অমস্তুং ইশামাইলি কাণ্ডলূপ অহুমসিনা মমাঙৈগী আয়বশিংতগী ওইবা চৎনবী মুতা নিকাহ অসি য়াদে। ইশনা অশারি হায়বদি শিয়াগী কাণ্ডলূপ্তুনা অসিগুম্বা মথলগী নিকাহগী চৎনবীসি য়াই। অকোনবগী কাণ্ডলূপসিদি ভারত্তা মশীং খজিক্কনি। শিয়াগী কাণ্ডলূপ্তগী অমুক্কা খজিক্কনা ভারত্তা মুতা নিকাহগী চৎনবীসি ইন্দুনা লৈ।

মুল্লি রায়েল-পথাকী মখাদা লুহোংবশিংদি কয়া কুইনা লৈমিন্নগদব-নো হায়বা থানফম থোক্তে। লুহোংবগী হায়নবা (ইজাব) অমস্তুং য়ানবা (কবুল) মতমদা হায়দোকখিবা রাহৈশিং অহু খূদক্তা লুহোংনবা অমস্তুং তুংকোইনা লৈমিন্ননবগীদমক্তনি।

অহুবু শিয়াগী লুহোংবগী মথল অনি চৎনৈ— (১) "তুংকোইনা লুহোংবা" অমস্তুং (২) "মতম থরগী লুহোংবা" নত্ত্রগা "মুতানিকাহ" মুতানিকাহদি নোংমগী, থা অমগী, চহী অমগী নত্ত্রগা চহী থরগী ওইবা য়াই।

মুতা নিকাহ পাঙথোকপদা মখাগী মরম অনিসি থুংগদবনি:—

(১) কয়াম শাংবা মতমগীনো তাকপা; অমস্তুং

(২) মহর (কৃজমন) থরা পীবা।

মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নবগী মতম অহুদি হায়দোক্তনা মহরতমক্ হায়দোক্লগদি, তুংকোইনা লুহোংবা ওইনা চত্থক্লরগস্তু, মুতানিকাহ অহু চৎনবা য়াদে। অহুগা ওন্নতৈনবদা মতমদি হায়দোক্ত্রগদি মহুস্তু করাড় অহু চৎনবা য়াদে।

শিয়া নুপা অমনা মুসলিম নুপী অমগস্তু, খৃষ্টান নুপী অমগস্তু নত্ত্রগা যিহুদি নুপী অমগস্তু নত্ত্রগা মৈ লাৎপী নুপী অমগা কাওবা মুতানিকাহগী করাড় তৌনবা য়াই; অহুবু অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপী নুপীগা করাড়

তৌনবা য়াদে। শিয়া নুপীদি মুসলিম নুপাতগা মুতানিকাহগী করাড় তৌনগদবনি।

# মুতানিকাহগী হৌনশা

## মুতানিকাহগী মরু ওইবা হৌনশাদি মখাগীশিং অসিনি—

(১) মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নবগী মতম অহু লেপত্রগদি করাড় অহু তুংকোইনা চত্থবা নিকাহগুম্না চৎনবা য়াগনি, অহুবু মুতা নিকাহ ওইনদি চৎনবা য়ারোই। নুপা নুপী ২ না য়ানদুনা অমুক মতম শাংথ-হনবা নত্রগদি করাড় অহু লেপন্নরিবা মতম লোইবগা মুতানিকাহসু লোইরে।

(২) মহর (কুজমন) খরা লেপকদবনি; মহু লেপত্রগদি করাড় অহু চৎনবা য়াদে।

(৩) শিয়া নুপা অমনা কিতাবিয়া নত্রগা মৈ লাৎপী নুপী অমগসু মুতানিকাহ পাঙথোকপা য়াই। অহুবু শিয়া নুপী অমনা মুসলিম নত্তবা নুপাগা মুতানিকাহ পাঙথোকপা য়াদে।

## মুতানিকাহনা আইনগী থোঙদা মখাগী ফীবমশিংসি ওই-হল্লি:—

(১) মুতানিকাহনা মতৈ-মনাও অনিমক্তা অমগা অমগা স্বত্ত্বঃ ফংনবগী হক পীদে। অহুবু মহুদগী মীরোনখিবা মচাশিংদি রায়েল পথাপ্পা য়ানা পোকপা (হলালী) মচাশিংনি অমসুং মমা-মপা অনিদগী স্বত্ত্বঃ ফংফম লৈ।

VIDE—[Shoharat V. Jatri Bibi, 17 Bom. L.R. 13 p.c.]

(২) মতৈ-মনাওগী মওংদা লৈমিন্নখিবা অহুদি মুতানিকাহদগী হৌ-রকপা অহুবু কয়াম কুইনদগীনো হায়বদি উত্তবা নত্রগা মুতানিকাহ অমগী

লেপ্পবা মতম হেন্দোকপ্রবা ওইরবসু তিন্নপ্রবা মতম পুম্বা মুতানিকাহনি হায়না লৌগনি অমসুং মতুদা মীরোনখিবা অমদি পোকখিবা মচাশিং রায়েল পথাপ্পা য়াবা মচাশিং ওই।

(৩) মুতানিকাহ অমদা হকতিন্নবা তৌদনা নিকাহ অমু মপূঙ ফা-হনখিল্লগদি (দখল তৌখিল্লগদি) মতু অমুনা মহরগী তংখাইতমক ফংবগী হক লৈগনি।

(৪) মুতা অমুদা পাদোংমিন্নমুনা মপূঙ ফাপ্পগদি মরানা লেপ্পবা মতম লোইদনা "হিবা" (gift) পীমুনা মুতানিকাহ লোইশিনবা তারবসু মতূনা মহর (কুজমন) মপূঙ ফানা লৌফম থোকই।

(৫) মুতানিকাহগী লেপ্পবা মতম শুদনা মতূনা থাদোক্লবদি মতুগী মহর অমু হায়নবা মতমগী চাং অমুগা চাননা ফংফম থোকই।

(৬) শিয়াগী রায়েল পথাপকী মতুং ইন্না নুপীনা মুতানিকাহদগী চাকথাক ফংফম থোক্কে। অমুবু মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোল (Cr. P. C.) গী মতুং ইন্না চাকথাক ফংফম থোকই।

VIDE— [Luddum V. Mirza (1882) I. L. R. Cal, 736]

অমুবু মথক্কী রারেপ অসি মুসলিম রায়েল পথাপকী মতুং ইন্না অরানবা রারেপনি হায়না অখণ্ড-অহৈনা হায়নৈ। মরমদি মুতানিকাহদা লৈমিন্নরম্বা মতুদি মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোল, ১৯৭৩ (Cr. P.C.) গী মতুং ইন্না মতু অমা চিংদে।

(৭) মুতানিকাহদি তুংকোইবা নিকাহগুম্না মতু মরিদগী হেনবা য়ারোই হায়বা লৈতে। শিয়া নুপা অমনা ওস্বমখৈ মুতানিকাহ শোনবা য়াই।

(৮) মুতানিকাহদি লেপ্পবা মতম লোইবগা মশানা অমুম লোইজরে। মসিদা তলাক্কী মথৌ তাদে। অমুবু মরানা মতম শুল্লিবৈদা মতুদা "হিবা" (Gift) পীমুনা মুতানিকাহ লোইশিনবা য়াই।

# লুহোংবগী রাশক থুগায়বা

ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা লুহোংবগী করাড় মপূঙ ফাজ্রিদৈঙদা হক ক্যদে অদুগা অপুনবস্থু লৈতে। মরম অদুনা লুহোংবগী রাশক থুগায়বগী ক্ষতিপূরন তানবা সুকয়া য়াদে। হায়ন-শীংনবা থুগায়বগী মতাংদা তান-কম থোকপা হুজ্জিনবিকম থোকপদি মমা-মপাদা শেন-থুম, লৈতেং, ফি-রোল অমস্থুং অতৈ পোৎশিং হুজ্জিনবিবা অদুতনি।

VIDE—[Abdul Razak V. Mohammad (1918) I L R 42 Bom. 499]

# তূরান-রারানবা দাবী

তূরান-রারানবা দাবী হায়বসিগী অর্থদি— কনাগুম্বা নুপা নত্রগা নুপীনা তশেংবদি মীওইদুনা লুহোংবদি লুহোংদনা লুহোংখি হায়না লাগ্না দাবী তৌবনি। ইসলাম রায়েল পথাপ্তা নুপা নত্রগা নুপীনা অসিগুম্বা মরাল লৈরবা লৈরবী মীওইগী মথক্তা রাকৎ লানখৎপা য়াই; খুদম ওইনা নুপী অমনা নুপা অমগী মতুনি হায়না লাগ্না দাবী তৌরবদি নুপা অদুনা প্রজা রাথোক রায়েনশঙদা (Civil Court) রাকৎ থাঙ্গতুনা নুপীদুবু তূমিন লৈহনবা য়াই।

এলাহাবাদ হায় কোর্টনা মতম অমদা অস্থুম্না রারেপ তাখি: প্রজা রাথোক রায়েলশঙদা রাকৎ লানখত্তুনা, নুপী অমবু অরানবা দাবীদগী তূমিন্না লৈহন্নবগী, নুপা অমদা হক্ পীরমত্রগদি, নুপা অসিতা নত্তনা অতৈ নুপাশিংস্থু অরাবা কয়া নংগনি, অমস্থুং মহাক্ শিগ্রবা তুংদা মহাক্কী সত্তঃ কংহৌবশিংবু অসিগুম্বা অরানবা দাবীনা অরাবা নংহনগনি।

VIDE—[Mir Azmat Ali V. Mahmud-ul-nissa. (1897) 20 All. 96]

## মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা মরূম্বী থম্বা

ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা মরূম্বী থম্বা য়াদে। অতুব, লুহোংবা হায়বসি শাংনা লৈমিন্নবা, নুপা নুপী অনিত্থু মতৈ-মনাও ওইনা তত্তনা লৈমিন্নবগুম্বা। অত্থু য়েংলগা লুহোংবা অত্থু ওই ওইদে হায়না লেকপনি। মতৈ-মনাওমক ওইনা পাদোংমিন্নত্থনা লৈমিন্নখ্রে অমস্তুং মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নবা অত্থুদগী পোকলকপা মচা অত্থু আইন্না য়াবনি হায়না মপানা য়াবিরে হায়বগী মওংদা তিন্নবা ওইখিত্রগদি চুম্নতা মতৈ মনাওগুম্না লৈমিন্নরক্লবা অত্থুনা লুহোংখ্রে হায়না লৌবা য়াদে। চুম্নতগী মরূম্বী ওইবনা ইসলাম রায়েল পথাপ্তদি, মত্, অমা ওইবগী থাক্ ফংবা ঙমদে।

## ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা লুহোংলে হায়না লৌবা

অপান্নবা প্রমান ফংত্রবস্তু, মথাগী মরম অত্থুমসি লৈরগদি নুপা নুপী অনি লুহোংলে হায়না লৌগনি —

(ক) নুপা অত্থুগা নুপী অত্থুগা মতৈ-মনাওগুম্না হকতিন্নত্থনা য়াম্না শাংনা লেপ্তুনা লৈমিন্নরক্লবা।

(খ) নুপা অত্থুনা মথাগীসি, হায়বদি—

(অ) নুপী অত্থুনা পোকপা মচা অমা নুপা অত্থুগী মচানি হায়না য়ারবা, তৌবতদি, চৎনবা য়ারবা মওংদা য়াও-ফম থোকপা সর্ত্তশিংত্থু থুংহল্লুনা য়াগরবনি; নত্রগা

অনৌবা আইন থরদং

(আ) নুপী অতুব নুপা অতুগী মতম্নি হায়না য়ারবা।

(গ) প্রমান কংদ্রবস্থ লুহোংবা অমব ফীবম মতা য়েংলগা চুমই হায়না লৌবা য়াই। চুমতা মতৈ-মনাওগুম্না লৈমিন্নবনা অসিগুম্না চুমই হায়না লৌবা য়াদে।

অহোয়নদুম—

(অ) হকতিন্নদুনা লৈমিন্নবদু মতৈ-মনাওগুম্না লৈমিন্নবা ওই-গদবনি; অমসুং

(আ) নুপা অতুনা নুপী অতুব মাগী মতম্নি হায়না ব্যবহার তৌবীগদবনি, মহাকপু অতুগুম্না মতম্নি হায়না শক খঙবিগদবনি অতুগা মহাকপু মতম অমা ওইবগী থাক অতু মরা অতুনা পীনিঙনা অমসুং খুঙনা খঙনা পীবা ওইগদবনি।

নুপাগা নুপীগগী লৌচৎ অতুনা মতৈ মনাও অনিগী ওইকম থোকপা মরী অতুগা চানত্রবদি লুহোংখি হায়না লৌবা য়াবা ওইদে।

**VIDE—[Abdool Razak V. Aga Mahomed (1893) 21 I. A. 56]**

নুপী অতুনা নুপাগী ময়ুমদা লাক্তিদৈদা মহাক্না মশামক ঐদি পুংঙা পুবী নুপীনি হায়না হায়দোকচরগদি নুপা নুপী অনিদু লুহোংখি হায়না লৌবা য়ারোই।

**VIDE—[Ghazantar V. Kaniz Fatima (1910) 37 I. A. 105]**

নুপী অহুনা, নুপা অহুগী, ময়ামা য়ানরবী নুপী অতৈনা তৌবগুম্না, পর্দা ভাকতে হায়রহুনা, নুপী অহু লুহোংখিদে হায়না লৌবা য়ারোই।

VIDE— [Mohabat Ali V. Mohamed Ibrahim (1929) 56 IB 201]

## মতৈ-মনাও ওইবা মরী হঞ্জিন্নবগী হক তানবা

রায়েল পথাপ্না য়াবা মরম চাবা লৈতনা মতু অমনা মরাগা মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নবা তোকলবদি, মরানা মতুগী মথক্তা মতৈ-মনাওগী ওইবা মরী হঞ্জিন্নবগী হক্ পীবিনবা কোর্টতা রাকৎপা য়াই। অহুম ওইনমক, লুহোংবা অহু পাদোংমিন্নহুনা মপুঙ ফাহনখিবা ওইহুনসু ইদ্দত ফমলিঙৈদা পাঙথোকখিবা নিয়ম কায়বা নিকাহ ওইরমলবদি নত্রগা মতু অহুনা অঙাং ওইরিঙৈদা শোনখিবা নিকাহ ওইহুনা মতু অহুনা চৎনবা য়াবা মওংদা লুহোংবহু য়াবিত্রগদি, মরানা রাথৈ (ডিক্রী) অহু ফংফম থোক্কে।

মরানা মতুগী মফমদা তমথীবা শাজৎ (ইজ্রর) চৎপীবগী মরম পীহুনা অসিগুম্বা রাকৎতগী মশা ভাকথোকচনবা হোৎনবসি মতু অহুনা মরাগীদা অমুক হঞ্জিনবদা অসিগুম্বা খুদোংথীনিঙাই ওইবা মরম লৈরগদি চৎনবা য়াই।

VIDE—[ Moonshee Buzloor Ruheem V. Shumsoonisa Begum (1867) II M. I. A. 551]

নিপাগা নুপীগা লুহোংত্রিঙৈদা, নুপীনা লুহোঙ্লগা মপামদা মনিঙ তৌনা লৈজবা য়াগনি হায়বা করাড় অহু চৎনবা য়াক্কে, অমসুং মহুনা

মতৈ-মনাওগী ওইবা মরী হুপ্পিন্নবগী মরানা থারকপা রাকৎপু ভাকথোক-চবা ভমদে।

VIDE— [Abdul V. Hussembi, 1904, 6 B. L. R. 728]

অদুম ওইনমক্, অনিশুবী মতূ অমবু তোঙানবা য়ুমদা লৈহল্লগা মরাবু চাকথাক পীহন্নবা তৌনবা করাড় অদু চৎনবা য়াদবা ওইদে, অদুনা মদু ইলহনবা য়াই।

VIDE— [Mt. Sakina Faruq V. Samshad Khan (1936) 165 I. C. 937]

মরানা মতূবু নুপা ভাঙনৈ হায়না অরানবা মরাল শীবগী মরম পীর-গা, মরা অদুনা মতৈ-মনাওগী ওইবা মরী হুপ্পিন্নবা হক তানবগী রাখৈ থিংনবা অঙবা মরমনি।

VIDE— [Musammat Maqboolan V. Ramzan (1927) 2 Luck 482]

অদুবু পীরিবা মরাল অদুনা চুমলগদি ফীবম তোঙানগনি হায়বদি রাখৈদু থিংবা ভমলোই।

মরা অদুনা জাৎ ওনথ্রবদি মতূবু মতৈ-মনাওগী ওইবা মরী হুপ্পিনহন্ন-বা হক্ ফংফম থোকই হায়না নম্বা য়াদে।

VIDE— [Bai Jina V. Kharwa Jina (1907) 31 Bom. 366].

## মতূ থেমদোক্লুনা পুথোকখিবগী রাকৎ

মুসলিম মরা অমনা মতূ থেমদোক্লুনা পুথোকখিবগী ক্ষতিপূরণ তান-বগী রাকৎ থাবা য়াম্না মরম চায়।

VIDE— [ Muhammad Ibrahim V. Gulam Ahmed, (1864) I Bom. H.C.R. 236].

## কাজী অমগী মথৌ অমসুং মতিক

অহানবদা কাজী হায়বসি রাজ্য অমগী য়াম্না রাংবা থাক্কী বিচারপতি ওইরম্মী। ব্রিটিশ লাকপদগী কাজী অসি ধর্ম্মগী পুরোহিত ওইখি। হৌজিক মতমদা কাজীগী মরু ওইবা থবক্তি লুহোংবদা পুরোহিতকী থবক তৌবা অমসুং তল্লাক্কী মতমদা য়েংশিনবনি।

রাহৈগী হৌরকফম থিরবদি "কাজী" হায়বগী রাহন্দোক্তি "রাখৈ পীবা মীওই", "য়াথং তাউথওম্বা মীওই" অমসুং "রায়েল মপু" হায়বনি। মুসলিমশিংগী রাথলদা কাজীশিংনা অচুম্বা রায়েল পী হায়না লৌই। মমাঙথৈদা, ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিনা কাজীশিংবু ইসলামগী রায়েল পথাপ নৈনরকপদা পাউতাক পীওম্বা মীওই ওইনা থম্লম্মী, অদুগুমদুনা হিন্দু রায়েল পথাপ নৈনরমদাইদা পণ্ডিতশিংগা তানরম্মী। আইন মথং মথং শেমলকপনা মরম ওইদুনা কাজীশিংগী মথৌদি লুহোংবগা মরী লৈনবা চে-চাং চুম্মী তাকপা অমসুং নিকাহ শোনবা অসিতা মঙায়হৌরে।

ভারত্তা ব্রিটিশ শাসন লাকপদা কাজীশিংবু কোর্টশিংদা আইনগী মীওই ওইনা হাপ্পখি। হৌজিক্তি কাজীগী মফমসি প্রজা রাথোক রায়েল-শঙনা (দেওয়ানী আদালত) মহুৎ শিনখ্রে অদুগা কাজীদি ধর্ম্মগী আফিস-তদা মরৈহৌরে। অদুগা কাজীগী ফমসি মচা-মশুনসু ফংহৌবা য়াদে।

অসিগুম্না হৌজিক্তি কাজীদি রাজ্য অমগী সরকারনা হাপ্পা রায়েল মপুগী ফম পায়ত্রে। লুহোংবা ফাওবদা কাজীগী মহুত্তা মুল্লা অমনা পাওথোকপা য়ারে। অদুগা হৌজিকসিদা লুহোংবদা কাজী নত্রগা মুল্লা য়াওদবা ইয়ামক্ য়াদে হায়বসু লৈত্রে।

# কুজমন (মহর)

**কুজমন (মহর) গী ৱাহন্দোক—** মুসলিম লুহোংবগী কুজমনদি অউনপোৎ নত্তে। মীতৈ লুহোংবদা নুপাময়ুম্না নুপীময়ুমদা পুরকপা কুজ-পোৎকস্তু মান্নদে। মসিদি মুসলিমতগী ওইবা লুহোংবগী চণ্ডদবা য়াত্রবা ফজবা চৎনবীনি। মসি লুহোংবা অদুগী মমল ওইনা নুপানা পীফম থোকপা অদুগা নুপীনস্তু ফংফম থোকপা কুজমননি। মুসলিম রায়েল-পথাপ্তা লুহোংবদি নুপা অমস্তুং নুপী অনিগী করাড় (হায়নশীংনবা) নি অদুগা কুজমন্না (মহর) "হায়নমন" নি নত্রগা লুহোংবা য়াবগী খুদমনি। কুজমন (মহর) অসিনা নুপী অদু নুপা অদুগী মতু ওইবা য়াহুনা পাদোং-মিন্নহুনা লুহোংবা অদু মপুঙ ফাহল্লি।

অদুবু অমরোমদা ঐখোয়না মিৎয়েং খুনা য়েংফম থোক্রবদি, কুজ-মন (মহর) অসি গোইনা (কন্যা) য়োনবগী দামন (বর) না পীবা গোইনাগী মমল নত্তে, মতাংসিদা গোইনাবু পোৎকূম্না য়োনথোক য়োনশিনগী রা য়াওদে। মসিদি মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা মরানা মতুবু মতিক চানা ইকাই খুম্নবা উৎপগী মতৌনি।

ইসলাম রায়েল পথাপ্তা কুজমন (মহর) হায়বসি লুহোংগদৌরিবা দান অদুনা লুহোংগদৌরিবী গোইনাদা পীগে হায়না রাশকপিবা অমস্তুং পীগ্রবা লুহোংমন হায়বদি লুহোংবগী "হায়নমন" অদুনি, অমস্তুং মুসলিমগী কুজমনশি তশেংনা মমল লেপত্রবস্তু রায়েল পথাপ্তা মসি মতু অমদা মরা অমনা পীফম থোকপা লৈ হায়বা উৎলি।

VIDE— [Abdul Kadir V. Salima (1866) 8 All. 149].

অদুনা মুসলিমগী কুজমন্দি লুহোংজ্রিভৈদা, লুহোংলিভৈদা নত্রগা লুহোংবা মতুংদা লেপ্পা অমস্তুং পীবা য়াই। অঙাং ওইরিবা মতু অদুনা

মানা চহী শুরগা (বালিঘ হায়বদি মীওই শুরগা) মহর অদু লৌদবা ওমই।

## কুজমনগী মখল

কুজমন (মহর) মখল মরি লৈ। মদুদি:

(১) তংদাংবা মমল (মশীং) তাকলবা কুজমন (মহর);

(২) মতিক চপ চাবা কুজমন (মহর-ই-মিসাল);

(৩) খূদক্তা পীবা কুজমন (মরজ্জাল); অমসুং

(৪) কোন্না পীবা কুজমন (মুরাজ্জাল)।

(১) **তাংদাংবা মমল তাকলবা কুজমন (মহর)**— নুপা-নুপী অনিনা করাড় তৌনহুনা (হায়ন-শীংনহুনা) লুহোংত্রিবৈদা ওইরবসু, লুহোংবা মতমদা ওইরবসু নত্রগা লুহোংবা মতুংদা ওইরবসু কুজমন (মহর) গী তাংদাংবা মমন, মশক অমসুং মশীং লেপ্পা য়াই।

তাংদাংবা কুজমন (মহর) দি ডিরহাম ১০ হায়বদি লু: ৩ নত্রগা ৪ গী মমলদগী তাদবা ওইগদবনি। শিয়াগী রায়েল পথাপুদি মমল অরেপ্পা লৈতে। অদুবু কুজমন (মহর) অমুক্তগী হেনবা য়াদে হায়বদি লৈতে। অদুম ওইনমক, কোর্টনা লায়রবা নুপা অমদা কুজমন (মহর) লুপা ৫১,০০০/- লেপখিবা য়াম্মনলি হায়না রারেপ তাখিবা লৈ। মরা অদুগী পীনবা উপাই লৈরমত্রগদি মমল য়াম্মন্না লেপ্পা কোগনি।

মমাঙডৈগী পেশরারগী কেশ অমদা মরা অমনা মতূদা কুজমন ওইনা লৌ মচেৎ অমা পীরে। নুপীঅদুনা মদু ফংবা য়াই অদুবু মদুগী কেশ তৌননবা *নুপাগী ইজমালী পানমিন্নবা মীওইশিংবু কেশ অদুদা কৌহনখিদে। অদুমকপু কোর্টকী ডিক্রীনা মীওই অতৈগী হক শোকহনখিদে।

---

*কুজমন (মহর) পীবা মতমদা লৌ-শীং ওইনা পীবা তারবদি নাখৈ শেংবা লৌ-শীং ওইবা কৈ।

কোর্টনা অসিগুম্বা কেশতা নুপাগী শেল-থুমগী ফীবম অমদি নুপা অহুগী সমাজগী থাক য়েংবিরগা রাখৈ পীবিবা কৈ হায়বা মোং ফোং-দোকনৈ।

(২) **মতিক চাবা কুজমন (মহর-ই-মিসাল) :—** লুহোংবা মতমদা কুজমন হায়নহৌরবস্তু অদুগা কুজমন লৌজরোই হায়না করাড়দা নুপীনা শেংনা হায়দোক্লম্রবা ফাওবদা, নুপীনা কোম্না কুজমন তানবা য়াই। অসিগুম্বা মতিক চাবা কুজমন তানবদা মতৃগী মপাগা পোকমিন্নবা মনেশিংগী কুজমন চাং য়েংলগা লেপকনি।

মসিগী মতাংদা মরাগী সমাজগী ফীবম থোইদোক্লা য়েংলোই। মসিগী মতাংদা হেদায়ানা হায়— মতিক চাবা কুজমন লেপ্পদা নুপীগী চহী, মশক মতৌ, মরন-মথুম, মরৌশিং অমস্তুং মগুণ য়েংগনি। হজরত মুহম্মদনা লায়রবা মুসলিম অমদা লুপাগী খুদোপ অমতমক্ কুজমন ওইনা পীবা য়াবিরমই। অদুগা অতোপ্পা মতাং অমদনা মরা অমনা মতৃদা কুরআন তম্বীগনি হায়বতমক্ হায়বগা মদুনা কুজমন ওইহল্লম্মী।

শিয়াগী রায়েল পথাপ্তা মতিক চাবা কুজমন্দি (মহর-ই-মিসাল দি) ডিরহাম ৫০০ দগী হেল্লোইদবনি হায়।

খৃষ্টান নুপী অমা মুসলিম নুপা অমদা মুসলিম রায়েল পথাপকী মনুংদা লুহোংখি। কোর্টনস্তু মদু উখি; অদুনা অস্তুম্না তাখি: নুপী অদু মুসলিম রায়েল পথাপকী মনুংদা লুহোংখিবনিনা নুপানা তলাক লাউথোকপা নুমিত্তা মহাকপু থাইনরে হায়না লৌগনি, অদুগা হাম্না তাংদাংবা কুজমন পন্নখিরবস্তু নুপীনা মহাকী সমাজগী থাক অমস্তুং ফীবম মতুং ইন্না কুজমন ফংজবা য়াগনি।

VIDE— [Marina Jatoi V. Nuruddin Jatoi P. L. D. 1967 S. C. 580]

(৩) **খুদক্তা পীবা কুজমন (মুরজ্জাল) ঃ—** নিবগা খুদক্তা পীবা কুজমনবু "মুরজ্জাল" কৌই। "মুরজ্জাল" অসি য়ানবা লৈত্রগদি লুহোংবা মতমদা পীনৈ। অহুবু মসি মহৌশানা লুহোংব্রিদ্রিঙৈদা নত্রগা হকতিন্নহুনা লুহোংবা মপুঙ ফাবা মতমদা (দখল তৌবা মতমদা) পীনৈ, পাদোংমিন্নহুনা লুহোংবা মপুঙ ফাখ্রে হায়বগী প্রমান চঙদে। তশেংনা হায়রবদি, হান্না লুহোংবা অহু হকতিন্নবা তৌদনা মপুঙ ফাহল্ল-মত্রগদি, মুপানা "মুঅজ্জাল" পীরগা মহাক্না মতুংগী মফমদগী মতৈ-মনাও তিন্ননা লৈমিন্নবগী হক (হেকুক-এ-জনাশোই) অহু তানবা য়াই। মসিদগী ঐথোয়না খঙবদি, মতৈ-মনাও তিন্নবগী হক অসি তানবদা মরানা হান্না তৌফম থোকপদি "মুঅজ্জাল" পীথোকনি।

মরা অমনা মতুংগা হকতিন্নবগী হক্ অহু খুদক্তা পীবা কুজমনসি ফংদ্রিবমখৈ মতুংনা পীদবা য়াই। মতুং অহুনা হকতিন্নদ্রিঙৈদা, মরানা মতুংদগী মতৈ-মনাও তিন্ননা লৈমিন্নবগী হক তানবা মতমদা, "মুঅজ্জাল" পীদবা অসি মতুংগীদমক মপুঙ ফাবা কেশকী চৈঙাক (defence) ওই। অহুনা মরাগী রাকৎ অহু খালাস তৌফম থোকই। রাকৎ অসি, মতুং অহুনা মশানা য়ানা মরাগা হকতিন্নখ্রবা মতুংদা, থারকপা ওইরগদি, মহুগী মতিক চাবা রাখৈদি রাকৎ খালাস তৌবা নত্তে; অহুবু "মুঅজ্জাল" পীহল্লগা মতৈ-মনাও তিন্ননা লৈমিন্নহনবগী রাখৈ পীবনি।

VIDE— (i) [Abdul Kadir V. Salima, (1886) 8 All. 148].

(ii) [Rabia Khatoon V. Mukhtar Ahmed (1966) A. A. 548].

**(৪) কোন্না পীবা কুজমন (মুবাজ্ জাল) :—** "মুবাজ্ জাল" হায়বদি নুপা নত্রগা নুপী অনিগী মরক্তগী অমা শিবদগী নত্রগা তলাক লাউথোকপদগী মরানা মতম্ দা (নত্রগা মরা শিগ্রগনা মহাক্কী মহুৎ শিনবা মীওইদা) পীবা কুজমন অদুনি।

খ্ দক্তা নত্রগা কোন্না পীবা কুজমনগী তাংদাংবা চাং করাড়না ওইরবস্থু চৎনবীনা ওইরবস্থু লুহোংবা মতমদা লেপ্পখিবা লৈত্রবদি মথাগী অসিগুম্না হায়বদি—

(ক) শিয়া রায়েল পথাপকী মতুং ইন্না কুজমন পুম্বা খ্ দক্তা পীগনি ;

(খ) সুন্নি রায়েল পথাপকী মতুং ইন্না খ্ দক্তা মচেৎ খরা অদুগা কোন্না মচেৎ খরা পীগনি ; পীবগী চাংদি নুপা নুপী অদুগী ফীবম য়েংলগা লেপকনি। অদুগা কোর্টনা পুন্নমক্ খুদক্তা পীহনবগী মতিক লৈ।

VIDE— [Huseinkhan V. Gulab Khatun, (1911) ILR 35. Bom. 386].

## লুহোংবা কায়নরবদা

**(ক) হকতিন্নদুনা লুহোংবদু মপুঙ ফাগ্রবদি—** পীড্রিবা কুজমন অদু, হৌজিকমক— খ্ দক্তা ফংফম থোকপস্থু কোন্না ফংফম থোকপস্থু— মতম্ না ফংফম থোকই।

**(খ) হকতিন্নবা তৌদনা লুহোংবদু মপুঙ ফাগ্রগদি—** তাংদাংবা তাকলবা কুজমনগী তংখাইতমক্ মতম্ না ফংগনি।

# মতূনা ফংফম থোকপা কোন্না পীবা কুজমন (মুরাজ্জাল)

মত্ অমনা কোন্না ফংফম থোকপা কুজমন (মু অংজ জাল) অসু মশা শিগ্রবসু মহাক্কী লন-থুম ফংহৌগদবা মীওইনা ফংহৌবা য়াই ।

## কুজমন (মহর) পীদ্রবদা মত্ অমগী হক অমসুং মানা মতু করম্না তানগদবা

**খুদক্তা পীবা কুজমন (মরজ জাল)—** মথক্তসু হায়গ্রে, মরা অমনা খুদক্তা পীফম থোকপা কুজমন (মরজ জাল) পীত্রিবমথৈ মত্না মহাকপু পাদোংম্নিবগী হক্ পীফম থোক্তে। মরানা মশাগী হক তাল্লক্লবদি মত্না মহাক্কী হান্না ফংফম থোকপা হক লৌশিনফম থোকই।

ফংত্রিবা খুদক্তা পীবা কুজমন (মু অজ জাল) তান্নবা অতোপ্পা মওংসু লৈ। মত্না (মশা শিগ্রগনা মহূৎশিনবনা) চহী অহুমগী মনুংদা—

(ক) মরাদগী তানবদা পীত্রবদা ; নত্রগা

(খ) মরা শিবদগী নত্রগা তলাক লাউথোক্লুনা লুহোংবা কায়নরবদা,

কোটতা রাকৎ থাদুনা মরাদগী (শিগ্রগনা মরাগী স্বতঃ ফংফম থোকপা মীওইদগী) "মরজ্জাল" তানবা য়াই।

**কোন্না পীবা কুজমন (মুরাজ জাল)—**"মুরাজজাল" দি শিবদগী নত্রগা থাইনবদগী লুহোংবা কায়নগ্রবদা মতূনা ফংফম থোকপা কুজমননি। মসি পীবিত্রবদি, মত্না (মশা শিগ্রগা মহূৎশিন্নবনা) লুহোংবা থাইনবা মতুং চহী ৩গী মনুংদা মসিগীদমক কোর্টতা রাকৎ লানখৎপা য়াই।

# লুখ্রাবীনা কুজমন (মহর) ফংহনবগী হক

১। **কুজমন্দি শেন্দোন্নি —** কুজমন্দি শেন্দোনগা মাপ্পৈ; অদুম ওইনমক মসি শেল পুবগী দলিলনা পুল্লবা শেন্দোন্দি নত্তে। অদুবু মরানা শিরবস্তু নত্রগা খাইনবিরবস্তু কুজমন শোয়দনা ফংকম থোকপা লৈ। অদুগা অসিমস্তু লৈ হায়রবদি, মরা শিখ্রবদা মরাগী মাল-চাংদগী অতৈ অমা শেংদোক্তি্রৈদা মতূগী কুজমনসি হান্না শেংদোকপা য়াই। পুখ্রাবীনা মরমচানা অমস্তুং আইন্না য়াবা মওংদা মরা শিত্রি-রৈদা পায়রহোবা মরাগী সম্পত্তি অদু মহাক্কী কুজমন-শেন্দোন কোক-পিত্রিবফাওবা পায়রবা য়াবগী হক লৈ।

কুজমন-শেন্দোনসি থৌনবা কোর্টতা রাকৎপা য়াবত্তা নত্তনা, কুজমন অসিমক মোকদ্দমা তৌনঙাই দাবীনি (actionable claim)। কুজমন অসি অতৈ মাল-চাংগুম্না মীঙোন্দা ফংনবা হক পীথোকপা য়াই (assignable)।

# মরা অদুগী স্বত্ত্বঃ ফংহোবা মীওইশিংদা অপুনবা করি লৈবা

মরা অদুগী স্বত্বঃ ফংহোবা মীওই খুদিংমক্তা কুজমন-শেন্দোন শিংনবগী অপুনবা লৈ। স্বত্বঃ ফংহোবা মীওই খুদিংমক্না চাংচপ-মান্নবা মাগী মাগী শরুক্তগী শিংদোকফম থোকপা কুজমন-শেন্দোন লুখ্রাবী অদুদা পীথোকফম থোকই।

**কুজমন কোকপিবা ( হিবত-অল-মহর )**— লুখ্রাবী অহুনা মরাগী পোৎলোইফমদা নিয়ম রাহৈ (formula) খরা হায়দোক্লগা কুজমন কোকপিবা য়াই। অহুবু অসিগুম্না কোকপিবা অসি লুখ্রাবী অহুনা মশানা য়ানা তৌবা ওইগদবনি। লুখ্রাবী অহুনা কোকপিখিবা অহু মশানা ভাব তানা তৌখিবনি অমস্তুং মহুগী ওইক্ষম থোকপা মহৈঃ স্তু মহাক খঙলমই হায়বহু কোর্টনা য়াবিগদবনি।

VIDE—[ Hasnumiya V. Hallimunnisa, 44 Bom. L.R. 126 ]

মরা শিখিবদগী রামন্দুনা চোইরোল ওইনা কুজমন লৌজররোই হায়দোকখিবহুনা লুখ্রাবী অহুবু অপুনবা লৈতে, নত্রগদি তোঙাল্লি।

২। **লুখ্রাবীনা মরাগী-মালচাং পায়শিনবগী হক**— মরাগী মালচাংগী দখল পায়রিবী লুখ্রাবীনা মহাক্কী কুজমন ( মহর ) ফংজ্রিব- ফাওবা মাল-চাংহু পায়শিন্দুনা থম্বা য়াই। অহুবু অসিগুম্বা মাল-চাং পায়শিন্দুনা থম্বসি থোইদোকপা মরম অমগীদমক্তি। মসিদি দলিলনা পুন্দ্রবা মহাক্কী কুজমন-শেন্দোন অহু থুনা ফংনবনি। ফংক্ষম তাশেংনা থোকলিবদি কুজমন-শেন্দোন অহু নত্রগা মহুগা মাল্লবা শরূক অহুতনি। কালিকাতা হায়কোর্টকী মতুং ইল্লা দখল অহুনা হানগদবনি। মহুদা নমফু নত্রগা নমথাক য়াওরোইদবনি, হায়বদি, মরানা য়ারম্বা অমস্তুং মরাগী স্বত্বঃ ফংগদবশিংনস্তু য়ারম্বা ওইগদবনি। দখলদা লৈরিবা মাল-চাং অহু কুজমন-শেন্দোন শেংদোক্ত্রিবা ফাওবা লুখ্রাবীনা পায়- শিনবা ঙমই। ইশলামগী রায়েল পথাপ্লা মসি ফজনা য়াই হায়বদি, লুখ্রাবী অহুনা অমুক্তং ফজনা আইন্না য়ানা অমদি য়েৎনবা লৈতন

দখল তৌদুনা লাকপা ওইরগদি, মরানা নত্রগা মহাক্কী স্বত্ত্ব ফংগদবা মীওইশিংনা করাড় তৌনদুনা পীবদগী হেন্না, মরম চায়।

অদুবু প্রিভি কাউন্সিলগী কেশ অমদা চয়েৎনবা মোং অমা পীরি। কেশ অসিদা অস্নুম্না লেপই কুজমন্দি শেন্দোনগা মান্নৈ; মরা অদু শিরবদা, মতূগা অতৈ মহাজনশিং ( Creditors ) গনা, মহাক্কী মাল-চাংদগী কক্কনি। অদুম ওইনমক, লুখ্রাবীদুগী হক অদু মহাক্কা হান্ননা মাল-চাং অদু, মরানা অমদি মাগী স্বত্ত্ব ফংগদবা মীওইশিংনা "য়াবিদুনা থমলমগ্রবা" নত্রগদি, অতৈ দলিল-পত্র লৈতবা মহাজনশিংদগী হেন্না কনবা নত্তে। মসিবু মুসলিম রায়েল পথাপ্তা লুখ্রাবী অমগী কুজমনগী মথক্তা লৈবা অধিকার অমস্নুং মহাজনশিংগী শেল তোল্লিবা মীওইগী সম্পত্তিগী মথক্তা লৈবা অধিকার কৌই।

VIDE—[Hamira Bibi V. Zubida bibi, (1916) 43 I.A. 294]

মথক্কী প্রিভি কাউন্সিলগী কেশ অসিনা মরম ওইদুনা কালিকাতা হায়কোর্টনা নাক অমা অদুগা বোম্বে হায়কোর্ট অমস্নুং মাদ্রাজ হায়কোর্ট অনিনা অতোপ্পা নাক অমা ওইদুনা তোঙান তোঙানবা মোং ফোঙদোক্লরকখি মাদ্রাজ অমস্নুং বোম্বেগী হায়কোর্টনা অস্নুম্না তাখি হায়রবদি, প্রিভি কাউন্সিলনা "য়াবিদুনা থমলমগ্রবা" হায়রবা রাইহেংশিংসি, চুম্নতা জজনা তান চারুদুনা হায়দোকললকপা রাইহেনি (obiter dicta) তশেংনা কোর্টতা পুখৎনরবা (point before the court) মরম নত্তে, অদুগা কালিকাতা হায় কোর্টতা প্রিভি কাউন্সিলনা তাগ্রিবা মরম অদু কোর্টতা পুখৎনরবা মরমনি অসিনি।

**লুখ্রাবীনা মরাগী মাল-চাংগী হিসাব শেংদোকফম থোকপরা**

**হায়রবা—** কুজমন-শেন্দোনগী মহুত্তা লুখ্রাবীনা মরাগী মাল-চাং দখল তৌরিবমথৈ, মহাক্না মাল-চাং অদুগী খাজনা অমসুং শেন্দোংগী হিসাব শূফম থোকই, অদুবু মতাংসিদা মহাকসু কুজমন-শেন্দোনগী শেন্দোই চাফম থোকই। কনাগুম্বনা মাল-চাং অদু লান্না নমফ্দা মুনথ্রবদি লুখ্রাবীনা মদু হৃক্সিন্নবা কোর্টতা কেশ তৌবা য়াই। অদুবু মহাক্না পীনিঙনা পীথোক্লবদি, মদু মানা অমুক হৃক্সিন্নবা কেশ তৌবা য়াদে।

**দখলগী হকনা মাল চাংগী মপু ওইদে—** দখল তৌবগী মপান্না লুখ্রাবীনা মরাগী মাল-চাং অদুগী মপু ওইদে। মরম অসিনা, মাল-চাং অদু মানা য়োম্বোকপা য়াদে, অদুগা মদু য়োম্বোক্নুনা মাগী কুজমন শেন্দোন লৌবসু য়াদে। লুখ্রাবীনা মরাগী মাল-চাংগী শেনফংদগী ককথোক-ককশিন তৌনদুনা হিসাব তৌনবা ( charge ) য়াত্রগসু, করাঙ অমা তৌনদুনা নত্রগা কোর্টকী রাখৈ ( decree ) অমগী মপান্না ককপদি য়াই।

কেশ অমথক্তা 'ক' কৌবা মুসলিম অমা লুখ্রাবী অমগা মচন নুপী অমগা থনম্লগা শিখি। 'ক' শিরবা মতুং খ্রা লৈরগা লুখ্রাবী অদুনা 'ক' গী সম্পত্তি প্ন্নমক্ মমিংদা পানবিরো মরমদি, মানা সম্পত্তি প্স্বা দখল তৌরকলি অদুগা মহাক্না মরাদগী ফংফম থোকপা কুজমন শেন্দোনসু (dower-debt) লৈ হায়দুনা দরখাস্ত থারকখি। দরখাস্ত অদু মচন নুপীনা খিংখি, অদুবু সম্পত্তি অদুদি লুখ্রাবীগী মিংদা পানখি। মচন নুপীনা লুখ্রাবীগী মায়োক্তা 'ক' গী সম্পত্তিদগী মশাগী শরূক ফংনবা কেশ তৌখি। মহুদা প্রিভি কাউন্সিলনা, লুখ্রাবী অদুবু সম্পত্তি অদু মহাকী কুজমন ফংত্রিবফাওবা থমজবা য়াবিখি।

VIDE—[ Beben Bachun V. Sheikh Hamid (1871) 14 MIA 377 ]

লুখ্রাবী অমনা, মহাক্না মরাগী সম্পত্তি পায়রুনা লৈরগসু, মরাগী স্বত্বঃ কংকম থোকপা মীওইশিংগী মায়োক্তা মহাক্নী কুজমন শেন্দোন ফংনবা কেশ তৌবা য়াই। অদুবু, অসিগুম্বা কেশতা, মহাক্না দখল তৌরিবা সম্পত্তিদু থাদোক্কনি হায়বা রাইে য়াওগদবনি।

**লুখ্রাবীনা পায়রিবা সম্পত্তিদু বন্ধক (রাহেন) নত্তে অদুগা দলিল পত্র লৈতবা অতৈ শেন্দোনশিংদগী হান্না শিংকম থোক্তে—** সুপ্রিম কোর্ট কেশ অমদা অসুম্না তাখি মহুদি— কুজমনগী মহুত্তা মরাগী সম্পত্তি পায়রিবী লুখ্রাবী অদু মরাগী সম্পত্তিবু (অকর) বন্ধান লৌরিবী নুপী নত্তে, অদুনা মহাক্নী মরানা তোল্লম্বা দলিলনা পুন্দবা শেন্দোন অতৈদগী হান্না শিংকম থোক্তে।

VIDE—[Kapore Chand V. Kadar Unnissa, ( 1950 ) S.C.R. 747].

**লুখ্রাবীনা মরাগী সম্পত্তি দখল পায়বা ওম্বগী হৌনবী**—লুখ্রাবীনা মরাগী সম্পত্তি দখল পায়বা ওম্বগী হৌনবীগী মতাংদা কোর্টশিংগী তোঙান তোঙানবা মোং ফোঙদোকনৈ। এলাহাবাদ হায় কোর্টকী কেশ অমদা অসুম্না তাখি—লুখ্রাবীগী দখলদা লৈরিবা মরাগী সম্পত্তিদি মশানা দখলদা থম্বা ওম্বগী হক অদুবুতনি, অদুনা মানা মহু য়োম্থোক পীথোকপসু য়াদে, মানা স্বত্বঃ ওইনা ফংবসু য়াদে ( not transferable and heritable )।

VIDE—[ Hadi Ali V. Akbar Ali ( 1908 ) ILR 20 ALL 262 ].

পাটনা হায়কোর্টকী কেশ অমদা অস্নুম্না অমুক তাখি মহুদি :— লুখ্রাবীগী কুজমন ফংনবগী হক অসি মশা মতোম্মতগী ওইবা হকনি, অদুবু শেন্দোন শিংজিবা কাওবা সম্পত্তিগী মথক্তা লৈবা মাগী অধিকার নত্তে (not a lien), অমসুং অসিগুমদুনা সম্পত্তি অদু মহাক্না য়োম্লোক পীথোকপসু য়াদে (not transferable).

VIDE—[ Zobair Ahmed V. Jainandan Prasad ( AIR 1960. Pat 147 )]

অতোপ্পা কোর্টকা মোৎ অমদনা অস্নুম্না তাখি, মহুদি :—লুখ্রাবীনা দখলদা পায়রিবা মরাগী সম্পত্তিদি স্বত্বঃ নি অদুগা য়োম্লোক পীথোক-পসু য়াই।

VIDE—[ Ali Baksh V. Allahabad 61 I.C. 376 ]

মখাগী প্রিভি কাউন্সিলগী কেশ অসিগী মতুংদদি লুখ্রাবীনা দখল পায়বা মরাগী সম্পত্তিদি মহাক্না ফংফম থোকপা স্বত্বঃ গুম্না তানরে।

VIDE—[ Maina Bibi V. Chaudri Vakil 52 I.C. 145 ]

**নৈনবা বাক্সম**— মুসলিম অমা মাগী লুখ্রাবীগা, মচানুপীগা মপা-গা থানম্মগা লৈখিত্রে। মাগী কুজমনগী মতুত্তা মরাগী সম্পত্তিদু আইম্না য়ানা পায়রি। অদুগী মতুংদা লুখ্রাবীদু মাগী অমতা ওায়বী স্বত্বঃ ফংগদবী মচানুপী থনম্মগা লৈখিত্রে। হংলিবদি, মচানুপীদু শিখিবা মুপাগী মপাগী মায়োক্তা সম্পত্তি পায়বা ওম্বগী হক লৈবরা অসিনি।

**পাউখুম**— হোয়, মচানুপী অদু হায়ব্রিবা মপাদুগী মায়োক্তা সম্পত্তি অদু পায়নবগী হক লৈ। কুজমন-শেন্দোন শিংফম থোকপদু

মপা অহুনা ফংফম থোকপা মাগী শরুক অহু ডাক্তা সম্পত্তি অহুদগী পায়বগী হক লৈ।

VIDE—[Tahir-un-nissa V. Nawab Hassan, (1914) ILR. 36 ALL. 551].

## খরচ-ই-পান্দান (ক্বাশেল)

মসিগী অর্থদি "ক্বা চানবা খরচ" (ক্বাশেল) মসিবু "মেরা-খোরী" হায়বদি "হৈঃ চানবা খরচসু (হৈঃ শেল) কৌই। মসি অরাং ভারতকী অরাংবা থাক্বী-মুসলিম ফুরুপ্তা চৎলৈ। মসি লুহোংজিবৈদা ওইরবসু নত্রগা লুহোংখ্রবা মতুংদা ওইরবসু নুপা মুপী অদুগী সমাজগী ফীবম য়েংলগা লেপলৈ।

VIDE—[Khwaja Muhammad V. Husaini Begum, (1910) 37 I.A. 152]

লুহোংগদবা লুহোংগদবী অনিহুনা অডা' ওইরিবৈদা হায়রিবা করাড় অসি মমা মপানা তৌবিবা য়াই।

VIDE— Ibid.

## খাইনবা

মৌলানা মহম্মদ আলীনা অশেংবা কুরআনগী টিকা পীবদা লামায় ৯৬ তা অস্মুমা হায় মহুদি, ইসলামগী চৎনবী রুহীদা মুপা-

নুপী খাইনবা হায়বসিদা অমুক্তী মতিক শেরান্নবা ভাব পুবা য়াওরি মতুনা কোর্টতা ফাওবা ইসলামগী ৱায়েল পথাপপু শেরান্নবা ভাব পুবা য়াওদবা নত্তে।

হজরত মুহম্মদ লাক্ত্রিঙৈদা, মমাঙৈগী আরবশিংগী মরক্তা নুপী খাইনবা অসি য়াম্না তোয়রমই। অতুম ওইনমক, হজরত মুহম্মদনা মখাগী অসুম্না ফোঙদোকলম্মী—"অল্লাহনা [য়াবিবগী মনুংদা খাইদগী তুক্কচবা থবক্তি নুপী খাইনবনি।"

ইসলামগী ৱায়েল পথাপ্তা লুহোংবা হায়বসি করাড় অমা ওইরগসু মরানা মহৌশানা থোইদোক হেন্দোক্না খুদোংচাবা লৌই, অতুগা মতুগী ওন্ন-তৈনবদা মতূনা অরাবা থাওই। মরানা মতূ লোনবদা অমসুং খাইনবদা মনিঙ তৌবা মরম্না মরাগী থৌজাল মথাদা মতূনা অরাবা থাওহুনা লৈ।

**মরাগী থোইদোক হেন্দোকপা হক—** মরা ওইবা অমনা ফংলিবা খুদোংচাবসি মরু ওইনা মরম অনিদনি। অহানবদা, মরানা মতূবু লৌচৎ কত্তবা করিসু লৈত্রবকাওবদা অমদি মরম করিসু পীদনা খাইনবা ঙমই। হেন্নতুম, অসিগুম্বা, "মতূ খাইনবা ঙম্বগী মনিঙ-মখা তম্নবা মতিক অসি শীজিন্নরোই" হায়না, হৌনবী মতূংইন্না ৱাশকগ্রবসু, মহাক্না মতূ শীজিন্নবা থক্ তোক্তে, অতুগা অসিগুম্বা ৱাশক অসি থুগায়দুনা মরা অদুনা লাউথোরকপা তলাক অতু অতুম চৎনবা য়াই অনিশুবদা, মরাদি মতম অমতদা মতূ মরি লোনবা য়াই, অমরোমদা মুসলিম নুপীদি অমুক্তদা মরা অমদগী হেন্না থম্বা য়াদে।

অমরোমদা মুসলিম নুপী অমনা খাওলিবা অরাবদি মথল অনিনিঃ অহানবদা, মহাক্না মরাবু দেওয়ানী ৱায়েল লোয়শঙগী ডিক্রী অমনা

নত্তনা, খাইনবা ঙমদে। নুপীনা মরা খাইনবা পামলগম্মু দেওয়ানী রাকৎতা পীনবা মরম লৈতে। অনিশুবদা, মতূ অমনা অমুক্তদা মরা অমদগী হেন্না থম্বা ঙমদে।

## মতৈ-মনাও করম্না খাইনবগে ?

ইসলামগী রায়েল-পথাপ্তা মতৈ-মনাও মথাগী অম্মুম্না খাইনৈ—

১। মরানা "তলাক" লাউথোক্নুনা;

২। মতৈ-মনাও য়ানতুনা; মতুবু "খুলা" নত্রগা *"মুরাবআত" কৌই;

৩। মতূ নত্রগা মরানা রায়েলশঙদা থাব। কেশকী ডিক্রী অমনা,

**মতূনা মরাগী অয়াবা য়াওদনা অমস্থং লুহোংবা মতমদা য়ানখিবা করাড় নত্তনা খাইনবা য়াদে।

## খাইনবগী মখল

মুসলিম রায়েল পথাপ্তা খাইনবা মখল ৭ লৈ :—

১। "তলাক" মসি অমুক্তা অনিথোক্না খাইদোকপা য়াই—

---

* মসিবু "রজঈ" নত্রগা "মুরাজঅৎ" সু কৌই।

** **নোট**—সুপানা নুপী লোন্নগা পোকলকপা অঙাংগী মপা মশক খঙহনবদা অরুবা ওইদে। অতুগা নুপীনা সুপা লোন্নবদি পোক্লকপা অঙাংগী মপা কনানো হায়বা লেপ্পা ঙমদে। অতুনা নুপীনা সুপা লোনবগী অয়াবা ইসলাম্না পীদে।

অনৌবা আইন খরদং

ক) "তলাক-উস-সুন্নত" মসি অমুক্তা অনি থোকপা য়াই
অ) "তলাক অহসান" অমসুং
আ) "তলাক হাসান"
খ) "তলাক-উল-বিদ্দত" নত্রগা "তলাক-ই-বিদাই";

২। "ইলা" (ইন্দ্রি খুতুম চন্নবা রাশকপা);

৩। "জিহর" (অমাগুবগী মশক ওইবা চাংদম্নবা);

৪। "খুলা" (মমল হন্দোকপা);

৫। "মুরাবআত" (মুরাজঅত) (অনি য়ানবা);

৬। "লিয়ান" মরা ভাণ্ডনবগী মরাল শীবা অমসুং

৭। মতূনা নত্রগা মরানা রাকৎপদগী কোর্টনা থাইননবা ডিক্রি পীতুনা।

## (১) "তলাক"

"তলাক" কী রাহন্দোক্তি "য়াবিদবা" হায়বনি। রাহৈ অসি "তল্লাকা" হায়বা রাহৈদগী লাকপনি, মসিগী অর্থদি "শা অমবু উচুক্তা পুনবদগী থাদোকপিবা" হায়বনি। হৌজিক্কী মতাংদনা মতূ অমবু লুহোংবগী অপুনবদগী থাদোকপিবা হায়বনি। মসিনা তাকপদি মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা মরাতনা মতূবু মতম অমদা হেক্তা থাইনবা ভম্বগী ভমথৈ লৈতবা পাঙ্গল লৈ হায়বনি।

ইসলামগী রায়েল-পথাপকী মতুংইন্না কনাগুম্বা ভাওদবা অমদি মীওই শুরবা মুসলিম মরা অমনা মহাক্না পাম্বা মতমদা মহাক্কী মতূবু, মরম করিসু পীদনা মহাক্কী খংনিঙ-খংলাক ( whim ) রাখল অমদগী হেক্তা থাইনবা য়াই। মহাক্না থাইনবদা তলাকনামা ( থাইন্ন-চে ) পীবগী মথৌ তাদে; হায়বদি "তলাক" হায়বা রাহৈ নত্তনা রাহৈ-রাতা

অতৈ শীজিন্নবা দরকার লৈতে। রাহৈ অদু "সহী" ( তশেংবা হায়দোকপা ) ওইরগদি হায়বদি ফজনা থত্তবা য়ারগদি মানা তৌগে-য়াওনা তৌবনি" নত্রগা "নত্তে" হায়বা প্রমান দরকার লৈতে। হায়-দোকপা রাহৈশিং অদু মরোল শেংত্রগদি ( কিনায়ট ) হায়দোকলিবা মীগী রাথলদু প্রমান চত্তই। মীনা নমফু্দা তৌদুনা নত্রগা ফাগী তৌদুনা নত্রগা য়ু থকচিল্লগা লাউথোক্লবস্তু "তলাক" তি চৎনবা য়াই মুপাগী মপানা নমদুনা লাউথোকহনবা তলাক অদু মশানা মাগী নুপী থাইনগে খন্দ্রবস্তু চৎনবা য়াবা তলাকনি।

VIDE—[ Rashid Ahmed V. Anisa Khatoon, (1932) 34 Bom. L.R. 375 P.C. 59 I.A. 21]

সর্ত্ত য়াওবা "তলাক" হায়বদি "নত্তনা অদুম্না তৌবা তারবদি ঐনা নত্তবু থাইনরবনি" হায়বা থ্ৎহায় ফাওবা চৎনবা য়াবা তলাক নি।

মতূগী মমাত্তদা লাউথোক্ত্রবস্থ নত্রগা মতূগী ঠিকানাদা তলাক-নামা থারক্ত্রবস্থ তলাক লাউথোকপা য়াই। মরা অমনা কাজী অমদা চৎলগা মতূ লৈত্রবস্থ তলাক লাউথোকলগা "তলাকনামা" ইথোকপা য়াই। মদু চৎনবা য়াবা তলাকনি হায়না কোটনা রারেপ তাখি; অমস্তুং পাউ অদু মতূদা য়ৌত্রবস্থ চে অদুদা ইবা তারিখতগী থাইনবা অদু চৎনবা হৌবা য়াই।

VIDE—[ Mst. Saleha V. Sheikh, AIR 1973 M.P. 207 ]

অইবা চেদা ইবা তলাকস্তু চৎনবা য়াই। মহু মতম্ লৈত্রিবৈঙেদা লাউথোক্লগনু য়াই। মতম্ লৈত্রিবৈঙেদা লাউথোকপা তলাক অহু মতম্ অহুগী মমিং শেংনা পনগদবনি। মমিং পন্দবা তলাক অহু চৎনবা য়াদবা তলাকনি।

**শিয়াগী রায়েল পথাপ—** শিয়াগী রায়েল পথাপ্তা তলাকতি মতিক চাবা সাক্ষী অনিগী মমাঙদা চীন্না লাউথোক্কদবনি। মরানা মরোল থোক্কবা নত্রগদি ইহুনা পীবা তলাক চৎনবা য়াদে।

**য়ু ঙাওরিবৈঙেদা লাউথোকপা তলাক—** হনাফিগী রায়েল পথাপ কী মতুংইন্না থাইনবা মতমদা ভাব তাবা নত্রগা তৌগে হায়না তৌবা তৌদবা থোইদোক্লা দরকার লৈতে। অহুনা তলাকপু লাউথোকখ্রবদি য়ু ঙাওগে হায়না মশানা থৌওইনা ঙাওরগা লাউথোকপা তলাক ওইরগদি. মহু চৎনবা য়াই। অহুবু মথাগী অসিদদি য়াদে :—

ক) য়ু অহু মশানা থকে হায়না থকপা নত্তবা; নত্রগা

খ) ঙাওহনবা ঙম্বা হিদাক থরা থকখ্রবদা; নত্রগা

গ) মশানা য়ু থক্লবগী মপান্না চোইরোল লোল্লবা নত্রগা থোপ্তা পোমখৎপা থোক্লবা।

শিয়াশিংগী তলাকতি মশা ভাব তানা লাউথোক্কদবনি। অহুনা য়ু ঙাওরিবৈঙেদা লাউথোকপা তলাক চৎনবা য়াদে।

**সর্ত্ত য়াওদবা তলাক—** মুসলিম মরা অমনা মতম্বু কোন্না থোক্লগদবা সর্ত্ত অমদা থাইনবা য়াই। মরাহুনা মতম্ অহু তাং অমা থারগা চে অমা পীরে হায়বদি, মহাক্না তাং অহুদা চাকথাক্ পীত্রগদি থাইনরে হায়না লৌগদবনি। করুবা তাংদা চাকথাক পীত্রে। মরানা

চাকথাক ( নক্‌কা ) পীবা শোয়বা অতুনা ইনবা অত্থু চৎনবা য়াহল্লি।
VIDE—[ Buffatan Bibi V. S.K. Abdul Salim, AIR 1950 Cal. 304 ]

মথক্কী সর্ত্ত য়াওবা তলাক অসি শিয়াশিংনা চৎনদে।

**খাইননবা মতিক শিন্নবা (তলাক-ই-তুফবীজ নত্রগা তলাক-ই-তুফবীদ)**— মরা অমনা কনাগুম্বা অতোপ্পা মীওই অমদা মত্তু খাইননবা মতিক শিন্নবা য়াই। হায়রিবা তলাক অসি থাইনগদৌরিবী মত্তু মশামক্তম্তু শিন্নবা য়াই। মরম অতুনা, লুহোংজিভৈদা ওইরবস্তু লুহোংবা মতুংদা ওইরবস্তু মরানা করিগুম্বা সর্ত্ত অমদা মত্তুদা মত্তু মশামক্তা মরা অত্থু থাইনবা য়াগনি হায়না করাড় ইনবা য়াই। অসিগুম্বা মথলগী ওইবা তলাক অসিবু "তলাক-ই-তুফরীজ" নত্রগা "তলাক-ই-তুফরীদ" কৌই। মসিগী অর্থদি মীত্তোন্দা মতিক শিন্নতুনা খাইনবা হায়বনি। মত্তু মশামক্তা শিন্নবা মতিক অসি রায়েল পথাপ্তদি মরানা মত্তু থাইনবগা চপমায়ে।

ধর্ম্ম পাণ্ডিতাকসিগী মতুংইন্না কালিকাতা হায়কোর্টকী রারেপ অমদা মথাগী অস্তুম্না তাথিঃ মচুদিঃ-মরানা করিগুম্বা অনিগুবী নুপী লোৌরক্কবদি মহাক মশামক মরাদগী থাইনজবা য়াগনি হায়বসি চৎনবা য়াবা করাড়নি।

VIDE—[ Maharam Ali V. Ayesa Khatum (1915) 19 Cal. W.N. 1226 ]

**লৈনবা থাক্কম**— 'ক' গা 'খ' গা লুহোংবদা করাড় অমা ইনরে। করাড় অত্থুদা 'ক' না 'খ' দা তাল্লকপা মতমদা লুঃ ৪০০্

কুজমন পীগনি, 'ক' না 'খ' বু ফুরোই নত্রগা শাথীবা শাজৎ (ইত্রৎ) চৎলোই, 'ক' না 'খ' বু চহী অমদা ৪ রক্ মপাম চৎহনগনি অমস্নুং 'ক' না ইত্রিবশিংদগী অমতং কায়বদা 'খ' না 'ক' বু খাইনবা য়াই। লুহোংবা মতুং খরা লৈরগা 'ক' না শাথীবা শাজৎ চৎলে অদুগা 'খ' গী কুজমনস্নু নিবদা পীব্রে হায়না 'খ' না 'ক' বু খাইনরে। 'ক' না মতুংদা 'খ' বু মতৈ-মনাও তিন্নবগী হক ফংহন্নবা কেশ তৌরে। চ'ঙিবদি, 'খ' না 'ক' গী মথক্তা তৌরিবা মরালশিংদু সাক্ষী লৈরগদি 'ক' না কেশ অদু ঙমগনা অসিনি।

**পাউখুম্নদি**— থক ঙমলোই। মরমদি কেশ অসি তশেংবা "তলাক-ই-তুফরীজ" নি। 'তলাক' অসি চৎনবা য়াই অদুনা 'ক' না মতৈ-মনাও তিন্নবগী হক্ ফংলোই। 'খ' গী প্রমান সাক্ষী চুমলবদি অমদি লৈরবদি 'ক' না ঙমলোই।

VIDE—[ Hamidoola V. Faizunissa ( 1881 ) ILR Cal. 327 ]

## তলাক মখল

**ক) তলাক-উল-সুন্নত ( শিয়া অমসুং সুন্নি গী )**— মসিগী অর্থদি মহৌশাদগী চৎনরক্লবা তলাক হায়বনি। মসি মখল অনি লৈ মদুদি :—

অ) তলাক অহসন;

আ) তলাক হসন।

অনৌবা আইন থরদং

অ) **তলাক অহসন—** মসিদি অমুক্তং তলাক লাউথোক্লগা ইদ্দতকী মতম অমা পাদোংম্নিন্নদবা অমুনি।

আ) **তলাক হসন—** মসিদি তলাক অহুম্নক লাউথোকনি। মসিদি "তুহুর" হায়বদি মুপীগী থাগী থোঙকাপ লাকপা মতম অমদগী মথংগী মতম অমা ফাওবা খুদিংগী তলাক মথং মথং অহুম্নক লাউ-থোকপনি। অহুম্নক শুবা তলাক লাউথোকত্রিবক্কাওবা মতৈ-মনাও অনি পাদোংম্নিন্নরোইদবনি।

**মথক্কী তলাক মওং অনিসি চাংদম্নবা —** "তলাক অহসন" দি য়াম্না য়ানবা মওংগী তলাকনি। অসিগুম্বা মথলগী তলাক্না মরানা মতূবু য়াম্না হৌনবী থঙবা মওংদা ব্যবহার তৌত্রুনা শাগী শাজৎ (ইজ্জর) চত্তে। মসি হজরত মুহম্মদনা ইসলামগী নুপী থাইনবদা শাথীবা শাজৎ চৎপদগী থিংলম্বগী মওংনি।

অমরোমদা তলাক হসনগী মপান্না মরানা মতূবু হঞ্জিন হঞ্জিন ওৎপ-নৈবগী (ইজ্জর) খুদোং থীবা লৈ। অহুম্নকশুবা তলাক লাউ-থোক্ত্রিবমখৈ তলাক অদু মপূঙ ফাদবনা মরানা মতূবু ওৎপমখৈ ওৎলগা হঞ্জিন্নবগী খুদোংচাবা লৈ। হজরত মুহম্মদনা অসিগুম্বা চৎনবী-সি অম্নুম চত্থফম থোক্তে হায়না উৎলম্মী।

খ) **তলাক-উল-বিদ্দত (মসি সুন্নিশিংগী তনি)—**"তলাক-উল-বিদ্দত" অসি "তলাক-উল-বিদায়স্নু কৌই। মসি চৎনরবস্নু নিয়ম কায়বা তলাকনি। মসি মীশিংনা য়ানদবা মথলগী তলাকনি। অদুবু ভারত্তা সুন্নিশিংগী মরক্তা চৎনৈ। মসিস্নু মথল অনি লৈ, মদুদি :—

অ) অহানবদা, "তুহুর" হায়বদি থাগী থোঙচৎ অমদগী মথং অমক্কাওবগী মম্নুংদা হঞ্জিন-হঞ্জিন অহুম্নক তলাক লাউথোক্লুনা থাইনবনি।

লাউথোকপা অহু "ঐনা নহাকপু অহুমক তলাক তৌরবনি" হায়না অমুক্তদা লাউথোকপা য়াই। নত্রগা ঐনা নঙবু তলাক তৌরে; ঐনা নঙবু তলাক তৌরে; ঐনা নঙবু তলাক তৌরে।" হায়না অহুমক থোক্না রাহৈ-পরেং অহুমদা লাউথোকপসু য়াই।

আ) অনিশুবদা, "হৈজ" হায়বদি নুপীগী থাগী লৈ উরিঙৈদা খাইনবা অহু অমুক ককথৎপা ( হুপ্তিমবা ) য়ারোইদবনি হায়বা অচেৎপা রাথলগা লোয়ননা "ঐনা নঙবু অমুক ককথৎপা ( হুপ্তিমবা ) য়ারোই-দবা মওংদা তলাক তৌরবনি" হায়বা রাহৈশিংগা লোয়ননা অমুক্তং তলাক লাউথোকপা য়াই।

শিয়াশিংনা হায়রিবা মওংসিগী তলাক য়াদে।

**"তলাক-উস-সুন্নত" কা "তলাক-উল-বিদ্দত" কা খেন্নবা—** অনি অসি মথাগী মরম অনিদা খেন্নৈ :—

১) "সুন্নাহ" হায়বদি হজরত মুহম্মদকী চৎনবী তুংইনবা তলাকপু "তলাক-উস-সুন্নত" কৌই। অমরোমদা "তলাক-উল-বিদ্দত" তি রায়েল পথাপ্তা য়াজরগসু ধর্ম্ম লোনচৎতা অফবনি হায়নদে।

২) "তলাক-উস-সুন্নত" তি ককথৎপা হায়বদি হুপ্তিমবা য়াবগী মতম ফংই, অদুগা অমরোমদা "তলাক-উল-বিদ্দত" তি ককথৎপা হায়বদি হুপ্তিমবা য়াবগী মতম ফংদে।

**ককথৎপা (হুপ্তিমবা) য়াদবা তলাক (বাইন)—** "তলাক-উল-বিদ্দত" তি তলাক লাউথোকপা মপুঙ ফাবদা খুদক্তা ককথৎকপা (হুপ্তিমবা) য়াদবা ওই। "তলাক অহসন" না ফমফম থোকপা ইদ্দতকী মতম চেক লোইবগা ককথৎপা য়াদবা তলাক ওই। "তলাক হসন" না অহুমক শুবা লাউথোকপদা ককথৎপা য়াদবা তলাক ওই।

"তলাক-ই-বাইন" ( Irrevocable Talak ) ওইত্রিবা "তলাক" পূম্বা নুপানা মশাগী ঝাহৈনা নক্রগা থবক্না" তলাক অহু ককথৎপা য়াই। নুপা অমনা, মথক্তা তলাক লাউথ্রবী অহুম ওইনমক "তলাক-ই-বাইন" দি ওইত্রিবী মতু অহুগা অমুক হকতিন্নরগদি মহুনা তলাক অহু ককথৎলে হায়না লৌগনি।

**"তলাক-ই-বাইন" ওইরগা আইন্দা করি ওইবা—** "তলাক-ই-বাইন" হায়বদি ককথৎপা য়াব্রবা থাইনবা হায়বনি। মহৌশানা ককথৎপা য়াব্রবা "তলাক" না মরাগা মতুগা লৈনরম্বা স্বত্তঃ ফংনবা য়াবগী মরীহু থদক্তা মাওহল্লি। অহুবু মরানা নাহুনা শিরমদাইদা ককথৎপা য়াব্রবা "তলাক" লাউথোক্লগা "ইদ্দত" ফম্বা লোইত্রিডৈদা মরাহু শিথ্রবদি মতুনা মরাদগী স্বত্তঃ ফংফম থোকই। অমরোমদা ইদ্দত ফম্বা লোইত্রিবা মতুনা শিবগীদি মরানা মতুদগী করিসু স্বত্তঃ ফংনিঙাই লৈতে।

**ইংলিশকী ঝায়েল পথাপ মথাদা লুহোংগ্রবী নুপী অমবু তলাক লাউথোকপা—** "তলাকনামা" পীবা হায়বসি ইসলামগী ঝায়েল পথাপকী মসুংদা নুপী থাইনবগী চৎনবা য়াবা পথাপ ওইরগসু ভারতকী মুসলিম নুপা অমনা ইংলিশকী ঝায়েল পথাপ মথাদা লুহোংবগী রেজিষ্টার তৌহুনা লৌথিবী নুপী অমবু "তলাকনামা" পীহুনা থাইনবা য়াদে।

VIDE—[ Rex V. Hammer Smith, ( 1917 ) I K.B. 634 ]

মরমদি খৃষ্টান লুহোংবদি, নুপা অমগা নুপী অমগা পুন্সিগী ওইনা, অতোপ্পা মীওই কনাগীসু হক লৈতনা, মশা মশা য়াননা তিন্নজবনি। মহু মুহম্মদনগী "তলাক" না থাইনবা য়াবা মওং নত্তে।

অদুবু মসিগী ওন্না-তৈনবদা পাকিষ্টানগী সুপ্রিম কোর্টনা (জজ অয়াম্বগী মোৎতা) অসুম্না তাখিবা লৈ মদুদি মুসলিম মরা অমনা লণ্ডনদা লুহোংবগী রেজিষ্ট্রার মমাঙদা রেজিষ্টার তৌদুনা লৌখিবী মুপীদু মরানা খাইননিঙবা মতমদা খাইনবা য়াই; ইসলামগী রায়েল পথাপ্প, করিগুম্বা পাকিষ্টানগী আইন অমতনা চাউবা লৈতে।

VIDE—[ Marina Jatoi V. Nurrudin Jatoi, PLD 1967 S.C. 580 ].

**তলাক্কী মরমদা মীওই খরগী মত**— এ০ এ০ এ০ ফৈজীনা হায়—
“ইসলামগী রায়েল পথাপকী খ্বাইদগী অশোয়বদি মরানা মতুবু খাইননিঙবা মতমদা খাইনবনি।”

কনানা অমুক হায় “ইসলামদা মরানা মত্ খাইনবগী মতিক অসি মরানা শীজিন্ননিঙবা মতমদা শাজৎনাইদবা অমসুং মরম চাদবা মওংদা শীজিন্নবা য়াই হায়বদি নত্তে।”

অদুনা ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা অসুম্না ইরি— আল্লাহবু কিবা মরা খুদিংমক্কী মীওই খুদিংমক্কা আশা তৌনরিবদি: অহানবদা মহাক্না মতুবু খাইননিঙবা মতমদা খাইননবগীদমক মতিক অসি থক্ শীজিন্নরোইদবনি; অনিশুবদা, মহাক্না মতিক অসি শীজিন্নরমদাইদা তৌদবা য়াদবা মতাংতদা অমসুং অচুম্বা বিচারতদা (অদল) মতিক অসি শীজিন্নগনি; মী অমা ওইবগী অচুম্বা রাখলগা লোয়নবা (মঅকুলিয়াট) শীজিন্নগদবনি।

অদুগীসু মথক্তা “তলাক” পু মকম খুঙদনা পঙশিন শীজিন্নবা অমদি অকবা রাখলগী লৌচিং য়াওদনা মতু পঙখাই খাইনবদগী থিংনবা নত্রগা কন্নবা অকক্কবা পাঙ্গলশিং অমসুং অথিংবশিংসু লৈ।

অহানবা অথিংবদি "হলালা" কৌবা ধর্ম্ম পাউতাকনি। মসিনা ককথৎপা য়াদবা মওংদা 'তলাক' লাউথোকপবা মুসলিম নুপা অমনা মাগী নুপীবু অমুক লুহোংবা য়াহন্দে। মহাক্না নুপী অতু হল্লিয়নবগী-দমক নুপী অতু অতোপ্পা নুপা অমনা লুহোংতুনা লৌরগা হকতিন্ন-খিগদবনি। অসিগুম্বা অথিংবসি ইসলামদা মপাঙ্গল য়াম্না লৈ মরমদি মসিনা মুসলিম মরা অমদা কল্লক-খম্বনবা পোকহল্লি অমদি মাগী ইকাই খুম্নবদা শোকহল্লি।

অনিশুবা অথিংবদি মুসলিম মরা অমদগী মতুনা মরাতুগী পীবা ভন্থগী রাংমদা কাহেন্না কুজমন (মহর) নিবনি। মসিনা নুপাশিংবু "তলাক" লাউথোকপগী মতিক পঙশিন শীজিন্নবদগী থিংই।

অহুমশুবা অথিংবদি, "তলাক-ই-তফরীজ" হায়বদি মথক্তা পনখ্রবা, "মতুনা মরাবু থাইনবা য়ানবগী হক" অতুনি। মসিদা কোর্টকী মতেং চঙদে।

অমোইবা অথিংবদি, মরানা নাতুনা শিরমদাইদা "তলাক" লাউ-থোক্লগা, নুপীনা ইদ্দত ফমলিভৈদা, শিথ্রবদা নুপী অতুনা মরাগী স্বত্ব ফংগনি হায়বসিনি।

মথক্তা ইখ্রিবা ইসলামগী "অফবা মহৈঃ পীনহৈবা" রারমশিং অসিনা মতুশিংগী দমক্ মপাঙ্গল কল্লবা উকন ওইনা ঙাকই অতুনা মরা মরানা অফিং-অফাইগী ওইবা নত্রগা ফত্তবা রাথলনা মাঙওইনবা তলাক পঙনা লাউথোক্লদে।

"ইলা" (মশা খুত্থুম চঞ্জবা)

অনিশুবা মথলগী থাইনবদি "ইলা" নত্রগা মশা খুত্থুম চঞ্জবনি। য়ুম পান্নবগী মীওই শুরবা মুসলিম মরা অমনা থা মরি নত্রগা হেন্না

আল্লাহগী মিংদা মশা খুত্থুম চঞ্জগে হায়না রাশক্তুনা মাগী নুপীগা হকতিন্নরোই হায়না পুক্লিঙ লেপশ্রবদি মহাক্না "ইলা" পাঙথোকলে হায়না লৌগনি। অসুম্না মরা অমনা মহাক্কী মতুংদা "আল্লাহ কসম ঐ নঙোন্দা নকশিন্নরোই" হায়রবদি, মদু চৎনবা য়াবা "ইলা" নি।

মরা অমনা "ইলা" ঙাক্তুনা মহাক্কী নুপীগা থা মরি হকতিন্নবা তোক্লবদি, ঙসাই হায়খিবগুম্না রায়েল পথাপকী মাম্নবা মহৈঃ অদুনা ককথৎপা য়াররোইদবা তলাক লাউথোকপগা মাম্নবা নিকাহ অদু কায়নৈ। মরা অদুনা থা ৪ চপ্পা হকতিন্নদবা অদু মপুঙ ফাখিবা নত্রগদি মরানা "ইলা" থুগাইদুনা মতুংগা পাদোংমিন্নদুনা হঞ্জিন্নবা য়াই। হৌজিক্তি "ইলা" গী চৎনবিসি কয়া লৈত্রে।

## "জিহর" ( অমাঙবগী মশক ওইবা চাংদম্নবা )

"জিহর" হায়বসি থাইনবগী অহৌবনি।

"জিহর" গী অর্থদি রায়েল পথাপ কায়না চাংদম্নদুনা মতৈ-মনাও থাইনবনি। মরা অদুনা মতুং অদুবু মাগা লৌনবা য়াদবী নকুবী নুপী অমগী মশক মাল্লি হায়না চাংদম্নরবদি মদু "জিহর" কৌই। অসিগুম্বা চাংদম্নবসি কুরআন্না য়াদে খুদম ওইনা মরা অমনা মতুবু "ঐগী নুপী নহাকসি ঐগী ইমা মানশ্রেদা" হায়রবদি নুপী অদু মরা অদুগী মতুং ওইবা য়াত্রে; মদুদগী হৌনা মরা অদুনা মতুংদা শেল থরা পীদুনা নত্রগা অতোপ্পা মওংদা মরাল শেংদোকপগী থবক্ তৌত্রবদি মহাক্না মতুং অদুগা মতৈ-মনাওগী ওইবা হক-তিন্নবা অদু রায়েল-পথাপ্পা য়াত্রে। অসিগুম্বা মরানা মরাল শেংদোকপা লৈত্রগদি মতুং অদুনা মরাগী মথক্তা কোর্টতা রাকৎচে পীদুনা থাইনবা য়াই। ভারত্তা

অনৌবা আইন শৃরদং

"জিহর" না খাইনবা পঙনা থোক্লে; অদুম ওইনমক "শরীঅত আইন, ১৯৩৭" কী সেক্সন ২ দা মসিগী মতাংদা মতম্দা খাইনবগী হক পী।

"জিহর" মা মরা অদুবু মখাপী ফীবম অতম অসি ওইহল্লি:—

অ) মরা অদু মতুগা পাদোংমিন্নবগী হক মাঙই।

আ) মরা অদুগী মরাল শেংদোকপা মথৌ তাই।

ই) মরা অদুনা মরাল অদু চথদুনা লৈরগদি মতুনা কোর্টতা রাকৎতুনা খাইনবগী হক ফংবা য়াই।

"খুলা" (কুজমন হন্দোক্না মরা খাইনবা)

মরিশুবা মখলগী ওইবা মতৈ-মনাও খাইনবদি "খুলা" কৌই। মতৈ-মনাও য়ানদুনা খাইনবসি ইসলামগী রায়েল পথাপ্পা য়াই। মসি মতুনা মরাদা হায়জদুনা খাইনবনি। "খুলা" গী হৌবকক্ষম অর্থদি— 'লৌথোকপা' নত্রগা 'চিংথোকপা' হায়বনি। রায়েল পথাপকী মতুং-ইন্না মসিনা মতুনা মরাদা মমল হন্দোক্না লুহোংবগী মরী থদৎনববু খঙনৈ। "খুলা" গী মমলদি মতুনা মরাদা কুজমনমখৈ হন্দোকপা নত্রগা মরাগী কান্নগদবা মতুংইন্না মতুগা মরাগা য়ানবা অদুনি। কুজমম (মহরনা) হন্দোক্লে হায়না "খুলা" অদু চৎনবা য়ারোইদবা নত্তে; অদুবু কুজমন (মহরনা) মতম্দগী ফংনবা মরানা কোর্টকী মতেং লৌবা য়াই।

"খুলা" করম্না পাঙথোকপা য়াবগে—

মতম্না মরাদা ক্ষতিপূরন পীজগে মহাকপু লুহোংবগী মরীদগী থাদোকপিয়ু হায়না হায়জবদা মত্থু মরানা য়ারবদি "খুলা" না খাইনবা পাঙথোকপা য়াই। অমুক্তং মরানা হায়জবা অদু য়াগ্রবদি ককথৎপা

য়াত্রবা 'তলাক' কা চপমায়ে, অদুনা "খুলানামা" গী চে-চাং কংজি হায়না ৱাইবা য়াদে।

"খুলা" না থাইনবদা মতূনা হৌরগসু তশেংনা থাইনবদি মরাতনা ওমই: হায়বদি লোইশিনবদা "তলাক" কা মায়ে।

পাকিস্থান সুপ্রিম কোর্টনা মথাগী অসুম্না তাখি— ইসলামগী রায়েল পথাপতা "খুলা" হায়বসি নুপীগী হকনি; তৌবতবু মরানা মতূ অদুবু নমফূদা হকতিন্নদুনা মতূগীদমক তুক্কচনবগী মশক ওইরে হায়বদু মতূনা কোর্টতা উৎপা তাই।

VIDE—[ Khurshid Bibi V. Mohd. Amin PLD 1967 S.C. 97. ]

## মুবারআট ( মুবাজআট ) [ মতৈ-মনাও য়ানদুনা থাইনবা ]

৫ শুবা মথলগী ওইবা মতৈ-মনাও থাইনবদি মুবারআটনি। মসি মতৈ-মনাও য়ানদুনা থাইনবনি। "খুলা" দদি মতূনা পাম্বগী মতুং ইন্না থাইনসি হায়না হোই; "মুবারআট" তদি অনিমক য়ানৈ; হায়বদি অনিমক্না থাইনবা পামই। "খুলা" গী শুম্না "মুবারআট" তদি নুপীনা নুপাদা ক্ষতিপুরন পীবা মথৌ তাদে।

"মুবারআট" না থাইনরবা তুংদা মতূনা ইদ্দত ফম্বা তাই, অদুগা মরানা মতূসু মচাশিংসু ইদ্দত ফমলিভৈদা চাকথাক পীকম থোকই।

"শরীঅত আইন, ১৯৩৭" না "খুলা" অমসুং "মুবারতাট" কী থাইনবা অনিমক ভারতকী মুসলিম আইন ওইনা শকৃথত্তবী।

**"লিয়ান" ( মরা ঙাওনৈ হায়জিন্দুনা মৱানা মতু খাইনবা )**

মুসলিম মরা অমনা মতুবু মরা ঙাওনৈ হায়জিল্লবদা মতুনা মৱাগী মথক্তা কোর্টতা কেশ তৌদুনা খাইনবগী হক লৈ। হায়রিবা ৱায়েল পথাপকী ৱারমসি মরাল লৈতবী নুপীতনা কান্নবা ফংগদবনি। মরম অসি পন্দুনা কোর্টতা ৱাকৎপী মুসলিম নুপী অমগী মরা ঙাওনদুনা হৱামী মচা লৈরগদি মহাক্কী ৱাকৎ অদু লৌবিফম থোক্কে।

VIDE—[ Ghulam Bhik V. Hussain Begum P.L.D.
1975 ( W.P. ) Lahore, 998 ]

## "লিয়ান" গী ৱায়েল থোও

"লিয়ান" গী মরাল শীবদা মথাগী মচাকশিংসি চঙই :—

ক) মৱানা মতুদা তশেংনা মরা ঙাওনৈ হায়না মরাল শীবা তাই।

খ) মতুনা, শীরিবা মরালদু, য়াক্লবদা কোর্টতা ৱাকৎলগা মৱাবু, শীরিবা মরালদু হন্দোক্লবা হায়বা নত্রগা অল্লাহগী মিংদা শীরিবা মরালদু চুমই— "করিগুম্বা মরা অদুনা মতুবু মরা ঙাওনৈ হায়না মরাল শীবদু চীনথীবা ওইরগদি অল্লাহগী শাপ মৱাগী মথক্তা তাবা ওইসনু।" হায়না ৱাশকপা য়াওগদবনি;

গ) অদুদগী মতুবু কৌরগা মরালদু য়াজবা নত্রগা মথাগী অশুম্বা শাপ তৌবা য়াই— "ঐগী ইৱানা ঐবু ইরা ঙাওনৈ হায়রিবসি চুমলগদি অল্লাহগী অশাউবদু ইথক্তা তাসনু।"

ঘ) মতম্না রাশক্লগদি কাজীনা নুপী অতুগী রাশক অতু থাজগনি অতুগা মবানি থাইনরে হায়না লাউথোকনি।

মরানসু মতম্দা মরা ভাঙনৈ হায়বা অতুগা মতম্নসু মরাদা মীতম্ লাইম্লে হায়না চপমান্নবা মরাল শীনরগদি, মতম্না মরাগী মথক্তা কোর্টতা থাইননবা রাকৎ লানখৎপা য়াই। মরা ভাঙনৈ হায়বতনা লুহোংবা অমা থাইনদে; মসিনা মতম্বু থাইননবগী কোর্টতা রাকৎচে থাবতমক্ য়াহল্লি। মরা ভাঙনৈ হায়বগী মরাল শীবতু চুমজগদি মতম্না থাইনবগী ডিক্রী ফংবা য়াই।

## মতম্বু মরা ভাঙনৈ হায়বগী মরাল শীবতু মরানা হন্দোকচবা

মথক্তা হায়খ্রে, "লিয়ান" গী মরম্না মতম্না লুহোংবা থাইননবগী কোর্টতা রাকৎ চৎপা য়াই। মতাং অসিদা মরানা শীরিবা মরালতু কেশ হৌরিভৈদা নত্রগা হৌবা মতমদা হন্দোকচবা য়াই। সাক্ষী সাবোন পীনবা লোইরগা মরা অতুনা শীরিবা মরালতু হন্দোকচবা য়াদে।

VIDE—[ Shamsuneesa V. Mir Abul Manaf (1940)
ILR I Cal. 97; 70 C.L.J. 289 ]

**মরম খুদিংমক্তা হন্দোকচবা অদু—**

অ) পুকচেল শেংবা ওইগদবনি হায়বদি, মতম্গী রাকৎতম্ মায়থীনবা ভাক্তা ওইরোইদবনি; অমসুং

আ) সর্ত লৈরোইদবনি।

কলিকাতা কেশ অমদা অস্নুম্না তাখি— মুসলিম নুপা অমদা মুসলিম নুপী অমা বোম্বেদা খৃষ্টকুম ১৯৪১ দা লুহোংখি; মরানা মতম্তুবু মরা অনি লোল্লে অমসুং মরা ভাঙনরে হায়না ফৌজদারী কোর্ট তা রাকৎখি; অদুবু শীরিবা মরাসতুগী প্রমান ওইনা সাক্ষী-সাবোন করিস্নু পুথোকখিদে। মতম্ অদু মরাল লৈতে হায়না থাদোকখি। মতুগী তুংদা মতম্না মতুগী মরমদা মরাবু, নুপা লোনবগী অমসুং মরা ভাঙনবগী, লাম্না মরাল শীরে হায়না কোর্ট তা খাইননবা রাকৎ-চে থারে। নুপী অদু সমাজগী মিৎয়েংদা য়াম্না ফজবী নুপী ওইরম্মী অদুগা মরানস্নু মাবু নুংশিরম্মী; অদুবু মরানা খম্বন চাউবদগী অমদি ফত্তবা পাউদগী মরালদু শীথিবা ওইরম্মী, অদুনা মরানা মতম্বু খাইনবা পামলমদে। মরানা "লিয়ান" অদু হন্দোকচবা য়াগনি অদুগা মতম্গী রাকৎ-চে অদু খাল্লাশ তৌনবা কোর্ট কী মতিক লৈ হায়না তাখি।

VIDE—[ Saju V. Maksed, 45 Cal. W.N. 122.]

## কোর্টনা মতৈ-মনাও খাইনহনবা

তরেৎশুবা খাইনবগী মওংদি মতম্না কোর্ট তা দরখাস্ত থাদুনা মতৈ-মনাও খাইনবনি।

## মতম্না মরা খাইননবা কোর্টতা রাকৎপা

মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা মতম্ অমনা মরা খাইনবগী হক লৈতে। মতম্ অমগী খাইনবগী হক্ অদু করিগুম্বা অকরুবা সর্ত্ত খরগী মথাদা ফংবনি। অসিগুম্বা সর্ত্তশিং অদু মথাগীশিং অসিনি :—

অনৌবা আইন থরদং

১) "শরীঅত আইন, ১৯৩৭" কী মমাঙ;

২) "শরীঅত, আইন, ১৯৩৭" কী মতুং অদুবু "মুসলিম লুহোংবা থাইনবগী আইন, ১৯৩৯" গী মমাঙ; অমসুং

৩) "মুসলিম লুহোংবা থাইনবগী আইন, ১৯৩৯" গী মতুং।

১) "শরীঅত, আইন ১৯৩৭" কী মমাঙদা মতু অমনা মরাগী মথক্তা মথাগী মরম অনিসিদা মরা থাইননবা দরখাস্ত থাবা য়াই:

**ক) মরাগী ফম্বী কংলবদা** ( Impotent ) মসিগী মতাংদা মথাগীশিং অসি প্রমান তৌগদবনি, হায়বদি অ) নুপী অদু দরখাস্ত থাবা মুমিত্তা *নুপা থক শমুদ্রি ( বকিরানি হায়বদি virgo intacta ) হায়বা খুদম লৈগদবনি। আ) লুহোংবা মতমদা নুপা অদু ফম্বী কংবা ওইগদবনি; অদুগা মতুনা মদু শঙলমদবা ওইগদবনি; অমসুং ই) মরা অদুনা মতুগা হকতিন্নবা তৌদনা চহী অমা লুহোংবদু মপুঙ ফাহনবা ঙমলমদবা ওইগদবনি; অদুগা চহী অদু ফাদ্রিবা ফাওবা কেশ অদুসু য়েথোক্কদবনি।

**খ) "লিয়ান" হায়বদি মরানা মতু অদুবু মরা ঙাঙনৈ হায়না মরাল শীরবদা**— মরা অদুনা মতুবু লান্না মরা ঙাঙনৈ হায়না মরাল শীরবদা, শীরিবা মরাল অদু চুমদ্রে হায়না প্রমান তৌগদবনি।

২) "শরীঅত, আইন, ১৯৩৭" কী মতুংদা— অ) "ইলা" হায়বদি মরানা মশা থুদুম চঞ্জরিবনি হায়দুনা মতুগা থা ৪ চপ্রা হকতিন্নদ্রবদা, অমসুং

---

* "Virgo intacta" হায়বসি লৈশাবী অশেংবী হায়বনি। মসি লৈশাবী অশেংবী ওইনা লুহোংলবতদা ওইথোক্কনি।

আ) "জিহর" হায়বদি, অমাঙবগী মশক ওইবা মওংদা মতুগা নকুবা লৌনবা য়াদবী নুপী অমগা চাংদম্নবসি অচেৎপা ইসলামগী পথাপ্তা মতুনা মরা খাইননবগী কোর্টতা থানবা অফবা মরমনি হায়না য়াদৈ। অদুবু "ইলা" অমসুং "জিহর" গী মতাংদা মতুগী হক অসি ভারতকী কোর্টশিংদা থেংনখিদ্রে (অদুম ওইনমক, শরীয়ত্ আইন, ১৯৩৭ কী সেক্সন ২ নদি য়াই।

৩) "মুসলিম লুহোংবা খাইনবগী আইন, ১৯৩৯" গী মতুংদা মতু অমনা মরা খাইননবা আইন অদুগী সেক্সন ২ গী মরম ৯ গী মনুংদা অমা পল্লগা কোর্টতগী লুহোংবা খাইননবা ডিক্রী ফংবা য়াই।

# "মুসলিম্ লুহোংবগী খাইননবা আইন, ১৯৩৯" গী অশম্বা মরম্

মুসলিমগী রায়েল পথাপকী মখাদা লুহোংব্রবী নুপীশিংনা লুহোংবা খাইননবা রাকৎ থাবগা মরী লৈনবা মুসলিম রায়েল পথাপকী রারোলশিং কনশিনহন্নবা অমসুং শেংদোক্নবা অমদি লুহোংলবী মুসলিম নুপী অমনা ইসলাম থাদোক্লবদি লুহোংবগী মরী অদুদা করি ওইগদবা হায়বগী চিংনবা কোকহন্নবগীদমক্ আইন অসি শেমখিবনি।

আইন অসি তাং ১৭-৩-৩৯ ইংদা চৎনখি। মসি ভারত পুম্বদা চৎনৈ।

ময়ুম পাল্লবী মুসলিম নুপী অমনা মরা খাইনবা য়াবগী মরমশিংদি আইন অসিগী সেক্সন ২ দা ইরি। মখাদা ইরিবা মরম ৯ গী মনুংদা অমনা হেক্তা লুহোংলবী মুসলিম নুপী অমনা আইন অসিগী সেক্সন ২ দা লুহোংবা খাইননবগী ডিক্রী ফংবা য়াই:—

অনৌবা আইন থরদং

১। চহী ৪ শুরবা ফাওবা মরা অদুগী লৈফম খণ্ডনবদা [সেক্সন ২ (ক)];

অসিগুম্বগী মরীদা জারিবা ডিক্রী অদু জারিবা নুমিত্তগী থা ৬ ফাওবা চৎনবা য়াদে। হায়রিবা থা অসিগী মনুংদা মরা অদু থোরক্লুনা নত্রগা মরা অদুনা মতিক শিন্নরবা মীওই অমনা লাক্লুনা মরা অদুনা পাওথোকফম থোকপা লুহোংবা অদুগী থৌদাং পাওথোকচগে হায়বা মহাক্কী রারম অদুদা কোর্টনা পেনবিরগদি কোর্টনা তাথ্রবা ডিক্রী অদু ককথৎকদবনি।

২। মরা অদুনা চহী ২ চপ্পা মতমগী হিংনবা পাম্বৈ পীরক্রবা [সেক্সন ২ (খ)];

মতু অদুগী হিংনবা পাম্বৈ পীদবা অসি তৌগে হায়না তৌবা ওইদবা য়াই। মদু লায়রবদগী, মশা শোনবদগী, থবক তোকপদগী, ফাদোক্ তাবদগী নত্রগা অতৈ অতৈ মরমদগী ওইবা য়াই। মতম অদু ইনাক খুল্লবফাওবদা চাকথাক্ ফংফম থোকপা লৈ।

লাহোরগী কেশ অমদা অস্নুম্না তাখি:— মুসলিম নুপা অমগী 'এ' অমসুং 'বি' কৌবী মতু অনি লৈরম্মী। নুপা অদুনা মতু অনিদু ভারত্তা থনয়গা মহাক আফ্রিকাদা চৎখিরম্মী। মহাক্না 'এ' গীদমক্তি লৈনবা য়ুম অমদি চাকথাক পীরগা 'বি' গীদমক্তি চহী ২ হেল্লবফাও-বদা চাকথাকীদমক করিস্সু শীন-লাওবিরমদে। মহাক্না 'বি' দা আফ্রিকাদা লাকউ হায়রম্মী অদুবু মদুগী ভাড়া করিস্সু থাবিরকলমদে। সেক্সন ২ (খ) গী মতুংইন্না মরা অদুনা 'বি' গীদমক চহী ২ ফাওবা হিংনবা পাম্বৈ করিস্সু পীবিদ্রে হায়না রারেপ তারম্মী। মরা অদুনা চহী ২ চপ্পা কুরআনগী য়াথং অমসুং সেক্সন ২ গী রারম মতুং ইন্না মাল্লবা

মগুংদা 'বি' গী হিংনবা পাম্বৈ পীদবনা 'বি' না মরা থাইনবগী ডিক্রী কংফম থোকই।

VIDE—[ Mt. Umat V. Talib AIR 1934 Lah. 301 ]

৩। মরা অদু চহী ৭ নত্রগা মতুদগী হেন্না ফাদোক তাবগী চৈরাক ফংগ্রবদা [ সেক্সন ২ (গ) ] ;

অদুম ওইনমক, ফাদোকী চৈরাক অদু অরোইবা ওইনা তাদ্রিবা ফাওবা ডিক্রী অদু জারিবা য়াদে।

৪। মরা অদুনা, মরম চাদনা, চহী ৩ চুপ্পা মরা অমনা তৌফম থোকপা মথৌ পাওথোকপা ডমত্রবদা [ সেক্সন ২ (ঘ) ] ;

৫। লুহোংবা মতমদা মরা অদু ফম্বী কংবা ওইরম্লবা অমস্বুং মতু ফগৎলক্রবদা। অদুম ওইনমক, মরা অদুনা কোর্টতা ব্রাকৎ পীদুনা হুকুম অমা তাহল্লগা হুকুম তাবদগী চহী ১ গী মনুংদা মতাক ফম্বী কংবা ফরে, অমস্বুং মরা অদুনা কোর্টপু অসিগুম্বা মতমগী মনুংদা থাজহনবা ডম্নগদি মরম অসিদা ডিক্রী তাবা য়াদে। [ সেক্সন ২ (ঙ) ] ;

৬। মরা অদু চহী ২ ফাওবা ডাগুরি-ফৈরি লৈরক্লবা (ফতির-উল-অক্ল), নত্রগা কুষ্ঠিনা নত্রগা কিনডাই ওইবা শাথীবা ঈশিং থোঙগী লায়না নারক্লবা [ সেক্সন ২ (চ) ] ;

৭। মতু অদুগী মপানা নত্রগা ডাকশেনবা মীওই অমনা, মতু অদুগী চহী ১৫ শুত্রিডৈদা লুহোংবিথিবা অদু, মতু অদুনা চহী ১৮ শুত্রিডৈদা য়ানিঙদবা উত্তুনা থাইননবা লাউথোক্লবদা ;

তৌবতবু, হকতিল্লবা তৌদনা লুহোংবা অদু মপুঙ ফাহনখিদ্রিবা ওইরবদা [ সেক্সন ২ (ছ) ] ;

খ্যার-উল-বুলুঘ ( মীওই ওরগা মনিঙ তৌজবা ) সব-সেক্সন অসিনা অরিবা মুসলিম রায়েল-পথাপকী নিয়ম হায়বদি— "মীওই ওরগা মনিঙ তৌজবগী নিয়ম" অসিবু শক খঙবি। আইন অসি পাস তৌদ্রিবৈদা, রায়েল পথাপকী মথাদা, মপানা নত্রগা মপুবোক্না লুহোংথোকপিপ্রবী মীওই ওদ্রিবী নুপীমচা অমনা মীওই ওরবদা লুহোং-বদু য়ানিঙদে হায়না খাইনবদা মপা নত্রগা মপুবোক অদুনা থৌওই-রাওইদন নত্রগা মাবু ফত্তসনু থনবা মওংদা লুহোংবদু পাঙথোকখি হায়বদু প্রমান তৌগদবনি। আইন অসি পাস তৌরবা মতুং ওইরগনা নুপী অদুনা—

ক) মহাকপু চহী ১৫ ওদ্রিবৈদা লুহোংথোকপিখি;

খ) মহাক্না মশাগী চহী ১৮ ওদ্রিবৈদা য়ানিঙদে হায়বা উত্তুনা লুহোংবদু খাইদোক্লখি;

গ) লুহোংবদু হকতিল্লদদুনা মপুঙ ফাহনখিদে হায়বশিংসিমক প্রমান তৌগদবনি।

৮। মরা অদুনা মতুবু শাথীবা শাজৎ ( ইত্রর ) চৎপিখি হায়বদি শাথীনা ওৎ-নৈবিখি, হায়বদি—

অ) মহৌশানা মাবু ফবা নত্রগা অদুগুম্বা শাজৎ অদুনা হকচাং শোক্ন তমথীনা তৌবিবা নত্রবা ফাওবদা মহাকী পুক্সিবু তমথীবা শাজৎ অদুনা হিংবদু য়াম্না রাহল্লবদা ;

আ) মরা অদুনা মিংচৎ ফত্তবী নুপীশিংগা তিল্লরবা নত্রগা ইকাইনিঙাই ওইরবা পুক্সি লেল্লবা; নত্রগা

ই) মত্‌ অতুবু ওক্তুবা লৌচং চংনবা নম্নবা; নত্রগা

ঈ) নুপী অতুগী মরন-মথুম য়োম্থোক-খোক্লোকপা তৌবা নত্রগা মত্‌বু মরন-মথুম অতুগী মথক্তা ফংফম থোকপা আইনগী হক লৈহন্দবা নত্রগা

উ) মত্‌ অতুনা মহাক্কী ধর্ম্মগী থৌরম ভাকচবদা নত্রগা চংচবদা থিংলবা, নত্রগা

ঊ) মত্‌ য়াম্না লোনবা মরা ওইরগনা মরা অতুনা কুরআনগী য়াথং মতুংইন্না অতৈ মত্‌দা চংপা লৌচংকুম্না মঙোন্দা চপমান্নবা লৌচং চংপিত্রবা [ সেক্সন ২ (জ) ],

৯। মুসলিম ব্রায়েল পথাপ্না শকথঙলবা লুহোংবা খাইনবা য়াই হায়না চংনরবা করিগুম্বা মরম অমদা, [ সেক্সন ২ (ঝ) ]।

ইকোন কোনবা মরম অসিদা 'জিয়ান', 'ইলা' অমসুং "জিহর" য়াওগনি। মরম্বু চারবসু নত্রগা মরম চাবা ইরৈ লৈত্রবক্তা ওবসু, মত্‌ অতুগী পূক্নিঙদা পোক্লকপা মরাগা মোং চান্দবা, পামজক্তুবা নত্রগা তূকচবা পোক্লকপা ভাক্তুনা মুসলিম ব্রায়েল পথাপকী মখাদা, লুহোংবা অমা খাইননবা য়াথং হেক্তা পীবা য়াদে। ব্রাকংলিবী মুসলিম নুপী অমনা মহাক্কী মরাবু তূকচবা হৌরকলে, অমসুং মতুনা মানা মরা অতুগা করিগুম্বা মওংদসু ঈংথনা অমদি নুংভাইনা লৈমিন্নবা ওইথোক্তে *হায়বা ভাক্তুনা কোর্টনা ইকোন কোনবগী মরমসিদা খাইনবগী ডিক্রী পীবা মতিক ওইদে।

---

* মফমসিদা "হায়বা" হায়বসি ইংরাজীদা "ফ্যাক্ট" হায়বনি। "ফ্যাক্ট" কী অর্থদি লেখকী "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ৩ য়েংউ।

মরাগা মোৎ চানদবা, অমদি মরাবু তুরুকচবা পোকপা হায়বসি ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা মতুনা মরা খাইননবগী য়ানরবা মরম নত্তে।

VIDE—[ Umar Bibi-Vs-Mohammad Din ( 1944 ) Lah 542 ]

## ইসলাম থাদোকপনা লুহোংবদা করি শোকপা (সেক্সন ৪)

লুহোংলবী মুসলিম নুপী অমনা ইসলাম থাদোকপদগী নত্রগা ইসলাম নত্তবা অতোপ্পা ধর্ম্মদা ওনবদগী লুহোংবা অদু মতোম্মতা কায়জবা নত্তে; অদুবু অসিগুম্বা থাদোকপা নত্রগা ওন্থোকপা অসিনা নুপী অদুনা মরমশিংগী মরক্তগী অমত্তং পল্লগা কোর্টকী খাইনবগী ডিক্রী ফংফম থোকপগী হক লৈ।

অতোপ্পা ধর্ম্মদগী ইসলাম ওল্লকপা অদুগা মহাক্কী হান্নগী ধর্ম্মদা অমুক হল্লিনখিবগী মতাংদি সেক্সন ৪ পানবা য়াদে। অদুগুম্না, হিন্দু লৈশাবী অমনা ইসলাম ওল্লুনা মুসলিম রায়েল পথাপকী মন্নুংদা লুহোংলগা নুপী অদুনা হিন্দু ধর্ম্মদা অমুক হল্লিল্লবদি, লুহোংবদু মশানা কায়জরে। অদুবু, মহাক্না হিন্দুদা অমুক হল্লিন্দনুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌরবদি লুহোংবদু কায়বা য়ারোই।

"মুসলিম লুহোংবা কায়নবগী আইন" লাক্লিন্দ্রৈঙদদি মতৈ-মনাও অনিগী মরক্তগী অমনা ইসলাম থাদোকপা হায়বসিনা, ইসলাম থাদোকপা অদু তিন্নদুনা লুহোংবা মপুঙ ফাহনল্লিরৈঙদবু ওইরবসু হকতিন্নদুনা মপুঙ ফাহনগ্রবা মতুংদবু ওইরবসু, মদুনা তশেংনা

লুহোংবদু কায়নৈ, মদু খ্ দক্তা চংনবা য়াই অমসুং অদু অমগী ডিক্রী তাবগী অমদি লুহোংবদু কায়নরে হায়না লাউথোকপগী মথৌ তাদে।

আইন অসি পাস তৌরবা মতুংদা সেক্সন ৪ গী মপান্না, লুহোংলবী মুসলিম নুপী অমনা ধর্ম্ম থাদোকপনা, লুহোংবা কায়নদে। সেক্সন অদুনা মতু অদুদা মরাগী মথক্তা সেক্সন ২ দগী খাইননবগী মরম অমা লৌরগা কোর্টতা রাকংপা য়ানবগী অপাম্বা খুঞ্জবা য়াই।

মরানা ইসলাম থাদোক্লবদি, ১৯৩৯ গী আইন পাস তৌরবা মতুংদসু, লুহোংবদু খ্ দক্তা পুমখাই খাইনগনি; মরমদি, সেক্সন ৪ দা পল্লিবসি লুহোংলবী মুসলিম নুপীগী রানি, নুপাগী রা নত্তে।

## লুহোংবা খাইনবা অমসুং ধর্ম্ম থাদোকপা

মুসলিম নুপা অমনা ইংলিশ নুপী অমা লণ্ডনগী রেজিষ্ট্রারগী আফিসতা পাঙথোকখিবা লুহোংবদু খৃষ্টান লুহোংবনি। খৃষ্টান লুহোংবদি, নুপা অমগা নুপী অমগা পুন্সিগী ওইনা, অতৈ মীওইগী নত্তনা, মবানি-তগী ওইনা মশা মশা য়াননা তিন্নবনি। মরম অদুনা নুপা অদুনা মহাক্কী নুপী অদু "ভারতকী লুহোংবা খাইনবা আইন" (The Indian Divorce Act 1869) গী মখাদা খাইনবা য়াই, অদুবু মহম্মদনগী খাইনবগী মওং অতৈদা খাইনবা য়ারোই।

অচেৎপা ইসলামগী রায়েল পথাপতা ধর্ম্ম থাদোক্রবা মপা অমনা অঙাং ওইরিবী মুসলিম মচানুপী অমবু মীওই অমগা লুহোংনবা করাড় তৌনবগী হক লৈতে। অদুবু নিয়ম অসি "ধর্ম্ম নিঙতম্বগী আইন, ১৮৫০" (The Freedom of Religion Act, 1850) না ককথংগ্রে;

আইন অসিদা অমুম্না ইরি মহুদি রায়েল পথাপ নত্রগা চৎনবী করিনসু কনাগুম্বা মশাগী ধর্ম্ম থাদোকখ্রবা মীওই অমগী হক নত্রগা লনথুম মৎপা য়ারোই।

**নৈনবা রাফম**— মুসলিম নুপা অমনা ইসলাম ওল্লবী জৈন নুপী অমা লূহোংলুরে। লুহোংঙ্ঙুনা লৈমিন্নরবা চহী ৫ শুরগা নুপী অদুনা ইসলাম থাদোক্লুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌরে। মরানা মতূগী মথক্তা মতৈ-মনাও তিন্নবগী হক ফংনবা কোর্ট্তা কেশ তৌরে। ইসলাম থাদোকপা অদুনা খাইনবা চিংলে হায়না নুপীনা খুমলে। নুপী অদুনা কেশ অদু ঙমগনি? মরম পীদুনা খুমউ।

**পাউখুম**— "মুসলিম লুহোংবা খাইনবগী আইন ( The Dissolution of Muslim Marriages Act 1939) গী সেক্সন ৪ গী মতুংইন্না লুহোংলবী মুসলিম নুপী অমনা ইসলাম থাদোকপনা খাইনবা চিংদে। নৈনরিবা রাফমসিগী মতুং ইন্না নুপী অদুনা খৃষ্টান ওন্দদুনা মশাগী হান্নগী জৈন ধর্ম্মদা হল্লিল্লগদি লূহোংবদু কায়নরমগদবনি। অদুবু নুপী অদুদি খৃষ্টান হায়বদি অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদা ওনখি। অদুনা লুহোংবদু কায়নদে। মরানা কেশ অদু ঙমগনি।

সেক্সন ৫ দা রারম অসিমসু পল্লি হায়বদি, মুসলিমগী রায়েল পথাপকী মথাদা লুহোংখ্রবী নুপী অমগী কুজমন ( মহর ) নত্রগা মহুগী শরুক খরা ফংবগী হক অদু লুহোংবা কায়নবা মতমদা মাঙলোই।

## আইন অসিনা মুসলিম নুপীশিংগী ফীভম ফগৎহনবা

আইন অসি পাস তৌখ্রিদ্রৈদা লুহোংলবী মুসলিম নুপী অমনা মথাগী মরমশিং অসিদা ফংফম থোকপা অরা কোর্টতাই ওইবা করিসু লৈরমদে—

১) মরাগী লৈফম থগুব্রবদা;
২) মরানা মতূ থাকপা ওমব্রবদা;
৩) লুহোংবা অন্তুগী মনুংদা তৌফম থোকপা মরানা পাঙথোকপা ওমব্রবদা;
৪) মরাবু চহী ৭ ফাদোক্কী চৈরাক পীব্রবদা;
৫) মরানা ডাওনা-ফৈনা চৎলবদা নত্রগা কুষ্ঠি থুংলবদা নত্রগা শাথীবা ঈশিং থোঙগী লায়নানা নারবদা;
৬) মপানা মচানুপী অন্তুবু মীওই শুদ্রিভৈদা লুহোংথোকপিব্রবদা;
৭) শাথীনা ৩৩-নৈবিরবদা।

অসিগুম্বা মতাং অসিদা লুহোংলবী নুপী অমনা লৌথৎপা য়াবা উপাইদি ধর্ম্ম থাদোকপনি। অনৌবা আইন অসিগী মপান্না লুহোংলবী নুপীনা মরমশিংসিগী অমদা কোর্টকী মপান্না থাইননবা দাবী তানবা ঙম্বগী হক ফংবা ঙম্বা ফাওবা কীবম ফগৎহনখ্রে; অদুগা আইন অসিনা থাইনরবী নুপী অমগী কুজমন (মহর) নত্রগা মতুগী শরুক থরা কঙ্গবস্তু ঙমলে।

# মরানা মতৈ-মনাও হঞ্জিন্নবগী হক তাল্লকপগী কেশতা ঙাকথোকচনবা মতূগী চৈঙাক

মতূ অমন মরম লৈতনা মতৈ-মনাওগী ওইবা হকতিম্নবা থাদোকথ্রবদা অমস্তুং মতৈ-মনাওগী ওইবা পাঙথোকফম থোকপা থৌরম থাদোকথ্রবদা মুসলিম মরা অমনা মতৈ-মনাওগী ওইবা ফংফম থোকপা হক্ হঞ্জিন্নবগীদমক্ কোর্টতা রাকৎপা য়াই।

## অনৌবা আইন থরদং

মথাগীশিং অসি মতূ অদুনা রাকৎ অদুদা ঙাকথোকচবা য়াবা আইন্না য়াৰবা মরম ৯ নি:—

১) লুহোংবগী মনুংদা মরানা মতূগীদমক্ তৌফম থোকপা হায়বদি চাকথাক পীবা, লৈফম পীবনচিংবা থক তৌত্রবদা।

২) খূদক্তা পীফম থোকপা কুজমন (মরজ্জাল) পীত্রবদা।

হকতিন্নদনা লুহোংবা মপূঙ ফাত্রিবৈদা থাবা দরখাস্ত ওইরগদি খূদক্তা পীফম থোকপা কুজমন পীদবা অসি য়াম্না মপূঙ ফাবা চৈঙাক অমনি; অদুগা হকতিন্নথবা মতুংদা থাবা ওইরগনা হঞ্জিন্নবগী ডিক্রী অদু খূদক্তা পীফম থোকপা কুজমন পীরগা হঞ্জিন্নবা য়াই হায়বা সর্ত হাপ্পা য়াই।

৩) মরানা মতূগী মফমদা ওৎ-নৈরিবা অদু অদুকী মতিক শাথিবনা মতূ অদু মরাগীদা হনবদা খুদোং থীবা লৈরবদা।

৪) মরানা মতূগী মফমদা চৎপা নমফূগী শাজৎনা মতূগী পুক্কিঙ-হকচাংদা খুদোং থীহল্লবদা নত্রগা অদুগুম্বা নমফূ অদু তৌবা য়াবগী অক্লিবা লৈরবদা।

৫) মরম চাদনা মন্না ঙাওনৈ হায়না মরাল শীরবদা (মরা ঙাওনৈ হায়বগী সাক্ষী লৈত্রবদা)।

৬) মরানা ধর্ম্ম থাদোকথ্রবদা।

৭) মরা অদু শাগৈ-জাতগী তাম্মোক্লবদা।

৮) লুহোংবা অদু নিয়ম কায়রবদা। অমস্তুং

৯) মীওই শুরগা মতূনা মনিঙ তৌজদুনা লুহোংবা কায়নরবদা।

# খাইনরগা ওইবা আইনগী ফীভম

মখাগীশিং অসি মুসলিম লুহোংবা খাইনরগা ওইবা ফীবমশিংনি :—

**১) অতোপ্পা মীওই অমগা লুহোংবা কড়ার তৌনবা য়াবগী হক—** হকতিন্নবা তৌদনা লুহোংবা মপুঙ ফাহনখিরগদি মতূনা ইদ্দত ফম্বগী দরকার লৈতে। মতূ অদু খুদক্তা মুপা অমদা লুহোংখিবা য়াই।

হায়বদি, হকতিন্নদুনা লুহোংবা অদু মপুঙ ফাহনখ্রগদি (দুখুল তৌখ্রগদি) মতূনা খাইনবগী ইদ্দত ফমগনি। মদুগী মতমদি খাগী খোঙকাপ (হৈজ) ৩ শুগদবনি। মীরোনবা নত্তনা মরম অতৈনা হৈজ উত্রবদি মপুঙ ফাবা থা ৩ চুপ্পা ইদ্দত ফমগনি। খাইনবা মুমিত্তা মীরোল্লবদি, অঙাং পোক্তিবা ফাওবা নত্রগা থাবুম ৩ গী মতম, অনিগী মরক্তা হেন্না শাংবা অমা, ইদ্দত ফমগনি।

**২) চাকথাক পীবা :—** ইদ্দত ফমলিঙৈদা মরানা মতূগী চাক থাক পীফম থোকই। খাইনবগী পাউদু মতূগী মকমদা য়ৌজ্রিবা ওইরগদি, পাউ অদু য়ৌজ্রিবা ফাওবা ইদ্দত ফম্বগী মতম লাম্বোক্লবা ফাওবদা মতূ অদুনা চাকথাক ফংবগী হক লৈ।

**৩) কুজমন (মহর) :—**

ক) খুদক্তা পীফম থোকপা কুজমন (মুরজ্জাল) ওইরবসু, কোম্না পীবা কুজমন (মুআজ্জাল) ওইরবসু, লুহোংবদু হকতিন্নদুনা মপুঙ ফাহনখ্রবদি মতূনা কংজ্রিবা কুজমন পুন্না ফংফম থোকপগী হক লৈ।

খ) লুহোংবদু হকতিন্নবা তৌদনা মপুঙ ফাহনখিজ্রবদি মতূনা তাংদাংবা তাক্লবা কুজমনগী তংখাইতমক ফংফম থোকই।

খুদক্তা পীক্ষম থোকপা কুজমন্না হৌজিকমক্ পীগনি; কোন্না পীক্ষম থোকপা কুজমনস্তু পীক্ষম থোকলে।

**৪) মতৈ-মনাও অমগা অমগা স্বত্তঃ ফংনবগী হক :—** খাইনবা অদু ককথৎপা য়াত্রবদা, মতৈ-মনাও অমগা অমগগী স্বত্তঃ ফংনবগী হক অদুস্তু লৈত্রে। মতাং অসিদা নিয়ম ইন্দবা মরম অমা লৈ, মদুদি— নাতুনা শিরমদাইদা খাইনবদা ( মর্জ-উল-মৌত ) মতূগী স্বত্তঃ ফংবগী হক অদু ইদ্দত ফম্বা মতম কাওবতমক লৈগনি।

**৫) খাইনখ্রবী মতুগা অমুক লুহোংবা—** "তলাক" ৩ লক লাউথোক্লুনা খাইনবা নত্রগদি মতূনা ইদ্দত ফম্বা লোইরগা মরাগা মতুগা অমুক লুহোংবা য়াই। "তলাক" অহুমলক লাউথোকপা ওইরগদি মবানি অমুক লুহোংত্রিগৈদা, অতোপ্পা নুপা অমনা মরক অদুদা মতূ অদু লূহোংতুনা লৌরম্নগা খাইনখিবা ওইগদবনি। লুহোংবা অদুস্তু দখল তৌখিবা হায়বদি হকতিন্নখিবা ওইগদবনি।

মসিগী মতাংদা বোম্বেগী কেশ অমত্তং য়েংসি কেশ অসিদা, হনাফি মুসলমান অমনা মহাক্কী মতুবু "তলাক" ৩ লক লাউথোক-তুনা খাইনরে। মতুংদা মহাক্না মতূ অদু অমুক লুহোংলে। মদুদা বোম্বে হায়কোর্টনা অস্নুম্না তাখি— মতূ অদুনা অতোপ্পা নুপাগা লুহোংতুনা হকতিন্নরগা লুহোংবদু মপুঙ ফাগ্রগা (দখল তৌগ্রগা) অমুক খাইনবা নত্রগাদি, মহাক্না হান্না লৌরম্বা মুপীগা অমুক লুহোংবদু চৎনবা য়াদে। অসিগুম্না অতোপ্পা নিপা অমগা লুহোংখিবা, হকতিন্নখিবা অমস্তুং খাইনখিবগী প্রমান লৈত্রগদি, অমুক নৌনা মতৈ-মনাও অনি লুহোংখি হায়না লৌবা য়াদে। অদুম্না খাইনগ্রগা তিন্নদুনা পোকপা মচাশিংদু হরামী ( লান্নদুনা পোকপা ) মচাশিংনি, অমস্তুং মরম অদুনা মপাদগী স্বত্তঃ ফংক্ষম থোকপা হক লৈতে।

VIDE—[Rashid Ahmed V. Anisa Khatun (1932) 34 Bom. L.R. 475 P.C. 59 I.A. 21]

**নৈনবা ৱাফম—** হনাক্ষি মুসলিম অমনা মহাক্কী মতু্বু মতম অমুক্তদা "তলাক" ও লক্ লাউথোক্লুনা, "ঐনা নঙবু খাইনরবনি", "ঐনা নঙবু খাইনরবনি" অমসুং "ঐনা নঙবু খাইনরবনি" হায়না খাইনরে। মতৈ-মনাও অনিস্থু মতুংদা অমুক্ লৈমিন্নহুনা মচা মঙা পোকলে। মপা অদু শিরবা মতুংদা মহাক্কী সম্পত্তিগী মথক্তা মচাশিং অদুগী হক করি লৈবগে?

**পাউখুম—** মথক্কী Rashid Ahmed V. Anisa Khatun গী কেশ য়েংউ।

## খাইনরবা মতুংদা মতৈ-মনাওগী হক্ অমসুং তৌফম থোকপা

**১। খাইনবা অদু ককথৎপা য়াদবা ওইদ্রিবা ফাওবা—**

**ক)** মরানা খাইনবা অদু ককথৎপা য়াই; অমসুং **খ)** মতৈ মনাও অনিমক্ অমগা অমগা স্বতঃ ফংমিন্নবা য়াবা ওই।

**খাইনবা অদু ককথৎপা য়াদবা ওইরবা মতুংদা—** মত্ অদুনা অতোপ্পা মরা অমগা মথাগী মওংদা লুহোংবা য়াই:—

অ) হান্নগী মরাগা লুহোংখিবা অদু হকতিন্নখিদবনা মপুঙ ফাহনখিজগদি, খ্দক্তা লুহোংবা:

আ) হান্নগী মরাগা লুহোংখিবা অদু হকতিন্নহনা মপুঙ ফাহন-প্রগদি, ইদ্দত ফন্নবা মতুংদা লুহোংবা।

২। লুহোংবা নুমিত্তা নুপা অমগী থাইনরবী মত অমগা থানা মত মরি লৈরমলগদি— মথাগী মওংদা নুপা অদুনা অতোপ্পা নুপী অমগা অমুক্কা লুহোংবা য়াই:—

অ) থাইনরবী নুপীগা লুহোংখিবদু হকতিন্নখিবা তৌদনা মপুঙ ফারমদ্রগদি, খুদক্তা; নত্রগা

আ) থাইনরী নুপীগা লুহোংখিবদু হকতিন্নহনা মপুঙ ফারমলগদি নুপীসিনা ইদ্দত ফম্বা লোইরবদা।

৩। মতু অদুনা ইদ্দত ফমলিঙৈদা নত্রগা থাইনবদু মরাদগী পাউ য়ৌদ্রিবফাওবা অনি অসিগী মরক্তগী হেন্না শাংবা মতম অমা য়ৌদ্রিবা ফাওবা, মহাক চাকথাক ফংফম থোকই।

৪। থাইনথ্রবী মতগা হকতিন্নবা রায়েল পথাপ্পা য়াদে অমসুং অসিগুম্না হকতিন্নবদুদগী পোক্লকপা মচাশিংদু হরামী (লান্নহনা পোকপা) মচাশিংনি, অদুনা মথোয়গী মপা ওইবা আইনগী থোঙদা য়াবিফম থোক্কে।

৫। ইদ্দত ফম্বা হেক লোইবগা মতৈ-মনাও অনিদুগী অমনা অমগী স্বত্ত: ফংনবগী মরী তৎনৈ। ১) "তলাক" অদু মরানা নাদুনা শিরমদাইদা লাউথোকলম্নবা ওইরগতদা; অমদি ২) মতনা হায়জবদগী থাইনবা নত্রগতদা স্বত্ত: ফংবগী হক অদু ইদ্দত ফমলিবা মথৈ চথগনি।

৬। মতনা মথাগী মওংদা খুদক্তা কুজমন ফংফম থোকপা লৈ:-

অনৌবা আইন খরদং

ক) লুহোংবদু হকতিন্নদুনা মপুঙ ফাগ্রগদি পীত্রিবা কুজমন (মহুর) প্নমক;

খ) লুহোংবদু হকতিন্নত্রিবগী মপুঙ ফাত্রিবা ওইরগদি তাংদাংবা কুজমনগী তংখাই [নত্রগা কুজমনগী তাংদাংবা মমল পল্লমত্রগদি ফিজ্জেৎ মখল অহুম]।

৭। ইদ্দত ফমলিউঁদা নত্রগা ইদ্দত ফম্বা লোইরগা খাইনগ্রবা মতৈ-মনাও অমুক নৌনা লুহোংবদু চৎনবা য়াদবমক নত্রগম্ভু মখাগী নিয়ম অনিসি ইন্দ্রগদি নিয়ম কায়:—

ক) খাইনগ্রবী মতুনা খাইনরবা মতুংদা অতোপ্পা মুপা অমদা লুহোংলুত্রিবা ওইরগদি; অমস্থুং

খ) কোন্নগী নিপাসিগা হকতিন্নরবা মতুংদা শিখিবা নত্রগা নিপাসিনা তশেংনা নুপীদুগা হকতিন্নদুনা লুহোংবা মপুঙ ফাহল্লমগা খাইনবা নত্রগদি।

## খাইননবগী মতাংদা সুন্নি অমসুং শিয়া ব্রায়েল-পথাপকী খেন্নবা

### ১) শিয়াগী ব্রায়েল-পথাপ:—

ক) মতিক চাবা সাক্ষী অনিগী মমাঙদা তলাক অদু চীন্না লাউথোকপা য়াই। মরা অদুনা মচীন্না হায়দোকপা ঙমদবা নত্রগদি অইবনা পীবা "তলাক" চৎনবা য়াদে।

খ) *তলাক-উল-বিদ্দত চৎনদে।

গ) য়ু থকে হায়না থকচিল্লগা নত্রগা তলাক লাউথোকলিবা মীওইনা মপাবু পেন্নবা লাউথোকপা মীওই অতৈগী থৌইনশিন য়াওবা "তলাক" চৎনদে।

## ২। সুন্নিগী ব্রায়েল-পথাপ—

ক) সুন্নিগী ব্রায়েল-পথাপকীদি "তলাক" ইতুনা পীবা নত্রগা মীতুৎশিনবা মীনা হায়হনবা য়াই। খ) "তলাক-উল-বিদ্দত" অসি পাম্নত্রবসু চৎপদি চৎনৈ; গ) মীগী ঈথিন্দগী নত্রগা য়ু ভাওগে হায়বা য়াওনা ভাওতুনা, নত্রগা "তলাক" লাউথোকলিবা মীওইগী মপানা পেন্নবা মওংদা লাউথোকপা "তলাক" চৎনৈ।

# মপা ওইবা য়াবিবা

**হলালী মচানি (ব্রায়েল-পথাপ্তা য়ানা পোকপা মচানি) হায়না লৌবা য়াবা—** ইসলামগী ব্রায়েল পথাপ্তা হলালী মচানি হায়না লৌবা য়াবদি মথাগী অসিনি:—

ক) লুহোংবা মতুং থা ৬ শুদনা পোকপা অঙাং হরামী মচানি। মসি "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন"গী সেক্সন ১১২ গা পুম্নখেন খেন্নরে। মতুংদদি লুহোংবা মতুং নোংমা লৈরগা পোকপা মচাসু হলালী মচা ওইহল্লি।

খ) লুহোংবা মতুং থা ৬ কী মতুংদা পোকপা মচাত্থ মপানি হায়রিবা অত্তুনা ইস্তোক্কুগদি হলালী মচানি হায়না লৌগনি।

* মসি মথক্তা নৈনখ্রে।

গ) লুহোংবা কায়নরবা মতুং চহী ২ গী মনুংদা পোকপা মচাশিং মপা অমুনা ইম্বোকপা তৌরগদি আইন্না য়াবা মচানি। (মসি শিয়াগী রায়েল পথাপ মনুংদদি থা তরা ওই)।

## মপা ওইবা করিনো ?

"মপা ওইবা" হায়বসি মপা অমুগা মাগী মচা অমুগা আইনগী থোঙদা মরী লৈনবা অমুনি। মচা অমগী "মপা ওইবগী" মরী শাগৎপদা মচা অমু চৎনবা য়াবা লুহোংবা অমনা ওইরবসু "নিয়ম-কায়বা" লুহোংবা অমনা ওইরবসু লৌনরিবা মমা-মপা অনি অমুনা পোকপা অমুবুনি।

**মপা ওইবা য়াবিনবগীদমক্তি—**

১) মমা-মপা অনিমুগী লুহোংখিবগী করিগুম্বা অপাম্বা প্রমান লৈত্রগসু মবানিমু লৌনবা য়াবা ওইগদবনি অমসুং মচামু মতম শাংনা তম্না হকতিন্নমুনা পোকখিবা ওইগদবনি; নত্রগা

২) রায়েল-পথাপ্না নত্রগা আইন্না য়ানা লুহোংবা অমগী মনুংদা পোকখিবা মপানা য়াবা মচা ওইগদবনি.

## "মপা ওইবা" য়াবিবা করিনো ?

মচা অমগী মপাগী ওইরিবা "পা-মওই" ( Paternity ) হায়বদি, আইন্না য়ানা মপাদগী থাওথরকপা মচামুগী "পা-মরী" ( Legitimate descent ) অমু মমা-মপা অনিমুগী লুহোংবা প্রমান তৌরগা মতমমুদা

মচা অহু মীরোনখি নত্রগা পোকখি হায়বা ঙাক্তনা ওইবা য়াদে; অসিগুম্বা লুহোংবা অমসুং "আইন্না য়াবা পা-মরী" অহু মপা অহুনা য়াবা তাই।

"য়াবা" হায়বসি রাহৈনা হায়দোক্তবসু য়াই। হায়বদি, মীওই অমনা অতোপ্পা মীওই অমবু মহৌশানা ফোংনা মহাক্কী আইন্না য়াবা মচানি হায়না লোয়নরম্বা অহুনা য়ারে। প্রিভি কাউন্সিলগী কেশ অমদা অসুম্না তাখি—মচানি হায়না রাহৈনা ফোঙদোকপগী প্রমান চঙদে; অহুবু মুসলিম অমনা মীওই থরবু মচাশিংনি হায়না লোয়নরম্নবদি মখোয়শিংহু মহাক্কী হলাল ( আইন্না য়ানা পোকপা ) মচানি হায়না লৌগনি।

VIDE—[ Muhammad Azmat V. Lalli Begum (1881)
9 IA 8.

চৎনবা য়াবা লুহোংবা অমগী মক্তৈ-মনাও লৈমিন্নরিঙৈদা পোকপা মচাগী নত্রগা খাইনরবসু, মুপী অহুনা অমুক অতোপ্পদা লুহোংব্রিঙৈদা কায়নরবা মতুং মুমিৎ ২৮০ নিগী মনুংদা পোকপা মচাগী মপাদি লুহোংখিবা মুপা অহুনি।

মুপী অমনা মচা অমা পোক্লবদি—চৎনবা য়াবা লুহোংবগী মনুংদা পোক্লবসু, নিয়ম কায়রবা লুহোংবগী মনুংদা পোক্লবসু, নত্রগা মরুস্বী ( জিনা ) অমা ওইনা নত্রগা ( পুংগা পুতুনা ) পোক্লবসু নত্রগা মরা ভাঙনহুনা পোক্লবসু মহু মাগী মচানি।

**মচানি হায়না য়াবনা রায়েল-পথাপ্পা য়ানা পোকপা মচা ওইবগী ধর্ম্ম পাউতাক্কী নিয়মনি**— মচানি হায়না য়ারসি, ইসলামগী

অনৌবা আইন থরম্বং

রায়েল পথাপ্তা, আইন্না য়ানা পোকপা মচা ওইবগী, অমদি মমাগী লুহোংবদুগী আইন্না য়াবা লুহোংবনি হায়বগী প্রমাননি। মুসলিমগী লুহোংবদি ধর্ম্ম থৌরম য়াওদনা হোঙবা য়াবনা লুহোংবা অমা লৈখি হায়বসি অকোংবা প্রমানগী রানি। অদুমকপু অপান্নবা প্রমান ফংজ্রবসু, নাকোইনবা প্রমান্দগী লুহোংখি হায়বা থাজবা য়াই। খুদম ওইনা, আইন্না য়ানা পোকখিবা ( হলাল ) মচানি হায়না য়াবসি আইন্না য়ানা পাঙথোকখিবা লুহোংবনি হায়না য়াবগী নাকোইনবা প্রমাননি।

অদুগুম্না করিগুম্বা অকক্নবা সর্ত্ত থরদা, মুসলিম নুপা অমনা অঙাং অমা হলাল ( আইন্না য়াবা ) মচানি হায়না য়ারবদি, অঙাং অদুগী মপা কনানো হায়বা থঙলে। লুহোংগ্রে হায়রিবা থৌদোক্ অমগী অরেপ্পা খঙজ্রবদা মথক্কী ধর্ম্ম পাউত্তাকসি শীজিন্নৈ। অদুবু হরামী ( লান্নবা ) মচা অমবু হলালী ( আইন্না য়ানা পোকপা ) মচা ওইহন্নবা ধর্ম্ম পাউত্তাকসি শীজিন্নবদি য়াদে। মচানি হায়না য়াদুনা হলাল ( আইন্না য়ানা পোকপা ) মচা ওইবগী ধর্ম্ম পাউত্তাকসি আইন্না য়ানা তশেংনা পোকখি হায়রবতদা শীজিন্নৈ; অমসুং অসিগুম্না মচানি হায়বা য়াবগী পাঙ্গলতনা হলাল মচানি হায়বদু লৌবা য়াই।

**চৎনবা য়াবা মওংদা আইন্না য়ানা পোকপা মচানি হায়না য়াবগী সর্ত্তশিং**— ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা অঙাং অমবু হলাল ( আইন্না য়ানা পোকপা ) মচানি হায়বা য়ানবগী ( কুবুল তৌনবগী ) থোইদোকপা চৎনবী লৈ। মুসলিম নুপা অমনা মুসলিম অঙাং অমা মাগী হলাল ( আইন্না য়াবা ) মচানি হায়না ফোংনা হায়দোক্লগদি, নত্রগা মচানি হায়না য়াবগুম্না লোয়নরবদি, তৌবতবু মথাগী সর্ত্ত ৭ অসি থুংলগদি, নুপা অদু অঙাং অদুগী মপানি হায়না লৌগনি :—

অনৌবা আইন থরদং

১) য়ারিবা মুপাদু আইনগী মতুং ইন্না চৎনবা য়াবা করাড় তৌনবা ওন্বা মীওই ওইগদবনি; হায়বদি, "ফত্তির-উল-অকল" ওইরোইদবনি।

২) য়ারিবা অদু চুম্নতা মচা অমা ওইনা য়াবা নত্তনা হলাল (আইন্না য়ানা পোকপা) মচা অমা ওইনা য়াগদবনি।

৩) য়ারিবা মপাগা মচানি হায়রিবা অঙাংগা মপা মচা ওইবা য়াবগী চহী মশীং খেন্নগনি; হায়বদি, য়ারিবা মপানা মচা অদুদগী য়ামদ্রবদা চহী ১২ মথায় হনগদবনি।

৪) য়াগদৌরিবা অঙাংদু মুসলিম রায়েল পথাপকী মতুংইন্না চৈরাক পীবা য়াবা হায়বদি, মরা ওাঙনদুনা, নত্রগা নকুবা মরী মতা থোকপা মুপীগা (হরমত-আল-মুসাশারা নত্রগা হরমত-আল-নাসব হকতিন্নদুনা নত্রগা মকুন্বী ওইনা (পুংগা পুদুনা) পোকপা অঙাং ওইরোইদবনি।

৫) য়াগদৌরিবা অঙাং অদুগী মমা মপা অদু খঙদবা ওইরোই-দবনি; হায়বদি, অঙাং অদুগী মপা অদু কনাগুম্বা মীওই অমগীনি হায়না খঙগদবনি।

৬) য়াগদৌরিবা অঙাং মশামক্তা য়ারিবা মপা অদু, মপানি হায়না থাজগদবনি অমসুং অঙাং অদুনা য়াবিবা অদু চুমই হায়গদবনি (হায়রিবা সর্ত্ত অসিমদি অঙাং অদুনা মশা ঈৎপা ওম্বা য়োনা ভাব তাজরবতদা ওইকম থোকই) হায়বদি অঙাং অদুনা খন্দোকপা ওম্বগী লৌশিং শীক্তিন্নবা ওম্বা চহী মতাং য়ৌরগতা অঙাংগী পুক্তিঙ লৌগনি।

৭) য়ারিবা মীওইদু য়াগদৌরিবা অঙাংদু পোকপা মতমদা অঙাংদুগী, আইন্না য়ানা লৌবা মমাগী মরা ওইফম থোকদবনি। অদুগুম্বা মুপা অদুগা অঙাং অদুগী মমাগা লুহোংখি হায়বগী অপাম্নবা প্রমান লৈত্রবা নত্রগা মবানি লুহোংপ্রবমু, মদু চৎনবা য়াদবা ওইরমগনি

হায়রবা, অদু ওইরগদি, কনা চেৎনা য়াবিদুনসু, য়াবিবা অদুনা হলাল ( রায়েল পথাপ্তা য়ানা পোকপা ) মচানি হায়না লৌবা য়াবা প্রমাণ লৈতে।

VIDE—[ Rashid Ahmed V. Anisa Khatun (1932) 34 L.R. 475 P.C. 59 I.A. 21 ].

## মচা য়াবিবগী ফল

মথক্তা পনখ্রিবা সর্ত্ত পূয়মকসি থুংলবদি, মতুগী মহৈঃ ওইনা নুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু, য়াবিখ্রিবা মচা অদু য়াবিরিবা মপাগী আইন্না য়ানা পোকপা মচা ওইগনি অমসুং মহাক্কী মমাগা য়াবিরিবা মপা অদুগগী লুহোংবা অদু, প্রমাণ্না ককথিত্রগদি, পাওথোকখি হায়না লৌগনি।

VIDE—[ Syed Habibur V. Syed Altaf, 83. Bom L.R. 636 P.C. ]

অদুগা অসিমসু খণ্ডজিনকম থোকই হায়বদি মচা অদুবু অমুক্তং য়াবিগ্রবদি য়াবিবা অদু অমুক ককথৎপা য়াত্রে।

**লৈনবা রাকম অহানবা ঃ—** মুহম্মদনা অহানবদা মারিয়মবু লুহোংলে; অদুদগী মারিয়মগী মচেগী মচানুপী চান্দবিবিবু মহাক্কী অহানবা মরানা থাইনবা মতুং হাপ্তা অমগী মসুংদা লুহোংছুনা লৌরে। মুহম্মদনা লুহোংবা মতুং থা অমগী মতুংদা চান্দবিবি মচা অমা পোক্লে। চান্দবিবিগী অনিশুবা লুহোংবদু কয়াম্না চৎনবা য়াবা অমসুং মহাক্কী মচা অদুগী মপা কনানো হায়উ।

**পাউখুম—** চান্দবিবিগী অনিশুবা লুহোংবসি নিয়ম কায়। অদুগা নত্তনা, ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা লুহোংবা মতুং থা ৬ কী মনুংদা পোকপা অঙাং হরামী মচানি। অদুনা মুহম্মদকা লুহোংবা মতুং থা অমগী মতুংদা পোকপা চান্দবিবিগী মচা হরামী মচানি।

VIDE— Mussammat Kaniza V. Hasan I Luck 71.

**নৈনবা রাফম অনিশুবা—** খৃষ্টকুম ১৯৪৭ তগী ইব্রাহিমগা লৈমিন্নরকপা ফতিমাদু খৃষ্টকুম ১৯৫০ দা লন-থুম থরগা হরামী মচা থরগা থনম্মগা শিগ্রে। ফতিমাগী চহী ১৫ শুবা মচানুপা য়ুসুফ অদু ইব্রাহিমনা মচানি হায়না য়ারে। ফতিমা অদু ইব্রাহিমগা লৈমিন্নরমলবসু অতোপ্পনা লুহোংদুনা লৌরগা থাইনখিল্লিবী নুপীনি। মরাদুসু হিংলি। য়ুসুফনা ইব্রাবিমগী স্বত্তঃ ফংকম থোকপা মীওইশিংদগী মহাকীসু ফংকম থোকপা শরুক তাল্লি। মহাক ফংগদ্রা ?

**পাউখুম—** ফতিমাসি ইব্রাহিমনা লোল্লা থম্মবা মরুপীনি। মরম অদুনা, ইব্রাহিমনা য়ুসুফপু মচানি হায়না য়াবদু চৎনবা য়াদে, অদুনা ইব্রাহিমগী অতৈ স্বত্তঃ ফংকম থোকপা মীওইশিংদগী তাল্লিবা য়ুসুফকী শরুক্তু ফংকম থোক্কে।

**মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপসি মুসলিম রায়েল-পথাপ্তা য়াদে—**মুসলিম রায়েল পথাপ্তা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা য়াবা আইন লৈতে। হিন্দুদগী ইসলাম ওল্লকপা মীওইনসু মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা য়াদে। অদুগুম্না 'বি' কৌবা বোম্বেগী হিন্দু অমা হিন্দু ধর্ম্ম থাদোক্লগা ইসলাম লৌরম্মী। মহাকী মচা নুপা লৈতবনা 'এ' কৌবা নুপামচা অমা য়োকখি। অদুদগী 'বি' শিগ্রে।

'বি' না মচা ওইনা য়োকখিবা 'এ' না 'বি' গী লন-থুম কংনবগী হক পুম্বা তাল্লম্মী। মসিদা 'এ' মায়থীরে; মরমদি, মুসলিম রায়েল পথাপ্তা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপগী আইন লৈতে।

# "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ১১২ গী মখাদা আইন্না য়ানা পোকপা মচানি হায়বা চুমই হায়না লৌবা

"ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ১১২ দা মখাগী অসুম্না ইরি :—

"**মুম পান্নরিঙৈদা পোকপা মচাদি আইন্না য়ানা পোকপা মচানি হায়বগী রায়োই প্রমাননি** — কনাগুম্বা মীওই অমা, মাগী মমাগা কনাগুম্বা নিপা অমগা আইন্না য়াবা মওংদা লুহোংহুনা লৈমিন্নরিঙৈদা, নত্রগা কায়নরবসু মমানা অতোপ্পদা লুহোংদনা লৈরিঙৈ সুমিৎ ২৮০ নিগী মনুংদা পোকখি হায়বগী *ক্যাক্ট অদু লুহোংবগী মনুংদা পান্নরিবা পার্টি অনি অদুনা মীওই অদু পোকপা য়াই হায়বা মতমগী মনুংদা মবানি মরী লৈনখিদে হায়বা উৎপা ওমত্রগদি, নিপা অদুগী আইন্না য়ানা পোকপা মচানি হায়বগী রায়োই প্রমান্নি।"

মথক্কী সেক্সন অসিগী মনুংদা চুমই হায়না লৌবা য়াবসি লুহোংলবা মতৈ-মনাও অমগী মচাতবুনি। লুহোংবা মতুং কয়া থুনা

---

* "ক্যাক্ট" কী অর্থদি "ভারত সাক্ষী সাবোন আইন" গী সেক্সন ৩ য়েংউ।

মচা অদু পোক্পগে হায়বা থিনরোই; আইন্না য়ানা পোকপা মচানি হায়বদু রারোই প্রমান অদুম লৈরে। অদুম ওইনমক্ মন্না অদুনা মতু অদু মচা পোক্লিবা ফাওবা হকতিন্নখিদে হায়বা উৎপা ওন্নবদি সেক্সন ১১২ গী চুমই লৌবা য়াবা প্রমান অসি শীজিন্নরোই। নুপী অদু মতু ওইদদুনা মরুপ্তী অমা ওইরম্লগদি সেক্সন অসিগী নিয়ম অসি থুগায়বা য়াই।

# অঙাং ঙাকশেনবা মীওই

**চহী কয়াদা অঙাং অমা মীওই শুবগে—**

হান্নগী মুসলিম রায়েল পথাপুদি মীওই শুবা অমস্থুং মশা ঈৎপা ওমজবগী চহী মতাংসি ওস্থোক-ওনশিন য়ারম্মী, অমস্থুং অঙাং অমনা মশাগী সম্পত্তিগী দায়ী লৌবা ওস্বসি মীওই শুবা মতমদা ওইরম্মী। স্থুন্নি অমস্থুং শিয়াশিংগী মরক্তদি অঙাংগী ১৫ শুবা চহীদা মীওই শুরে হায়না লৌনৈ। অদুবু হৌজিক্তি লুহোংবা, কুজমন পীবা অমস্থুং খাইনবা নত্তনা মুসলিমশিংস্থু "ভারতকী মীওইশিংগী চহী শুবগী আইন ১৮৭৫" ( The Indian Majority Act, 1875 ) চৎনরে। আইন অসিগী মখাদা, অঙাং মশাগী নত্রগা অঙাংগী সম্পত্তিগী নত্রগা অনিমক্কী অঙাং ঙাকশেনবা মীওই হাপথ্রবা নত্রগা করিগুম্বা কোর্ট ওক জষ্টিশনা অঙাং অদুগী চহী ১৮ শুত্রিদ্রৈদা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই খল্লে হায়না লাউথোকথ্রবা অঙাং থুদিংমক্ নত্রগা অঙাং অদুগী চহী ১৮ শুত্রিদ্রৈদা সম্পত্তি অদু কোর্ট ওক রোর্ডজনা য়েংশিনবা তারে হায়না লৌশিনথ্রবদি অঙাং অদুগী চহী ২১ শুবা মতমদা মশাগী চহী শুরে হায়না লৌগনি। ভারত্তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈথ্রবা মী-ওইশিংগী চহীস্থু চহী ১৮ শুবদা মথোয়গী চহী শুরে হায়না লৌগনি।

# অঙাং ঙাকশেনবা মীওইশিংগী (রালি)

## মখল

মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই মখল মরি শুই :—

১) লুহোংবদা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই (জবর);

২) অঙাং শেন্নবা অমসুং মহৈ-মশিং তম্বীবদা য়েংশিন্নবা ঙাকশেনবা মীওই (হিজানত);

৩। অঙাংগী সম্পত্তি ঙাকশেন্নবা মীওই (রালি); অমসুং

৪) উইলনা থন্দোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই (রালি)।

**১) লুহোংবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই (জবর)** — মসি মথক্তা লৈনখ্রে।

**২) অঙাং শেন্নবা অমসুং মহৈ-মশিং তম্বীবদা য়েংশিন্নবা ঙাকশেনবা মীওই (হিজানত)**— "হিজানত" ওইবা মাবা মীওই মখল অহুমদগী ওইবা য়াই। মহুদি :—

ক) অঙাং মমা অমসুং মমাগী মরী মতাশিং;

খ) অঙাং মপা অমসুং মপাগী মরী মতাশিং অমসুং

গ) মরা।

**ক) অঙাং মমা অমসুং মমাগী মরী-মতাশিং** — অঙাং নুপামচা অমগী চহী ৭ শুন্রিবা ফাওবগী অঙাং নুপীমচা অমগী মীওই শুন্রিবা ফাওবগী ঙাকশেনবগী অমসুং শেন্নবগী অহানবদা মমাগীনি। মমানা মচা শেন্নবগী হক অসি মরাগা থাইনথ্রবা ফাওবদা লৈ।

VIDE— [ Enamul Haque V. Bibi Taimunnisa (1967) A.P. 344 ].

মমানা ঙমজগা মখাগী মমাগী মরী মতাশিংনা মথং মথং ওইনা য়েংশিনগনি :—

অ) মমাগী মমা রাংবমথৈ কারবস্মু;

আ) মপাগী মমা ( রাংবমথৈ কারবস্ত );

ই) পোকমিন্নবা মচে-মনাও-মচন;

ঈ) শাইরুক তিন্নবা মচে-মনাও-মচন;

উ) ঈ নরুবা মচে-মনাও-মচন;

ঊ) পোকমিন্নবা মচে-মনাও-মচনগী মচা নুপী;

ঋ) শাইরুকতিন্নবা মচে-মনাও-মচনগী মচা নুপী;

ঌ) ঈ-নরুবা মচে-মনাও-মচনগী মচা নুপী

**হরামী মচাশিং শেন্নবা** — হরামী মচাদি মমানা শেন্নফম থোকই। মমানা ঙমজবদি, মমাগী মরী-মতাশিংগী মথক্তা তাই।

**শিয়াগী রায়েল পথাপ** — শিয়াগী রায়েল পথাপকী মখাদা মমানা মচা নুপাবু চহী ২ ফাওবা য়েংফম থোকই। অদুগা মচানুপীবু মমানা চহী ৭ শুজিবা ফাওবা য়েংফম থোকই।

**মুসলিম নুপী অমগী অঙাং ওইরিবা মচা শেন্নবগী হক করঘা মতমদা মাঙবা —**

মখাগী মওংদা মুসলিম নুপী অমগী অঙাং ওইরিবা মচা শেন্নবগী হক মাঙই :—

**অ) মহাক মরমচৎ চুমজবদা নত্রগা তমথীবা শাক্রৎ চৎজবদা; নত্রগা**

আ) নুপী অদুনা অঙাং অদুগী মরী নত্তবা লৌনবা য়াদবা মীওইগা লুহোংলবদা; নত্রগা

ই) মহাক্না অঙাং অদুবু চেকশিন্না য়েংবিত্রবদা।

**মুসলিম নুপীনা ইসলাম থাদোকপগী ফল** — য়াম্না চেকশিনবা ইসলামগী রায়েল পথাপকী মতুং ইন্নদি, ইসলাম থাদোকপ্রবী নুপীদি ইসলামদা হন্দিল্লক্তিবা ফাওবা ফাদোকী চৈরাক পীগদবনি হায়।

অদুনা ইসলাম থাদোকপসি অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ওইবা য়ানরমদে।

অদুবু "ধর্ম্ম নিঙতম্বগী আইন, ১৮৫০" ( The Freedom of Religion Act, 1850 ) দা অস্সুম্না ইরি — করিগুম্বা রায়েল পথাপ নত্রগা চৎনবী অমতনস্তু ধর্ম্ম থাদোকপ্রবা মীওই অমগী মথক্তা মহাকী হক অমসুং সম্পত্তি মৎনবা নম্বা য়াদে। অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ওইরস্তু হক অমনি অমসুং ধর্ম্ম থাদোকপসি অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ওইবা য়াদবগী মরম অমুক ওইদ্রে।

**খ) অঙাংগী মপা অমসুং মপাগী মরী মতাশিং** — মথক্তা পনত্রিবা নুপীগী মরী মতাশিংনা ঙমত্রগদি অঙাং শেন্নবগী হক্ অসি মথাগী মীওইশিংগী মথং মনাওশিংদা তাই:—

অ) মপা;

আ) মপাগী মপা;

ই) পোকমিন্নবা মচিন-মনাও;

ঈ) ঈ নরুবা মচিন-মনাও,

উ) পোকমিন্নবা মচিন-মনাওগী মচানিপা,

ঊ) ঈ নরুবা মচিন-মনাওগী মচা নুপা,

ঋ) মপাগা পোকমিন্নবা মচিন-মনাও,

ঌ) মপাগী ঈনক্তবা মচিন-মনাও,

এ) মপাগা পোকমিন্নবা মচিন-মনাওগী মচানিপা, অমসুং

ঐ) মপাগী ঈ নক্লবা মচিন-মনাওগী মচানিপা

অঙাং মপানা চহী ৭ হেল্লবা মচানিপা অমসুং মীওই শুরবী অত্তুম ওইনমক লুহোংফ্রিবী মচা মুপীবু শেন্নফম থোকই।

**গ) মমা**— মমানা মীওই শুরবী মতু শেন্নফম থোকই, মতু অত্তুগী মীওই শুফ্রিবৈদা নুপীতুগী মমানা শেন্নফম থোকই

**৩) অঙাংগী সম্পত্তি ঙাকশেনবা মীওই**— মুসলিম য়ায়েল পথাপকী মথাদা অঙাংগী সম্পত্তি ঙাকশেনবা মীওই ৩ শুই। মত্তুদি—

ক) আইন্না য়াবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই,

খ) কোর্টনা খল্লোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই, অমসুং

গ) মশানা ওইজনিঙতুনা ওইবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই।

**ক) আইন্না য়াবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই**— আইন্না য়াবা মুসলিম অঙাং ঙাকশেনবা মীওইশিংদি মথাগীশিংসিনি:—

অ) অঙাং মপা

আ) অঙাং মপানা উইল তৌতুনা হাপলম্বা উইলগী সম্পত্তি পানরিবা মী (য়াশি),

ই) অঙাং মপাগী মপা,

ঈ) অঙাং মপাগী মপানা উইল (য়াশিন্নত) তৌতুনা হাপ্লম্বা উইলগী সম্পত্তি পানরিবা মী (য়াশি)।

আইন্না য়াবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই লৈত্রগদি কোর্টনা অতোপ্পা মীওইদগী অঙাংগী সম্পত্তি ঙাকশেনবা মীওই খনবা য়াই।

আইন্না য়াবা অঙাংগী সম্পত্তি ঙাকশেনবা মীওইনা সম্পত্তি পীথোক য়েন্থোকপা—

১) আইন্না য়াবা অঙাংগী সম্পত্তি শেম্নবা মীওইনা অঙাংগী য়াম্না থুবা দরকারগী দমক্তা থাংদোক-থাংজিন য়াবা মাল-চাং পী-থোক য়োম্থোকপা য়াই।

২) মহাক্না অঙাংগী লেঙদবা সম্পত্তিস্তু মথাগী ফীভমসিদা পীথোক য়োম্থোকপা য়াই :—

অ) মমলগী শরুক অনি শীংলবদা, নত্রগা

আ) অঙাং অদুগী অতোপ্প সম্পত্তি লৈজদবা অদুবু মহাক্কী হিংনবা পান্থৈগীদমক মদু য়োম্থোক্কবা মুক্কয়া য়াজ্রবদা, নত্রগা

ই) শিথ্রবা মপুনা তোল্লম্বা শেন্দান করিগুম্বা অতোপ্পা মগীদা শিংদোকপা ঙমজ্রবদা; নত্রগা

ঈ) মীঙোন্দা উইল তৌরম্বা পোৎ নত্রগা শেল পীনবা অতোপ্পা উপাই লৈত্রবদা নত্রগা

উ) সম্পত্তি অদুগী পোত্থোক্কী সম্পত্তি অদু ডাক্কব খরচ পুবা ঙমজ্রবদা; নত্রগা

ঊ) সম্পত্তি অদু মাঙবা য়াবগী খুদোংথীবা লৈরবদা; নত্রগা

ঋ) সম্পত্তি অদু মীওই অতৈনা মুনথিহনা সম্পত্তি ঙাকশেনবা মীওইনা চুম্না হল্লিনবা ঙম্রোই হায়বগী অকিবা লৈরবদা।

**নৈনবা ৱাফম অহানবা**— 'এম' কৌবা মুসলিম অঙাং অমগী 'এ' কৌবা সম্পতি ঙাকশেনবা মীওই অমনা 'সি' কৌবা মীওই অমদগী লেঙদবা সম্পত্তি অমা 'এম' গী মহুত্তা লৌঃনবা করাড় তৌনরে। করাড় অদু য়াম্না ওইজরম্মী অমসুং অঙাং অদুগী য়াম্না কান্নগদবা মওং উরম্মী। 'সি' না করাড় অদু থুগায়রম্মী। 'এম'

না 'সি' গী মথক্তা করাড় চপচানা পাঙথোক্নবা কোর্টতা রাকহল্লে। 'সি' বু পাউতাক পীয়ু।

**পাউখুম**— মুসলিম অঙাংগী ঙাকশেনবা মীওইনা লেঙদবা সম্পত্তি লৈঃনবগী করাড় তৌনবা য়াদবনা 'সি'-না কেশ অদু মায় পাক্লা ঙাকথোকপা ঙমগনি।

**নৈনবা থাক্তম অনিশুবা**— 'এ' কৌবা মুসলিম অমনা মশাগী কায়নবগী দমক্ মহাজন অমদগী শেল থরা পুরে। পুন্নিবা শেলগী জামিন ওইনা 'বি' কৌবা মাগী অঙাং ওইরিবা মচাগী য়ুম য়োন্থোকপা পামল্লে। মহাজনবু পাউতাক পীয়ু।

**পাউখুম**— মহাজন্না য়ুম অদু য়োনবা য়ারোই।

**খ) কোর্টনা খন্দোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই**— অঙাংগী কায়গদবা ওইরবদি অমস্থুং ঙাকশেনবা মীওই অমা খন্দোককম থোকই হায়রবদি কোর্টনা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অমা খন্দোকপা য়াই।

**অ) কোর্টনা খন্নফম থোকপা মরম**— অঙাং ঙাকশেনবা খন্দোকপা মতাংদা কোর্টনা খনফম থোকপদি অঙাং অদুগী য়াইফ-নবগী দমক্ খ্বাইদগী ফবা মীওই খন্দোকপনি। মসিগীদমক কোর্টনা মীওই অদুগী চহী মতাং, মুপা ওইবরা মুপী ওইবরা মশাগী ধর্ম্ম, থনগদৌরিবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অদুগী শক্তি অমস্থুং লৌচৎ অদুগা মহুতা নত্তনা অঙাং অদুগা মরী-মতা কয়া নক্লবা অমদি শিগ্রবা মমা-মপানা করি পাম্লবা অদুগা মীওই অদুগা সম্পত্তি অদুগগী করি মরি লৈনবা হায়বনচিংবা য়েংদবা য়াদে। অঙাং অদুমা খন্দোকপা ঙম্বগী লৌশিং শীজিন্নবা ঙম্বা চহী মতাং য়োরগদি অঙাংগী পুক্নিঙদু লৌগনি।

**আ) অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী মতিক—** কোর্টনা খন্দোক্লবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইনা অঙাং অদুগী থাংদোক-থাংজিন য়াবা মাল-চাং অমদি লেঙদবা সম্পত্তিনচিংবা পীথোক-য়োনথোকপা য়াই। অদুম ওইনমক লেঙদবা সম্পত্তি পীথোক-য়োম্বোকপদি য়াম্না দরকার ওইবা মতমদা কোর্টকী অয়াবা লৌরগা পীথোক-য়োম্বোকদবনি। অসিগুম্বা অয়াবা য়াওদনা মহাক্না সম্পত্তি বন্ধক থম্বা শেন্দোন শিংনবা নত্রগা শেল পূনবা হিসাব তৌনবা, য়োম্বোকপা, দান তৌথোকপা মহুৎ ওম্বোকপা, মচেৎ খরা থাদোকপা য়াদে। অদুবু মহাক্না অসিগুম্বা সম্পত্তিসি কোর্টকী অয়াবা য়াওদনা মথাগী মতমগী মসুংদা শান্দোকপা য়াই —

i) চহী ৫ গী মতম হেন্দনা, নত্রগা
ii) অঙাং অদুনা চহী শুবা মতমদগী চহী অমা লাম্বোক্লা (করম্বনা তেনবগে য়েংলগা)।

কোর্টনা খন্দোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইনা কোর্টকী অয়াবা য়াওদনা অঙাংগী মপাগী সম্পত্তি য়েন্নবগী থৎনবদা, থৎনবা তাইশিন্ন-বা মীওই (সুহল) হাপ্পা য়াই; অদুবু মহাক্না কোর্টকী মোৎ নত্রগা পাউতাক লৌরমদনা থৎনবা তাইশিন্নবা মীওই অমদা শিন্নথোকপা অসি নিয়মদি কায়।

VIDE — [ Saidunnissa V. Ruquaiya Bibi ( 1931 )
ILR 53 ALL. 458 ]

**গ) মশানা ওইজনিঙদুনা ওইজবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই—** অঙাংগী মশাগী রায়েল পথাপকী আইন্না য়াবসু নত্তবা,

নত্রগা কোর্টনা খন্দোকপস্মু নত্তবা, মতোম্মতনা অঙাং মশাগী নত্রগা সম্পত্তিগী ঙাকশেনবা মীওইনি হায়না চোংথোকচবা মীওইবু মশানা ওইজনিঙহ্নুনা ওইজবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ( de facto guardian ) কৌই। অহুনা, ইসলামগী রায়েল পথাপকী মনুংদা, মখাগী অসিগুম্না খন্দোকখিবা নত্রগদি, অঙাংগী মপা নত্রগা মপা পোকপা মপু নত্তনা অতৈ মরী-মতা পুম্নমক, মশানা ওইজনিঙহ্নুনা অঙাং ঙাক-শেনবা মীওই ওইবা য়াই :—

অ) অঙাং মপা নত্রগা মপা পোকপা মপুনা খন্দোকখ্রবা উইল পাঙথোক্লবা মীওই; নত্রগা

আ) কোর্টনা খন্দোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই।

**অসিগুম্বা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইগী মতিক**— অসিগুম্বা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইনা অঙাংগী থাংদোক থাংজিন য়াবা মাল-চাংদি দরকার ওইবা মতমদা পীথোক য়োম্থোকপা য়াই, অদুবু মানা লেঙদবা সম্পত্তিদি ( অক্রর ) পীথোক-য়োম্থোকপা য়াদে। কোর্টকী অয়াবা য়াওদনা অসিগুম্বা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইনা লেঙদবা সম্পত্তি য়োম্থোক্লবদি মদু চৎনবা খক য়াদে। অঙাংনা চাউরগা মদু য়াবিবা তৌরোইদবনি।

**নৈনবা বাক্ষম অহানবা**— মুসলিম মুপা অমনা মাগী লেঙদবা সম্পত্তি (অক্রর) বন্ধক ( রাহেন) থমলে। অদুদগী মহাক্না সম্পত্তি অদু উইল ( রাশিয়ত য়াফতহ ) অমনা চপমান্ননা য়েম্থোক্লগা শিখ্রে। মচা ৩ গী মরক্তা অমদি অঙাংনি। উইলদা অসিমস্মু পল্লমই হায়বদি— মহাক্না তোল্লিবা শেন্দোন্দু মখোয় অহুম্না চপমান্ননা শিংগদবনি। খরা লৈরগা মচা অহল অনিগা বন্ধক লোবা মীওইগা খৎনরে, অদুগা কেশ অদু খৎনবা ভাইশিন্নবা মীওই (মুহল) অমদা শিন্নরে। খৎনবা ভাইশিন্নবা মীওইনা

অনৌবা আইন খরদং

বন্ধক লৌবা মীওইগী শেন্দোন পুম্বা শিংদোক্লবা রারেপ তারে। রারেপ অদু ফোংদোক্লবা মতুংদা মচা অহল অমবু "অঙাং ঙাকশেনবা মীওই অমসুং অঙাংগী আইন (The Guardians and wards Act.) গী মথাদা মচা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই হাপলে। মচা অঙাং অদুনা খরা লৈরগা বন্ধক লৌবা নুপাগা ময়াম্বা অনিগগী মথক্তা কোর্টতা থৎনবা তাইশিন্নবা মীওইগী (সুহলগী) রারেপ অদু ককথৎপিয়ু হায়না রাকৎচে থারে। কেশ কনানা ঙমগনি ?

**পাউথুম**— মতাং অসিদা কোর্টনা মচা অঙাং অদুবু রারেপ অদু ককথত্তুনা ঙমহনখি। ময়াম্বা অমত্তুদি কোর্টনা খনবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইনি। ময়াম্বা অনিদু অঙাং মচা অদুগী মশানা ওইজনিঙদুনা ওইজবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওইশিংনি। অসিগুম্বা অঙাং শেনবশিংনা সুহলদা কেশ তাইশিন্ননবা শিন্নবগী হক লৈতে। অদুনা অঙাং মচা অদুগী মাল-চাংগী (দায়া) মথক্তা সুহলগী রারেপ্পা পুনদে।

VIDE—[ Muhmmad Ejaz V. Mahammad Iftikar ( 1932 ) 59 I.A. 92 ]

**নৈনবা রাফম অনিগুবা**— 'এম' কৌবা মুসলিম অমা চেঙ তক্লবা কলগী পার্টনরশিপ ফার্ম অমগী মেম্বর ওইরম্মী। 'এম' অদু মতূ অমগা মচা অঙাং অমগা থনম্লগা শিখ্রে। লুপ্রাবী অদুনা হিংহোৌরিবা মেম্বরশিংগা অঙাং অদুগী মহুত্তা পার্টনরশিপ ফার্ম অদু চৎথমিন্ননবা করাড় অমা তৌনরে। হংলিবদি করাড় অদু চৎনবা য়াবা করাড় ওইবরা অসিনি।

**পাউখুম—** লুখ্রাবী অদু মশানা ওইজনিংঙহনা ওইজবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই ওইবনা অসিগুম্বা করাড় তৌনবগী মতিক লৈতে। অদুনা করাড় অদু চৎনবা য়াদবা করাড়নি।

VIDE— [ Khorasany V. Acha ( 1928 ) ILR 6 Rang 198 ]

মশানা ওইজনিংঙহনা ওইজবা অঙাং ঙাক্‌শেনবা ওইরিবী মমা অমনা অঙাংগী লেঙদবা সম্পত্তি ( অক্রর ) পীথোক-য়োম্থোকপা থক্‌ য়ারোই; অদুবু উইলদা ( রাশিয়ত য়াফতহ ) হক পীরম্লবা অতৈ চহী শুরবা মীওইগা নত্রগা মীওইশিংগা য়োনমিন্নবদি য়াই। মদুসু মাগী মাগী শরুক্তুগী হেন্নিন্নবদি য়াদে।

VIDE— i) [ Maimunisa Bibi V. Abdul Jabar ( 1966 ) A.M. 468 ];

ii) [ Jaina Beebi V. Govinda swami ( 1967 ) AIR Madras 369 ]

iii) [ Ali. Md. V. Ramnivas, ( 1967 ), AIR Raj ]

**৪) উইলনা ( রাশিয়ত য়াফতহ ) খন্দোকপা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই—** মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা উইলগী মপাম্না অঙাংগী সম্পত্তিগী ঙাকশেনবা মীওই খন্দোকপা ঙম্বা মীওইশিংদি অঙাং মপাগা মপাগী মপাগতনি। মমা ফাওবা উইলনা অঙাংগী সম্পত্তি ঙাকশেনবা মীওই খন্দোকপগী হক লৈতে। অঙাং মপা অমসুং মপাগী মপানা উইলদা খন্দোক্লমলবা উইলগী পান্নল ফংলবা

মীওইনা অঙাংগী সম্পত্তিগী ঙাকশেনবা মীওই ওইগনি। মুসলিম মপা অমনা নত্রগা মপাগী মপানা পূমতোং তোঙানবা মীওই অমা উইল-গী মপান্না অঙাংগী সম্পত্তিগী ঙাকশেনবা হাপ্লম্বা য়াই।

# চাকথাক (নফ্‌কা)

## চাকথাক ফংফম থোকপা মীওইশিং

মথাগী মীওই মখল ৫ সি চাকথাক্‌ ফংফম থোকপগী হক লৈ :—

১) মচা অঙাংশিং অমসুং লুহোংত্রিবী মচা নুপীশিং;

২) নারবা নত্রগা শোল্লবা মচা অহলশিং;

৩) শোল্লবা অমসুং লায়রবা মমা মপা;

৪) মপূ-মবেল অমসুং

৫) মতূ।

**১) মচা অঙাংশিং অমসুং লুহোংত্রিবী মচা নুপীশিং—** মপা অমনা মচা মুপাশিংবু মীওই শুত্রিবা ফাওবা (until puberty) অমদি মচা নুপীশিংবু লুহোংত্রিবা ফাওবা চাকথাক পীফম থোকপা লৈ।

মতিক চাবা মরম লৈত্রগদি লুহোংত্রিবী মচানুপীনা তোঙান্না লৈহুনা চাকথাক তান্নবগী হক লৈতে। মহু বোম্বে গী কেশ অমদা কজনা রারেপ পীরি।

কেশ অসিদা, মুসলিম মচা নুপী অমা মপানা শোক ১৯৪০ দা খাইনথ্রবী মমাগা লৈমিন্নরম্মী। মপানা অনিশুবী নুপী অমা লুহোংখি।

অমুদগী মহাক খরা লৈরগা ভাওরম্মী। শোক ১৯৪০ গী আগষ্ট থাদা মপা ভাওবা করবদা ( মতাংতুকাওবদি মমানা থাকলি অমসুং লুহোংজি ) মুপীমচা অমু চহী শুরে অমসুং মপাগী মথক্তা কোর্টতা আগষ্ট ১৯৩০ গী মমাঙগী য়াওনা চাকথাক তাল্লম্মী। কোর্টনা অস্তুম্মা তাখি— মথক্কী ফীবম অসিদা মচানুপীনা তোঙান্না লৈমুনা চাকথাক তানবগী হক লৈ। অমুবু, হৌখিবা মতমগী চাকথাকতি, মচানুপীনা হায়া তানদবনিনা অমুগা কনানসু মহাকপু চাকথাক পীখিদবা লৈত-বনিনা ফংফম থোক্কে। মপানা ওমজ্রগদি চাকথাক পীবগী দায়্নী মমাগীদা লৈ। অমুগা মমা অমুনা ওমদ-ওমজ্রগা অঙাং মপাগী মপাদা দায়্নী অমু তাই। মতুংসু মহাক্কী শেলগী ফীবম ফনা লৈরগতা পীফম থোকপনি।

VIDE— [ Bayabai V. Ismail, 43 Bom. L.R. 823 ].

**মচাশিংগী চাকথাক পীফম থোকপদা আইনগী তৌদবা য়্যাদবা থবক—** মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোল ( Cr. P.C. ) গী সেক্সন ১২৫ দগী ১২৮ ফাওবগী মথাদা মপানা মতিক চানা শেন-থুম লৈরগদি হলাল ( আইন্না য়ানা পোকপা ) মচাশিংসু হরামী মচাশিংসু চাকথাক পীফম থোকপা লৈ।

**নারবা নজ্রগা শোল্লবা মচা অহলশিং—** নারবা নজ্রগা শোল্লবা মীওই নজ্রগদি মীওই শুরবা মচা অহলশিংদি চাকথাক ফংফম থোক্কে।

ইসলামগী রায়েল পথাপুদি হরামী মচাশিং চাকথাক ফংফম থোক্কে।

অনৌবা আইন থরদং

ইসলামগী রায়েল পথাপুদি হুরামী মচাশিং চাকথাক ফংফম থোকতে। ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা হুরামী মচাশিংবু মপাদা চাকথাক পীয়ু হায়বা পাউতাক লৈত্রগস্তু মপানা মচাদা চাকথাক পীগনি হায়না ইনবা করাড় অদু চৎনবা য়াদবদি নত্তে।

VIDE—[ Sakha V. Ninni, ( 1966 ) AIR Raj 163 ].

৩) **মমা-মপা**— শেন-থুমগী ফীবম ফরবা মচাশিংনা লায়রবা অমসুং শোল্লবা মমা-মপাবু চাকথাক পীফম থোকই।

**নৈনবা থাফম**— 'বি' কৌবা হনাফি মুসলিম অমগী 'এ' কৌবা চহী ৩০ শুরবা, মপাদগী তোঙান্না লৈথরবা, মচা মুপা অমা লৈরম্মী চহী থরা লৈরগা 'বি' য়াম্না অহল ওইশিল্লক্লম্মী, শোঙ্গিল্লম্মী অমসুং মমিৎ নাম্ম তাওলম্মী। অদুনা মরম ওইদুনা মহাক লায়রবনা মশা মতোম্মতা থাকপা ঙমজরমদ্রে। অমরোমদা 'এ' দি মথং মথং চাও-খৎলকলম্মী অদুবু 'বি' বু চাকথাক পীয়ু হায়বদি য়ারমদে। মতাং-সিদা 'বি' না নঙোন্দা আইনগী থোঙদা পাউতাক লৌবা লাকলে। নহাক করি পাউতাক পীগনি?

**পাউতাক**— 'বি' না ঙমগনি। মচাশিংনা ফীভম ফরবদি অহল ওইরবা অমদি শোল্লবা মমা মপাবু থাকফম থোকপা লৈ।

৪) **মপু-মবেন**— মপু-মবেন্না লায়ররবদি মখোয়বু মশূশিংনা চাকথাক পীফম থোকই।

৫) **মতু**— মরা অমনা মহাক্কী মতুবু, মতু অদুনা লীচৎ চুম-লিবমখৈ অমসুং মহাক্কী মরম চাবা য়াথং ইল্লিবমখৈদি চাকথাক পীফম থোকপা লৈ। মসি মতু অদুনা চহী শুল্লিবা ওইদুনা পাদোংমিন্নবা

তৌদনা লুহোংবা মপুঙ ফাত্রিবশিংগী হায়বদি ফমদিন্নত্রিবশিংগী হায়বদি (তুখুল তৌত্রিবশিংগী) ব্রাদি নত্তে।

অতুম ওইনমক মরা অতুনা মথাগী ফীভমশিং অসিদা মতূদা চাকথাক পীফম থোক্কে :—

ক) মতূনা পাদোংমিন্নসি য়াত্রবা [মতু খুদক্তা পীফম থোকপা কুজমন (মহর) পীদবগী মরম নত্রগদি]

নত্রগা

খ) মতূনা হায়বা ইন্দবী ওইরবা।

থাইনগ্রবী মতু ওইরফাওবদা ইদ্দত ফমলিঙৈদা মতূদা মরানা চাকথাক পীফম থোকপা লৈ।

চাকথাক তান্নবগী কেশতা অইবা জবান পীবা নুমিত্তগী হৌনা থাইননবা লাউথোকপা অতু চৎনবা হৌবা য়াই হায়বসি থঙজিনগদবনি।

VIDE—[Enamal Haque V. Bibi Taimunissa (19-67) AP 344]

লুগ্রাবী ওইরবদা, ইদ্দত ফমলিঙৈদা ফাওবা চাকথাক ফংফম থোক্কে; মরমদি মহাক্তি স্বত্ত : ফংফম থোকই; স্বত্তঃ না চাকথাকী মহূৎনি।

মতূ অমগী মহাকী লন-থুমদগী হিংনবা উপাই লৈজরবস্তু চাকথাক ফংফম থোকই। অতুগুম্না থাইনগ্রবী নুপীস্তু ইদ্দত ফমলিঙৈদা চাক-থাক ফংফম থোকই।

**মীহৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোলগী (Cr. P.C.) মথাদা চাকথাক পীবা** — মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোল, ১৯৭৩ গী সেক্সন ১২৫ গী মথাদা কোর্টনা মরাগী মথক্তা মশা থাকচবা ঙমদ্রবী মতূদা চাকথাক পীনবা হুকুম তাবা ঙমই। মসিগী মতাংদা "মতূ" হায়বা রাহৈসিদা খাইনথ্রবী নুপীসু মহাক্না লুহোংদ্রিমখৈ চিংই।

মুসলিম মতূ অমনা মথক্কী রায়েল্লোল অসিগী মথাদা কোর্টতা রাকৎচে পীদুনা মরাবু থা থাগী চাকথাক পীহন্নবা য়াথং তাহনবা য়াই অদুম ওইননক. মুসলিম মতূ অদুনা খুদক্তা পীফম থোকপা কুজ্জমন (মহর) পীদে হায়দুনা মরাগা লৈমিন্নৌ য়াদ্রবদি রায়েল্লোন অসিগী মথাদা চাকথাক ফংফম থোক্কে।

VIDE— [ Muhammad Azizullah V. Abdul Halim — ( 1936 ) 154 I.C. 561 ]

থাইনথ্রবী মুসলিম "মতূ" অমা চাকথাক্ ফংফম থোকপ্রা থোক্তব্রা হায়বসি ভারত পুম্বা শাৎথ্রবা শাহ বানোগী কেশতা সুপ্রিম কোর্টনা রায় পীথ্রবনি। অদুবু মুম্না য়েংলবদি শাহ বানোগী কেশনা অহানবা নত্তে। মসিগী মমাঙদা সুপ্রিম কোর্টনা কেশ অনিদা মীহাৎ মীপুন পথাপকী রায়েল্লোল (Cr. P. C.) গী মথাদা থাইনথ্রবী মুসলিম "মতূ" অমনা চাকথাক ফংফম থোকই হায়বসি হান্না তাথ্রবনি।

VIDE— (i) [ Bai Tahira V. Ali Hussain (1979) 2 SCC 316 ]

VIDE— (ii) [ Fuzlumbi V. Khader Vali ( 1980) 4 SCC 175 ]

হায়গ্রিবা রায়শিং অসি সুপ্রিম কোর্টনা শাহ বানোগী কেশতা অমুক হন্না রায় তাবতনি। শাহ বানোগী কেশতি মথাগী অসিনি :—

VIDE— Mohd Ahmed Khan — Versus —
Shah Bano Begum
( AIR 1985 S.C. 945 )

## কেশকী রারী

মুহম্মদ অহমদ খান কৌবা উকিল অমনা শোক ১৯৪২ ইংদা শাহ বানো বেগম কৌনবী নুপী অমা লুহোংহুনা লৌখি। লুহোংবা অহুদগী মচা নুপা অহুম অহুগা মচানুপী অনি পোকখি। শোক ১৯৭৫ ইংদা মরানা মতু অহুবু মতৈ-মনাও লৈমিন্নরিবা য়ুমদগী ( য়াওং শগুদগী ) তাহোকখি। শোক ১৯৭৮ ইংগী এপ্রিল থাদা মতুনা ম্যাজিষ্ট্রেটকী কোর্টতা মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোলগী সেক্সন ১২৫ গী মথাদা থাদা লুঃ ৫০০, গী চাকথাক পীনবা রাকৎ থাখি; দরখাস্ত অহুদা মরাগী থাগী শেনফং লুঃ ৫০০০, নি হায়নস্তু পনখি। শোক ১৯৭৮ গী নভেম্বর থাদা মরা অহুনা মতু অসিবু ককথৎপা য়ারোইদবা তলাক লাউথোক্তুনা থাইনখি। মরানা ম্যাজিষ্ট্রেটকী মমাঙদা নুপী অহুদি মহাকী মতু ওইদ্রে, মরম অহুনা মহাক্না চাকথাক পীনবগী অপুনবা লৈতে, অহুগা নুপী অহুবু থাদা লুঃ ২০০ গী চাংদা চহী ২ য়োম চাকথাক পীখি হায়খি। মরা অহুনস্তু কোর্টতা কুজমন ( মহর ) ওইনা আগষ্ট ১৯৭৯ দা নুপীনা ইদ্দত কমসিঙৈদা পীখি হায়নস্তু হায়খি। আগষ্ট, ১৯৭৯ দা ম্যাজিষ্ট্রেটনা মহাকী হুকুম তাউথরক্সী মহু সুপ্রিম

কোর্টকী লোন্দাদা অস্মুন্না ইখি — "থা থাগী ওইনা নিংথৌ মচা অমনা ফংফম থোকপা য়ামগ্রবা শেনফম লু: ২৫" নুপী অতুদা চাকথাক ওইনা নুপা অতুনা পীনবা তাখি। মতুংদা নুপীনা উত্তর প্রদেশকী হায় কোর্টতা আপীল তৌহুনা চাকথাক অতু থাদা লু: ১৭৯'২০ দা হেনগৎহনখি। তাখিবা শেনফমসি য়াম্মল্লি হায়হুনা— মরানা থোইদোকপা অয়াবা লৌরগা স্মুপ্রিম কোর্টতা আপীল থাখি।

## কোর্টতা পুখৎনখিবা রাহংশিং

মেম্বর মণ্ডানা শাবা স্মুপ্রিম কোর্টকী বেঞ্চ অতুদা চীফ জষ্টিস চন্দ্রচুদ, জষ্টিস দেশাই, জষ্টিস চেন্নাপা রেদ্দি, জষ্টিস ভেনকাণ্টরামায়া অমসুং জষ্টিস মিস্রা য়াওরম্মী অতুগা মখাগী রাহংশিংসি পুখৎলম্মী :—

১) মীহাৎ-নীপুন পথাপ রায়েল্লোলগী সেক্সন ১২৫ গী মখাদা "খাইনগ্রবী, অতুবু অমুক লুহোংদ্রিবী নুপী" হায়বা অসিগী মমুংদা মুসলিম নুপীস্মু য়াওব্রা ?

২) রায়েল্লোল অসিগী সেক্সন ১২৭ তা খাইনগ্রবী নুপী অমনা খাইনবা মতমদা ( চৎনবী নত্রগা মশাগী রায়েল পথাপ য়াওনা ) ফংফম থোকপা অপুনবা শেনফম অমা ফংগ্রবদা চাকথাক, অতু কোর্টনা ককথৎপা য়াব্রা ? অতুনা হৌজিক ইসলামগী রায়েল পথাপকী মখাদা মহর নত্রগা কুজমনগী শেনফম অতু খাইনবা মতমদা ফংফম থোক্লবনি, মতুনা মরম ওইতুনা, মুসলিম মরা অমনা সেক্সন ১২৭ তা চাকথাক পীদবা য়াব্রা ?

# "কোর্টকী রায়"

অহানবগী রাহংদা সুপ্রিম কোর্টনা অসুম্না তাখি — মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোলগী সেক্সন ১২৫ গী মথাদা মতু অমদা মরানা চাকথাক পীজবদি চাকথাক তান্নবা কোর্টতা রাকৎপা য়াই। অদুগা অসিমসু তাখি "মতু" হায়বা রাহৈসিদা মতু অদুনা অতোপ্পদা লুহোংজবা ফাওবা থাইনগ্রবী মতূসু য়াওই। হৌজিক্কি মতৈ-মনাওনা চৎলিবা ধর্ম্ম অদু মতাং অসিদা মরী লৈনদে। কোর্টকী রাহৈদা — "মতৈ-মনাও অনিদু হিন্দু নত্রগা মুসলিম ওইসনু, খৃষ্টান নত্রগা পারসীসু ওইসনু, মুর্ত্তি লাৎপা নত্রগা ধর্ম্ম চত্তবসু ওইসনু— পূম্নমক রায়েল্লোল অসি (Cr. P.C.) শীজিন্নবদা তোঙানবনা করিসু হোংবা লৈতে। সেক্সন ১২৫ অসিদি জাৎ-ধর্ম্ম থায়দবনা সেক্সন অসি মুসলিম নুপী অমদসু পানবা য়াই।

কোর্টনা মসিমসু অমুক্কা পুখোরকই মদুদি— হান্নগী সুপ্রিম কোর্টকী কেশ অনিদা মসিমক তাগ্রবনি। কেশশিং অদুদি মথাগী-সিনি :—

(i) [ Bai Tahira V. Ali Hussain ( AIR 1979 S.C.C. 362 )]

অমসুং

(ii) [ Fuzlumbi V. Khader vali ( 1980 ) 4 S C.C 175 ]

হায়খ্রিবা কেশ অনিসিদা অসুম্না তাখি মদুদি— মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল লোলগী সেক্সন ১২৫ দা পীগ্রবা মতুংইন্না থাইনগ্রবী

## মুসলিম লুহোংবগা মরী লৈনবা রায়েল-পথাপ অমস্তুং ১০৯ অনৌবা আইন থরদং

মুসলিম মতু অমনা চাকথাক তানবা য়াই। কেশ অনিমক চুম্না রায়েনথ্রবা ঙাক্তনি।

কোর্টনা অমুকস্তু অস্তুম্না তাখি— সেক্সন ১২৫ দা পীথ্রবা হক অসি মুসলিমগী মশাগী রায়েল পথাপ্তা (Personal law) শোক-হনব্রা? মতাংসিদা কোর্টনা রায়েল্লোল অসিগী সেক্সন ১২৫ গা মুসলিমগী রায়েল পথাপকা থরা থেন্নবা লৈ অদুবু কুরআন্না খাইনরবী মতূবু চাকথাক পীয়ু হায়না ইবা লৈবনা খাইনরবী মতূদা চাকথাক পীবা কায়দে।

অনিশুবা রাহংগী পাউথুমদা ইসলামগী রায়েল পথাপ্তা মহর (কুজমন) অসি মরানা মতু খাইনবা মতমদা পীফম থোকপা ওইবরা ওইদবরা হায়বসি কোর্টনা মথাদা রায়েপ পীরি। অদুবু আয়াম্বা মতমদা কুজমন অসি অনি থোক্না থায়দোকই — ১) খুদক্তা পীবা কুজমন অমস্তুং ২) কোম্না শিরগা নত্রগা খাইনরগা পীবা কুজমন। অদুবু কোম্না পীবা য়াবা কুজমন অসি খাইনরবতদা পীগনি হায়না তাবা য়াদে। খাইনবনা কুজমন (মহর) অদু পীবা য়াবা মতম অমা ওইরুবতনি। খাইনবতনা কোম্না পীবা য়াবা মহর পীগদবনি হায়বদি লৈতে। মুসলিমগী রায়েল পথাপ্তা মহর হায়বসি লুহোংবগী মমলনি, খাইনবগী মমল নত্তে। কুজমনদি মরানা মতুবু ইকাই খুম্নহনা পীবনি অদুগা মসি পীফম থোকপমকনি। মসি ডাঃ পরস দিরাননা মহাক্কী "হৌজিকী ভারত্তা মুসলিমগী রায়েল পথাপ" কৌবা লাইরিকস্তু ইরি।

সুপ্রিম কোর্টনা, মসিগী মতাংদা রায়েপ তাবা প্রিভি কাউন্সিলগী কেশ অমস্তু পন্দুনা হায় কোম্না পীবা য়াবা মহর অসি শিরগা নত্রগা খাইনরগা ঙাক্তা পীগনি হায়বদি লৈতে।

অহুনা কোর্টনা অসুম্না লোইশিল্লি হায়বদি, মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোলগী সেক্সন ১২৭ কী অর্থ মনুংদা কোম্না পীবা য়াবা মহর অসি থাইনবগা পীফম থোকপা শেনফমনি হায়না লৌফম থোক্তে।

অসুম্না ঐখোয়না উরে — রায়েল্লোল অসিগী রাফম অসিদা করিস্নু চিংননিঙাই লৈতে। ভারত্তা লৈবা ধর্ম্ম চৎতবশিংসু অমত্তা ওইনা রায়োলশিং অসিনা পুল্লে। মহরগা সেক্সন ১২৭ সিআরঃ পিঃ সিঃ গা চয়েৎনবা লৈতে। মহরগী অর্থ অহু শাহ বানোগী কেশতা মচা খায়না তাকখ্রে।

শাহ বানোগী কেশকী মতুংদা হিন্দু মুসলিম পুম্নমক চয়াঙনরম্মী। মতাং অহুদা পার্লিয়ামেন্টনা খুদক্তা "মুসলিম নুপী থাইনবগী হক ঙাকপা আইন ১৯৮৬" [ The Muslim Women ( Protection of Rights on Divorce ) Act 1986 ] পাস তৌখি; মহুগা লোয়ননা মুসলিম নুপীশিংগী হক কনবিখি।

**হৌগ্রবা মতমগী পীহৌদ্রবা চাকথাক—** হৌগ্রবা মতমগী পীহৌদ্রবা চাকথাক তানবসি মতূগী নত্তনা অতৈ মরী-মতাশিংগীদি মুসলিম রায়েল পথাপ্তা চৎনদে।

VIDE— [Saiyad Jaffar EL-Edroos V. Saiyad Mahammad EL-Edroos, 38 BLR 277 ]

বিবাদীনা য়াম্না লানখিবা নত্রগা শোখ্‌হৌবা নত্রগদি হৌগ্রবা মতমগী পীহৌদ্রবা চাকথাক্ তানবসি চুমদে।

# কোন্নগী চাকথাক পীনবা করাড তৌনবা

লুহোংব্রিদৌদা মুসলিম মুপা অমগা মহাক্কী লুহোংগদৌরিবী মুপীগা মহাক্কী মতূ ওইরবা মতমদা মতূবু ওৎপা নৈবা কয়াদগী অমস্থুং হিংনবগী পাম্বৈ য়াৎপা কয়াদগী মতুগী মশা কঞ্জবা ফংনবা করাড় তৌনবা য়াই। অসিতা নত্তনা মুসল্লিমগী অনিশুবী মতূ অমনা মপামদা লৈজগে চাকথাক পীবিয়ু হায়না ইনবা করাড় অসি প্রজা লৈবাক্ ভাক্লোলদা শোক্তে।

VIDE— [ Nizamul Haque V. Begum Noor Jehan, AIR 1966 Cal. 465 ]

— — —

## মুসলিমগী মশাগী রায়েল পথাপ ( শরীঅত ) শীজিন্নবগী আইন, ১৯৩৭

[ The Muslim Personal Law (Shariat) Application Act, 1937 ]

( ১৯৩৭ কী ২৬ শুবা )
তাং ৭ । ১০ । ১৯৩৭ ইং

মুসলিমশিংদা মুসলিমগী মশাগী রায়েল পথাপ (শরীঅত ) শীজিন্নবা য়ানবা রায়ম শেম্বা আইন।

মুসলিমশিংদা মুসলিমগী মশাগী রায়েল পথাপ ( শরীঅত ) শীজিন্নবা য়াম্না মথৌ তারে হায়বা উরদুনা— মথাগী অসুম্না আইন শেমলে :—

### ১। অতেনবা মিং অমসুং চৎনফম

১) আইন অসিবু "মুসলিমগী মশাগী রায়েল পথাপ (শরীঅত) শীজিন্নবা আইন, ১৯৩৭" কৌবা য়াই।

২) মসি জম্মু অমসুং কাশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম খুদিংমক্তা চৎনগনি।

**২। মুসলিমশিংনা মশাগী রায়েল পথাপ শীজিন্নবা**— কস্টমগী ওয়-তৈনবা কুইী নত্রগা চৎনবী লৈজরবসু, রায়ম খুদিংমক্তা ( লৌউশিংউবগা মরী লৈনবা লম নত্তনা ) হায়বদি উইল (washiyat ) পীরমদবা স্বত্তঃ, মশাগী লন-থুম য়াওনা করাড় তৌনবদগী ফংবা ওইরবসু নত্রগা দান তৌরকপদগী ফংবা ( হিবা ) ওইরবসু মুপী

মুপীশিংগী অকরুবা লন-থুম নত্রগা মশাগী ৱায়েল পথাপ্পচিংবা হায়বদি লুহোংবা, তলাক, ইলা, জিহর, লিয়ান, খুলা অমসুং মুবারআত য়াওনা থাইনবমখৈ, চাকথাক পীবা, কুজমন পীবা, অঙাং ঙাকশেনবা মীওই থনবা, দান পীবা, লন-থুম শিন্নবগী থবক, রকৃফ লিংখৎপা ( দান অমসুং ধর্ম্মগী মিংদা কৎপা য়াওদনা ) পার্টি মশেল মুসলিম ওইরবদি ৱারেপ অহু মুসলিমগী মশাগী ৱায়েল পথাপকী ( শরীয়ত ) মখুংদা লোগনি।

৩। লাউথোক্লবা মতিক—

১) কনাগুম্বা মীওইনা আইন্না য়ানা হাপথ্রবা অঙম্বা অমবু পেলহন্দুনা মখাগী মরমশিং হায়বদি—

"ক) মহাক মুসলিম অমনি, অমসুং

খ) মহাক অসি 'ভারতকী করাড় আইন, ১৮৭২ ( The Indian Contract Act. 1872 ) গী সেক্সন ১১ গী অর্থগী মখুংদা করাড় তৌনবা য়াবা মীওইনি অমসুং

গ) অহুগা মহাক অসি আইন অসিনা চৎনবিবা লমদমশিংদা লৈবা মীওইনি"

হায়দুনা আইন্না য়ারবা ফোর্মদা আইন্না হাপথ্রবা অঙম্বা অমগী মমাঙদা লাউথোক্লুনা পামই হায়না হায়দোক্লবদি মহাক্না আইন অসিগী সেক্সন ২ গী কান্নবশিংহু মশামকীসু অমসুং মহাকী অঙাংশিং অমসুং শুথাংশিং য়াওনা সেক্সন অহুদা পনথ্রবশিংতা নত্তনা মীচাবোকপু মচা ওইনা য়োকপা, উইল পীবা, উইল ফংহুনা থবক্ পাঙথোকপা য়াওনা কান্নবা ফংগনি।

২) কৰিগুম্বা আইন্না হাপথ্রবা অঙম্বা অহুনা সব-সেক্সন (১) দা লাউথোক্লুনা হায়দোক্লিবহু লৌশিল্ল, হায়বা য়াত্রগদি, মহু পামলিবা

মীওইদুনা, রাজ্য সরকারনা মীয়ামগী ওইনা থোক্তুনা, মসিগী মতাংদা হাপপ্রবা অসিগুম্বা আফিসারগী মফমদা আপীল তৌগনি, অমসুং অসিগুম্বা আফিসারনা, অসিগুম্বা আপীল তৌরিবা মীওইদুনা লাউথোক্তুনা হায়দোকফম থোকই হায়রবা উরবদি, আইন্না য়াবা হায়খ্রিবা অগুম্বদুবু, মদু লৌশিন্নবা য়াথং তাউথগনি।

## ৪) নিয়ম শেম্বগী মতিক—

১) আইন অসিগী পান্দমশিং পাঙথোক্নবা রাজ্য সরকারনা নিয়মশিং শেম্বা য়াই।

২) মরু ওইনা অমসুং মথক্তা পনখ্রিবা থ্বাইগী ওইবা হক অদু শোক্তনা অসিগুম্বা নিয়মশিং অদুনা মথাগী মরমশিং পুম্নমক্ ওইরবসু নত্রগা করিগুম্বা অমা ওইরবসু শেম্বা য়াই; হায়বদি—

ক) আইন অসিগী মথাদা মহাক্কী মমাঙদা লাউথোকপা য়াবা আইন্না য়াবা অগুম্বা থনবদা অমসুং তাকপদা লাউথোক্নদবা ফোর্ম মওং;

খ) লাউথোক্নবা ফোর্ম পীশিনবগী অচঙমন লেপ্পদা অমসুং আইন অসিগী মথাদা মথৌ পাঙথোকপদা মীওই অমনা লন্নাই য়ুমদা চঙবদা ( at private residence ) অমসুং অসিগুম্বা অচঙমনশিং করম্বা মতমদা অচঙমনশিংদু লৌশিন-গদগে হায়বদা।

৩) সেক্সন অসিগী মথাদা শেমগ্রবা নিয়মশিংদি আফিসিয়েল গেজেট্টা থোঙদোকদবনি অমসুং মদু আইন অসি পাস তৌখিবগুম্না মপাঙ্গল লৈগনি।

অনৌবা আইন থরদং

৫) "মুসলিম লুহোংবা থাইনবগী আইন, ১৯৩৯" ( The Dissolution of Muslim Marriages Act, 1939) না ককথৎখ্রে ।

৬। ককথৎখ্রবশিং— মথাদা ইরিবা আইনশিং অমসুং রিগিউ-লেইশনশিংসি আইন অসিগা চানব্রবনা ককথৎখ্রে :—

১) বোম্বে রিগিউলেইশন, ১৮২৭ কী সেক্সন ২৬ ( Section 26 of the Bombay Regulation, 1827 );

২) মদ্রাজ সিভিল কোর্টজ অ্যাক্ট ১৮৭৩ গী সেক্সন ১৬ (Section 16 of the Madras Civil Courts Act, 1873 );

৩) লৌথোকখ্রে ।

৪) ঔধ লোজ অ্যাক্ট, ১৮৭৬ কী সেক্সন ৬ ( Section 6 of the Oudh Laws Act, 1876 );

৫) পঞ্জাব লোজ অ্যাক্ট, ১৮৭২ গী সেক্সন ৫ ( Sectinn 5 of the Punjab Laws Act, 1872 );

৬) সেন্ট্রাল প্রোভিন্সেজ লোজ অ্যাক্ট, ১৮৭৫ গী সেক্সন ৫ ( Section 5 of the Central Provinces Laws Act, 1875 ) অমসুং

৭) আজমীর লোজ রিগিউলেইশন, ১৮৭৭ কী সেক্সন ৪ ( Section 4 of the Ajmer Laws Regulation, 1877 ) ।

— — —

## মুসলিম নুপীশিং ( থাইনবগী হক কন্নবা ) আইন, ১৯৮৬
## [ The Muslim Women ( Protection of Right on Divorce ) Act, 1986 ].

মরা মরাশিংনা থাইনবিরবা নত্রগা মরা মরাদগী থাইনবা ফংলবা মুসলিম নুপীশিংগী হক কন্নবা অমসুং মতুংগা মরী লৈনবা মরম পীনবা নত্রগা মরী লৈনবা আইন অমা।

নিঙতম্নবা ভারতকী ৩৭ শুবা চহীদা লোক সভানা মথাগী অসুম্না আইন শেমলে :

### ১। অতেনবা মিং অমসুং চংনফম :—

১) আইন অসি "মুসলিম নুপীশিং ( থাইনবগী হক কন্নবা ) আইন, ১৯৮৬" [ The Muslim Women ( Protection of Rights on Divorce ) Act, 1986 ] কৌরনি।

২) মসি জম্মু অমসুং কাশ্মীর রাজ্য নত্তনা ভারত পুম্নমক্তা চংনগনি।

### ২। রাহন্দোকশিং—

আইন অসিদা মতাংনা তোঙানবা অর্থ দরকার ওইত্রগদি—

ক) "থাইনরবী নুপী" হায়বগী রাহন্দোক্তি মুসলিম রায়েল পথাপকী মতুংইন্না লুহোংপ্রবী অমুমকপু মুসলিম রায়েল পথাপকী মতুং ইন্না মরানা থাইনপ্রবী, নত্রগা মরাদগী থাইনবা ফংপ্রবী নুপীবুনি।

খ) "ইদ্দত কম্না মতম" হায়বগী ৱাহন্দোক্তি খাইনগ্রবী নুপীগী মতাংদদি—

অ) থাগী খোঙকাপ চৎলিবী (হৈজ লাকলিবী নুপী) ওইরগদি খাইনবা মতুংদগী থাগী খোঙকাপ অহুম;

আ) থাগী খোঙকাপ চৎতবী (হৈজ থমগ্রবী) নুপী ওইরগদি মহাকপু খাইনবা মতুং থা অহুম;

ই) মতু অহু খাইনবা মতমদা মীরোল্লগদি (হমললৈগ্রগদি) খাইনবা মতমদগী মচা পোকপা নত্রগা মীরোনবা লোইখিবা মতম ফাওবা, করম্বনা তেনবগে হায়বা অমা;

গ) "ম্যাজিষ্ট্রেট" কী ৱাহন্দোক্তি "মীহাৎমীপুন পথাপ রায়েল-লোল, ১৯৭৩" (The Code of Criminal Procedure, 1973) গী মখাদা খাইনগ্রবী নুপী লৈবা এলাকাদা হকলম চলাইরিবা ফার্ষ্ট-ক্লাস ম্যাজিষ্ট্রেট অমবুনি।

ঘ) "আইন্না য়াববা" নত্রগা "আইন্না য়াহুনা হাপগ্রবা" হায়বগী ৱাহন্দোক্তি আইন অসিগী মখাদা নিয়ম্না য়াববা অহুনি।

## ৩। কুজমন (মহর) নত্রগা খাইনবা মতমদা মুসলিম নুপী অমদা পীগদবা অতৈ পোৎশিং—

১) মতম মতমদা চৎনরিবা অতৈ রায়েল পথাপ্তা য়াওরিবা কয়া লৈজরগসু, খাইনগ্রবী নুপী অমনা মথাগীশিং অসি ফংকম থোকই—

ক) মরানা মতুংদা ইদ্দত কমলিঙৈ মতমদা পীকম থোকপা মরম চাবা অমসুং মতিক চাবা অরাৎ-অপা অমসুং চাকথাক;

খ) থাইনবত্তুগী মমাঙ নত্রগা মতুংদা পোকপা মচাশিং মতুনা থাকপা লৈরম্লগদি, হায়গী মরানা মতুদা পোকই-পোকইবা অঙাংত্তুগী পোকপা মুমিত্তুগী চহী অনি অনি ফাওবা মরম চাবা অমসুং মতিক চাবা অরাৎ-অপা অমসুং চাকথাক;

গ) মুসলিম রায়েল পথাপকী মতুংইন্না লুহোংবা মতমদা নত্রগা মত্তুগী মতুংদা মরানা মতুদা পীগে হায়না য়ানখিবা কুজমন ( মহর ) নত্রগা কুজমনগা মান্নবা শেনকম; অমসুং

ঘ) লুহোংবগী মমাঙ নত্রগা লুহোংবা মতমদা নত্রগা লুহোংবা মতুংদা, মুপী অত্তুদা মহাকী মরী মতানা নত্রগা মরুপ-মপাংনা নত্রগা মরানা নত্রগা মরাগী মরী-মতানা নত্রগা মরাগী মরুপ-মপাংনা মতু অত্তুদা পীখিবা মাল-চাং পুন্নমক,

২) মরম চাবা অমসুং মতিক চাবা অরাৎ-অপা অমসুং চাকথাক নত্রগা কুজমন ( মহর ) নত্রগা তোল্লিবা কুজমন ( মহর ) অত্তু পীখিত্রগদি নত্রগা সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (ঘ) দা পনখ্রিবা মাল-চাংশিং অত্তু থাইনগ্রবী মুপীত্তুদা থাইনবা মতমদা শিন্নখিত্রগদি, মুপী অত্তুনা নত্রগা মাগী মহুত্তা মহাক্না মতিক চানা শিন্নরবা মীওই অমনা ম্যাজিস্ট্রেট অমদা অত্তুগুম্বা অরাৎ-অপা অমসুং চাকথাক অত্তু কুজমন (মহর) অত্তু নত্রগা মাল-চাংগী খৃৎশিন্নবত্তু, ওইবা য়াবা কীবম মতুংইন্না, পীহন্নবা য়াথং তাউথবা য়াই।

৩) থাইনগ্রবী মুপী অমনা সব-সেকসন (২) গী মথাদা দরখাস্ত অমা থাম্নবদি অত্তুগা ম্যাজিস্ট্রেটনা মথাগী মরম অসিদা পেনবিরবদি, হায়রবদি—

অনৌবা আইন শ্বরদং

ক) মতিক চানা শেনফং লৈরবা মহাক্কী মরানা মতূ অহুবু অমস্থুং মাগী মচাশিংবু ইদ্দত ফম্লিবিতে মতমদা মরম চাবা অমস্থুং মতিক চাবা অরাৎ-অপা অমস্থুং চাকথাক পীবা শোয়রবদি নত্রগা পীগদবা অহু থৌশা-রাশাত্রবদি; নত্রগা

খ) মতূ অহুদা কুজমন (মহর) গা মান্নবা শেনফম পীত্রগদি নত্রগা মথক্কী সব-ক্লোজ (১) গী ক্লোজ (ঘ) দা পনখ্রিবা মাল-চাংশিংহু মঙোন্দা শিন্নত্রবদি;

ম্যাজিষ্ট্রেটনা, দরখাস্ত থাবগী থা অমগী মনুংদা মাবু লৌরম্বা মরা অহুবু ম্যাজিষ্ট্রেটনা মরম চায় অমস্থুং মতিক চায় হায়বা চাংদা থাইনখ্রবী নুপী অহুগী দরকার ওইবগী মতুংইন্না অমস্থুং নুপী অহুনা লুহোংহুনা মরাগা লৈমিন্নরিঙৈদা লেল্লম্বা পুন্সিগী ফীবম চাং য়েংলগা অমস্থুং লৌরম্লিবা মরাগী উপাইস্থু য়েংলগা মরম চাবা অমস্থুং মতিক চাবা অরাৎ-অপা অমস্থুং চাকথাক্ পীহন্নবা নত্রগা, ওইবা য়াবা ফীবমগী মতুংইন্না অহুগুম্বা মহর নত্রগা কুজমন অহু পীহন্নবা নত্রগা অহুগুম্বা সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (ঘ) দা পনখ্রবা মাল-চাংশিং অহু মরম চাবা অমস্থুং মতিক চাবা অরাৎ-অপা অমস্থুং চাকথাক অহু থাইনখ্রবী নুপী অহুদা শিন্ননবা য়াথং তাউথগনি।

তৌবহৃবু, ম্যাজিষ্ট্রেটনা দরখাস্ত অহু হায়খ্রিবা মতমহুগী মনুংদা খন্নবা লোইথোকপা ঙম্বা ওইথোক্তে হায়বা উরবদি, মহাক্না মরমশিং অহু ইশিল্লগা মতম অহু হেল্লগা খন্নবা লোইথোকপা য়াই।

৪) কনাগুম্বা মীওইনা সব-সেক্সন (৩) গী মখাদা মথক্তা তাখ্রিবা হুকুমহু মতিক চাবা মরম লৈতনা ইন্দুনা পাঙথোকপা ঙমত্রবদি, ম্যাজিষ্ট্রেট অহুনা মীওই অহুগী মথক্তা চাকথাক নত্রগা মহর নত্রগা

কুজমন তোল্লিবা শেনকমতু মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোলগী মথাদা জরিমানা লৌথংপগুম্না লৌখংনবা পররানা ( warrant ) থাবা য়াই অমসুং অদুগুম্বা মীওই অদুবু, শেনকম লোইনমক্কী নত্রগা পীদনা লেমহৌবা শেনকমগী শরুক খরগীদমক্ পররানা অদু উসল তৌরগা চহী অমা ফাওবা শাংদোকপা য়াবা কাদোক্কী চৈরাক পীবা য়াই; হায়রিবসি তৌবতবু, মীওই অদুদা মশা ডাকথোকচনবা মরম তাবগী খুদোংচাবা পীরগা হায়খ্রিবা রায়েল্লোল ( Cr.P.C. ) অসিগী রারোল মতুং ইন্না চৈরাক অদু পীগনি।

## ৪। চাকথাক পীনবা য়াথং—

১) আইন অসিগী মথক্তা ইখ্রিবা মরোলশিং নত্রগা মতম মতমদা চৎনরিবা করিগুম্বা অতৈ রায়েল পথাপ্তা য়াওখ্রিবা মরোলশিং কয়া লৈজদুনসু, খাইনগ্রবী নুপী অদু অমুক নৌনা লুহোংখিজ্রি অমসুং ইদ্দত কম্নবা মতুংদা মহাক্না মশাবু থাকচবা ঙমজদ্রে হায়বা ম্যাজিস্ট্রেট অদুনা প্রমান ফংদুনা য়াবিরবদি ( if satisfied ) মহাক্না মুসলিমগী রায়েল পথাপ মতুংইন্না খাইনগ্রবী নুপী অদুগী দরকার ওইবগী মতুংইন্না অমসুং নুপী অদুনা লুহোংদুনা মরাগা লৈমিন্নরিভেদা মানা লেল্লম্বা লুস্তি মরেল চাং য়েংলগা মহাক্না শিরগা মহাক্কী স্বতঃ ফংফম থোকপা মরী-মতাশিংগী মথক্তা মখোয়গী উপাই য়েংলগা মরম চাবা অমসুং মতিক চাবা চাকথাক খাইনগ্রবী নুপীদুদা ম্যাজিস্ট্রেটনা মতিক চায় অমসুং চঙফম থোক্কনি হায়বা চাংদা পীহন্নবা য়াথং তাউথবা য়াই; অমসুং মহাক্কী মরী-মতানা পীফম থোকপা অসিগুম্বা চাকথাক অসি নুপী অদুনা শিরগা মখোয়না ফংহৌবা য়াবগী চাং অদু ওইগনি অমসুং ম্যাজিস্ট্রেটকী হুকুমদা পনবগুম্না পীগদবা মতমগুম্বু মদুদা তাক্কনি।

তৌবতবু, খাইনগ্রবী মুপী অতুগী মচাশিং লৈরগদি, ম্যাজিষ্ট্রেটনা মচাশিং অতুগী মথক্তদা মুপী অতুগী চাকথাক পীহন্নবা হুকুম তাগনি, অমসুং মচাশিং অতুনা অসিগুম্বা চাকথাকসি পীবা ঙমজ্রগতদা, ম্যাজিষ্ট্রেট অতুনা খাইনগ্রবী মুপীতুগী মমা মপাদা মাগী চাকথাক পীনবা হুকুম তাগনি।

তৌবতবু অমুকসু, মমা মপা অতুনা মহাক মহাকী উপাই লৈজ-দবনা মরম ওইতুনা হুকুম তাগ্রবা চাকথাক্ অতু মশা মশাগী শরুক্তগী পীবা ঙমজ্রে হায়রগদি, ম্যাজিষ্ট্রেট অতুনা ঙমজ্রে হায়বগী প্রমান ফংলবদা, অসিগুম্বা মরী-মতাগী মথক্তা চাকথাক পীনবগী মানা হুকুম তাগনি; হায়বদি ম্যাজিষ্ট্রেটনা অসিগুম্না মতিক চায় হায়বা চাং অতু অতুগুম্বা পীবা ঙম্বগী উপাই লৈ হায়বা উবা মরী মতাশিংদা পীহনগনি।

(২) খাইনগ্রবী মুপী অমা মতোম্মতা মশা থাকচবা ঙমজ্রবদা অমসুং সব-সেক্সন (১) দা পনখ্রিবা মরী-মতাশিং অতু লৈত্রবদা, নত্রগা অসিগুম্বা মরী-মতাশিংনা নত্রগা মখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা ম্যাজি-ষ্ট্রেটনা হুকুম তাগ্রবা চাকথাক অতু পীনবা উপাই লৈত্রবদা নত্রগা সব-সেক্সন (১) গী প্রোবাইজোগী মথাদা ম্যাজিষ্ট্রেটনা তাগ্রবা মুপী অতুগী মরী মতাশিং অতুদা পীয়ু হায়না তাগ্রবা চাকথাক অতু অতৈ অতোপ্পা মরী-মতাশিংসু পীনবা উপাই লৈত্রবদা, ম্যাজিষ্ট্রেটনা হুকুম অমনা "রাকফকী আইন, ১৯৫৪" (The wakf Acr. 1954) গী সেক্সন ৯ গী মথাদা নত্রগা মতম মতমগী ওইনা ষ্টেটতা চৎনরিবা মুপী অতুনা লৈরিবা এলাকাদা চলাইরিবা করিগুম্বা রায়েল পথাপ অমগী মথাদা লিংখৎগ্রবা ষ্টেট রাকফ বোর্ড অমদা সব-সেক্সন (১)গী মথাদা লেপখিবগুম্না চাকথাক অতু, নত্রগা ওইবা য়াবা কীবমগী মতুং ইন্না, চাকথাক থাইবা ঙমজ্রিবা মুপী অতুগী মরী-মতাশিং অতুগী শরুক

অদু অসিগুম্বা মতমদা পীগদবনি হায়না মহাকী হুকুমদা তাকপা মতুং ইন্না পীহন্নবা য়াথং তাবা য়াই।

**৫। শোক ১৯৭৪ ইংগী ২ শুবা আইন ( Cr. P. C., 1973 গী সেক্সন ১২৫ দগী ১২৮ ফাওবদা ইরিবা রাফমশিংনা মপা পুন্সিগে হায়না থন্দোকচবগী নিয়ম** — সেক্সন ৩ গী সবক্লেন (২) গী মথাদা থাবা দরখাস্ত অদুগী অহানবা থন্নবা নুমিত্তা (date of first hearing) থাইনগ্রবী নুপীগা মাবু লৌরম্বা মরাগনা অসিগুম্বা আইন্না য়ানরবা ফোর্মদা পুন্নবু ওইরবসু **তোঙান্নবু ওইরবসু** রাশক-চে (affidavit) নত্রগা অতৈ মওংগী লাউথোক-চে (declaration in writing) হায়বদি মথোয়না মীহাৎ-মীপুন পথাপকী রায়েল্লোল, ১৯৭৩ গী সেক্সন ১২৫ দগী ১২৮ ফাওবগী রারোলশিংনা পুনশিন্নবা পামজৈ হায়না লাউথোকচরগা অদুগুম্বা রাশক-চে নত্রগা লাউথোক-চে অদু, দরখাস্ত অদু থন্নরিবা কোর্টতা পীখৎচরগদি, ম্যাজিষ্ট্রেট অদুনা অদুগুম্বা দরখাস্ত অদু থন্নরগা লোইথোকনি।

**শন্দোক্লা তাকপা**— সেক্সন অসিগী দমক্ "দরখাস্ত অদুগী অহানবা থন্নবা নুমিত্তা" হায়বা রাহৈশিংসিগী রাহন্দোক্তি দরখাস্ত অদুগী বিবাদী (Respondent) বু সমন্দা কারকউ হায়না লেপ্পিবা নুমিৎ অদুবুনি।

**৬। নিয়মশিং শেম্নবা মতিক—**

১) কেন্দ্র সরকারনা আফিসিয়েল গেজেট্টা নোটিশ থোক্লনা আইন অসিগী পান্দমশিং অদু পাংথোক্নবা নিয়মশিং শেম্বা য়াই।

২) মরু ওইনা অমসুং মথক্তা পনখ্রিবা হক্ অদু শোক্লনা অসিগুম্বা মথাগী নিয়মশিংসি শেম্বা য়াই :—

মুসলিম লুহোংবগী মরী লৈনবা রায়েল-পথাপ অমসুং ১২৩
অনৌবা আইন থরদং

ক) সেক্সন ৫ গী মথাদা পীথৎকম থোকপা রাশক-চে (affidavit) নত্রগা লাউথোক-চে (declaration in writing) ফোর্ম শেম্বা;

খ) আইন অসিগী মথাদা থাবা দরখাস্তশিং ম্যাজিষ্ট্রেট অদুবু থমদুনা লোইথোকপদা ইন্‌কম থোকপা রায়েল থোওং শেম্বা হায়বদি দরখাস্তশিং অদুদা পল্লিবা মীওইশিংদা নোটিশ জারিবা, অমসুং মরম অতৈশিং য়াওনা অসিগুম্বা দরখাস্তশিং থম্লগদবা তারিখ লেপ্পা;

গ) আইন্না য়ানা (Prescribed) শেমজিনফম থোকপা চেরোল শেম্বা।

৩) আইন অসিগী মথাদা শেম্বা নিয়ম খুদিংমক শেম্বা হেক মতুংদা আইন সভাগী সভা খুদিংমক্তা অহানবা নত্রগা থংন-থংননা কম্বা মীফম অনিরক্তা পুম্না নুমিৎ ৩০ নিগী মীফম কম্বা মতমদা, নিয়মশিং অদু পীথৎকদবনি অমসুং মসি পীথৎপ্রগা মীফম লোইজিৈডদা খুদক্তা মথা তানা নত্রগা হায়খিমা মীফমশিংসি চথখিৈডদা সভা অনিমক্তা নিয়ম শেমদোকপদা নত্রগা শেমলোইদবনি হায়বদা য়ানরবদি, অসিগুম্বা শেমদোক্লবা মওং অদুতদা চৎনবা হোগনি, নত্রগা ওইবা য়াবা ফীবম মতুংইন্না, মদুগী কল লৈহল্লোই, অদুম ওইনমকপু, অসুম্না শেমদোকপ্রবা নত্রগা য়াবিপ্রবা অদু নিয়মগী মথাদা হান্নগা পাস তৌখিবা করিগুম্বা থম্না চৎনবা য়াহনবদা করিস্তু অকায়বা পীরোইদবনি

**৭। হোংদোক-হোংজিন য়ানবা শেম্বা আইনগী বারম—** আইন অসি চৎনবা হোবা মতমদা ম্যাজিষ্ট্রেট অমগী মমাঙদা চথদুনা লৈরিবা "মীহাৎ-মীপুন পথাপ রায়েল্লোল, ১৯৭৩" (Cr. P. C. 1973) গী সেক্সন ১২৫ গী নত্রগা সেক্সন ১২৭ কী মথাদা থাইনরবী মুপী

অমসুং থাবা দরখাস্ত থ্ দিংমক্, ময়েক্লোল অতুদা ময়াওবা কল্লি কল্লি লৈজবসু সেক্সন ৫ গী মথা পোম্মা অশিগুম্বা ম্যাজিস্ট্রেট অসিনা, আইন অসিগী মাকমশিংগী মতুংইন্না থমহুনা লোইথোকদবনি।

লোইরবা

# লাইরিকসিদা শীজিন্নরিবা আরবী, উর্দু অমসুং ফার্সি নচিংবা ৱাহৈ খুরগী মীতৈরোল অমসুং ইংরাজীগী ৱাহন্দোকপশিং

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| (১) | নিকাহ | — | লুহোংবা | — | Marriage. |
| ২) | অকদ-এ-নিকাহ | — | লুহোংনবা করাড় | — | Marriage Contract. |
| ৩) | মজহবী কাম | — | ইসলামগী ধর্ম্ম থৌরম | — | Muslim Religious Act. |
| ৪) | অবর | — | লুহোংবা ভাক-শেনবা মীওই | — | Guardian in Marriage |
| ৫) | ইজাব | — | লুহোংসি হায়বা | — | Proposal for marriage |
| ৬) | কুবুল | — | „ য়াবা | — | Acceptance for marriage |
| ৭) | দামন | — | বর | — | Groom |
| ৮) | গোইনা | — | কন্যা | — | Bride |
| ৯) | নিকাহনামহ | — | লুহোংলে হায়বা চে | — | Certificate of marriage |
| ১০) | বাত্তিল নিকাহ | — | সাক্ষী লৈতবা লুহোংবা | — | Void marriage |
| ১১) | ফাসিদ নিকাহ | — | নিয়ম চৎতবা লুহোংবা | — | Irregular marriage. |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১২) মহর | — | মহরনা; কুজমন | — dower. |
| ১৩) হৈজ | — | নুপীগী থাগী খোঙকাপ | — Menstrual flow |
| ১৪) তুহর | — | নুপীগী থাগী খোঙকাপ অমদগী মথং অমকাওবগী মতম | — The period intervening two consecutive menstrual courses. |
| ১৭) শিয়া | — | মনিপুরদা কয়া লৈতবা মুসলিম কাওবু অমা | — 'Shia' group of Muslims are rare in Manipur. |
| ১৮) খ্যার-উল-বুলুঘ | — | মীওই শুরগা লুহোংবা কায়নগে কাইনরোই মনিঙ তৌজবা | — Option of puberty. |
| ১৯) দখুল (সোহাবত) | — | পাদোংমিন্নহনা (হকতিন্নহনা) লুহোংবা মপুঙ ফাহনবা | — Consummation of marriage. |
| ২০) বালিঘ | — | চহী শুবা | — Majority |
| ২১) রজাঅত্ | — | মীচাবোক য়োকপা | — Fosterage |
| ২২) তালাক | — | থাইনবা | — Divorce |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৩) | কিতাবিয়া — | খৃষ্টান নত্রগা যিহুদি (শাস্ত্র ইনবা মীওই) — | Christians or Jews (one who follows scrip tures). |
| ২৪) | হুরমতু-অল-নসব — | ঈ নকুবা মরী — | Blood relation ship. |
| ২৫) | হুরমতু-অল-মুসাশারা — | নকুবা — | affinity. |
| ২৬) | হুরমতু-অল-রজাঅত্ — | মীচাবোক য়োকপগী মরী — | Relation from fosterage. |
| ২৭) | ইদ্দত (Iddat) — | ইদ্দত কম্বা (মরা শিখিবদগী নত্রগা খায়ন-বিবদগী মুপীনা মুপা শম্নদনা নত্রগা লুহোংদনা লৈবা মতম) — | Iddat is a period of chastity a muslim woman is bound to observe before she can marry lawfully. |
| ২৮) | খিলরাট-উস সহিহা — | চৎনবা য়াবা মওংদা মতৈ মনাও তিন্নবা — | valid retirement. |
| ২৯) | কিফআ নিকাহ — | মুপীদগী হম্বা মুপাগী লুহোংবা — | Inequality in marriage. |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৩০) | সহি নিকাহ | — | মপুঙ ফারবা লুহোংবা | — | Valid marriage. |
| ৩১) | মুতা নিকাহ | — | শিয়াশিংগী ওইবা মতম থৃরগী লুহোংবা | — | Temporary marriage of the Shias. |
| ৩২) | নফ্‌কা | — | চাকথাক | | Maintenance |
| ৩৩) | হক-এ-জনাশোই | — | মতৈ-মনাও তিন্নবগী হক | — | Conjugal rights. |
| ৩৪) | কাজী | — | ধর্ম্ম থৌবু | — | Previously a Judge but now an officer who supervises marriages & talaqs. |
| ৩৫) | মহর-ই-মিসল | — | মতিক চাবা কুজমন | — | Proper dower |
| ৩৬) | মুঅজ্জাল | — | খুদক্তা পীবা কুজমন | — | Prompt dower |
| ৩৭) | মুঅঃজ্জাল | — | কোন্না পীবা কুজমন | — | deferred dower. |
| ৩৮) | ডিরহাম | — | আরবকী শেলয়েক | — | a Coin |
| ৩৯) | রহন | — | বন্ধক/বন্ধান | — | mortgage |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৪০) | খরচ-ই-পান্দান | — | মতুংদা পীবা কাচানবা খরচ | — | a Kind of dower |
| ৪১) | ইলা (তলাক) | — | মতুংগী মফমদা ইন্দ্রি খুদুম চন্নবা রাশক | — | Vow of Con-tineuce. |
| ৪২) | জিহর (তলাক) | — | মতুবু মুপা মশাগী মমা মাল্লি হায়না চাংদমহনা কায়নবা হৌবা | — | Injurious assi-milation. |
| ৪৩) | খুলা (তলাক) | — | মতুনা কুজমন হন্দোকে হায়জ-হনা খাইনবা | — | A redemption for dissolu-tion of marri-age. |
| ৪৪) | মুবারআত (রজঈ) (মুরা-জঅত্) | — | খাইনসি য়ানবা | — | Mutual sepa-ration. |
| ৪৫) | লিয়ান | — | মরা ভাগুনৈ হা-য়না মরাল শীবা | — | false charge of adultery. |
| ৪৬) | কিনায়ট | — | মরোল শেংদবা | — | ambiguous. |
| ৪৭) | তলাকনামা | — | খাইনবা লাউ-থোকপগী চে | — | Certificate declaration divorce. |
| ৪৮) | তলাক-ই-তুফরীজ | — | মতুংদা খাইনবগী মতিক পিন্নবা | — | delegation of the power of divorce to wife. |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৪৯) | তলাক-ই-বাইন | — | ককথংপা য়াক্সবা থাইনবা | — | irrevocable talaq |
| ৫০) | অদল | — | অচুম্বা বিচার | — | justice |
| ৫১) | মর্জ-উল-মৌত | — | শিরমদাইদা | — | Deth illness |
| ৫২) | মঅকুলিয়াট | — | অচুম্বা রাখল | — | rational |
| ৫৩) | শরীঅত্ | — | মুসলিম মশাগী রায়েল পথাপ | — | Muslim personal law. |
| ৫৪) | ইজ্রর | — | শাথীবা শাজ্রৎ | — | Cruelty. |
| ৫৫) | হরামী | — | লান্নবা | — | Illegitimate. |
| ৫৬) | হলালী | — | রায়েল পথাপ্পা য়াবা | — | Legilimate. |
| ৫৭) | জিনা | — | মরুম্বী | — | Concubine (Kept mistress) |
| ৫৮) | হিজানত (রালী) | — | অঙাং মহৈ-মশিং তম্বীবা য়েংশিন্নবা অঙাং ঙাকশেনবা মীওই | — | Guardian of the Custody & education of the child. |
| ৫৯) | রাশি | — | উইল পাঙ-থোকপা মীওই | — | Executant of a will. |
| ৬০) | রাশি'অত্ রাফতহ | — | উইল | — | will. |
| ৬১) | রাকিফ | — | রাকফতা মাল কৎথোকপা মীওই | — | Doner of the wakf. |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৬২) | সুহল | | রাজেম্বা মীওই (খৎনবা তাইশিন্নবা) | | Settlor |
| ৬৩) | অক্রর | — | লেন্ডদবা সম্পত্তি | — | Landed property. |
| ৬৪) | দায়া | — | মাল-চাং | — | Property. |
| ৬৫) | বাকিরা | — | লৈশাবী অশেংবী | — | Virgin [Virgo-intacta] |
| ৬৬) | হিবতু-অল-মহর | — | মতুনা কুজমন থাদোকপা | — | foregoing of dower [by the wife]. |

4 Schoois of Muslim Law :

1. The Hanafi School
2. The Maliki School
3. The Shafii School
4. The Hanbali School

## লাইরিক অসিদা ইখ্রবা মরী লৈনবা অনৌবা আইনশিং

1. The Muslim women [Protection of Right on Divorce] Act, 1986;
2. The Code of Criminal Procedure, 1973;
3. The Dissolution of Muslim Marriage Act, 1939;

4. The Muslim Personal law [Shariat] Application Act, 1937;
5. The wakf Act 1954;
6. The Guardian and wards Act, 1890;
7. The Indian Majority Act, 1875;
8. The Indian Contract Act, 1872;
9. The Freedom tf Religion Act, 1850
10. The Child Marriage Restraint Act, 1929 and
11. The Indian Divorce Act, 1869

— — —